খেত্রিময়ুম সুবদনীগী

ꯃꯩꯁꯥ ꯑꯃꯁꯨꯡ ꯃꯩꯆꯥꯛ

# মৈশা অমসুং মৈচাক



# ꯃꯩꯁꯥ ꯑꯃꯁꯨꯡ ꯃꯩꯆꯥꯛ

# মৈশা অমসুং মৈচাক

*Meisha amasung meichak*

A collection of Manipuri short stories

By **Kshetrimayum Subadani**

Published by **Khomdram Dorendra**, on behalf of
the Linthoingambi Publications
Kwakeithel Moirangpurel Leikai, Imphal
Ph- 0-8794774493






অহানবা ফোঙবা : ২০১২

অফোঙবা : খোমদ্রাম দোরেন্দ্রো-না লিন্থোইঙম্বী পব্লিকেসন্স,
কাকৈথেল মোইরাংপুরেল লৈকাই, ইম্ফাল-গীদমক্তা

মমল : লুপা ১৪০/-

নম্ফম :- রমেশ প্রিণ্টিং ৱার্কস।
শিলচর, কাছাড়।

[illegible]

# মৈশা অমসুং মৈচাক

ক্ষেত্রিময়ুম সুবদনী

লিস্থোইঙম্বী পব্লিকেসন্স

# মনুংদা য়াওরিবা ৱারীমচাশিং

ইমাদা

ঐগী ইবগী মায়কৈদা

মতম পুন্নমক্তা পুক্লিং থৌগৎপিরম্বা

ঐগী খুৎইবু পারগা খোইজংনা তাবিখিবা

ক্ষেত্রিময়ুম ওংবী ওক্রম নিঙোল থম্বাল দেবী

ইমাগী খুয়া খাদা কৎচরি

"মৈশা অমসুং মৈচাক"

# লাইরিকসিদা মিৎয়েং অমা

ব্রারীমচা অইবী ক্ষেত্রিময়ুম সুবদনী ব্রারীমচাগী লাইরিক অহুম মণিপুরী সাহিত্যদা খুদোল তনখরে। লমসিদা অনৌবা নত্তে, মণিপুরগী খ্মাইদগী চাউরবা সাহিত্যগী লমদা দান কয়া তৌবিরি অমদি মতীং লৈরবী নুপী অইবীশিংগী মনুংদা মহাকস্ অমনি। ইমুং মনুংগী অচিনবা কয়া লৈনা লৈনা খোর্জে পায়দুনা অইবী অমা ওইনা চোংথোক্লকপা হায়বসে অরাইবা নত্তে। অসিদা ঐনা অইবীবু মশিং লৈতনা থাগৎচরি।

হৌজিক্কী থুন্নাই অসিদা উরিবা থোঁদোক ব্রাথোকশিং অসিগী মনুংদা থম্মোয়দা মখল মখা কয়াগী মৈনা চুবদগী অব্রা মৈশা লাংলিবা, কয়ামরুম উরুবগা থম্মোয়দা পোকখি "মৈশা অমসুং মৈচাক" মহাক্কী ফোঙখ্রবা লাইরিকশিং :- নহাকপু ঐগী কনানো? ১৯৮২ ইং, নুংগী চিনবাল ১৯৮৭ ইং, য়েন্নিংথানা লাকপদা ২০০০ ইংদা ফোঙ্খ্রে, মতুংদা "মৈশা অমসুং মৈচাক" হায়না মিংথোল্লগা অনৌবা লাইরিক অমা মীয়ামদা খুদোল তন্নি। লাইরিকসি ব্রারীমচা ২১ য়াউরি। শাগৎলগা ইবনি। ঐনা থাগৎনিঙ্ববদি ব্রারীমচাশিং অসি পাবদা নুংঙাই, হৌবদগী লোইবা ফাউবদা পানীংবা পোকই, লেপ্তনা পাখিবনা ইখং খঙহৌদনা লাইরিকসি পাবা লোইখি। মসিনি মাগী তোম্পা মগুণ হায়বদু। হায়রিবা লাইরিক অসিগী টাইতল্ম্লোবিদা সাহিত্য সেবা সমিতি, কক্চিং মণিপুরনা চন্দ্রশখি লাইশ্রম চুমথাঙনা মনা পীবিরকখি। পীবদা মতিকচাই হায়না খল্লি। ব্রারীমচাগী মনুংদা য়াউরিবা, ব্রারীশিং অসি হেক পাবদা থম্মোয়দা থুক লাউবা পোকহল্লি।

মৈশা অমসুং মৈচাক হায়রিবা ব্রারী অসিদা মণিপুরগী ফিভম ফজনা য়েল্লি। দিলিপকী নুপীনা মণিপুর হায়বদা নুংঙাই হায়না তাবদা

অমুক্তং চৎনীংঙি। অদুবু দিলিপনা /''মণিপুরদু মহৌশাগী মান্নদরে। ঈরাং ফৎত্রে। নোংম-নোংমগী মীশি মীনা তৎতনা থোকপনা মৈথুগী লম ওইরক্লে। বন্দ তোয়না তৌবনা বন্দপুর কৌরে।''

''অদুবু নহাক্নদি মণিপুরসি নুংঙাই. সনালৈবাক্লি। চাবা থকপা য়ান্না হাওই। ঈশিং নুংশিৎকি ফিভম য়ান্না ফৈ হায়বদায়নে?''

''পুন্নমক ফৈ অদুবু হৌজিক্তি নুমিৎপু তারক্লবদি দুকান ঙন্না থোঙ লোল্লি। অচৌবা কৈথেলশিং খজিক্তং থেংজিল্লকপদা মীখোল তাদে। সিফাইগী গাড়ী মখোল নক্লা নক্লা তাবা নত্তনা।''/

দিলিপনা মাগী নুপীবু মণিপুর চৎত্নবা থেমজিনবিখি। দিলিপকী লৈমিন্নবা সুখলাল বোমনা মখুৎ শোকপদা। অব্রাবা মৈচক অমদা নিঙমদনা ব্রারী লোইশিনখি।

অরোইবা মিকুপ, হায়রিবা ব্রারী অসিদা লৈতা লায়রবগী ইমুং ওইবগী মশক ময়েক শেংনা য়েক্লি চাউবনা মাগী নুপী লৈখমতোনগী মনীং থুংহনবা ঙমদবা /''নহাক্কীদু ব্রারৌনা হায়রকপা মাল্লিদা। ঐগীদি লৈদ্রবসু য়ারি, শেগাইবা অমত্তসু য়াওদ্রি। ঐগী মপুরোইবা নীংবী সাবিত্রীসে মশক খিজরবসু ঐগী ইফমদদি ফজবা পুন্নমক্তগী হেনবীনি। মীঙোন্দা শাইতিংখঙ ওইরবসু ঐঙোন্দদি তখৈম্লে নাচোমনি, খঙলেদনা। অদুনা নঙগী ইহাং-হাংবা ননাগী সনাদুতদি মশারগে।''/ মীওইবগী লাইবক হায়বসে তম্বা ঙমদে হায়নবগুম সড়ক্কী মতাইদা নিয়ম চুন্না চৎরিবা চাউববু গাড়ী অনী থৈনবদা থোমখিবনা য়াম্না থিনা শোকখি. শিখি। মপুরোইবা খঙহৌদনা লৈখিদ্রবদা লৈখমতোন অয়াম্বা মতমদা ফুম্বংনখি। মচা চাওনবা য়োক্লপা লাইরিক লাইশু তম্বদা ফনা হৌরকখিবা মমানা হোৎনদুনা ঙসিদি নিংথেম ডাক্তর পাস তৌরে। অদুবু হায়নবা লৈ. মব্রা মপুরোইবগী মপান চাবদি নোক্লা নোক্লা চাই. মচাগী মপান চাবদি কপ্পা কপ্পা চাই. হায়দুমক থোকখি। লৈখমতোন নীংঙমদনা অরোইবা মিকুপ ওইখি।

''মংলম্বা নোংনা চুথরক্তুবদা'' হায়রিবা ব্রারীসিদা চীংথংখোম্বা অমদি লৈমহল নুংশিগী ঈপাক্তা তাউথরি. মুম্বাইদা লৈমঙমখিদে মণিপুরদা লাক্লিংখি। লৈমহল কলেজ তম্না তম্না স্টেজদা কাদুনা ঈশৈ শক্লি। ভাবোকশিংনা ময়াদা হয়িং চংবা খঙদবমখৈ ময়া কাদুনা য়েংলি। লোইশিল্লকপদা ময়াম্না থুবাক খুরকই. হুইশেল খোঙলকই। /''ঐ থবকসে তোক্লগেবা।'' ''করিগী তোক্কদৌরিবা! নঙগী পুন্সিদি ঈশৈনি। ঈশৈনা

. নঙগী পুন্সিনি। অনীদুগী মরক্তা থাদোক্লবা য়াদবা মরী অমা লৈরিবদু নঙ কাউরবরা?''/ অরোইবদা পুন্সিগী লৈইনা চিংশিল্লক্লবদা চীংথংখোম্বনা মাগী পোক্লফম লমদম কাছাড়দা হন্নীংলে। মমাগী অরোইবা আর্শিবাদ মানা লমদম অদুদা মচাগী নীংশিং খুভম অমা শেল্লুরগে লেপ্লে।

হয়েং লাক্কনি হায়কী ঙসিগী নুমিদাংদা টেলিফোন্দা হায়খ্রে। পামজবা কয়া খঙহনখ্রে। লৈমহল মপূক্লিংদা চামরক হন্না ৱারেপ লৌই হন্দক থোক্লিবা অসিদগী অমুক হন্না মুম্বাইদা চঙ্লরোই।

টেলিফোন হঞ্জিল-হঞ্জিল খিংলকপগী খোঞ্জেল তাবদা য়াইমা মিকপ থোরকই. টেলিফোন পায়খৎলি কৌবগী খোঞ্জেল টেলিফোন্দা তাই. ঙহাক্কী তুংদা য়াইমনা ইপা পাখৎনা নেনেচৌবী! মামোদো কৌবা খুমদে, মশাদু য়ান্না ঈংই। মমিৎসু তরু তরু পাংই।

''হা! করি হায়বা!

লৈমহল টেলিফোন্দু খংনা থাদখি।

অসুন্না নীংঙমদ্রবা মৈচাক অমগা ৱারী লোইশিনখি।

ঈচেল কংখ্রবা লৈরাই অসিদা শাবী শানৌ অনীগী নুংশি ৱারী ওইনা তৌরি। মপানদা লাইরিক তম্বনি।

/''পাম্হোই থোইবীবু উন্ননবা অমুক্তা শিল্লু নৎত্রগা চিঠি অমত্তং পীবিগেরা?।''

''করিনো অসুক থুজিল্লকইসিবো, উনসু উন্নদ্রিঙৈনা। অদুদা অরুবা ৱাফম অমদি।''

''করম্বা অরুবা?''

ঐনা লাংতক্লনা হংলুই।/

নুংশি লম্বীদা খোঙদারুবা অনীগী পূক্লিং লাংতকনৈ হায়বগুম উন্নদ্রবা লৈরবদা উন্ননীংবা মহৌশানি।

/''থোইবীগী অতোপ্পা মমিংদি পাম্হোই কৌবনি, হন্দক মাগী লাইরিক্তু সাহিত্য একাদমী এৱার্দ ফংলবনি।''

''করি হায়বা! থোইবীগী লাইরিক্তুবু এৱার্দ ফংলে হায়বা।''

ৱাহৈদু হায়দোক্লুরগা ইথন্তা ইকাইজরকখি শকখঙদবা নুপাদুগী মমাঙদা। তপ্লপ্না হায়রুই,

''ঐহাকসু লাইরিক্তো পারে, য়ান্না ফজে।''/

ঐগী থোইবীনা পাম্হোই ওইরম্বদা খঙহৌদনা কয়াম নুংঙাইখি।

ঐহাক য়াম্না হরাওখি। ঈশৈগী শকপি থোইবীনা ঈশৈ ময়েক্তা ঙাউজবগুম সুর পাল্লি। কলেজগী ফঙ্কসন্দা ঈশৈ শকখ্রে।

মীওইবগী লাইবক তম্না ঙমদে হায়বগুম নৌনা লুখ্রা ওইহৌরবী মন্দোমচাগী মচানুপীদু স্কুলদা থিনবা চৎপদা এক্সিডেন্ট থোকখি। মনাক নকপা প্রাইমারি হেল্ট সেন্টর অমদা অশোকপদু লাইয়েংখি। খুদক্তুদা হিদাক সিরিঞ্জ অমত্তদা তিন্নদুনা কাপখি। মন্দোমচাগী মচাদু থৌদৌ অদুদগী এইচঃ আইঃ ভিঃ পোজিটিব ওইদুনা শিখিবনি। কোন্না খঙলকখি। নীংঙমদবা শাফু অমগা লোয়ননা ঈচেল কংখ্রবদা লৈরাইনা ঈশিংবু য়েংনা য়েংনা উবা ফংখিদে. মিয়েং তামখি।

অরোইবগী ৱারীমচা ''**মরোল লোনবা থম্মোয়গী ৱাকৎ**'' মসিদ নোংচুদবদগী ইকং থোক্লবদা লৈবাক্কী মীওই খুদিংমক ৱানরে। বাংলদা পাউরৌ অমা নীংশিংলকই. ''জলের ওপর নাম জীবন'' অর্থদি- ঈশিংগী মমিং অমনা পুন্সিনি। ঈশিংনা মীওইবগী থৱায়নি. হায়নরিবনি। ঈশিং ফংদ্রবা কুমদা মীওইবা খুদিংমক হা হা কার লাউনরে।

অহল-লমনদা হংবদা গোবিন্দদা নোং তানবা ষণবী মখোম শুম্লুবদগীদি নোং তারক্লে। অসুম্না লৈবাক অদু নুংঙাইরে। নোংতারবসু তানা খরা হাংলকপগী তাঞ্জা অফবা অমা য়েংদুনা ৱাংলেনগী মমা মপানা থোইবীসনাবু মমৌ ওইজগে হায়দুনা হায়ররে। য়ানদুনা অফবা নুমিৎ য়েংদুনা লুহোংবগী নুমিৎ লেপলে। মরু ওইনা শিল্লিবনা থোইবীসনাগী মনে চাউবীসনাননি।

**/লুহোংবা মতুং চহী ওল্লকপদা মচানুপা অমা পোক্লে। মথং ওল্লকপদসু নুপী অমা, চপ চারে খনজে। চহীগা য়াম্লবনিনা মখা তারক্কনি থাজদ্রে। অদুবু লুরিবদি য়াম্না ফৈ হায়দুনা থাজবিরিবা ইমুং অসি থোইবীসনাগী মফমদদি থক খা চানদবগুম্বনি। অঙৌবগা অমুবগা তোঙান তাবগুম্বনি। মপুরোইবা ৱাংলেন হায়ফেৎ ক্রেক লৈগে তৌবা মীদানি।/**

থোইবীগী নুপা ফনা কন্না লায়েংই অদুবু কোক বেরাদি খরা মরৈরে। য়ুম্বাল নাতে চাদবগা পান্নখিদুনা সরকারগী থবক লৌথোরকপদা য়াওরক্লে। মীওইবগী পুন্সি অসি লল্লোনবা লাকপনি. নুপীনা মপুরোইবা শোয়রবা লল্লোনবা তোংদরে. হায়নবা অদু থোইবীসনাদা হেক থোকখি।মায়থিদুনতা লাক্লবা পুন্সিনি অমুক হন্না মায়থিবদা নীংহন্নবদি পোক্তে. হায়ববু থম্মোয়সিদদি মনেবু ৱারৌদবা ঙমদে। থোইবীনা

ফোঙদোক্লনা খনখিরা। অদুগা মপুরোইবগীদমক্তদি মানা শিদ্রিফাউবা হোৎনগনি হায়বসিদা মরোল থোক্তরবা থম্মোয়না অকনবা ফিরেপ লৌরে।

লাইরিকসিদা য়াওরিবা ৱারীমচাশিংদি

অথেঙবদা অতিথি / হন্দোক্লবা বর / হৈনৌবন / খোঙচৎ / লাকখিনি হায়রম্মী / মমৈ চম্পা / মনা / মরুভূমিদা নোং / নোং তারবসু ফৌহাম শাৎপা / থম্মোয়দা কিরম্বা কিশি / তিংখং শৎপা / মঙালগী কূ / মিৎয়েংগী ৱাংমদা / মংলম্বা নোংনা চুথরক্তুবদা / কংশিল্লক্লবা ঈচেল / নুংঙাইবা ৱারীমচা কয়া য়াওরি। অতৈ নৈনদ্রবসু অপাবশিংনা পাবিরগা খঙবিরনি হায়না নীংঙি।

ৱারীমচাশিং অসি ওঝা সুব্রামনা প্রুফ কক্লকপদা ওম্মোক্লা ফজনা থাগৎলকখ্রে। মহাক্তী নুংঙাইমখিদুনা অহুমলক হন্না হন্না পায় হায়। থোকখিবা থোদোক্কুম মিৎতা শাং শাংনা থরকপগুম উহল্লি। মহাকসু ৱারীমচাগী খোঙচৎতা মঙফাউবগুম তৌই হায়।

লাইরিকসি পাবা য়াবা নৈননিঙাই ওইবা থিম, হীরম কয়াসু য়াওরি, নৈনরোইশিংগী ৱাখল পুকখল রামনিঙাই ওইরবা মচাক মথুম কয়া শাৎনিঙাই ওইবা থেংনবীগনি নীংঙি। অচম্বা অরাইবা লোন অশেংবা শীজন্নৈ মশক থীহন্দে। ইরোনগী ফজবা অদুম লৈতবদি নত্তে। অপাবশিংগী নুংঙাইবা মঙাল খজিক ফংহনগনি হায়না নীংঙি, **''মৈশা অমসুং মৈচাক''** লাইরিক অসি পাবিয়ু মমল লেম্পীয়ু। অরি-অনৌগী লংদাই শমজিন্না হৌজিক্কী মতম অসিদা হিংনবা ইথিল পীবা ঙমহগনি।

অইবী অসি নুংশাংনা তেকতা কায়দা ইমা লক্ষ্মী সাহিত্যগী থৌগল ফংজবসে ইরি তৎতনা ইহুন কাঙদা চেম্থহনবিয়ু ইমাগী খুয়া খাদা পুনেমজৈ।

ইমাগী মদাইরেন পাংজদ্রবাঃ-
কব্রম্বম নীলকান্ত সিংহ
প্রেসিডেন্ট
উধারবন্দ মশা
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, আসম।

# ৱাহৈ খরা

ৱারীমচাগী লাইরিক অমা শাগৎপা হায়বসে ঐঙোন্দদি হেক্তা তরাই তরাইখিদে। চহী য়াম্না কুইনা চঙ্খি। ফোঙলগে থনখি হেক্তা ঙমখিদে। মথুমগী লাইদি হান্ননা নম্বা কুইরবনি। ঐগী পাংদবগা অচিনবগা তোংনখিদুনা মঙম শানখিদে। ৱাখলগী মঙলান্দদি য়াম্না ইখি, অঙৌবা চেবাংদা মুক্তা তারকখিদবতনি। মীওইবগী অচেৎপা অনীংবা ৱাখল্লোন্না অতিয়া শোকপা ঙম্লবসু, পৃথিবীবু জয় তৌরবসু মদুগী অচেৎপা অনীংবদু লৈত্রগদি মদোম মাঙজখিগদবদু পাম্মুজরক্তুনা খোমজিন তাশিন থরোই খোঙথাংদা থুনগৎতুনা ঐনা ইখিবা ৱারীমচাশিংগী অপূনবা "মৈশা অমসুং মৈচাক" মীয়াম মাঙদা লাইরিক ওইনা লাপ্লোক্লগনি খনবদা পূক্লিংদা নুংঙাইবা পোকচে। ঈশিংদা লৈবা জীবনা শঙ্গোম মিহৌদবগুম ঐগী পুখ্রিদুদা অদুম হৈনজদুনা অমুক অমুক ঙানা মোংবগুম মোংজবনি। মসিদা, মরূপ মপাং ময়াম্না নুংশিবিবদগী চৈবিবসু কোঙ্গায়নি। দান তৌবনা খুৎকী লৈতেংনি, অচুম্বা ঙাঙবনা ঙকশমগী লৈতেংনি, অতিয়াগী ফজবনা থাজনি হায়নৈ। অইবগী লৈতেংদি কলমনি। শিদ্রিফাও তেকলি মাল্লি কলমসিদি পায়খিগে খল্লি। করম থোক্লগবা খঙদে।

কুইরবগী তুংদা ফোঙলকপা অসিগী ৱারীমচা টাইতল স্টোরি ওইরবা "মৈশা অমসুং মৈচাক" তা সাহিত্য সেবা সমিতি, ককচিং মণিপুরনা চন্দ্রশখি লাইশ্রম চুমথাঙ .মনা ২০১২ ৱারীমচাদা পীবিরকপসিসু পূক্লিং থৌগৎপা অমা ওইনা নুংঙাইবা পোকচে। তৌগে খনবা কয়াদি উন্না নুংশাদা মাঙখিবগুম মাঙখিবনা অয়াম্বনি। লোকহৌবদি খরতনি।

লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ৱারীমচাশিং অসি মণিপুরী জরনেল অমদি খোমজিনবা মণিপুরী ৱারীমচাগী লাইরিকশিংদা ফোঙখিবা খরসু

য়াওরে। মরী লৈনবা ওথোরিত্তিনা অমুক হন্না ফোঙবগী অয়াবা পীবিরক-পগীদমক থাগৎচরি। অদুগা ''মরোল লোনবা থম্মোয়গী ব্রাকৎ'' কৌবা ব্রারীমচাসি শক্লাইরবা ফিলম ডিরেক্তর হাওবম পবনকুমারনা ইংলিসতা ড্রামাটাইজ তৌদুনা দুরদর্শনদা শন্দোকখ্রে।।

লাইরিক অসি ঐগী ব্রারীমচাগী লাইরিক অহুম **নহাকপু ঐগী কনানো ১৯৮২ ইং, নুংগী চিনবাল ১৯৮৭ ইং, য়েন্নিংথানা লাকপদা ২০০০ ইংদা** ফোঙখ্রবা মতুং চহী তরারোম কানরগা ''মৈশা অমসুং মৈচাক'' ২০১২ ইংদা ময়ামগী খুৎতা শিন্নজরে।

লাইরিকসি য়ুমদা ডি. টি. পি তৌরগা শিলচরদা নম্বনি। মসিগী চাউরবা দায়ত্ব পুন্নমক ওঝা করম্বম নীলকান্তনা পুবিখি। প্রুফসু ওঝাগা, ওঝা সুব্রামগনা করিদা শোয়খিদগে হায়দুনা কুপ্না পাবিখি। ওঝা অনীগী মফমদা শিংবা ঙম্নরোইদবা লমন তোনশিঞ্জরবনি।

মখুমগী ফোটো অসিদি থোঙাম প্রেমচান্দনা পীবিরকখিবনি। মখুম নম্বীখিবনা বি সি পি দবলিয়ুগী প্রোপ্রাইটর তোম্বনি।

লাইরিক অসিবু ফোঙদোক্লবা হোৎনবদা মতেং পাংবিরকখিবা মরূপ মপাং অমদি প্রেসকী ইচিল ইনাউ পুন্নমক্কী মফমদা তৌবিমল থঙবা উৎচরি।

ক্ষেত্রিময়ুম সুবদনী
ইম্ফাল কাকৈথেল মোইরাং পুরেল
লৈকাই
তাং ২৮।০২। ২০১২ ইং ইম্ফাল

# অরোইবা মিকুপ

নোংজু অহিংদুদনি, লৈখমতোন্না একাগাড়ি অমা থৌরগা মচা অতোনবদু পোনা-পোনা লাকপদু। অহিংগী অমম্বদু মা কিদে মরমদি মপুরোইবগী অনাবদু হেঞ্জিল্লক্লি। ডাক্তর অমা কৌরুদ্রবদি মাগী মপুরোইবা শোয়দনা শিরগনি হায়বসি মাগী চপ য়ুংলবা ব্রাখলনি। অদুনা নোংলক অদুদা ডাক্তরগী থোঙজিন য়ৌরকখিবনি।

"লৈরাং, লৈরাংতোম্বী, ঐনে থোঙ অমুক্তা হাংদোকউ।"

"হৈমা, লৈখম! নুমিদাং অথেংবসিদা নঙবু কিবগা অমত্তা খঙদ্রবরা?"

"ঐ কিবা চঙদে। ডাক্তরবু ঐখোয়দা অমুক্তা চৎহনবীয়ু, তা চাওবদো অনাবা হেঞ্জিল্লে।

নুপীনা ডাক্তর-মাইবা কৌহৈদে হায়দুনা ইনেম্বোক্না শিখাঙ খাঙদুনা য়াদবদগী ইচানুপাসি পোরগা লাক্লিবসিনি। হৌজিকপু নোংজু অহিংসিদা ডাক্তর কনা লাকপিগদগে, অদুবু ঐগীদি অততাইনি। অনাবদুগী ফিভমসিদা নোংঙানবা ঙাইঙমদবদগী নহাক্কী থোঙজিন্দা লেপ্লরিবসিনি।"

লৈরাংতোম্বী খঙই, লৈখমতোন মাগী অঙাং ওইরিঙৈগী লুনা তিন্নরকপা মরুপনি অদুনা অতৈ অতোপ্পা অমা ওইরল্লবদি ডাক্তরবু থারল্লোইদবনি। লৈখমগী মমায় য়েংদুনা ডাক্তরসু চৎখিরম্মী। অনাবদু খুদোংথিবগী চাং ব্রাঙনা লৈরম্মী। ডাক্তরনসু মাগী ফিভম য়াম্না চেকশিন্না য়েংই। অনাবগী ফিভম লৈখাই তাদ্রিবা ফাওবা ডাক্তর চৎত্রে। কোন্নথংদা খরা-খরা হস্তুরকই, মিহুল নোরমেল ওইরকই। তাঙ্কক অসি ওইরবদি কিনীংঙাই ওইদ্রে হায়দুনা ডাক্তরসু চৎখ্রে। অনাবসি কুদগী সৎপগা চপ মান্নখ্রবনি, মনেম্না মমৌবু লোন্না থাগৎচৈ। মহাক লৈরমদ্রবদি মচাগী মশক

ডবা ফংলম্লোই।

অনাবদু নোংম-নোংমগী কনখৎলক্তুনা মহৌশাগুম থবক শূবা ঙল্লে। চাউবগী শিনফম চেক্কী মিস্ত্রীনি। থবক তৌবদা য়াম্ন চেকশিল্লি. মচু তাই. মখুৎ নাল্লি অদুনা মীনা মহাকপুদা তান্নে। ঙসিদি য়ুম্নুনা পৈশা শুনা পীথোরকই হায়দুনা ঙা লৈদুনা পুরক্লগা চাকথোংবা হৌগৎলবা লৈখমতোনগী মতুংলোমদা নাশোনপীক্লা চংলক্লগা ঙাদু ধুপ লাওনা থাদরকই। লৈখমতোন খংপ্রেক খংনা ফন চোংখৎলি।

"কৈকান ঙাওশিন্নরিনো।"

"ঙা লৈরকপবু ঙাওশিন্নবরো?।" চাউবনা ইশি-শিনা নোক্লগা হায়রকই।

"ঙসিদি পৈশা খরা ফংলকই. অঙাংগী স্কুল ফি. দুকানগী বাকি লোয়না পীথোক্লম্লবনি। শে অরেম্বসি পায়শিল্লো।"

"কয়ানো?"

"খঙদে থিরগা য়েংউ, য়াম্নবুদি লেমদ্রবনি অদুবু মথংগী পৈশা ফংলকপদদি নঙগী সনা অমা শোয়দনা শারগে।"

"শাদ্রবসু য়াইদা।" মপুক্লিংদদি হরাওবা পোক্লবসু মচীন্দদি, "নহাক্কী নফি-নরোলদুম খরা লৈসি।"

"ঐগীদি দরকার লৈতে. শেৎলিবসি ফমল্লবনি।"

"মদু য়াদে নহাক্তি নুংতিগী চৎথোকলিবনি। নহাক্লা মোৎনা চংখিবদু ঐহাক্তি ইকাইজে।"

"নহাক্কীদু ৱারৌনা হায়রকপা মাল্লিদা। ঐগীদি লৈদ্রবসু য়ারি. শেগাইবা অমত্তসু য়াওদ্রি। ঐগী মপূরোইবা নীংবী সাবিত্রীসে মশক থিজরবসু ঐগী ইফমদদি ফজবা পুন্নমক্তগী হেনবীনি। মীঙোন্দা শাইতিংখঙ ওইরবসু ঐঙোন্দদি তথেল্লে নাচোমনি. খঙলেদনা। অদুনা নঙগী ইহাং-হাংবা ননাগী সনাদুতদি মশারগে।"

"চরোদা. কদাইদগী চোইরোলনো. মসিবু ৱানেনা"

"করিগী চোইরোল" হায়রগা চাউবনা ওম্লোকপা থাজদবা থৌদোক অমা তৌথোরক্লে। চাকখুমদা চঙদুনা য়েঙ্গ্লং শেমদুনা লৈরিবী লৈখমতোমবু তাপ পায়দুনা চিংখৎলগা ৱাঙাং হৈবা মচীনবান্দু হায়দুনা মাগী চীনবান্না মেন্সিনলকই। লৈখমতোন্না মঙোন্দগী খুৎলৈ থুনা নানথোরক্লগা মাগী হান্নগী ফমফমদা ফমথবদা ঙাইহিরি মনেম চঙ্লক্তুনা য়েঙ্গাংদু মা শেম্মীরক্লগে হায়দুনা শেম্মা হৌরকই। লৈখমতোন্না চোপ্লমগনিদা হায়দুনা

থোঙজিন্দা লেপ্পুনা লৈরিবা চাউবদা য়েংখৎলকই। চাউবনা মচীনবান্দা খুদোনবী থমদুনা নোক্লুল্লগা থোকখ্রে। লৈখল্লা খল্লি।

"কয়াদা ঙাওশিন্নরিবনো ?"

য়াম্না নংনা পানবা লৈখমতোনগী ইমুংদু খরা-খরা শাফরক্লে। নারিঙেদা পুশিল্লুবা শেনফমশিংদু অয়াম্বা শিংবা লোইশিল্লক্লে। মকুবোক পেরালাইসিসনা নাদুনা হৌগৎ-কাংখৎ ঙমদ্রবসু মনি-মমৌ চঙদুনা সেবা তৌই, য়েন লোইদুনা, মরোই নাকুপ্পী পাক্তক্লনা থাদুনা শেন্দোং লৈনা মপুরোইবগী আয়দা মহাক্লা ঙম্বমখে মতেং পাংই। নংজরবসু ইমুংদু ওম্থোক্লা মোত তিন্ননা ঈংনা পাল্লি। অদুবু অসুক নুংঙাইনা পানবা য়ুম্বান অসিদা পাউ অমখক্লা লৈখমগী থম্মোয়বু মচেৎ কয়া থোক্লা থুগাইখরে। নোং মংদনা বজ্র তারকখরে। পাউদুনা করি ওইরকখ্রবগে মহাক মশানা খঙজদ্রে। জ্ঞান তারকপদদি ময়াম্না মাগী মনাক্তা ইকোয়-কোয়না লৈরম্মী। মকোক্তা ঈশিং হৈবগী মোন্সু ইচোৎ চোৎলম্মী। কৈদৌখ্রবনো ঙাইহাক্তুদা নীংশিংবা ঙমদে। মচানুপীনা মখুৎ পায়দুনা ইমা হায়দুনা কৌরকপদা জ্ঞান তারকই। ফুক হৌগক্তুনা মাঙোল তন্না চেম্থোরকপদদি মপুরোইবগী অশিবা হকচাং শুমাঙ য়ৌরম্লে, শঙ খল্লম্লে। অঙৌবা ফিনা কোয়শিন্দুনা কু মনুংদা হাপচিল্লম্লে। মাঙ্গঙগী খোঞ্জেলনা থম্মোয়বু শেগাক কায়হল্লগা মচাশিংদু কনাদা শিন্নরল্লবগে হায়দুনা হিক-হিক কপ্লকই। মরাইবক্লা লৈমায়দা হন্না-হন্না রৈশিঞ্জে। য়েংহৈবা মতৌ নৎখিদ্রে অদুবু খাম্বা য়াদবা পুংফম্না অসুম-অসুম চৎখিদুনা মোংফম য়ৌখ্রে। মচানা মৈ চুরকই। থোৎলবা হকচাংদা উজাও নন্সিল্লকপা অদুদদি থাঙবা য়াখিদরে। লৈখমতোন কু তন্না চেন্সিল্লকই। ময়াম চঙদুনা ফাদোক্লে। নমদুনা পুথ্রী তান্না পুরকই। কপ্পা-কপ্পা মচাশিংগা ঈরুপ্পগা মঙ্গারকই।

মপুরোইবনা খঙহৌদনা লৈখিদবসিদা লৈখমতোন অয়াম্বা মতম্দা ফুম্বংনদুনতা লৈরম্মী। মচাশিংগী লাইরিক তম্বগী ভার, মকুবোক অনাবগী খরচ পুম্বা মখোয় অনীনা পুরম্বনি। সড়ক্কী মতাইদা নিয়ম চুন্না চৎচরিবা মপুরোইববু গাড়ী অনী থৈনবদা থোমখিবনি। য়াম্না থীনা শোকখি, কোক্কী অমদি থবাক্কী শরুকশিংদা। য়েংবা ঙমখিদে মপুরোইবগী শকফম। মহৈ মপুং ফাদনা নৌনা য়ুম্বাল্লকখিবনি অদুনা মচাশিংসিদি মী ওইহল্লগে হায়বসিদা ব্রাখল মপুং ওইরকখিবনি।

মপুরোইববু তক্লিবা গাড়ী অদুগী মপুদুনা পীরক্কদৌরিবা পৈশা অদুনা ভেন অমদি লৈগে খল্লে। মকুবোক্কা-মনেম্বোক্কনদি মমৌনুপীনা হায়রিবদো

শুংয়া য়ানীংদে। য়াম্না কন্না থীংই. ব্রাথোক ফাওবা ওই অদুবু লৈখমতোন্দি নীংখ্রবদা হনবা লৈত্তে. মৈ ঈশিং চঙদে। অদুনা হায়. থৌনাফনা খুম্মী.

"অব্রাবা তারবদা মীয়াম্না মিনুংশি উৎপীবদি ঙাইহাক্তগীনি. মিকুপ খরতগীনি. মদুদা ইচাশিং লোয়না মাঙহল্লগদরা? ইশানা -ইশাবু অসুক্কী মতীক তোম্বনা খন্দুনা ভিক্ষারীগুম হিংবদি ঐ পামদে। ঐহাক মীনি।"

লৈখমতোন অফবা ব্রেট-লিফটর অমা ওইনা হৌরকখিবনি। মনা কয়া ফংলকখ্রবনি। নৌনা ময়ুম পাল্লক্তুনা মচা পোক্লবা মতুংদতা শান্নবা তোকখিবনি অদুবু শান্ননীংবগী নেশাদি ফনা কুইনা লৈখি। মঙোন্দগী চহী তরুক হনবা চাউবনা ময়ুমদা নুপী য়াওদবনা থবক অমত্তা তৌবীনীংঙাই লৈতে হায়দুনা নমদুনা চেনবোই চিংবোই তৌখিবনি। শাহৌ ফনা মশা শেংনা হৌরকখিবনা হৌজিকসু মশা য়াম্না কল্লি চহীসু নৌরি। মানা মচা অনী শুরবসু মমান্নবীশিংদি হৌজিকফাওবা লৈশানা লৈবা য়াওরিবনি।

লৈখমতোন্না শিখাং-খাঙবদগী মপুরোইবগী পীরকপা পৈশাদুনা ভেন অমা লৈরে। লৈকায় অঙাং গাড়ী থৌবা হৈবা নেক্তুনা গাড়ী থৌবা তম্মী। ফজনা থৌবা হৈরে। স্কুলগী অঙাং থিন্দোক-থিঞ্জিন তৌদুনা ট্রিপ অনীরক চেল্লি। থাওগী খায়দোকখ্রগা পৈশা লেমজবা ঙম্লে। অহানবদদি নুপীনা থৌবা গাড়ীনি হায়দুনা লৈকাইগী মীশিংনা মখোয়-মখোয়গী মচাশিং মাগী গাড়ীদা তোংহল্লমদে। মানা মহাক্কী খঙনা-চান্নবা, লাইরিক তম্মীন্নরকপা মরুপ-মপাংশিংগী ময়ুমদা চৎতুনা মাগী গাড়ীদা তোংহনবীয়ু হায়রুবদগী তোংহল্লকখিবনি।

হৌজিক্তি মচাশিংগী মহৈ-মশিং তম্বগী খরচ অমদি ইমুংগী ভার পুন্নমক ইরাই-লায়না পুবা ঙম্লে। ইমুংগী কুপনোমদগী নাম্থোরকপা মতমদসু ইংখোল কোয়দুনা. মনা-মশিং থাদুনা ব্রাৎতনবা হোৎনৈ। থবক খুদিংমক নংনবা নোমজেন চেন্দুনা হোৎনরিবসি ফাওবদা থাগৎপীবগী মহুৎতা থিনদুম ঙাঙনবী। নুপা শাদুনা গাড়ী থৌরে. অফাওবীনি, মনেম্থোক-মকুবোক্না মাবু লমষনদৌনা থাদোকই। অহানবদদি মনেম্থোক-মকুবোকসু শাওরম্মী অদুবু অকোনবদদি থবক খুদিংমক লৈখমতোন্না ঙম্নবা তৌরকপা অসিদদি চৈগে খল্লুবা পুন্নমক চীনবান য়ৌরকপদি ঙমদ্রে। লৈখমতোন্দি স্কুলগী গাড়ী থৌবদগী হেন্দোক্তুনা ওর্দর কয়াসু লাকপদগী মদুসু নংনবা অদুম্মক চৎলি। অথু-অকায়গী অনা অয়েক, হোসপিতালদা পুখৎপা ফাওবা মাবু নেকপা লাকই।

থৌমন্দুনা গাড়ী য়ারক্তুফাওবা শেম্বা হৈজিল্লক্লে। মমান্নই লৈরাংতোম্বীনা মতম পুন্নমক্তা পুক্লিং থৌগৎপী। অহানবদদি মহাব ফাওবা ভেন থৌদুনা পৈশা তানগে হায়বা য়ারমদ্রবনি। অদুবু ব্রারী পুন্নমক তারবা মতুংদদি য়াখি। লৈরাংতোম্বীগী মচা অহুম লৈখমতোনগী ভেন্দা তোংই। অদুমক্তা মরুপ অনীগী মরী লাপথোক্নরমবদু তোয়না উন্নবদগী চেৎশিলহল্লে। মরুপ অনীগী মচা অনীমক ক্লাস চপ মান্নে, স্কুলসু অমত্তদা তম্মীন্নে। ডাক্তর তম্বগী পরীক্ষাদা মখোয় অনীমক খল্লক্তুনা ডাক্তর তম্বা তারে। অদুবু লৈখমতোন্দি অহিং তুম্বা য়াদে, করম্না মচাবু ডাক্তর তম্বা থাসিগে হায়বসিদা মঙলাক্লে। উপায় লৈত্রবা মতমসিদা মরুপকী মনাক্তা চত্তুনা ব্রা তান্নরুই। উপায় পুথোরকই, অচঙবা শেম্ম ম লৈরাংতোম্বীনা পুথোকপীরগা লৈখম্বু অচৌবা মরুপ অমা য়াওহন্দুনা মদু ফংলগা শিংবা হায়দুনা য়ানৈ।

লৈরাংতোম্বীনা মতম পুন্নমক্তা লৈখমতোনগী মতেং পাংদুনতা লাকপনা লৈখমতোন্না মচা অনীবু মপান্দা লাইরিক তমহনবা ঙল্লিবনি। নোংম-নোংম হৌজিনখিদুনা ডাক্তর তম্বগী অরোয়বা চহীগী পরীক্ষা পীখ্রে। ফনা ব্রারবসু মচানা ডাক্তর ওইরগনি হায়বগী ব্রাখলসিনা নুংঙাইবা পোকচৈ। ব্রাজমনগী মহৈ শোয়দনা ফংলগনি। কৈরোই-লৈকায়, মরুপ-মপাং কয়ানা শিংথানরমদবদু হৌজিক্তি থবক্তা উৎলক্লে। মচানুপীসু পৈশা অমত্তা তিংদনা বেঙ্কগী থবক কৌরকপদা খল্লক্তুনা ওফিসার ওইরে। মচানা পৈশা থোক্লকপদগীদি মমাদা ভেন থৌদনবা হায়রে অদুবু ঙল্লীবমখে থৌখিনি হায়না য়াদ্রি।

লাইরিক ফনা হৌরকখিবা লৈখমতোনগী মচানুপা নিংথেম ডাক্তর পাস তৌরে। মাগা ডাক্তর তম্মিন্নরকপী নিংথিবীবু থবক তৌদ্রিঙৈদা চেন্সিল্লক্তুনা লুহোংলে। মচনুপীনা হান্না থবক তৌবনিনা লুহোংবদা চঙবা খরচ পুন্নমক পুথোক্তুনা নিংথিনা পাংথোক্লে। মমানদি ব্রারৌজে. ডাক্তর তন্নবা হোৎনবদা চঙখিবা পৈশা ফাওবা শিংগৎপা লোয়দ্রিঙৈদা নুপী হাথু-হাথু চেন্সিল্লকপগী। ইনাকখুনবা ইমুংগী মচানুপীনিনা অউনপোৎ য়াম্না উল্লকই অদুবু লৈখমতোন্দি অউনপোৎতা মিহৌবা মী নত্তে। ইনাকখুনবা ইমুংগী নাপল লৈখমতোন খঙই অদুনা মশাগী নাপলনা অতিয়া খেৎলবশিংদগী চেকশিনগদবনি হায়বসিদা অকুম্পা মিৎয়েং থম্মী।

মৌগী মপামলোমগী কাঙবুনা থবক নোমদুনা মমৌনুপীনা হান্না থবক ফংখি। মদুনসু অমুক্তা হেন্না থোইচৎ ব্রাঙচৎনখি। নিংথেমদি

সরকারগী থবক ফংদ্রবসু অনাবনদি য়াম্না থাজে অদুনা অনাবা য়েংব লাকপা মীগী মশিং নোংম-নোংমগী হেনগৎলকই। মমৈথংদদি লনাই ক্লিনিক হাংদোরকই। মাগী নুপীনদি ক্লিনিক্তা কোম্‌ াইন তৌদুনা লৈবদ পামদে অদুবু নিংথেমদি মমাগী মচানিদনা। মমাগী মিহুল মচাদসু য়াওরি অদুনা মাগী নুপীগী পামদবগী মায়োক্তা মাগী অপাম্বা অমসুং অনীংবদুন লাকশিল্লকই। কেনা মৌনা য়োক্লকপগী হৌনবী থবক শূনীংদবা, ঙহাব শংবদা ফমদুনা লৈথোকপা মমৌগী শাজত্তু শেমদোক্লবা হোৎনৈ মনেম্ন থবক শূরিবদু মমৌনা উশিন্নদে। হৌজিক্তি অহল ওইরবনিনা গাড়ীস থৌবা ঙমদ্রে। মচানদি গাড়ীদু য়োম্লোকখ্রসি হায় অদুবু মমানদি য়াদে। গাড়ীসিগী মপান্দগী হিংবগী পাম্বে ওইরকখিবনি অদুগীসু মথক্তা মপুরোইবগী অনীশুবা আত্মানি, শায়োন্নি খঞ্জে। গাড়ীসিগী মশাদা লৈথোম মরিক অমা পল্লকপদা মহাক্লা তৈথোকই, নাম্লোকই। মতম পুন্নমক্তা তরু-তরুনা থম্মী। মমানা গাড়ীদুবু লুনা তৌজবদু উবদা মচানুপানা লকুদুনা হায়,

"ইমাদি গাড়ীসি ববানি থন্দুনা তুম্মিন্নরো।"

মমানা নোক্লুনা খুম্মী,

"থিদা অঙাওবসিদি।"

নিংথেমগী ক্লিনিক্তু নোংম-নোংমগী চাওখৎলকই। অয়ুক, নুংথিল, নুমিদাং থাক্তুনা অনাবা ময়াম লাকই অদুবু মমৌ ইবেম্মদি মাগী অপাম্বগী মায়োক্তা লাকপনিনা নোংম-নোংমগী ইশৌ হেনগৎলকই। মাসু য়াওনা অনাবা য়েংশিনবা য়াবদুদা নোংমতা মতেং পাংদে। মমানদি মচাগী থবক্তা মতেং পাংবা য়াবমখৈ পাংদুনতা লাকই।

লৈখমতোন নোংমা চুরি ময়াগী ঈশংদা তুসিনবদগী মশাদো কৈদৌখিবনো খঙদে, মশাদু ইকন কনখৎলকউ য়াদে। মচানদি মমাবু চেকসিন্না য়েংই, হিদাক লাংথক পীজে, কাম্পী অদুবু মশাদি নোংম-নোংমগী শোঞ্জিল্লকই। মমৌনা মনেমগী সেবা নিংথি-নুংঙাইনা তৌবীদে। হিদাক লাংথক চাবদসু মচানুপা লৈত্রবদি চাং নাইদে। ময়ুম পানথ্রবী মচানুপীনদি মাগী মনাক্তা লৈরুরসি হায় অদুবু মমানদি য়াদে। নারিবী মনেমদা মমৌ ইবেম্মনা য়ুমদু শিদোক্লগা চেক্কী য়ুম শাসি হায়দুনা নুংক্তিগী তকসিল্লি। মনেম্নদি মপুরোইবনা শারম্বা য়ুমদু মা লৈরিবা মখৈদি শিদোকপা পাম্নমদে অদুবু মচা-মমৌগী অপাম্বদদি অয়েংপা পীদরে। য়ুমদু মনীঙলোম্নদগী শিদোক্তুনা শাবা হৌরক্লে। য়ুমজাও অসিদনি মপুরোইবা,

মনেম্বোক মকুবোক মথং-মথং শিখিবদো পুন্নমক ঙরাংদা থোকখিবগুম নীংশিংলকই।

লৈখমতোন্না মতম পুন্নমক্তা মচা-মমৌশিংগী অপাম্বদা ফনা য়ানীংদবা লৈরবসু মখোয়গী মনীঙ থুংজসনু হায়দুনা য়েংতনা লাকখিবনি অদুবু হন্দক্কী মতাংসিদি ফনা কন্না হায়রবসু য়াবা ঙন্নোয়দৌরী।

মমৌনুপীনা নারিবা মনেমগী নাক্তা চংলক্তুনা হায়রে,

"ইমা অমনবা ভেন্দু য়োম্বোকখ্রসি, মফমসু য়ান্না চিল্লি। হৌজিকপু কনানা গাড়ীসি থৌখিগদগে?"

মনেমনা ইঙক ঙকনা মমৌদা য়েংখৎলকই। গাড়ীসিগী ব্বারী-ব্বাখোং পুন্নমক মহাকসু খঙলিবনি। গাড়ী অসিগী মপান্ননি মচাবু ডাক্তর তমহল্লকখিবা, ডাক্তর ওইহল্লকখিবা। অদুগা ঙসিনা য়োম্লোকখ্রসি নত্রগা মচানুপীগী মনাক্তা থমখ্রসি হায়বা! মনেমগী খুমদবা মতৌদুদা মমৌনুপীনা মখা তারকই,

"য়ারবা নত্রা ইমা?"

"নিংথেমগদি তান্নরবরা?"

"তান্নদে মানসু করিগী য়ারোইদৌরিবনো? ইমানা থৌবা য়ারিভঁদা থৌবা-য়াবমখৈসু থৌনরে হৌজিক্তি কনানা থৌবীরুনি। ভেন য়োম্বোকখি-বগী পৈশাদু ঐখোয় লৌজরোই ইমা অদুম পায়সিনবীয়ু।"

লৈখমতোন খাঙবা য়ারক্তে। মমৌদা শংত্রিক য়েংলকই অদুগা মখা তারকই,

"ঐনা পৈশা পাম্বগীরা গাড়ী য়োনগদৌরিবসে?"

"নত্রগসু গাড়ীদি য়োম্বোকখিবা তাই, য়ুম শাবগী পোৎচৈ ময়ামসিফাও থম্ফম লৈতে।"

"অদুবু ঐনা অরোইবা ওইনা হায়রিবসিনি। গাড়ীসি য়োনবা য়াদে। মসি ঐগী য়াথংনি।"

মমৌনুপীদু ফেৎ হায়দোক্লগা শাওনা চৎখি। ব্বাফমসি নিংথেম খঙদে। অদুবু মাগী নুপীনদি কপঙাং-কপঙাং য়াম্না ঙাংই। অহিংচুম্পদুমা তুমদনা ঙংনখি। মপাম চৎপগী ব্বা ফাওবা য়ৌনখি।

নিংথেম্না মাগী নুপীগী ব্বাকৎ পুন্নমক্তু তারগা ইরাই লায়না খুমদোরকই,

"ঐগী পুন্সিদা ইমানা য়াদবা থবক অমত্তা তৌবা ঙন্নোয়। ইমাসে নৌনা লুখ্রা ওইদুনা অব্বাবা কয়া খাঙলক্লবনি। নহাকতৌনা মমা-মপানা

কৈরাক থানা হৌরকপা নত্তে। নুপাশিংনা নুপী থিরগা মখোয়বু শেম্বীরকপা মমা-মপাবু মীরায়দুনা. অফ-ফত্তা খঙদনা নুপী খক্তগী ওইখিবসে ঐহাক পামদে। ডাক্তরগী ইথিক্সতা মীওইববু, তোল্ল-তারবশিংবু. অনাববু, তাথি তাওইনা তৌ হায়বা য়াওদবনি। নহাকসু ডাক্তর অমনি,অফ-ফত্তা পুন্নমক মুন্না খঙলিবনি। অদুনা নঙগী খোঙথাংদো থাংদোক্ত্রিঙৈদা মুন্না খনখো। য়ুম্সি থাদোক্তুনা চৎপু-চৎল্লবদি ঐনা নঙবু কৌবা লাক্কনি হায়বগী ৱাদি নপুন্সিদা খল্লুরনু। ঙসি ফাওবদা ঐখোয়গী অপাম্বদা ইমানা য়ানীংদবা কয়া লৈরবসু য়েৎতবনি হায়বসে ঐনদি খঙলগা নঙনদি খঙবা করিগী ঙমদ্রিবনো?।"

নুমিত্তো মতৈ-মনাও মখুৎ য়াওদ্রবসু খরদি লাওনখি. অহিং অথেংবা ফাওবা ঙংনখি।

নোংঙাল্লকপদা অনাবা মমাগী মনাক্তা নিংথেম চঙ্লুবদা ফমুংদা মমা লৈরমদে। কোয়কৌ কৌনৈ-কোয়থি থিনৈ। মচন্নুপীগী ময়ুমদা মমাবু লাকপরা হঙ্হল্লুই। লাক্তে হায়দুনা মচন্নুপী পাখৎনা চেল্লকই। অয়ুক্তগী থিবদুনা নুমিদাংৱাইরম ফাওবা থীবা খঙলক্ত্রে। নিংথেম নীংঙমদবা অসুম-অসুম হেঞ্জিল্লকই, নুংশা থিজিল্লকই। মমাবু কদাইদা লৈরমগদগে ৱাখল তৌই। কোন্নথংদা জ্ঞান লাকপগুম মমাঙ শঙ্গোয়দা মখুম কুপ্সিন্দুনা থল্লিবা ভেন্দুগী ফিদু হায়দোক্লুবদা মনীঙগী সিটতা মমানা তুমদুনা লৈরিবদু উরকই। নিংথেমনা নুংশা থিনা থোঙ হাংদোক্তুনা মমাবু কৌদুনা কোনখৎলুবা মিৎকুপ্তদি শিদুনা লৈরম্লে। মমাগী মিৎলুদা পি কংশিনবগী মফম লৈরম্মী। হকচাং ফোং-ফোং শারম্মী। মিহুন লেপখিবদা ঙাইরল্লি। নিংথেম খাঙবা ঙমখিদ্রে। অরোইবা মিকুপসিদা মমাবু চেৎনা কোনখিবদগী থাদোক্লকখিদ্রে। ○

# অথেংবদা অতিথি

থাইবেম্মা ঙসাইদগী খুজিলবু ফেংবনে, খুনীংবু তকপনে কাদুদা কেরক্লিবা ফনা কুইরে। মশমদুসু তেন্ত্রিক তেন্নো কক্ই অদুগা হেননা তৈশিন্দুনা মশম পুম্বা ঙাংশঙ ঙাংহল্লি। কুচুদুনা খরা ঙৌরবদি ওম্থোক্লা পকচগদবনি অদুবু লৈশক্কা লৈচুগা চুনদেদা হায়বদু থোকই। রাশিবুদি মতেক অমত্তং য়াওই, মদুমক য়াওরমদ্রবদি ফনা লুনি। টেপ্পু হৌনা থাগৎলগা ঈশৈদুগী সুরগা চান্ননা ঙংই। ঈশৈ ঙংনা-ঙংনা মিংশেল মমাঙদা শমগী ষ্টাইল হোং-হোংদুনা হাৎলি। মনম্মনা কাদুদা চঙলক্লগা

"চা লৈরে।"

"অং!" মমায় লৈথোরক্কে।

"কদাই চত্তোইনো অসূক ঙন্না ?"

"থব্ক অরুবা অমা লৈ।"

"হৌজিকপু করম্বা অরুবা ! পরীক্ষাগী রুতিন পীরবা নত্রো?"

"পীরে।"

"অদুগা প্রোগ্রাম থান-থানদুনা কোইদুনা লৈরে নত্রদো?"

"ইনম্মদা কনানা হায়রিবা?" খোলদু কনখৎলকই।

"নঙগী নত্তৌদুদনি। পরীক্ষাদা নুঙাইবসে অখঙবা অফাবা পাড়া য়াওরকপদনি। পাদ্রগা মী কোইরুপ-কোইরুপ য়েংবা অদুনদি অফবা ওইরক্কনি খল্লুনু। নবুংসু পোস্তিংদা লৈখি। ঘ্বারকপীনবা লৈতে হায়দুনা ষন খৌরি থাদোকপগুম, পংচৎ-চৎপসে ফত্তে। চৎলু-কোইযু ঙাওশিন্নৌ অদুবু অঙাং পোকলমদাইদদি নুপানা পোক্কে; নুপীনা পোকই অসিমতং

কাউগনু।" শাংনা হায়রমদে খরদু হায়রল্লগা ফৎ থোকখ্রে। থাইবেম্মা তুমিন লৈহৌই। খুমফম খঙদে। অকোনবগী ব্রাহৈদু করিনোমা ফাওই। ঈশৈ শক্তুনা টেপ্তুগী মমাঙদা চোঙবা লেম্পী। শ্বর শাংনা হোল্লগা ফমুংদা ফমথৈ। ফম্না-ফম্না চাদু থরুগা ব্রাখল তৌই অদুবু কুইদে ঘড়ি য়েংলগা ফুক হৌগৎতুনা বেগতু পায়শিল্লগা থোক্লক্লে।

সিনেমা হোলদনি। থাইবেম্মনা মাগী বোইফ্রেন্দ পামহৈবগা য়াম্না নকশিন্ননা ফম্মী। নুপাদুগী মকোক্তু মানা ফল্লিবা শিৎতুদা ঙহাক্তা লৈতে। থাইবেম্মগী লেংজুম ময়াদা শুরু-শুরু নৈশিন্দুনা লৈ। থাইবেম্মনা ফনা ইন্থোকই অদুবু চত্তে। মখোয় ব্রারীদা সিনেমা য়েংবা চংদে। নাক-য়েত্তা মী লৈ হায়বা কাউথোকই। চাউখ্রবা হোলদু মখোয় অনীখক্তগীনি হায়বগা চপ মান্নে। অচাপোৎ খরসু চাগুম তৌই। সিনেমা লোইরগা হৌগৎতুনা শৎ চৎখি। তুংদা ফম্বা মৌ মীয়াই চনবা অমনদি নুপীদুবু তান্ন-তান্নদুনা য়েংহৌই। অদুগা মথন্তা মুরুম-মুরুম শোল্লদুনা হায়,

"মশকসিগা, মরমচৎসিগা, সিনেমা হোলসিবু মখোইগী ফমুং থাবা রেস্টুরেন্ট ওইরবোই খল্লবরা করিনো? ইচা লৈশাবীসু হৌরক্লি, ঐখোয় ইবেম্মসু মখোয়দৌনা তৌরমগদরা? য়ুম হেক য়ৌবগা চৈরুখিগে, কলেজ চৎলিবনি হায়দুনা চৎখ্রগা অসুন্না তৌরমগদরা?"।

নুপীদু লৈতাদে ময়ুম য়ৌনীংবনা লাংতক্লে। মাগা লাকমিন্নবা মনে রাধাবু চিংবোই-করিবোই তৌদুনা হাথু-হাথু লাক্লে। অদুবু ময়ুম য়ৌবা মতমদদি চৈবা ঙমদরে। মচানুপীনা ইংখোলদা হৌরিবা য়েন্থং-নাপীশিংদু ঈশিং চাইদুনা লৈরম্মী। লোইরগা লাইরিক শঙদা চংদুনা লাইরিক পাখরে অদুগা মচানুপানা মাগী কাদা ফাইল অমা ফাক্তুনা চে-চাং শূরি। কাদুদা তুমিন চঙলগা তুমিন থোক্লকপদুদা মচানুপানা নোক্তুনা হায়রকই,

"ইমা সিনেমা নুঙাইরকপরা?"

"খঙদেদা নুঙাইফমগা খঙদে।"

" হায়মা সিনেমাদুদি অদুম নুঙাইদাইনে, ব্রারীদু ফজদরো?।"

"ফজে" মখা তারমদনা কাদুদগী থোরক্লে।

লৈকাইগী চেরিতীনি। মচাখৈদি হান্না য়েংলুরে হায়দুনা য়েংবিনীংঙাই লৈতবদগী টিকেটতু পাম্মুদুনা য়েংলুবনি। থোইনা সিনেমা য়েংগনবা মী নত্তে অদুবু ঙসিদি ওন্থোক্লা হৈনীংদবা অমা পোক্লকই।

থাইবেম্মা নুমিত্তুদা মনম্মনা হায়খিবা ৱাদু কাউবা ঙমদে নুপাগী লমচৎশিংগী মরমদা নৈনরকই অদুগা অমুক নুপীশিংগী লমচৎসু। মাগী মমান্নবী লল্লৈমদি নোংমতা রেস্টুরেন্ট চঙসি য়াদে. সিনেমাসু কয়া য়েংগন্দে। মদুমক্তা রোমেশকা কাইনবসু তৌদে. পংচা চাবা পংকোই-কোইবা তৌদে। ইনাকখুনবা ইমুংগী মচা নত্তে অদুবু শেত্তোক চাথোরকপদদি ইপক্তা-পকচৈ। অদুগা মাদি নোংমতা লাইরিক খোইজংনা পানীংনা পাবা য়াওখিদে। পরীক্ষা খুদিংদা চি লাওনা পাস তৌরকপা ঙাক্তনি।

চহী চুপ্পা প্রাইবেৎ তমদুনতা লাকই অদুবু মার্কতি থক ৱাঙখৎলকপা লৈতে। ঙসিদি করি খল্লক্লবনো লাইরিক পানীংবগী ইহুল লাকই। মনম্মা লাইরিক হৈ হায়বা খঙই অদুবু মানা উশিত্তে. শিংথানবীদে. অরাম্পা খুঙ্গংগী চিদাই অমদগী লাকপা মানবু কয়াম হৈজরমগবনো খল্লি. অদুনা মপানা মনম্মগা তান্নৌ হায়বা ৱাদু মনাদা হাপতে। অদুবু ঙসিদি কলম্বসনা অমেরিকা পুথোকপদা মমান্নবা ময়ামনা উশিৎপিদবগী ৱারীদু ওঝানা লীরকপদা মনম্মবু নীংশিংলকই। অফূৎপা য়েরুম্না করিগুম্বা ঙাকলৌ অমত্তা য়াওদনা টেবলদা লেপহনবা ঙমগদরা হায়না কলম্বসনা হায়রকপদা মাগী মরুপ পুন্নমক্তা,"লেট মি ট্রাই" হায়দুনা হোৎনখি অদুবু কনামতনা ঙমখিদে। কলম্বসনা য়েরুমগী অতুম্বা মনীংগী শরুক্তু টেবলদা খজিক্তং শুরগা লেপহনখি। মদুদা ময়াম্না খুবাক খুরদুনা হায়রকখি. অদুম্না তৌরবদি মখোয়সু হৈনিনা ইরাই লাইবদুবো হায়না। কলম্বসনা মোমোন নোক্লদুনা খুম্মী."অসুম্বাইনা ঐহাক্তা অমেরিকা পুথোকখিবনি।"

ৱারীদু থাইবেম্মদা ময়াক লৈখি। মাগী অশোনবা সবজেক্টু মনম্মনা মমুৎ তানা তাক্লকপদুদা থাইবেম্মা হেক্তা ঙকখ্রে। কলেজ অমদি ট্যুসনগী ওঝানা তাক্লকপদগী শরুক য়াম্না হেনখরে। হেন্না পানীংবগী ইহুল ফাওরে। চহীগী পরীক্ষাদা থাক ৱাঙখৎনা পাস তৌরে। মচন-মনীনি হান্নদগী য়াম্না নুংশিনরে। খাইবুং-খাইবুং তৌরম্বদু ঈংনা তপ্না পানবা ইমুং ওইরক্রে।

অঙাওবা ৱাখলনা ইংথরকপদা. পুক্লিংনা থম্মোয়না লৈতারকপদা অকনবা নোংলৈ-নুংশিৎ অমা খাঙক্রম খঙদনা থাইবেম্মগী থম্মোয়দা শিংলক্রে। নোংলৈ-নুংশিৎ অসিবু করম্বা মতমদা লেপহনখিগদগে।

থাইবেম্মা নুংশা-থিবা অসুম-অসুম হেনগৎলকই। মরমদি মাগী থাগী খোংকাপ লেপখ্রে. থা হেন্দোকখ্রে। ব্রাফমসিবু মহাক কনাগা তান্নসিগে মপাগা মমাগসু বৃন্দাবন চৎখিবদগী হল্লক্তি। থা অনীরোম চঙনা খা ভারত কোয়রক্কনি হায়রি। থৌদোক অসি থাইবেম্মা কনাসু খঙহন্নীংদে। অদুনা মীরৈবাক্তা লাইরিক তম্বা চৎখিবা পামহৈববু থোরক্তবা য়াদে হায়দুনা হন্না-হন্না চিঠি থাখ্রে।

কালেন ছুটী থারকপগা মপা চান্ননা পামহৈবা ইম্ফাল থোরক্লে হেক থোরকপগা থাইবেম্মা উনদুনা ব্রারম পুন্নমক তারবা মতুংদা ইরাই লাইনা হায়দোরকই, "ঐনা নঙোন্দা থবক অদু চৎথখ্রে অদুবু মতুংদদি প্রোব্লেম অমত্তা থোকহল্লরোই। সাইন্সনা অসুক খুমাঙ চাওশিল্লবসিদা করি ব্রানীংঙাই লৈবগে? ডাক্তরদা চৎলগা শৎ লৌথোক্লুরগা লোইরে, নুমিৎ অমা হেক্তা হায়য়ু"।

অসুক লায়বা পাউখুম খুন্নক্কনি হায়বসে থাইবেম্মনা থাজরুদে। মাদি চেল্লগে হায়দুনা থৌরাং তৌরগা থোরক্লবনি। মাগী থৌরাংদুবু ফাগী তাহল্লগা কয়াদা লায়না মাদি লাইরিক তম্বা লোইদ্রিফাউবা নুপী থিখিরোই হায়না মশা নাম্বোরক্লি।

থাইবেম্মা ইকাই নুংশি য়ান্নে, মাতনা তৌঙম্বী ওইদুনা মশা লাম্বোক্লুবদু মঙাই। নুপাদদি দাগফম অমত্তা লৈহৌদবা য়াই অদুবু মঙোন্দদি নাম্বোকপা য়াররোইদবা দাকফমনি লৈহৌগদৌরিবদু। থাইবেম্মা ফ্রং লাওনা শাওগৎলকই, "নঙগীদুদি ঐবু শিজখ্রো হায়বনিনে, নঙদি ইরাই লায়না পোৎলুমসিদগী নাম্বোকখিবা য়াই অদুবু ঐদি নুপীনি ফরে, নঙনবু অদু য়ৌরবদি, শাওনীংখিবনা মশাদু থক-থক নিকই। ময়ুম য়ৌরগা লোন্না কয়া কপখি, অহিং কয়া কপখি। ব্রাফমসি মহাকনা কনাসু খঙহনবা পামখিদবনা শাওনীংবা কোঙ্গাই লৈরবসু খা চিক্লুনা খাংবো নত্তনা করিসু উপাই লৈখিদে। পামহৈকনা মিনুংশি চাউবা শাদুনা মশাগীতা য়েংলগা অঙাংদু লৌথোকপা পামখি। থাইবেম্মসু য়ানীংদনা য়াবা তাখি অদুবু মদুদা কাইখিবা থম্মোয় অদুদি পুন্সিদা থক তাইসিনবা ঙম্লরোই।

থাইবেম্মা স্টাদিদা মায় ওন্সিল্লকই, মাগী পোথাফম লাইরিক্লা ওইরকই। অহিং কয়াগী পিরাংশিংদো অহিংবা ওল্লকই। মথং-মথং পরীক্ষা হায়দোরকই, এম এ লোইশিল্লকই, ডোক্টরেট ফংলকই। ওঝাগী ইন্টরভিয়ুদা হৌজিক কলেজকী ওঝা ওইরে। থবক ফংবগী নুংঙাইবদি

ফাওই অদুবু হৈনীংবা পুন্নমক্তি মাংখ্রবগুম তৌই। মাগী অসুন্না খংহো
হোংলকপা ফিভমসিদা মনম্মনা চিংনবদি ফাওই অদুবু হংলুরবসু করিসু
তৌদে হায়বা অতেনবা পাউখুমসি নত্তনা করিসু ফংদে। মাগী মৈচাক
হায়ববু পামহৈবনা মাবু মী ওইনা খল্লমদবসে থম্মোয় শোক্না ঝারৌই।
মাগী অশোকপা মফমদা থুম চাইশিল্লদুনা মমাঙ মক্তদা তৌগে মতাগুম
মশুং-মমান্নবী অমবু চেন্দুনা লুহোংখিবসিনি। অদুবু কৈদৌনা মাবু
তান্নরুদগে। মীনা শা ওল্লকপবু অঙকপা ওইবরা. ফৈ মা নুঙাইজসনু।

নুমিৎ-থাগী খোঙচৎতি নোংমতসু ছুটি থাদবনিনা অসুম-অসুম চৎখি হৌখি লেপ্পাইদ্রবা খোঙচৎ অমদা। থাইবেম্মগী মমা অহল. ওইশিল্লক্লে অদুনা মচানুপীগী মফম অমা খঙনীংলকই অদুবু মচানুপীনা লুহোংলরোই হায়দুনা শিখাং-খাউলকপসিদা তৌফম খঙলক্তে। ঝাখলনা মরম ওইদুনা মমানা নাশিল্লকপসিদা তঙাইফদনা লুহোংবা তাখি। লুহোংদ্রিঙৈ মমাঙদা থাইবেম্মনা নুপাদু অমুক্তং উননীংখি. পাউ চেনখি। মঙোন্দা মাগী ঝারী পুম্বা খঙহন্নীংখি অদুবু বর ওইগদৌবা নুপাদুদি লাকখিদরে।

লুহোংবা নুমিৎকী নুমিদাংনি। থাইবেম্মা ফমুং মচি অমদা শকখঙদবা মী অমা থুংলবগুম ফল্লি। উন তারবা নীংথমথাগী নুমিদাং অদুদা থাইবেম্মদি হুমাং কাংলি। মাগী থম্মোয়দা মৈগী নুংশিৎ শিৎলি মদুগী ইনিলদুনা মায়থোংদা হুমাং কারক্লি। করি হান্না ঝাহৌসিগে. করি হায়সিগে হায়না থম্মোয়দা কন্না লান শোক্লরি। লালক্তুদা থোঙ গে লাওনা হাংদোরকই। খঙপ্রেক-খঙনা ফূক হৌগৎলি। ঝাঙ চাওরবা মপুরোইবদু নোমহৌ-নামহৌ মঙোন তমনা চংশিল্লক্লি। ফোটোদগী হেন্না অমুক্তসু উখিদ্রিবা নুপাদুগী মমাংদা মহাক কল্লাক নিরুপ তৌনা লেপ্লি। মাগী মতৌদ ঙাইহাক য়েংলগা অমোবনা হায়রকই।

"ঈংদ্রা নহাকপো?. মৈফূসিদি মথন্তা নাইতোম তারেনা"।

থাইবেম্মা হৌজিক্তদা নীংশিংলকই ঙসাই মচন্নুপীনা ঈংগনি হায়দুনা মৈফূ থল্লম্মনি। হৌজিক্তদা উরকই ঙাঙলবা মৈফূগী মৈতালদু তপ্না-তপ্না লোথরম্লে। অদুবু থাইবেম্মগী থবাক্তা হুল্লিবা মিহুলদুদি মহাক্তনা খঙগনি।

লেপ্তুনা লৈরিবা মহাকপু অমোবনা তপ্না ফমুংদা চিংশিনবীরদুনা ফমহল্লে, মাসু ফম্লে অদুগা হায়রকই.

"নঙনা ঐবু অমুক্তং উন্নসি হায়দুনা পাউ চেল্লকপদা ঐনা

লাকখিদবগী মরম খঙবরা?"।

"খঙদে। ঐবু উননীংদবা ওইরম্বা য়াই"।

"নত্তে. নঙগী ৱারী পুন্নমক খঙ্লুবদগী উনদ্রসু য়ারে খল্লুবনি।"

"ঐগী করি ৱারী"। পাখৎপগী মতৌদু খঙখিদনবা ফাজিল্লগা হায়রকই।

"পামহৈবা ঐগী ক্লাসমেট ওইরম্মী. মঙোন্দগী ৱারী পুম্বা খঙবনি। থৌদোক্তু থোকখ্রবতুংদা নঙোন্দা করি চৈনা ফাওরমগদগে হায়বদু ঐ খঙই। অদুমক্তা ওইরম্বা য়াই নুপা হায়বা জাৎসে থাজখিদদুনা নঙনা পুন্সিচুপ্পা লুহোংলরোই হায়দুনা ফিরেপ লৌরকপা। অদুবু ঐহাক্তি উফুল্লক্তা চোইনা তারবা লৈকা কেল্লবা লৈবু নোইহৎপা পাম্বা ডাক্তর নত্তে। নহাকপু খঙনা-খঙনা লুহোংবগী অয়াবা ইমাদা পীখিবনি।"

থাইবেম্মগী মমায়দা ফৃং লাওনা কারম্বা হুমাংগী ঈরিকশিং অদু তপ্না-তপ্না ঈংথখরে। অশাংবা শ্বর মপী অমা চনীং তানা হোল্লদুনা ডাক্তরগী মায়থোং তন্না তপ্না-তপ্না য়েংখৎলকই। ঙাংনীংবা, হায়নীংবা ৱা কয়া থম্মোয়দদি হায়রগা চীনবান্দদি য়ৌবা ঙমদদুনা থক-খা চীকশিন্নবদু ডাক্তর অমোবনা মচী লেংহনখিদরে। ঙালম্বা বল্বনা তপ্না-তপ্না ৱারী পুম্বা খঙলবগুম মমশিনখরে। ○

# হন্দোক্লবা বর

"ইমা, নচানা খুরুমজরি। চাম্মরক হন্না শিরবসু চাম্মরক হন্না পোক্লকখিগে ইমা নঙগী গর্ভন্নুংদা।"

"মদুমক ওইজৌ, ইমাগী ইবুংঙো মঙ্গল ওইয়ু।"

মচাদা বর পীদুনা চৎহনখি হরাও-হরাও খাম্বা য়াররোইদবা মচাগী ম্বাখলদা মমানা থৌনা হাপখি, অঙাঙবা শিন্দুর নম্বীখি।

চহী কয়া হৌখি পাউ লৌবা লেপ্তে। লেপ্তবতা নত্তে মতেংসু পাংঙি। অহল ওইজরবস্নু। অদুবু ঙসিদি মচাগীদমক্তা শিবা চত্তবা খজনা মতেং পাংলম্বদু পাংবা য়াদরে। মচাবু মনাক্তা হল্লকহল্লীংলে। থৌনা মাংখিবগী নত্তে, মচাখক্তবু নুংশিবগীসু নত্তে। মহাক্না খনখিবা, মচানা খনখিবা ম্বাখলদু ঙসিগী ওইরক্লিবা ফিভমসিদদি ওইরম্লোর। মচানা খনুখিবা নোংদোল তম্বগী পান্দমদু ঙসিদি পাম্মোমগা-পাম্মোমগা ঙানরগা কাপ্লবা তারে অদুনা মচাবু কৌথোক্তবা য়াদরে। অদুনা অঙৌবক্ন চেবাংদা মাগী খুৎকী ময়েক তাখরে,

**ইমাগী ইবুংঙো,**

নহাক ইমাগী মাক্তা লাক্লো। নপাগী লৌরি য়ুম্ফমদা অরোয়বা শ্বর হোল্লরো। ইমানা পীখিবা বরদি নখোয় মশেল পুন্সিন্নরগা থল্লায়বু খুবাক্তা হাপ্লগা নরৈবাক্কীদমক্তা অরোয়বা শ্বর হোল্লু হায়খিবনি। নখোয় মশেলগী মরক্তা মচেং কয়া খোক্লা খারদোক্লরগা ঈখেং তান্নদুনা শেন্দ্মন লম্বী ওম্মোকপদি ইমানা পামদে। মীপুম পুদিংমক্লা নুংশিনা শোন্নবগী মহুৎতা শাপ ফংবা, নখোয়বু উবদা মিহুল থগৎতুনা শিবা, চৌক্রীদা ফম্বা ঙম্নদবদুদি ইমাদি পামদে।

মীপুম খুদিংমক্তা নুংশিনা শোন্নবগী মহুৎতা য়েক্লবা ওইনা উহনবদুদনি ইমাগী থম্মোয় মচেৎ তানা কায়রিবা। কাউরবরা ইমাগী ইবুংঙো নহাক্তা তুরেল লাল্লগা চেল্লকপদা ফি হোংদোকপা নংদনা অহল-ওইরবী নুপীদুনা নঙবু কোল্লগা তুমিন্নখি। মশূনুপী লল্লানবীদুনা মঙক্তো শিবা সনাগী লিক হুক্তুনা পীরক্লগা নহাক্তা মফমদুদগী নাম্থোরক্তুনা নঙগী পম্খুংফম তান্না চৎখি অদুবু ঙসি নঙনা থুংলু-থুংলুবা মফমশিংদা মহৌশাগী নুংশিবদো নৎত্রে হায়রকখিবদো ইমানা কাউদে অদুনা ইমাগী ইবুংঙো চিঠিসিনা হেক ফংবগা ইমাগী নাক্তা খোঙশাল্লক্লো। ইমানা পীখিবা বরদু হন্দোক্লবনি।

ইচা লাকপা ঙাইরিবী

**নহাক্কী নমা**

নোংথাঙ লৈমা।○

# হৈনৌবন

নম্বোলদা লৈবা ঐখোয়গী ইংখোলদু অসুক্কী মতীক চাউই। ঐনা খাইদগী পাম্বা হৈশি হৈনৌনি। অদুনা ঐহাক্না মীগী ময়ুমদা চৎপদা ইংখোলদা করি হৌরিবগে হায়দুনা কোয়েং য়েংবসি অঙাং ওইরিঙৈদগী হৈনবী ওইদুনা লাকই। কনাগুম্বা মরুপ-মপাং, ইমুং-মনুং, কৈরোই-লৈকায়না করিগুম্বদা হৈনৌ অমুনবা চাও হায়দুনা পীরক্লবদি ঐনা মরুদু শুঙমাং- মাংহন্দে, য়ুমদা পুরক্লগা মদু হান্না হেক্তা থাজিল্লি । হৈ-পাম্বী ফনা য়াম্লে ঐনা থারিবা। ইংখোলদগী হৈকোলনা হেন্না পাম্মী। লৈদি অমা-অনী থাবদগী হেন্না থাদে।

ঐগী হৈকোলগী মনুংদা হৌরিবা হৈনৌগী মখলসে কুম্ত্রাগী মথক্তি। নেম্না-নেম্না হৈনৌ চরোং-চরোং পানবদুনি ঐনা য়াম্না নুংঙাইজরিবা। হৈনৌ পাম্বীনা পরেং-পরেং জুম-জুম লাউনা পানবদুদনি ঐনা য়েংবগী পেনবা নাইদ্রিবা। হৌরিবা হৈনৌ ময়ামশিংসি উরগা মীয়াম্না ঋতুগী হৈনৌবন হায়না খঙনখ্রে। ফজরবা হৈনৌবনসি ওইনবা হোৎনবদা বাবাগী-ইমাগী মতেং য়াওদে হায়বা য়ারোই। অহানবদদি ঐবু চৈবদমক থংলম্বনি অদুবু হৌজিক্তি মখোয়নবু হেন্না থব্রায় য়াওবীরে। ঐনা কয়াগী মতীক হৈনৌ পাম্বীদা ঙাওজবগে হায়ববু পীক্লিবা হৈনৌ পাম্বীগী মখোঙদা ছাত্তিন খল্লগা লাইরিক পারিবনি। ঐনা নোংম-নোংমগী হম-হম চাওখৎলকপগা লোয়ননা হৈনৌ পাম্বীসু চাওখৎলকই। ঐখোয় অনী লমজেন চেনম্নিনবগুমই। হৈনৌনা শারেপ ফারকলবদা হৈনৌবনগী ময়াইদা পে

মানবা ইনা কুম্পা রানা মখাও এইরগা পোথাশঙ অমা শাহল্লে। মদুদা টেবল মচা অমগা ফান্সাং অমগা থাই। ইংখোলগী অকোয়বদু য়োৎলি-তারানা রাঙনা খাজিল্লি। হৈনৌবনগী ফজবদু অচৎ অওংনা উরবসু মনং চঙ্গবদি ঙম্লমদে। ঐহাক স্কুল কারমদাই. কুম্লকপা খুদিংগী হৈনৌবন চঙ্গলমদবা য়াওদে। হৈনৌবন্দা হৈনৌখক্তা নত্তে হৌরিবা নাসপাতি. হৈখা. চুম্রে.মালহৈ.হৈনাং. চম্প্রানচিংবসু হৌই। হৈনৌনা মশিং য়াম্না হেল্লি হায়বগী রানি। অহানবদদি হৈনৌশিংদু য়ুল্লোন্নবতা নত্তনা লৈবাক লান্না য়োল্লম্মী। হৈনৌ চাবা লাকপশিংসু পেন্না চারগা খাউ-খাউসু অমুক পুখ্রিবনি। অদুবু ইমা নাবা কুমদুদি পৈশা খরা রাখি। হৈনৌ মুনলকপা মতম থোক্কুনা হৈনৌ য়োন্দুনা লায়েংবদা মতেং ফনা-য়াম্না পাংখি। মথংগী চহীদদি হৈনৌ লৈগে হায়না লাকপা মী ফনা য়াম্না য়ামখি। নোংমগী থুমোক অচৌবা অমমম য়োনখি। পৈশাগা খুৎশিন্নবনিনা রাখলসু য়াম্না নুংঙাইখি। নৌনা ইচাগী মপান চারে হায়দুনা ইমানা য়াম্না থাগৎপিখি। হৈনৌদা নত্তে য়োল্লিবা মতম-মতমগী হৈ-রা হৈনৌবন্দা হৌরিবশিং মতম চানা-চানা য়োল্লে। হৈনৌবন অসুক্কী মতিক পুক্লিং হুনা ফজরে। হৈনৌবনগী অরাঙ থংবা সরুক্তা খুনুবন অমা শারে। হৈনৌনা মপাল শারকপা, হৈখা, মালহৈ. চুম্রেগী মপালনা পুমঙৌ-ঙৌরকপা মতমদা খোইমু-খোইরেন কয়ানা কোইঙং-ঙংনা পাইদুনা খোইহি চুম্পা, লৈরাংগী লৈরিক্তা খোইমুনা লৈকা থুন্না থিংজিনখিবদু উবদা চৈনা ফাওরমগদবোই নীংই থম্বালগী লৈরিক্তা খোইমুগী খোঙ্গুল তাদ্রবদি থমচেৎ মরু চঙদনা কেল্লি হায়। হৈনৌবনগী পোথাশঙদুদা ফম্না-ফম্না লাইরিক পানা-পানা হৈরাং-লৈরাংগা খোইমুশিংগা লৈনরিবা মরীদু উনা-উনা য়েংনা-য়েংনা লৈরিঙৈদা লৈহাও মনানা শারৈ কোল্লগা য়োমসিনবা লৈহাও ময়োম অমা পুপ লাওনা ঐগী ইমাঙদা তারকপদা খঙ্গপ্রেক খংই। য়োমশিল্লিবা ময়োমদু লৌথোক্লুবদা লৈহাও অনীখক ওইরম্মী। অঙাংবা মচুগী তখেললৈহাও নত্তে হৈনৌ অমুনবা মচুগী লৈহাওদুনি। লৈহাওদু অপীকপা মনা অমমমসু পাল্লি। য়েংবদা ওম্লোকনা ফজৈ। লৈগী মরক্তা ঐনা খাইদগী পামজবসি লৈহাওনি। লৈহাওদুদা ঙহাক তুমিন্না য়েংদুনা লৈরিঙৈদা অতোম্পা শারৈনা কোনবা লৈহাও অমসু পুপ লাউনা ঐগী খুত্তা পাল্লকই। মীনা থওইনা লংলকপা লৈহাওনি। ঐগী মিহুল অরাংবীদু ফ্রং লাওনা কাঙলকই। ফুক হৌগত্তুনা লৈহাওনা লাক্কদবা মায়কৈরোমদা হায়রপ লাকশিল্লগা য়োৎলি-তারা খারিবা অদোমদা চঙশিল্লকই। খোংবান

উরকই। ঐনা চঙশিন্দুনা হুরানবা ফারবগী মওংদা চৈরকই.

"কৈকান ঙাওশিন্নরিনো, ঙাওশিন্নফম ইরৈ-লৈত্রদৌনা? অঙাং মচাদৌনা লৈহাও থোম্বী শান্নরিনিনে।" মহাক হৌগৎলকখি। ঐবু তমনা য়েংলকখি নোকমি-নোকমি। ঐ খঙ্ঙ্রেক খংই, থম্মোয়সিদা কনানো অমনা লৈতুম অমা থোমলকপদু মঙাই। মাগী মীৎনা ঐগী মীৎ মনুংদা চংখিবদো ঐ তৌফম খঙ্খিদে। শোর্ত ওইবা ইলেক্ত্রিক তারাদা থেংবদা চিং লাওবদুগা মান্নখি। ঐ চেম্মোক্লুরগা ৱা ঙাংবা থোকখিদ্রে। অদুক থৌনা লৈবা ঐসে। ঈরোইবদা, উ-কাবদা, লৈপাক তৌবদা, ঈশিং হোনবদা, শিং খায়বদা চোকথবা নাইদবা ঐসে ঙসিদি করিগী মিকুপসিদা ৱা ঙাংবা থোক্তনা চোকথরিবা। মিকুপ্তুগী ৱাহং মানা লায়না ফাখরে।

"হৈনৌবনসে য়াম্না ফজে। ঐহাক নুংতিগী নখোইগী হৈনৌবনসে য়েংবা লাকই।"

"ঐদি অমুক্তা উদেনা।" মানা ৱা ঙাংলকপদুদা থৌনা লাকই।

"নঙদি অমুক্তসু লম্বী চৎপা মী য়েংসু-য়েংদনা।"

"অং অদুবুদি চুম্মী।"

"লৈহাওদু নঙগীনি, ঐখোয়দগী হেকলকপনি।"

"ঐনা লৈহাও পাম্মী হায়বদি করম্না খঙলিবা?।"

"মীগী থম্মোয় খঙবা ঐগী থম্মোয় অমা পাল্লি।"

"ও!, থম্মোয় মশক য়াম্না খঙগনবা থম্মোয়নিনে।"

মহাক নোক্লকই। মখাদি তারকত্রে, ঐনসু তাল্লুদ্রে। অদুবু চৎলমদাইদা হায়রম্মী,

"লৈহাও পীবদো শাওনীংদরেকো?।"

"খঙদে!।" ঐনা হাথু-হাথু পাউখুম পীখি।

মহাক চৎখ্রে শুপ্নতংগী চৎলগেদমক হায়রল্লগা অদুবু ঐগী মিৎ অনীসিনদি মাগী তুংদা কোইতান তান্নদুনা য়েংলি হায়বসিদি মাদি খঙ্খিদ্রে।

"করিনো ঙসিদি মী অমা ইথা থাজদনা নুংথিল পোবোপ্তা লাই ওকনরেদনা। কৌবকা অমত্তা তাখিদরে।"

ঐগী লেংজুম পায়দুনা খৌরি ময়াদা মমায়দু থল্লগা থারিক্লা

হায়রকপদুতদা ইখং-খংনা জ্ঞান লাকহ।

''নহানখৈগী তামোসে ঙসিদি নৈশাবী ওল্লমাল্লে।''

ঐনা মায় খংগুন-গুন্সিল্লগা থারিকপ্ত চেজেৎ কোন্সিল্লগা মাগী লাইবক্তো নংশিনা চপ্লগা হায়.

''ঙসিদি ঐহাক নুপীনি খঙলকপগুম তৌরে।''

''অশেংবরো! অদুনা ওইরিনি ঙসিদি নঙগী অনুবা শন্নাংদা লৈহাও চিন্নীংবা ফাওরক্লিবসে।''

''ঐগী থম্মোয়সে মিংশেলগুন্না উরেনে নঙনা।''

''হোয় কোল্লিবসে থাদোক্লো. খৌরিসে তৎকদৌরে।''

''ওহো! ঐনা হৌনা নোক্লগা মাবু চেৎনা কোল্লম্বদু থাদোক্লে অদুগা মখূৎ পায়দুনা ঐগী পোথাশঙ্গা লাক্লে।''

''ঙসিদি য়াম্না হরাওইনা।'' থারিকথানা লকনদুনা হায়।

''ঐবো! হরাওবা নত্তে তৌফম খঙ্গবনি।''

''মসিনা ওইবা তাই. কোক্তা শম হৌবা মী লাইরুন্নু হায়রিবদো।''

''কোক্তদি শম হৌদবা মী অমত্তদি লৈতেনো।''

''অদু করিগী হৌরিবনো নথন্তা হংজৌ।''

নঙগী ফিলোসোফিদৌনা তৌবা ৱাঙাংদো তোকও. আদা হৈনৌ অনীখক তারিবসে অসিদুম খুল্লুসি।

হৈনৌ চারগা থারি কয়া চৎখরে. ঐনসু খরা হাপ্পীখি. অদুবু ঐদি মা চৎখ্রবা মতুংদসু ৱাখলদা ইরাকনহৌই।

নুমিত্তুগী মতুংদা হৈনৌবন য়েংবা নুংতিগী লাকই হায়বা নুপাদুসু অমুক্তা লাকখিদরে। ঐনদি মাবু ঙাইখি অয়াম্বা মতমদা হৈনৌবন্দা লৈদুনা। ৱাখলনা তরং চৎলবসু খুত্তি লেপতে। নাপী ফোইদোকই হৈনৌ চারা থাজিল্লি. হিদাক কাপথোকই. ঈশিং চাইবী।

থা অমা হৌখ্রবা তুংদা নোংমা ফুং ফাওরকই। লৈহাও অমা শারে কোন্দুনা লৈতুমগা কোন্ননা লাইবক্তা ধূপ লাওনা পানবদুদা খঙ্গপ্রেক-খঙ্গা লাওই। লৈহাওগী ময়োমদু উবদগী চৈনা থাঙ্গুনা কোইলৈ-লৈদুনা য়েংবদা থাজিল্লবা শম্বলগী মনাক্তা মহাক নোকমি-নোকমি লেপ্লম্মী। ঐহাক ইশাসি চৎলি খঙদনা মনাক য়ৌরল্লে।

''ঋতু'' পাথৎনা মহাক্লা হায়রকই. '' লাইবক্তা ঈ থোক্লে।''

"য়াম্না খিনা শোকপা নত্তেদা". খুৎনা শাইকক্তা মাদুনা য়েংই।

"অদু হিদাক অমা হাপল্লদি কমদৌনি।"

"উম, মুমদা ওইনা হাপ্পুরগে।"

"অদু ঐ ব্রা অমত্তা হায়খিগে।"

"করি ব্রানো।"

"ঐ মুম্বাইদা চৎলুরে। ঐখোইগী ইমা নাবগী লায়েংবা চৎলুবনি। ঙরাংতা হল্লকপতা ঙাইহরি। নঙগী হৈনৌবনসে কাউঙমদদুনা লাক্রিবনি। হৈনৌ অমত্তদি চাগেদনা।"

"হৈনৌখক্তরো চানীংইবো?।"

"হৈনৌ নত্তবা চাবা য়াদবা পোৎত লৈ, নঙোন্দা নোংমা পীব্রু হায়না নিরকখিনি।"

"ঐনা পীবা ঙমদবা নিরক্রবদি।"

"পীবা ঙম্বা, নঙোন্দা লৈবা পোৎনি। পীগে হায়রবদি ইরাই লাই।"

"কিজরেদা, থম্মোয় পীয়ুকা হায়রক্রবদি"। ঐনা থব্রায় ব্রাশিন্নদুনা খুম্মী।

"কিবিরুনু অকিবা ব্রাদি হায়জরোই।"

ঋতুগী মমা য়ৌশিল্লকই।

"কৈদৌরিনো নঙবো ইংখোল মতেন্সিদা।"

মমানা লাপ্তক্লা চৎখিবা নুপাদু য়েংলগা হায়।

"যণ চোংশিল্লক্কে তৌরিবা।"

"এ! যণদি অমত্তবু উদেনা।"

ঐনা ইশি শিনা নোক্লগা হায়. "যণদো লৈতুন্না খোল্লগা তাম্নোকখরে।"

"ফরেনে যনবু ওইরসু, মীবু ওইরসু, ননেত্রেন লাকহৌই। মনেমবোক্তু নাদুনা ডাক্তরদা পুখৎলে হায়। মীরোল লৈজদবদুদা নঙবু লৌবা লাকইনি। ঙাইহৌরি।"

"অদুগী ওইরবদি চৎলো, ঐ ঙল্লোই।"

"করিনো নঙনা হায়রিবদুবো।"

"ঐ হৈনৌ মখোঙ শেংগদৌবা, থাগদৌবা য়াম্না লৈ।"

"ননেতোন্দু ব্রারৌখিনি। খরা চৎল মী লৈজদনা তৌরিনি।"

''হোয় খঙলে। ঐ নত্তদি য়াদদৌনা।''

খোন্দ্ খরা কনখি।

নুমিৎতু ঐনা ঙমদুনা চৎখিদ্রে। ইনেতোন্দু খরা শাওরংননা চৎখি অদুবু ঐ খাম্মুদরে। নৌনা থাবা হৈ পাম্বীশিংদু ঈশিং চাইদুনা লৈরে। ঐনা লৈরিবা মফমদুদা কদাইদগীনো মৈ থাবগী তাঙ্গোই ময়াম পংপাইদা পাইশিল্লকলম্মী। খঙলে চীংদা লাম্মৈ থারে, মিৎতা উপাল কয়া মৈ থাদোকপা উরকই। উপাম্বীনা ঐখোয়দা পীরিবসে উহৈদা নত্তে। ঐখোয়না শ্বর-হোঞ্জিল্লিবা ওক্সিজেন্সু মখোয়না পীরিবনি। মশিং লাকঙমদ্রবা জীবশিংনা হোন্দোরক্লিবা শ্বর উপাল-ৱাপাল লৈরমদ্রবদি করি ওইরমগনি। উচেক ৱায়া ময়াম হৈকোলসিদা লাক্লিবসি ঐনা করন্না তাম্লোকলুনি। মকোল শাদুনা মখোয়সু য়ুম অমা পানবদৌনা লৈজরিবনি। মখোয়সু উহৈশিংসি খরা চাজসনু, ময়ুমগুম্না লৈজসনু।

''করিনো মোন্দ্রং তৌদুনা লৈরিদুবো, কৌবা ঙাংবকা সুংতা তাদে। ননাক্তা লিন লাক্লবসু চিকপা খঙলোইদৌরি।'' ঐহাক ইঙক-ঙকনা য়েংথোকলুই। হৈনৌবন্দা ঙাওজবদো ঙসিসু মহৌশাগুম মফমসিদা। ঐনা মানা লৈরিবা মফমদুদা লাক্লে, ঐনা হান্না হৌদোক্লুই.

''ইমা নাবা ফরবরা?।''

''ফরে । অদো ঐ লাইরিক মখা তমথবা দিল্লীদা চৎকদৌরি।''

''কৈদৌঙে!''

''হংচিৎ''

''হংচিৎ হায়বা।''

''কৈদৌরগে?।''

''কৈসু তৌদে।'' ঐনা লককল্লা খুম্মী।

''হেক য়ৌবগা চিঠি ইরক্কে, পাউখুম পীরক্কনিকো ?''

''ঐদি কনাম্মতন্দা চিঠি অমত্তা ইখিদ্রি।''

''অহানবা ওইনা ইরকও।''

''হৈদৌ মান্দে।''

''হৈত্রগা চিঠি ফংলে হায়দুনা কার্টুন অমা য়েক্লকউ।''

''হোয়।''

মাগী ৱাতাদুদা ঐনা হৌনা নোক্লুই অদুগা মখা তারুই।

''হৈনৌ হেক্লক্কে।''

নুমিত্তুদা হৈনৌ ফনা য়াম্না হাপ্লগা পীখি। য়াম্মল্লে হায়দুনা পু য়াদে অদুবু ঐনা নমদুনা পীখি। মহাক্না চৎখিবদু ঐনা মিং কুপ্তনা উরিমখে য়েংহৌই। থা কয়াদি মহাক মফমসিদা খোঙ্গুল তাররোই। মহাক মপান লমদা লাইরিক তম্বা চৎখ্রনি ঐখোয় তাচৌনা বি এ দা দিস্তিঙশন ফংনা-ফংনা মপান্দা মাষ্টর তৌবা চৎপা ঙমদনা লৈরি। এল পি স্কুলগী চৌকিদার ওইরিবা ববানদি মচাবু মপান্দা থাবা ঙল্লোই হায়রি। পুক্লিংসিদা অচৌবু লাইরিক তম্বা থংচৎ-চৎহনলনীংলকই। মাগী কাদা চংলুই। চৌকিদা ফল্লগা মখুৎনা মখদাংদা শৌদুনা লৈরমই। ঐনা হায়রুই,

"তাচৌ নঙ মপান্দা লাইরিক তম্বা চৎলু।"

"কনানা পৈশা থাবীগদৌরিবা?।"

"ঐ লৈরিবসিদি, নচনুপী ঋতু লৈরিবসিদি। হৈনৌবোন্দা পাল্লিবা হৈ ময়ামসে পৈসা ঙাক্তনি।"

"ঋতু!"

তাচৌনা ঙক্লা ঐঙোন তম্না য়েংলকই।

"অশেংবনি, ঐবু থাজদ্রা।"

ঐনা থৌনা লৈনা খুমই অদুগা মখা তাই।

"হৈকোন্দা নত্তনা লৈকোলসু শেল্লনি। হৌজিক্তি দেব কর্ম্মগী লৈ মীগী ময়ুমদগী হেক্কপা চৎনদরে, কৈথেন্দগী লোইনা লৈনরবনি. মহৌশা নত্রবনি তাচৌ হৌজিক্তি য়াম্না হোংলবনি।"

"পুন্নমক অসিবু নহাক্না ঙমগদরনে? ববানদি থাবা ঙল্লোই হায়রি।"

"পুন্নমক ঐনা শিনগনি, ইমাগা ঐগনা হোৎনগনি, ঐবু থাজবিয়ু।"

"ঋতু, ইবুংগী ইবেম্মা।"

নমদুনা তাচৌ দিল্লীদা লাইরিক তম্বা চৎখি। ববাগী মরমচত্তি হায়রুদুনা কান্নদে। ৰয়ু থকচিল্লগা হেক-হেক ইমাবু তমথিনা ফুবগী ঐগা কয়ারক হন্না খৎনখি। ঐ হান্নদগী থবক য়াম্না কনখৎলে। লাইরিক পাবদি অয়াম্বা মতমদা থবক্তগী পোথারকপা মতমগা নুমিদাংগা নত্তনা ফংদ্রে। ইমানা হৈ লৈ য়োনবদা মথৌ য়াম্না চিল্লে। খরা ৱাৎথোক-ৱাৎসিন তৌরবসু তাচৌগী পৈশাদি থাবা ঙল্লে। হিঙ্গোল মতোন্দা লৈরিবা মরাক চম্পা পুখ্রিদুদসু থরো-থম্বাল থাদুনা ফজনা লৈশাৎ তল্লে।

হৈনৌবনগী মিং ফনা শান্না চৎখ্রে। চহী অনীগী মতম চৎখিবা

খঙহৌদে। অচৌনা এম এ গী অরোইবা চহীগী পরাক্ষা পরল্লগা খোরক্লান হায়বগী পাউ থারকপদা ঐ য়াম্না নুংঙাইখি। ইরা মাহৌদন লোইশিনখি, হেনৌবন্না অচৌবু ফজনা লাইরিক তমহনবা ওমখি।

অচৌ খোরকপা নুমিত্তো ঐ ইঙক-ঙকখি। ঐগী হৈনৌবন্দা ঙাওজবা মহাক্কুগা ঐখোয় অচৌগা পুন্না লাকমিন্নবা অদুদা। অচৌনা শক্তাকই মাগী রুমমেটনি, য়াম্না ফবা মরুপ্নি। অদুগা ঐবুসু শক্তাকই ,

"ঐগী ইচন্নুপী ঋতু, হৈনৌবোনগী মপু।"

ঐ তুমিন লৈ, মাবু অমুক্তা উখিদ্রিবগুম, অদুবু খম্মোয়সিদদি মথুম-মরাং হৌই। ঐখোয়দা অয়ুক্কী চাক্লেন চারগা মহাক হরাওনা চৎখি। ঐগীদমক করিনো খরসু পীরম্মী। চৎলমদাইদা ফোংদোক্লম্মী থওইনা লাক্কে হায়দুনা লাকপনি।

ঐগী হৈনৌবন্দা ঙাওজবা বসন্তগা লৈনরিবা মরী অহলশিংনা খঙ্গলকই। অচৌ লুহোংদ্রিঙৈদা ঐবু হান্না লুহোংনবগী ব্রাফম মাগী মমাগী অনাবা হেঞ্জিল্লকপদগী তঙাইফদবা অখি। অচৌ কাল্লগা ঐনা হান্না লুহোংবা ঙম্লোই হায়রবসু অরেম্বা অখি। অহল-লম্মনগী মায়োক্তা লেপ্লুবগী থৌনাসু লৈতে। অদুবু লুহোংবা নকশিল্লক্লিবা মখে ঐগী লাংতক্লবসু হেঞ্জিল্লকই। ঐগী হৈনৌবন্দু কনানা য়েংশিনবীগনি। উচেক-ব্রায়া খুনুম্শিংগী চেঙ-চাক কনানা থাবীগনি, কনানা লৈগী ঈশিং চাইবীগনি, কনানা নাপীশিং ফোইদোকপীগনি। ঙাগী মচিঞ্জাক্লা কমদৌবা, মখোয় লোইনমক ঐগী খোঞ্জেন্দা, ঐ লাকপগী শাহমদা কয়াদা হরাওজবা, হৌজিক্তি কনানা মহুৎ শিলহৌগনি। ঐ য়াম্না কপখি, হৈনৌবনগা ঐগা কায়নবা ঙমগদবা মান্দে। পুন্নমক্কু হুন্দোক্লম্লগা খোঙ থাংদোকদৌবদু, অদুবু ইমাগা অচৌগনা হান্নগী ফিভমদুদগী মরিক অমত্তা শিথহল্লোই হায় -বদগী ঐ খোঙ থাংদোরকপা ঙমখিবনি।

ঙসিদি কয়াদা কুইরবনো ঐনা হৈনৌবন উবা ফংলক্লিবসি, নোংমতা চঙ্গহৌদবদা; উহৌদবদা লৈফম খঙদবনি। লুহোংলবা মতুং হাপতা খুদিংগী ঐ হৈনৌবন্দা চৎলি। হৈরাসু হেক্লকই অদুগা ফজন্নসু শেম-শারম্মী। অদুবু অচৌনা নুপী থিরকঙৈদগী অদুক তোয়না হাপতা খুদিংগী চৎলম্বদু চৎনীংবা ফাওখিদ্রে। মচেক্তা ময়াংদা ইনম্মনা প্রমান তৌদুনা ঙাংলকপদা নিঙোনগী হক পুন্নমক অমত্তা লৈত্রবগুম্মী। অচৌনদি হৈনৌবন্সি ঐঙোন্দা পিথোক্কনি, নামা পানবিগনি হায়বনি অদুবু ঐনা নামা

পান্দ্রবসু অসুম লৈসনু হায়না য়াখিদে। ইচিন ইপ্পাগী নুংশিবা মরীবু কনানা থদংপা ঙমগদগে? শিবদা পুবা য়াররোইদবা লমগী মীহৌবা ঐগী লৈতে। ঐগী অপাম্বা হায়ববু ফজবা হৈকোল. ফজবা লৈকোল শেমগৎপদুখক্তনি। ফজনা শেমগৎপদুনা হৈনৌবনসে অরাপ-অরাম্পদগী মী কয়াসু য়েংবা লাকই। সিনেমা কয়া নমখি। মমিং চৎখি। খবর-কাগজ কয়াদা 'ঋতুগী হৈনৌবন' হায়দুনা ইনরকখি। ফোটো কয়াসু হাপ্পকখি। ঐ নুংঙাইখি হোৎনজমনগী মহৈ মীয়াম্না শকখঙবিবদু। তমেংলোংদা রঙ্গালগী হৈকোল মমিং চৎলি। নোঙ্গাংহৈগী হৈকোলনি। নোঙ্গাংহৈ নত্তবা হৈ কয়াসু হৌই। য়েংবদা পূক্লিং হুনা ফজৈ অদুবু ঐগী হৈকোলদা হৌরিবা হৈপাম্বীশিংদা উহৈনা লুমথ-লুমথ পানবদু উরগদি কল্লক্লোইদবা য়াওদে। রঙ্গালগী হৈকোলনা ঐগী হৈনৌবোন্দগী হেনগনি হায়বা থাজদে। ফজবগী য়েংবগী নুংঙাইবদুনা ইখুৎসিনা হেক্তোকপা ফাওবা পাম্মুই. মথন্তা কল্লক্তিবফাওবা ইখুৎনা শেমজরকপা, অদুক পাম্মুবা হৈকোলদো ইশানা লাক্তুনা য়েংশিল্লুবদা ইনম্মনা লম্লানবগুম লাকহন্নীংদ্রবা! মীওইবগী অপাম্মনা লাক্ল-ফানা ঙমদ্রবা ঈথক-ঈপোমসে ঐগুম্বনা লাকসিনবা ইতিক নত্তে। নমদুনা লাকসিন্নবা হোৎনরুরবদি তঙাইফদনা খৎনবগী থোঙজিন্দা লেপ্পুবা তাই। ঐ পংনা চৎত্রে। থা অনীগী মনুংদা অমুক্তং ঐগী হৈনৌবন্দা খোঙদারে। মহৌশাগী ফজবদুদি লৈত্রে। লৈবাকসু লৈক্রক চৎলে। ঐবু উবদা লৈশিংনা মপী শিন্থরে। হৈনৌ পাম্বীনা ৱাকৎলে। হরাওনা চারম্বা ঙাশিংনা লৈনুংদা লোত্তুনা লৈখরে, হৈনৌগী মপান্দা খোইনীংনা তোংলদরে, তেনৱাসু মহৌশাগুম পাইরকখিদরে. কোকিলগী কুহু খোঞ্জেল তাখিদরে। থম্বালগী লৈরিক্তা খোইমুগী খোঙ্গুল তাদ্রে। ঐগী হৈনৌবনগী শক্তমনা ঐবু খাঙবা ঙমহন্দরে।

ঋতু কৈদৌরে হিদাক চাও হায়রগা কপ্পুনা লৈরদি। ঐবু নঙগী গুলি চানবা ঈশিং থম্লম্বদাইনে?।"

মপুরোইবা বসন্তনা হায়রকপদা ৱাখলগী মঙল্মন কাইদুনা মখুৎনা মমায়দা নাল্লকই। চোৎ-চোৎ লাউবা পিনা খৌরি য়ৌনা শিন্থরম্বদু থেংনরুবদা খঙলকই.

"ঐ কূইনা কপ্পুরবোইরে।"

"করিনো নঙনা অদুক থম্মোয় শোক্লা কপ্লিবো ?।"

বসন্তনা মাগী ফমুং মচিদা ফল্লদুনা ফারপ তৌবা মশমদু খোমজিন-খোমজিন্দুনা হায়রককই।

''ঐগী হৈনৌবন্না কংশিল্লকপদা ঐগী হকচাংসু কংসিল্লক্লে।''

''অদুগী ওইরবদি করিসু খল্লনু। শে. নয়া কাথোকউ. হিদাকসি ইল্লক্লে. নঙ নারিবনি হায়বসে কাউরমাল্লে।''

''ঐ ঙসিদি হিদাক চাররোই।''

''করিগী?''

''কৈসু তৌদে।''

''নপুক্লিংগী ৱাদো ঐঙোন্দা হায়য়ুনে। ঐসে বসন্তনিনে নঙগী বসন্তা।''

''হৈনৌবনগী হৈনৌ ময়ামদো লোইনা য়ান্থৎলনি. নোংদ্রেন্না মফমদুদা য়ুম শানি হায়বদু চুল্লবরো?''

ৱাদু তাবদা বসন্তা শ্বাই লাওই। ৱাফমদু কনানা তমদুনা তারল্লিবনো?। নুংঙাইতবা পুন্নমক লোৎসিল্লগা বসন্তনা নোক্লুনা হায়রকই,

''অদুগীরা নঙনা কপ্লিববো? ইবাইনদি য়াদেদা. ননেগী হৈনৌবন শোকপা য়াদে হায়দুনা কন্না থাম্মী।''

''অদুবু লাঞ্জাও অমদি থোকখ্রে. নত্রদো ?। হৈনৌবন্দুদা ঐগী হক অমত্তা লৈত্রে হায়বীয়ু। ঐগা মাগগী মরক্তা লৈবা মরী পুন্নমক কাউরগে. কাউথোকপা তল্লগে।''

''ঋতু, করিনো নঙনা হায়রিবদুবো? মদুগীদমক্তা করিসু খল্লনু. ঐ নঙগীদমক্তা অনৌবা হৈনৌবন অমা শোইদনা শেমগৎকনি।''

''নত্তে, ঐ মদু পামদে। হৌজিক্তি ঐগী অপাম্বা অমত্তা লৈতরে।''

''করিগীনো নঙনা অদুক নপুক্লিং শোম্থরিববো. ঋতুগী হৈনৌবনদি শিবা নাইররোই।''

''হোয় মদু মতম খরগীনি। ঐনা চৎখিবগা লোয়ননা মাসু চৎখনি. কুইরক্লগা মমি শামখিনি; কাউখিনি. থুঙ্গংসিদা ঋতু কৌবী নুপীমচা অমনা হৈনৌবন অমা শেমগৎলম্মী অদুবু ঋতু চৎখিবগা লোইননা হৈনৌবন্সু লৈতরে।''

অকোনবগী ৱাহৈদুদা ঐগী খোঞ্জেল খরা নিকখিবা মাল্লে অদুবু ঐহাক পিদি শিন্থহনখিদরে।

''ঋতু'' বসন্তনা নুংঙাইতনা হায়.'' নঙগী পুক্লিংনা অদু য়ৌরবা।'' তাঞ্জাসিদা মপান্দগী কনানো অমনা কৌরকপগী মথোল অমা তারকই।

''কনানো অমনা মপান্দগী কৌরিমাল্লে।''

``উম ঐ অমুক্তা থোক্লুখিগে।``

বসন্তা থোকখি, ঙাইহাক লৈরগা চে অমা পায়দুনা হরাওনা চঙ্লকই।

``করিগী চেনো?`` ঐনা লাংতক্লনা হংখি।

`নঙগী নুংঙাইবা পাউনি।``

``ঐগী! করম্বা নুংঙাইবা পাউ?``

``পারক্কে।``

বসন্তনা হাথু-হাথু চেদু হাংদোক্লগা মরোলদুদমক পারকই।

``ৱার্লড এনভাইরোনমেন্ট ডেগা মরী লৈননা ঋতুনা হৈকোল, লৈকোল ফজনা শেমগত্তুনা অকোইবগী ঈশিং-নুংশিৎ ফগৎহনবদা নত্তনা হৈ-রাগী পোখোক হেন্না পুথোকপগীদমক্তা মাবু ইকাইখুন্নবা উত্তুনা লুপা লিশিং য়াংখৈগী মনা ভারত সরকারনা পীরগনি। মনা অসি ভারতকী রাষ্ট্রপতিনা চৎলিবা চহীসিগী ওক্টোবর তাং ২৫দা খুৎশিন্নগনি।``

অশাংবা শ্বোর মপী অমা চনীং তানা হোল্লগা ঐনা হায়,

``হৈনৌবন্না মন্থরক্লবদা হৌজিক্তা মনা! মনাদু ঐ লৌররোই।``

``করিগী! করিগী লৌরোইদৌরিবা।``

``ঐঙোন্দা মদুগী কান্নবা লৈতরে, অপাম্বা য়াওদরে।``

``ঋতু কৈদৌরগে নঙবো, নমিত্তু পাংউ। ঋতু-ঋতু।``

বসন্তনা ইপা-পাখৎনা মমাবু কৌরকই।

``ইমা ঋতুসি কৈনোম্মা তৌখরে। হোসপিতালদা পুনবা তৌসি।``

বসন্তনা ঋতুবু কোন্না-কোন্না হোসপিটাল তন্না গাড়ী থৌরকই। ○

# ঈচেল কংলবা লৈরাই

লাইরিক অসে ঐ কয়ারক হন্না পাখরে। পারিবা মথৈ পেনবা লৈতে। করিনো মৈতৈলোনগী আউত বুক পাগন্দবা ঐহাক মাগী লাইরিকসিনা মায়থিবা পীরে। কমদৌনা মাবু থিগদগে? হন্দক মণিপুর হেক থোকখিবগা ঐ মাবু কোইথি-থিগে। খন্না-খন্না ঐহাক থবক্তা পুক্লিং চঙলক্তে খাম্বা ঙমহৌদবা ৱাখলগী মঙলান্সিনা নারোন্দা পাইসিল্লক্তুনা ঐবু লাইরিক তৌবা য়াহনদরে। খনফম খঙলক্তুন্দুনা পোইরৈতোন্দা চিঠি অমা ইরগে খল্লে। চিঠিদা মরোল পুন্নমক শুগায়না হায়রে। মানা থোকপা তৌজরনি মদুদা ঐ কোক শাররোই।

শকথিবা মরূপ নুমিৎ খরনি লৈরগা চিঠিগী পাউখুম হল্লকই.

ইঙেনগী অতিয়ানা নঙবু ঙাওহল্লবরা? অমম্বদা নোংথাং কুপ্লকপদা মিকুপমুক ঙানখিবদুদা উখিবা পোৎশক অমদা শুমহৎখিবগুম নঙগী থম্মোয় অতিয়াদা ফুলস্টোপ অমা নমখ্রে নৎত্রদো? অইবী নুপী অদো খুঙ্গংগী লমদমগীনি হায়. অশেংবা তাংদাংবদি খঙদে অদুবু নঙনা শাগৎলিবা মুর্তিদুদা মহাক পোমশাৎনরিবী লৈরাংনি হায়বসিদদি নঙগী পুক্লিং হরাওরো। অরাম্পদা লাইরিক তম্বা চৎলগা অসুম্না হেলোই ওক্লবসি অফবদি নত্তে। মহৈ চাবা ঙম্নবা কন্না হোৎনৌ।

ইম্ফাল নহাক্কী মরূপ
মার্চ. ১৯৯৮ পোইরৈতোন

চিঠি ফংবদা ঐহাক হরাওমনখিদুনা পিগী ঈরা চেল্লকই। চিঠিদু চুপ্লগা জগোয় শাবিগুম কাদুদা উরু-উরু লৈখি। করিনো হায়ফম খঙদে পুক্লিংসে ইরাং-লাংখি। নুমিৎ কয়ানি লাইরিক পাবা য়ারমদবদু

চিঠিসিনা শোয়দনা পাহল্লগনি। হৌজিক্তি ব্রাখলনা ঙমদুনা কোত্তি চিকহল্লরোই।

কলেজদনি। কলেজগী ফঙ্কসন অমদা ঐহাক ইশৈ শকখি। মরুপ-মপাং কয়ানা থাগৎপিখিবসিনা মহানি। স্টেজদগী কুমথরকপদা নাকন্দগী হায়রকই,

"ইশৈদু য়াম্না ফজৈ, খোঞ্জেলদুসু নুংশি ।"

"হেক্তা হায়জিনবিবা ওইরিনিদা।"

"নত্তে, ঐদি ওইদবা থক ঙাংদে।"

"অওইবরনে?।"

য়াম্না নোক্লিংনা, করেম্লনা হায়খি। হায়রক্লিবদু পাম্লোইনি, ঐনা ক্লাস অমা হেল্লি । মণিপুরদগী ওইরবসু থোঙ্গোক্লা কৌনা ঙাংনদে। হোস্টেল্সু য়াম্না লাপ্লে। অদুবু নুমিৎসিগী মতুংদগীদি কৌনা ঙাংনরে। ইম্ফাল থোরকপদসু খোঙবু ওইদুনা লাকমিন্নরে।

য়ুম হেক য়ৌবগা ঙাইঙমদে, পোইরৈতোনগীদা চৎলে। ইমানা চৈহৌই হেক লাকপগা চথোকপগী অদুবু ইমাগী ব্রাগা তারমদরে থক্ক অরুবা লৈ হায়দুনা থোরক্লে। ফমুংদা নাই হায়দুনা তুমদুনা লৈরিবা পোইরৈতোনবু হৌদোক্নুনা হায়রুই,

"কমদৌরে, পাউ অশেংবা ফংলবরা?"

"অশেংবরা শেংদবরা, মোইরাংদগীনি হায়বদি শোয়দরে।",

"করি লৈকাইদগীনো?"

"অদুগা খঙদে, নুপীদুবু ঙাওবরা করিনো, লাইরিক ইরবদি এড্রেস হাপকে হায়দে। য়ুম্নাকসু য়াওদে লৈফমসু য়াওদে।"

"মঙোন্দদি পুন্নমক দরকার লৈরমদবা য়াই।"

"নত্তেদা অদুগী নুপীদু শোনো চুরম্বা তাইদা।"

"অওইবরনে?"

ঐখোয় অনী পুন্না নোকমিন্নে। নোকপা হন্থরকপদা ঐনা,

"হংচিত্তি সেন্দ্রা কোয়রুসি, ঐদি অমুক্তা চৎলুদ্রি।"

"অসুক থুনা।"

"ঐখোয় হান্না লেপ্নরগা লাক্লবনি।"

"কনা-কনানো চৎতোরিদুবো?।"

"ঐখোয় ক্লাসমেট ওইমিন্নবা নাওখম্বনে, ঐনে, নঙনে অদুগা ঐখোয় কলেজদা তম্নী পাম্লোইনে। গাড়ীদি নাওখম্বনা পুথোক্লগে হায়।

"চৎপদি য়াই অদুদা--- ---।"

"অদুদা কৈদৌরবা?"

"নখোয় মশেন্দি তম্মীন্নবা ঙাক্তনিদো. ঐনা নাইতোম ফৌমান য়ানবা ওইনা থোক্লগদরা হায়বা।"

"চরোদা. অঙাং মচাদৌনা।"

"অওইবনিনে. ফাগী মানবরা?"

"অদু য়ৌশিল্লক্লবদি ঐদি কৈনোম্মা হায়নীংঙক্কদৌরে। কান্নদেসে নাবা ফরো। চত্তবা য়াদে। ঙন্না হৌবা লাক্লদৌনিকো।"

সেন্দ্রা চৎমিন্নখি. পাম্বোইদি লোক্তাক উবা য়াদে. য়াম্না ঙাওজে। ঐখোয় পুন্না হি তোংমিন্নরিঙৈদসু ফোটো কাপখিবনা মহানি। উরোক পরেং পাইরকপদুফাও কাপখি। মৌপ্পাদুসু লাই য়াওই। মচিন-মৌপ্পা খুৎ চান্নে। পাম্বোইনা ডাইরিদা পংইদা ই। করি ইরিবনো থোইদোক্লা খঙনীংলুদে। ঐগী ব্রাখলদি থোইবীদা ঙাওরি।

নাওখম্বনা লক্লরকই,

"পাম্বোইসি কবি চঙবা তারে। লোক্তাক্লা পুমশুম শুক্ষৎখ্রবা মাল্লে।"

"কুইরেনে লোক্তাক্লা ঐবু ঙাওহল্লক্লিবা অদুনা কয়ারক হন্না চৎলবসু হেক্তা চৎনীংলকই।"

"লোক্তাক লাইরেম্বীদা ঙাওখিনিকো। নহাক্লা লোক্তাক্তা ঙাওবা অমনা ইঙেনগী অতিয়াদা. পোইনুগী লৈচিন্দা. নোংথাংনা কুপ্লকপদা--।"

"অদুবু হৌজিক্তি ইঙেনগী অতিয়াসু নত্তে. পোইনুগী লৈচিন মপৈসু নত্তে, ফাইরেনগী অঙাওবা নুংশিৎনা ইকাইবা খঙদনা হুল্লক্লিবা অসিনি।"

"বা !. লোইরেহে ঙসিগী খোংচৎসিদি কবি ঙাক্তা চৎমিন্নরে।" ঐহাক ব্রারীদু তাবদনি. থোইদোক্লা হোয় মাইগী পাউখুমদি পিনীংলুবা ফাওদে। ঐগী থম্মোয়না থোইবীবু থিরি. চয়েৎনরি করম্বা কান্দা উন্নগদগে? থম্মোয়দা হৌরক্লিবা ঈথক্লা করম্বা মতমদা ইংগদগে? ইথক ফাথনবা হোৎনরি অদুবু পাম্বোইগী ফোটো কাম্পগী নীংঙাইদা ঐহাক হৌগৎতবা য়াদরে। ঐখোয় ময়াম ফজবা মফম য়েংল-য়েংলগা ফন য়াম্নদি কাম্লে।

হল্লকপগী খোঙচত্তু লাইবক থিবা থৌদৌনি। বস অমগা ঐখোয়না তোংলকপা ভেন্দুগা থেংগাইনবদগী মাঙ্গা তোংবা ঐখোয় অনীগী মরক্তা ঐহাক খরা থিনা শোক্তুনা হোস্পিতালদা লৈরে। করি নুংগী চৎলুবনো হায়বদু হেক য়ৌই। ইমাদি নুংশা থিবনা লোইরে। পাম্বোইহোয়

নাওখম্বহোয়দি চঙননবা টিকেট ককখ্রে। ঐদা ঙাইরে। হোস্পিতালদা মখোয় লাকই, অনাবা হংবা। ডাক্তরনদি হপ্তা অমগা লৈথখো হায়রি অদুনা ঐহাক্না ছুটি চেদু পীখিনবা মোন্দা খজিক্তং হায়গৎলুবদা মোন ময়াদা লৈরিবা লাইরিক্তু নাওখম্বনা উথোকখরে। থাম্বা নংহৌদনা সৎ-সত্তোকখরে অদুগা য়াম্না কন্থা করুম্ননা হায়রকই.

''নাই হায়রগা লাইরিক পাদুনা লৈরিবরা? ঐ পুখ্রগে, আদা পারুগে।''

''হুম পুখিনু. ঐ পাবা লোইদ্রিবনি।''

''পাবা লোইদ্রবসু আদা লাক্লগা পারো।''

''নত্তে, নত্তে ঙাওশিন্ননু নাওখম্বা। লাইরিক্তু পুবা য়ারোই. মদু ঐগী থৱায়নি।''

''করি হায়বা।''

পাম্মোই ইঙক-ঙক্না য়েংথোরকই, ঐসু য়েংলুই পাম্মোইদা। মিৎচান্নখি খঙহৌদনা . অদুবু ঐগী থৱায়দি থোইবীনি। ঐগী মিৎয়েং লৈথোক্লে।

মশাদু ঙাইহাক মিকুপমুক শোম্বরুবদু লাকসিল্লগা হংলকই.

''লাইরিক্তুবু নুংঙাইবরা?।''

'নুঙাইবতা নত্তে. থম্মোয়সু হুখ্রবনি. অদুবু অইবীদুদি মশক খঙদরে।''

''মহাকপু থিরিবদি করিগীনো?''

''ঐহাকপু ঙাওহনবগী, তুম্লিবা থম্মোয়বু হৌদোকপগী।

''ঈ! মশক উদনা য়াম্না য়ৌসিল্লম্লজাৎনিনা।''

''অওইবনি. ঐবু পুমঙাও-ঙাওহল্লি মাগী লাইরিক্তুনা।''

ঐগী য়াম্না সিরিয়স ওইবদুদা নোক্কে তৌরম্বা পাম্মোইগী চিম্বান্দু নোক্তুনা চিকসিনখরে।

নাওখম্বনা ৱারীদুদা হেন থৱায় য়াওসিল্লদুনা হায়. •

''মদুগীদমক ৱারুনিঙাই লৈতে, ঐগা পাম্মোইগনা ফংনবা থিরগা লোইরে। নশাদুম থুনা ফগৎনবা তৌ।''

ঐখোয় চৎখ্রগে হায়রগা হৌগৎলকই।

চৎলমদাইদা পাম্মোইনা ঐগী নাক্তা চঙশিল্লক্তুনা তপ্পপ্না হায়রম্মী.

''মদুনা কোক চিকহল্লনু. নুপীদো ঐ মশক খঙই।''

"করি হায়বা, মশক খঙই হায়বা?"

"কোন্না খঙহল্লগে।"

মদু হায়রম্লগা ফৎ চৎখরে। ঐহাক ইঙক-ঙক্না কৌরুবসু ঙমদনা তুমিন লৈহৌরে অদুবু ৱাখলগী লংজিন অমদি পাম্মোইনা পীরম্লে।

নাবা ফরদুনা ঐহাক বেঙ্গলোরদা চঞ্জলে। পাম্মোই উন্ননীংবনা লাংতক্লে। নাওখম্নগা লোইননা উন্নরুই। হায়নি হায়রোই খঙদনা ঐগী মরুপ্তুনা তক্সিল্লুই.

"পাম্মোই থোইবীবু উন্ননবা অমুক্তা শিল্লু নৎত্রগা চিঠি অমত্তং পীবিগেরা?।"

"করিনো অসুক থুজিল্লকইসিবো, উনসু উন্নদ্রিঙৈনা। অদুদা অরুবা ৱাফম অমদি।"

"করম্বা অরুবা?"

ঐনা লাংতক্লনা হংলুই।

"মাগী কনাগুম্বা খোয়দাজবা লৈরম্লদি?"

খোঞ্জেলদু নিক্লপ হায়রকই,

"লৈজসনু কৈদৌগে।"

ঐনা লকক্লনা খুম্মী,

"করিসু কাইদে, মী অমনা মী অমদা নুংশি হায়না ফোঙদোকপবু পাপ পুগদরনে?"

ৱাহৈদু পাম্মোইদা ধং-লাওনা পাল্লকই। কদাইদনো মফম খঙদনা চৈনা অমা ফাওরকই অদুবু চিনবানদদি হায়ফেৎ নোকমিদুনা হায়রকই,

"ফরেনে হন্দক ছুটি থোকপদা উনরুরগে।"

ঐহাক হরাওবনা চোংখৎলি। য়াম্না থাজদনা থোইবী উন্নবগী খুদোং-চাবা ফংগদৌরি। পাম্মোইবু তৌবিমল খঙবা উৎলম্লগা ঐখোয় অনি লাক্লে। ছুটিদা পুন্না থোকমিন্নবা ঐহাক্তা কোইচেন-চেন্দুনা টিকেট রিজার্বেশন ফংনবা হোৎনরে। থা কয়াদগী তুংশিন্দুনা থমজরকপা পুক্লিংগী ৱাফম কয়াদু তেনতক্না ইরগা পাম্মোইদা শিন্নরে। চিঠিদা হায়খি-

"নহাক্কীদমক্তা থোঙ-থোঙনাও পুম্নমক লাউনা হাংলি।"

ইম্ফাল য়ৌরবা মতুং নুমিৎ মরি-মঙানি লৈফম খঙখিদে। পাম্মোই উন্ননীংখি অদুবু চিঠিদু পীখ্রে হায়বা তেল্লবা পাউখুমদু নত্তনা অতৈদি মখাতানা হায়রখিদ্রে। ৱাহং চাম্যা-চাম্যা হংনীংখি অদুবু পাউখুমদি অহাংবদা তিনখ্রে।

ছুটিগী মতমসু লোইশিল্লক্কে অদুবু মরকসিদা য়াম্না নুংঙাইত্রিবদি চৎকদবা মতম খজিক্তং ঙাইরক্লবদা মাবু উন্নবা চৎলুই। নুমিৎ খরনিদুদা মশাদু য়াম্না শোকচিল্লম্লে। ঐবু উবদা হায়রকই.

"চিঠিগী পাউখুম পীরক্তরী।"

ঐনা য়াম্না লাংতক্লনা হংলুই.

"মহাকপু য়াম্না শাওখ্রবরা?।"

"শাওদেদা।"

"ঐগী ইফমদদি মহাক ঐগী পৃথিবীনি. ঐনা শাগৎচরিবা মৃতি অসিদদি মহাক য়াওদ্রবদি ইহাঙ-হাঙলবা মরুভূমিগুম্বনি।"

অশাংবা শ্বোর মপী অমা হোন্দোরক্লগা পাম্নোইনা ঐঙোন্দা য়েংখৎলকই। ব্রাঙাং অদুদা ঐনা করি শোয়খ্রবগে ইথন্তা লাংতক্কে।

ঙাইহাক্কি অচিকপদু থুগাইরগা পাম্নোইনা মোন মখাদগী চে অনীখক পুথোরক্তুনা হায়রকই.

"ঈশৈ ময়েক অনীখক থোইবীনা পীরকই শকপা য়াগদরা য়েংবীয়ু।"

ঈশৈগী ময়েক্তুনা ঐঙোন্দা কদাইদনো খঙদবা চৈনা অমা ফাওরকপগুম তৌই। ঙহাক মুন্না য়েংদুনা পারিঙৈদা পাম্নোইনা, ঈশৈদু শকপা য়ারোইদরা?

"করিগী য়ারোইদগে, ময়েকসি য়াম্না ফজে।"

"নোংমা ঐঙোন্দসু তাহনবীয়ু।"

"শোয়দনা তাহনগনি।"

"ডাক্তরনবু করি হায়রিবগে?"

"মতম খরা পোথাও. হিদাক চাং-নাইনা চাও হায়রি। অদুবু করিগীনো খঙদে হকচাংসি পংচোক্তা চোকথৈ. চানীং-থক্লিংবা ইফাও-ফাঙদে. কোক চিকপা. লাইহৌ তৌবসিনা ইকন-কনখৎপা ঙমদে।। ঐগী ছুটি চেদি লৈমহন্দা পীখ্রবনি।"

"থুনা ফবা ওইবীয়ু হায়রম্লগা" ঐগা নাওখম্বগা লাকমিন্নরে। পুক্লিংসিদা মফম খঙ্দনা চৈনা অমা ইফাও-ফাওবগুম তৌই।

থোইবীনা পীরকপা ঈশৈদু কলেজকী ফঙ্কসন্দা শক্কে হায়দুনা য়াম্না থৱায় য়াওনা সুর পাল্লি। ঈশৈগী ময়েক্তুনা ঐবুসু ঙাওহল্লি। ময়েকশিং অদু অমমমতা ওইনা থুগাইদুনা য়েংখি। অদুগা চিঙ্গনরকখি পাম্নোইবু। ঈশৈদু হন্না-হন্নসু ঙংখি-

"থাসিগী অহিংদা লাক্কে তন্দন ওইনা ঙাইরম্মু নঙনা মোংফমগী চদাইদা নীংঙমদনা শিখ্রবা থব্রায় কয়াগী লম্বীবু তাক্লদুনা ধ্রুবতারা ওইনা।"

ফনা কুইনা পাম্লোই লাকখিদে। ঐনদি মাবু ঙাইখি। ঙাইনা-ঙাইনা হৌখি। ঐনা মাবু লাকহন্নীংবগী অচৌবা মরম অমদি মহাক্কা পীরকপা ইশৈদু হয়েং শক্কদৌরি। অদুবু হৌখ্রে, লাকখিদরে। ঐনা ঈশৈদু শক্লগা স্টেজদগী কুমথরকপদা শকখংদবা নুপা অমনা ঐগী খুৎপায়রদুনা থাগৎলকই ঈশৈদু ওম্লোক্লা ফজখরে, ময়েকতুসু।

" ময়েক্কুদি ঐগী নত্তে, থোইবীগীনি।" ঐনা খুমখি।

"মানি ঐসু খঙই. ' ধ্রুবতারানি ঐদি ' হায়না নোবেল অমসু ইদুনা ফোঙখ্রবনি। মহাক কলেজ অসিদা তম্বনি। "

"করি হায়বা! থোইবীদু ঐখোয় কলেজদা তম্মী হায়বা।"

"উম! ঐহাক মোইরাংদগীনি। থোইবীসু মোইরাংদগীনি, মহাক পোকপদা মমা লৈখিদে হায়। মপানা মমাতোন অমা পুশিল্লকপদগী ইম্ফালদা লৈবা মবোক্লা য়োকখিবনি।"

"থোইবীবু মমিং অনীগা শুবরা? ঐদি ঐখোয় কলেজদা থোইবী কৌবদি অমত্তা থোংনখিদ্রি।"

"থোইবীগী অতোম্পা মমিংদি পাম্লোই কৌবনি, হন্দক মাগী লাইরিক্কু সাহিত্য একাদমী এৱার্দ ফংলবনি।"

"করি হায়বা! থোইবীগী লাইরিক্কুবু এৱার্দ ফংলে হায়বা।"

ৱাহৈদু হায়দোক্লুরগা ইথন্তা ইকাইজরকখি শকখঙদবা নুপাদুগী মমাঙ্দা। তপ্লপ্না হায়রুই,

"ঐহাকসু লাইরিক্তো পারে, য়াম্না ফজে।"

"মতুং উন্নবদা কৌনসি, ঐহাক্তি মহীশূরদা তল্লি। ঈশৈ ময়েক খরসু ই। শকপা য়াগদরা য়েংবীয়ু নোংমা পুজরক্কে।"

"পুবীরকউ শোয়দনা শকচগে।"

ঐহাক য়াম্না হরাওখি নুপাদুগা থেংনবদা, ঐগী থোইবীনা পাম্লোই ওইরম্বদা কয়াম নুংঙাইখি। ঐগী অপঙবা মতৌদুদা মহাক নোক্লিংলমগনি। ঐসে ওম্লোক্লা পংলুইদা। মহাক্লা চহীগী পরীক্ষা য়ৌশিল্লক্লফাও লাক্লিবসিনদি য়াম্না কন্না নারম্বা তারে। ঐহাক নীংঙমদবগা ঙাইঙমদবগা ইপুন্দা পুল্লে।

পরীক্ষা পীরল্লগা ইম্ফালদা থোরক্লে। য়ুম হেক য়ৌবগা পাম্লোইগী

পাউ হান্না লৌই। মহাক্ কন্না নারুবদগী খরা-খরা ফরক্লে হায়বা খঙলে। অমুত্তং উন্ননবসু হায়খ্রে। য়াম্না তাঙনা অবোক য়াইমগী হোটেলদা উন্নরে। ঐনা থোইবীগী মরমদা হংদ্রিঙৈদা মানা হায়রকই,

"থোইবীগী ঈশৈ ময়েক্তু সুর পানবীরবরা?।"

"পাল্লে, কলেজগী ফঙ্কসন্দা শকখ্রে। নহাক্না তানীংলবসু সি ডি কেশেটসিদা য়াওরবনি।"

"পরেং অমত্তং ঙংবীরকউ।"

"হোটেলসিদবো।"

"করিসু কাইদে।"

ঈশৈ ঙংই।

"কমদৌই?"

"য়াম্না ফজে, ঐসু নঙগী ঈশৈগী সুরদুদা ঙাওই।"

"অদুগা থোইবীনদি---।"

"থোইবীনসু নহাকপু নুংশি হায়বনি অদুদা---

"অদুদা কৈদৌরবা।"

"মাদি মশা য়াম্না ফত্তে, নাদুনতা লৈ অদুদা লুরিবদি মানসু নঙবু উদ্রি, নঙনসু মাবু খঙদ্রি।"

"ঐনা মাবু খঙই, অদুগা মানসু ঐবু খঙই।"

"করম্না, হোয় চুম্মী, থোইবীনদি নঙবু খঙই।"

"অশেংবনি পাম্লোই নহাক্না পীরকপা ঈশৈ অনীদু শক্লুবদগী নহাকপু খংলকখিবনি নৎলমদ্রবদি খঙলমদবসু য়াই। অদুগা ঐবুদি লান্না লৌগনু।"

"লৌদেদা, লান্না লৌরুবগী ইতিকসু ওইদে।"

"অদুবু নহাক্না ঐবু অসুক্কী মতিক ৱাহনখ্রে।"

"ঐবু ঙাকপিয়ু, হায়দোক্কে হায়না খনখি অদুবু ঙমখিদ্রে।"

"হায়দোক্লুবসু খোঙ্গুলদি ফংলেদনা।"

"অদুবু ঐনা হায়নীংবা অমদি, পরীক্ষাদু থাদোক্লবা তৌসি। ঐনা ঙম্বমখৈ মতেং পাংগে।"

"হোয়, ঐগীদমক্তা ৱারিগদবা-কপ্পীগদবা অমদি ফংলেদনা।"

হায়রগা থৱায় তানা নোকই। নুমিত্তু ঐ য়াম্না নুংঙাইখি। মতম কুইনা তুংশিন্দুনা থম্লরুবা ৱাফম খরদি নঙোন্দা শেংনা হায়দোকখরে। ইশাসে লশিংগুম ইয়াং-য়াংলে। ঐনা শাগৎচরুবা আশাদা থোইবীনা মপুং

ফানা ইনোৎ পীরে। কংলবা পাম্বীদা অনৌবা য়েন্নিং চোংলে।

ঐহাক মাষ্টর তৌবা লোইশিল্লগা পিঃ এইচঃ ডিঃ তৌথদুনা লৈবা চহী অনী হেঞ্জিল্লক্লে। পাম্লোইনা ঐঙোন্দসু থৌনা য়াম্না হাম্পি, থৌনা হন্দদনা থুনা লোইশিন্নবা। মাগী চিঠিসিমক্তা ঐহাক ইম্ফালদা থোক্তরে। ঐগী ইথৌদা থৱায়-হকচাং লুপ্লে। অহিং-নুংথিল নাইদনা হোৎনবগী মপান্না অসুক থুনসু ঐগী থেসিস পীসিনবা ঙমখিবনি।

লাইবক ফবদগী ডোক্টরেট হেক ফংবগা কলেজগী ওঝা ওইনা থবক চঙলে। ছাত্রগী পন্দুপ অমা লোইশিল্লবা মতুংসিদদি অনৌবা পন্দুপ অমা হাংদোক্লিংলবনি অদুবু পাম্লোইগী হোয়-মাইগী পাউখুম অমত্তা ফংদবসিদা থবক পাংথোকপা য়াদনা লৈরে। তোয়না উন্নবগী চাংদুসু মযেং য়াম্না তাথরে। মহৌশাগুম্না তোয়বা য়ারক্তুবনিনা ঐগী লাংতক্লবদি নোংম-নোংমগী হেঞ্জিল্লক্লি। নাওখম্না তম্লকপা পাউ অমনা ঐহাক তুমদনা মঙলাক্লবগা চপ মান্নরে। নোং খোংদনা ব্রজ তারক্তুনা থম্মোয় অসি শেগাক-কায়খ্রে, মঙগা চপ মান্নরে।

নাওখম্না ঐঙোন্দা থম্মোয় শোক্লা হায়,

"পাম্লোইগী অনাবদু ফরক্কনি হায়বা থাজদ্রে।"

মনা লৌবা ফাওবা চৎপা ঙমখিদ্রে। অসুক থাজদবা মতৌ অসে ঈ তেস্ট তৌরুবা মতমদতা খঙ্লকখিবনি। পুন্সিদা অসুন্না অসুক লাইবক থিবা ওইগনি হায়বদি কনানা থাজরুগনি। নৌনা লুখ্রা ওইহৌরবী মন্দোমচাগী মচানুপীদু স্কুলদা থিনবা চৎপদা এক্সিডেন্ট থোকপনি। মদুসু ষন্না ৱাইশিল্লক্তুনা শোক্কদৌরে হায়দুনা থৈদোকপদনি। মখোয় অনীমক শোক্তুনা মনাক নকপা প্রাইমারি হেল্থ সেন্টর অমদা অশোকপদু লাইয়েংখি। খুদক্তুদা হিদাক সিরিঞ্জ অমত্তদা তিন্নদুনা কাপখি। মন্দোমচাগী মচাদু থৌদৌ অদুদগী নারক্তুনা স্কুল কাবা ঙমখিদে। কোন্না খঙলকখি অঙাংদু এইচঃ আইঃ ভিঃ পোজিটিব ওইদুনা শিখিবনি। মপাসু এক্সিডেন্টতা লৈখিদবদুনা অনাবসি খঙদনা কুইনা লৈখি।

ৱারী অসিনা ঐগী সাগৎচরম্বা আশাপুম্বা খুদক্তা উৎ ওনখ্রে। মিকুপ অমগী অথুবদা কাপ্লুবা হিদাক অদুনা ঙসিদি মোংফমগী লম্বীবু মাঙ্তা শং-শংনা উহল্লরে। হৌজিকপু ঐহাক কৈদৌদগে? হ পুবা নুংশিংনা লেপ্তুনা হুম্লক্লবদা লূরবা লাইজদা চাক্তোরিবা কাঙানা করম্না ঈশিংদা হৌরিবা চরাংবু মচিন্না চিক্লদগে।

নুমিত্তুদগী ঐহাক নারে, চান্নবা ইশাসি খংশোন-শোম্থরে।

হৌজিক্তদা খঙ্গলকই পাম্বোইনা ঐবু উনসি য়াদবগী মরম। অদুবু ঐগী থম্মোয়সিনদি লেপ্লে। মহাক নত্তনা অতোপ্পা অমগা পুন্সিদা লৈপুন শেল্লরোই। অঙাং য়াওদ্রবসু লৈমিন্নবদি কাইদেনা। বিজ্ঞান্না অসুক চাওখৎলবা মতমসিদা. অদুবু ঙাকপা ঙম্লরোইদরা? ঙমনি- মসি ঐগী ৱারেপনি। ঐগী অরেপ্পা ৱারেপ পাম্বোইনা শোইদনা য়াফম থোকই।

ঐগী অনিঙ্ববা অপাম্বা পুম্বা ফোঙদোকখ্রবা মতুংদা থম্মোয়বু মচেৎ তাহনবা পাউথুমদো য়ৌরকখি ইফমদা। অমুক শমজিনবা য়াররোইদবা খোঙফম অমদা।

তামো খোংজোম্বা,

ঐবু ৱারৌরমগনি হায়বা খঙই. অদুবু অমুক থাংজিনবা য়াররোইদবা খোঙফম অসিদা ঐহাক্না করি হায়রগা পেনগদগে নহাক্না। নীংশিংলি নুমিত্তুগী নঙগী ঈশৈগী শুরদা ঐহাক্না ঙাওখিবা। অফাওবা কলাকার অমগী গুণ নঙোন্দা চপ চানা লৈ হায়বা মিকুপ্তুদা খঙখি। অদুগা নহাক্না শকখংদবী কনাগী লাইরিক্তা থম্মোয় ইরাং হৌখি অদুনা থিখি লোইনাইদবা খোঙচত্তা চৎলিবী মহাকপু। হোসপিতালদা লাক্লম্বা নুমিত্তুদা খঙখি নহাক্না ঙাংজবিবদু কনাদনো হায়বা। ঐগী থম্মোয় হরাও-তুজুংখি নঙগী ৱাহৈ খরনা মদুবু নীংশিংলগা ঙসিদি পম্বুং হায়বদু ওইরগনি। কুমগী নোংহৌ লাকপদা কংলবা পাম্বীশিং অনৌবা য়েন্নিং হুল্লকই, অৱাবা পুম্বসু নুংশাগী মঙালনা শিংতোকপিখি অদুবু ঐগী ইফমদদি কুমগী নোংহৌ কয়ারক লাক্লবসু অনৌবা য়েন্নিং কৈদৌঙেদসু হুল্লক্লরোই। অকনবা নোংলৈ-নুংশিৎ লাকপদা চগুংননা পাল্লম্বা হৈনৌ মচাশিং তকখৎতনা কেনখি। কেনখিবশিং অদুগী মরক্তা ঐহাকসু অমা ওইররে। ঈচেল কংলবা ঈশিংনা লৈরাইবু য়েংনা-য়েংনা চৎখি, অসুম-অসুম লাপ্নখি। মদুনক ইফমদা থোক্লরে। অদুবু অনৌবা কুমগী নোংহৌদা ঈপাক্কা-লৈরাইগা নোকমিন্নবদু পুরদুনা ঐগী পুন্সিদি থুপচিঞ্জরগে। অদুবু কনা-কনাগুম্বা নুপাশিংদি ঐইচঃ আইঃ ভিঃ পোজিটিভ ওইরে খঙনা-খঙনা শকখঙদবী কনাগা লোন্না লুহোংনবা হোৎনৈ. মমা-মপানসু হেন্না-হেন্না পুক্নিং থৌগৎপীদুনা লুহোংবা কয়া য়াওরি. অদুবু ঐদি নঙোন্দা নমথাক তৌবা পামদে. নহাকপুসু মাংহন্নীংদে, অদুনা ঐহাকপু ঙাকপীয়ু। ৱারেপ অসি চাম্বরক হন্না থল্লবা মতুংদা হায়জখিবনি। নঙগী ৱারেপ্পু ঐহাক্না মিরাইজবা নত্তে। মসিবু অমুক হোংদোকপদি হন্দক মপোক্কী ওইররোই।

ইম্ফাল নঙোন্দা তুজরী, আর্শিবাদ পীনবিয়ু।

২/২০০২ নহাক্কী থোইবী।

# খোঙচৎ

আজাড হিন্দ ত্রেন কোচ নম্বর, যরিদা তোংলকপনি, বিলাসপুর য়ৌরে। লেদিজ ৱেস্টিংরুমদা চঙদুনা হকচাং শেংদোক্লুরবা মতুংদা ঙহাক পোৎথাবা ওইনা খবর য়েংগে হায়দুনা ফাক্তোক্লিঙৈদা মশম মনা ইফা ফাবী নুপী অমখক ইনাক্তা ঙেক ফম্লরে। ঐসু হায়ফেৎ য়েংলম্লগা খবরদা পৃক্লিং চিঙ্খশিল্লি। মাদি ঐঙোন্দা তঙক-তঙক য়েংলি। মখুৎতসু চৈতেক তরামুক পায়রি। ফনা কুইনা লৈ ঐখোয়নি ৱা অমত্তা ঙাংনদে। শকখঙদবা মী থাজরুবগী দশা মমাঙদা থেংনখ্রে। মহাক্না চৈতেক্তু উৎলদুনা হায় "মসি লৌবীয়ু।"

"কৈদৌনবা অদুদি?"

"য়া থিন্ননবা। সে পুল্লপ লৌরো লুপা মঙাদা পিয়ু। নিম পাম্বীগী উশানি, য়া য়াম্না ফবনি।"

"ঐগীদি ৱস য়াওরকই, মদু শিজিন্নদে।"

"চাক লাম্বদুদা তৌবনি" শোম্বাংননা হায়রকই।

"অসুক ঙন্না ঐহাক ফাওবা চা গ্লাস অমা ফাওবা থক্ত্রি।"

"ঐদি নুমিৎ নীনি শুরে করিমতা চারক্ত্রিবা, কৈনোমতা চাগে তৌবনি।"

মানা য়াম্না চন্না হায়রকপদুদা নুংশিবা অমা ফাওই। বেগতগী লুপা তরা চৎপী অমা লৌথোক্তুনা পী। হরাওনা পৈশাদু পুরগা চৎখি। ঙাইহাক্কি তুংদা লফোই লৈরগা লাকই। চাও হায়দুনা ঐঙোন্দা অমা পীরকই। ঐহাক্তি চানীংদে নহাক চাজৌ হায়বদা মহাক্না কয়াদা হাওনা চাখরে। য়াম্না লাম্বদুনা ওইরম্বসু য়াই।

ঐনা কদাইদগীনো নহাকপু, লুহোংলবরো হংলুবদা মরি-মরি হায়রকই।

মচিন মনাও মঙাগী মনুংদা মানা অহুমশুবনি। মাগী নুপানা মাবু চেনবোই চিঙ্বোই তৌদুনা লৌবিরে। মনেম্বোক্না লাইরবীনি হায়দুনা য়াম্না নৈবি। খরা লৈরগা মাগী নুপাদু নুপী অমমুক পুসিল্লক্লে অদুগা মানা মপামদা হল্লক্লে। মখোয়গী য়ুম সিদনি হায়বা লৈতে। শড়ক ময়াগী লবুক মপান অমদা চরুনা কুপ্লগা লৈবনি। হান্নদি ময়ুম লৈরম্মী। মচেশিংনা লুহোংবদা য়োম্বোকখিবরা খঙদে শেংনা হায়রক্তে। মচেগী মচা অমদি ঈশৈ শকপা য়াম্না হৈ। জগোয় শাবসু হৈ। ত্রেন মনুংদা ঈশৈশু শকই. ৱাইসু শিৎলি। মাদি নোংমদা পৈশা য়াম্না পুরকপা নুমিৎসু য়াওই। মাগী মচানুপাদু খরা চাওরবদি পুবীনি হায়।

ঐনা খল্লি অপিকপা অঙাংদা চহী অশুক শুদ্রবদি থবক শুহল্লোইদবনি হায়বা আইনগী ৱাফমগদু চানীংঙাই লৈত্রবদি মৱা লৌবজাৎ নত্তে। অপিকপা মচাবু মীগীদা থবক শুহল্লগা থাগী তলব লৌবা মমা মপাসু লৈরিবনি। ফিভম-ফিভমগী মখাবুদি পোল্লি হায়রবসু সুপ্নগী নোংমগী চরাবু ফংলবদি হায়না খন্দুনা লৈবা মীগী মফমদদি লাইরিক্কী ৱাফম খনবদি লাইরদনা মঙদা ফাওবা মংল্লোই।

কম্পার্টমেন্ট অদুদা লৈরম্বা মীশিংদু মথং-মথং চৎনখি। ত্রেন লাকপা মতম ওইরে হায়দুনা ঐহাকসু থোরক্লে। ঐগী পোৎচৈশিংসু মানা মতেং পাংবীদুনা থাংদোকপী। চৎলমদাইদা মখুত্তু হায়দুনা বিদায় পীরকই। হল্লকপগী খোঙচৎতা অমুক উন্নসি হায়রম্মী।

ত্রেন থারে। হিংহৌরিবা পুন্সি মরেলদু কাওবা ঙমদে। মাগী মফমদদি পুন্সিসি করিনি হায়না লৌরমগনি।

'লাইফ ইজ বিউটি' হায়বদু মাগী মফমদা চান্নরিবরা? নত্তে, মঙোন্দদি 'লাইফ ইজ স্ট্রগল' মদুনা হেন্না চান্নদ্রা? মঙোন্দদি ঈশ্বর শোনবগী মহুৎতা পৈশাঁ খিত্তং ফংলবদি হোরেন নুমিদাংদি চেঙ ফাওবদি লৈরনি মসিনা ওইনা মরুওইনা খল্লমগনি।

ঐনা তোংলিবা বোগী অদুদা নুপ্পামচা অমা ৱাই শিৎপা চঙ্লকই। মথং-মথং শিৎলগা লাকপনি। থংননা ফল্লিবদুনা ৱাই শিৎত্রসু য়াই চাইদে হায়দুনা তাম্বোকখি। অদুবু ঐদি নুংঙাইতবা অমা ফাওরকই। ঙসাই

বিলাসপুরদা থেংনরকপা নুপীমচাদুনা লীরকপা ৱারীদু শং-শং উরকই। মসিবু কনাগী মরালনো? মী পুন্নমক চপ মান্ননদি শেন্নীরম্মী অদুবু মী ওইবগী চাংদি অমগা-অমগা মান্নদে। মসিবু মানা-মানা তৌজবা কর্ম্মগী ফল্লা? অঙাংসিগীদি করিগী পাপ। থনফম খঙদে। মথং-মথং কয়ানি ট্রেন্দা কাখৎলকপা, মমিৎ তাংবা, মনা পংবা মখোঙ-মখুৎ তৎপা কয়া। পুন্নমক অসিদা মিনুংশি উৎলুবসু য়াদ্রি। নোংমা মরোল থোক্তবা নুপা অমা শ্রীসত্য সাই বাবানা মরোল থোকহনখিবদগী মথং নোংঙানবগী অয়ুক্তা শোইনাইরবা ময়াম সাই বাবানা লৈরিবা য়ুমগী অকোইবদা কৃক-কৃক ইন্ননা লৈরম্মী হায় অদুবু মখোয় লোয়না ফহনখিবদি তৌদে।

কৈকান্ননো থল্লরোই করিসু থোক্লদবী নুপীদুগী ৱাখলনা থম্মোয়বু লাইমন ওইহনগদৌরে।ইনাক্তা ফল্লিবা ঐগী মরুপতুনা চা অমা লাপ্সিল্লক্লগা হায়, ''শকখঙদবী কোকফাবী ময়াংনুবী শকথিবীদুগা ৱারী শারুরিদুবু তন্দ্রা? মাগী ৱাখলগা থনবীদুনা মতম মাংহল্লিদুবু পাম্মুদরা?। মাগী মাঙ্গা হায়ফেৎ ইকাইরকই। ''লাইরবা শকথিবীদুসু মীনিনে কৈনো? মাগী ফিভমদুবু ফগৎলক্লবা করি লৈরিবগে? সড়ক্তা তাবা পোৎ খুল্লগা চারবনি। মঙোন্দদি পুন্সিসে শংবান্নবা লৌবুক ওইনা উররোই।

''নঙগী সাহিত্যদো ট্রেন মনুংসিদা অমুক্তা ঙাইখো। কান্নদবদা পংউং উংগনুকো, মীনা করি-করি হায়নখিনি।''

ঐহাক মখা তাদ্রে। মানা হায়রিবদু করিনো হায়বা খঙই। ইতুমিন লৈরে। ভোপাল লাম্নোরকই। নুমিৎ তরানিগী খোঙচৎনি। উজ্জয়িনীদা (জজ অনী তপ্নবা য়াওদবদগী য়াদবনি) শান্নবগী থৌরম অমা য়াওবা চৎপনি। ভারতকী মফম কয়াদগী শান্নরোইশিং, মেনেজরশিং, কোচশিং, জজশিং লাক্কদৌরি। ঐখোয় পুন্না মাগী-মাগী লমদমগী ৱারী-ৱাখোঙ লীনগদৌরি। অমনা অমগী ৱাখল ফোঙ্গদোক্লগদৌরি। ঐগীসু হায়নীংবা কয়া নোট তৌশিল্লি। ঐনা চৎমিন্নরিবা মরুপসে ৱা কয়া ঙাংগন্দে, ৱারীসু কয়া শাগন্দে অদুনা ঐনা ঙাংগনবসিদা মানা হেক্তা পিগুম গুকই। হল্লকপগী খোঙচৎতা নুপীদু অমুক থেংনৈ। হন্দক্তি মচাসু য়াওরম্লে। মমিৎসু তরাও-তরাওরদনা নুংশিবা অমা পোকই। ফিজেৎ লৈতেংগী অমোৎপা অদুনা মায়থোংবুদি খুমজিন্দুনা থম্বা ঙমদে। উৎ মনুংদা মৈনা লৈবদু মঙাই। য়াম্না নুংশি। তমোন-তমোনবা মমায়দু নানবীদুনা হংলুই,

''নমিং করি কৌই?''

"নন্দু"

"চাক চারবরা?"

"চাদ্রি"

"ঙরাংদি করি চাই।"

"চম্ফু ৎ"

"কোবী চম্ফু ৎলো?"

"নত্তে, পান।"

মমাদু ইকাইনা খুল্লকই,

"মাদি মোরোক কয়া চাদে অদুনা অতানবা পান লৈবদু ফুৎপীবনি।"

"নখোয়গী য়ুমদি কদাইদনো?"

"অসিদা" খুদোম্বী থিল্লি।

মমানা মখা তারকই। মখোয় হান্নগী য়ুমদুদা লৈত্রে। ষ্টেশনময়াসিগী লবুক ময়া অমদা লৈরে। খুদোংচাবা য়েংলগা অহাংবা মফমদা ময়ুম ওই। নোং-নত্রগা নুংশাদগী খন্নবা প্লাস্টিক অপাবনা য়ুমগী য়ুমথক ওই। চাক্তি অয়াম্বা মতমদা থোংদে তল ওইনা চায়। মপাদুনা কুলি ওইদুনা পৈশা তাল্লম্বনি অদুবু হৌজিক্তি অহলসু ওইরে মশাসু ঙমদ্রে অদুনা শেল তানবসু চৎপা ঙমদ্রে। মানা পুশিল্লকপা খরনা চারে। খঙদেদা দিদি চরা অমগীদমক্তা য়াম্না ৱাইদা।

মাগী মমৈ তাবা খোম্লোক্তো নুংশিবা অমা ফাওই। মোৎত্রিক মোৎপা শেম্ব্রে নাপ্রে তৌদুনা শেৎলিবা শারিদু য়েংদুনা হংলুই,

"নঙবু পৈশা খরা থোল্লবরো?"

"অং, ঐহাক ৱেটিংরুম অসিগী ৱাইশিংপা ওইরে। অদুগা নিম পাম্বীগী উশাশিংসু য়োল্লি। উরকই ফম্ফমগী কাচিন্দা মচৈ খরা তাদুনা লৈরিবদু।

ট্রেন লাক্কদৌরে লোইশিল্লো হায়রকপদগী ঐহাক ফমফমদগী হৌগৎলে। সুটকেস পায়খৎলে। ঐবু মুন্না য়েংদুনা লৈরিবা অঙাংদুদা লুপা তরা চৎপী অমা পায়হল্লগা বিদায় তৌনরে। অঙাংদুগী খদাংদা খুনাওবীমুক চাওনা পোকপদগী য়াওরক্লবা অশংবা চা অমা থুংলিবদুসু মঙোন্দদি মশক্কুগা ওম্লোক্না চান্নখ্রে। ঐনা চৎখিবদু মখুৎ মচাদুনা উরিবমখৈ হায়হৌই।

য়ুম য়ৌবগা ঙহাক পোৎথাবগী মতমদা তম্মী থেংনরকপা নন্দু

মমা-মচাগী অৱাবা ৱারীশিংদু। সিদা ৱারে হায়দুনা তৌরিসিগা আদা লৈহৌরিবদুগা কয়াদা খেন্নরিবা। ময়ুম মকে ফাওবা লৈতদুনা অপাইবা উচেক্কুম্না কোইচৎ চৎলিবা। ইথন্তা মিপাইবা পোল্লকই. পুন্সিগী মমলসি করিনা ওনগদৌরিবা। চহী ওনখি। খোঙ্চৎতুগী ৱারীসু গাড়ীগী কাংখোংগুম চৎখি। চহীগী লৈইসু চিঙ্শিল্লকই। হৌজিক-হৌজিক্কী তঙাইফদবা ময়ামসিদা ফোং-ফোং শাবা ৱারী পুম্বা নুমিৎ খরনিগী তুংদা নুমিৎনা লৈথখিদুনা অমম্বদা তিনখিবগুম মাংখি. কাউখি। শাওনবা ৱারৌনবা পুম্নমক মতমগী ঈরোন্নুংদা তিনখি।

চহী খরগী তুংদনি ইমাগী চহীগী দিন (উসব) কৎননবগী পোৎ লৈবা বজারদা লাকপদা ক্বা মনা য়োনবা পুংকক চাউবা অঙাং অমগী মশক্কা ঐহাকপু ঙহাক লকক্লহল্লে। মুন্না য়েংই. ওম্থোক্লা মান্নখ্রেদা। খদাং ময়াদা থুংলিবা অশংবা চা অসিনা অমুক্কা হেন্না খঙনীংহনখ্রে। ঙাইঙমদনা হংলুই.

"নহাকপু নমিং করি কৌগে?"

"নন্দু।"

"নন্দু হায়বা! নমাগীদি"

"চারু।"

"করি লমদগী।"

" বিলাসপুর ষ্টেশন মনাক্তগী"

" কয়াম কুইরে মণিপুরদা লাকপা?"

" কুইদ্রি।"

" নমাদি কমদৌরি?"

" ইমাদি লৈত্রে, লৈখিদ্রে। পোৎ খুল্লিঙৈদা ট্রেন্না তকখিবনি শাড়িগী ফিনাদা অদুদগী নৌহৌননা পিগী ঈরা চেল্লকই।

নন্দুগী মমা লৈখিদ্রে তাবদা খঙনুং নুংঙাইতবা অমা পোল্লকই। য়াম্না নহা ওইরিবীনি। ঈহৌরক্লিবা পিগী ঈচেলদু থিংগৎলগা হায়রকই.

"ইমাগা শক খঙনবিবরা?"

"খঙনৈ. বিলাসপুরদা থেঙনখিবনি নমা-নচাবু।"

"মণিপুরদদি নহাক কমদৌনা ক্বা মনা য়োল্লম্লিবা?"

পানা মনা য়োনবা কাঙ্বুগী মতুং ইল্লকপদগী মণিপুর য়ৌরকখিবনি। অদুবু মণিপুরসি ঈরাং য়াম্না কল্লে। থবক শূবা কাঙ্বু ময়াম ময়ুম ময়ুমদা লোইনা চৎনখ্রে। মণিপুরগী ঙমখৈ কনবগী ঈহৌসিদা

মীশি মীনা য়াওরকপা, য়ুম কৈ থুদেকপা, এশেমল্লি মৈ থারকপসিদা কিদুনা অয়াম্বা চৎনুখ্রে।

"অদুগা নঙদি করিগী চৎত্রিবা"। "চৎলোই! ঐদি শুংচৎ চৎলরোই। মৈ ফনা থারবসু, ওফিস কয়া তুম্লবসু, কার্ফিয়ু মনুংদা মীয়াম্না শিবা কিদনা লাল হৌরগা ঐখোয়না করিগী শিববু কিদুনা কোয়চেন-চেনগদৌরিবনো? শিবা হায়বসিদি অমুক্তি শোয়দ্রে। ঐগী ইমাসু ঐবু থাদোক্লম্লগা চৎখি, ইপাসু চৎখি। ঐগা লৈমিন্নরম্বশিং পুন্নমক কিদুনা চেন্নখ্রবসু ঐদি চেল্লরোই, চৎলরোই । চৎলগা ঐদি লৈফমসু লৈতে। অফবা অমসুং ফত্তবগী ঘটনা হায়বসিদি পৃথিবীগী মফম খুদিংমক্তা থোকই অদুনা ঐদি শিবগীদমক্তা চিঙ্গনদে। ঐগী লাইবক্তা পুরকপা মায়গৈদা মফম অসিদা য়ৌরকখিবনি।

ফৈ নন্দু অদুম্না খনগদবনি। থৌনা লৈগদবনি পুন্সিবু পায়দুনা শান্নবা, শিবগীদমক্তা খনবা হৌনদে। ঐনা নঙবু থাগৎলি।

ঐহাক থোক্লক্লে। নন্দু মনা য়োন্দুনা লৈহৌরে। মানা পুন্সিবু শিংনরদুনা লেপহৌরে। ○

# লাকখিনি হায়রম্মী

থবা ঙসিদি থাংজ নত্রা? নবুংনা লাক্কনি হায়বদু ঙসিনিনে। চাউবদা য়োংচাক্তো খরা হেকহল্লু। নবুংদো ইরোম্বা য়াম্না পাম্বনি। কুইরেদা ইচাগা চাক চামিন্নদবা। কৈদৌঙৈ অমুক চামিন্নবা ফংগদগে? অদুবু ইমাগী য়োহেনবা ইমান্নদি নঙবু ঙাইরি। পুন্সিচুপ্পা অসুম ঙাইনা-ঙাইনা লেনখিগদরা খঙদ্রে।"

ঙসিদি লৈহাওনা য়াম্না থম্মোয় মকা লাম্না থবক লোইসিল্লি। পুক্কিং ইরাং লাংই। মচা লাক্কনি. উন্নবা ফংগনি হায়দুনা নুংঙাইবগী ইথক হৌই। মরম চাদনা করিগীনো খঙদে কোম্নোংলোমদা তোয়না-তোয়না য়েংই। মফম মতম খায়দে।

মচানুপী ইতোন তোনবীদুনা স্কুলদগী হল্লকপদা মাঙোন্দা মমানা য়েঙ্গাং মন্দুনা লৈরম্বদু উবদা হরাওনা চেল্লক্লুনা মমাগী মঙক্তা কোন্সিল্লদুনা হায়রে,

"মম্মা ঙসিদি কৈথেল থোক্ত্রিব্বা করিগীনো?।"

"ঙসিদি থোক্লরোই।"

"করিগী ? হয়েংসু থোক্লরোইদ্রা?।"

"হয়েংদি থোক্কনি। ঐনা পোৎ য়োন্দ্রবদি নখোয় কদাইদগী চাগনি।"

"ঙসিনা করিগী থোক্ত্রিব্বা?"

"ইচাতোম্বীনা স্কুল কল্লকপদা অমুত্তা উন্নদে হায়দুনা নুংঙাইতদুনা থোক্ত্রিব্বনি।"

"নত্তে কৈস্।"

"অদুদি করিগী?"

"তামোচৌ ঙসি লাক্কনি হায়রিদুদি।"

"কনানা হায়রিবা ?" নোকফেৎ তৌদুনা হংলকই।

"হায়দোকওই।" পেনা হায়দোকউরগা অমুক

"হোয়দা, হোয়দা, নফি হোংদোক্লরো চাক চাররো" হায়দুনা হরাওনা কোল্লগা ইমুংদা পুসিনখি। ঐনা হল্লকপদদি কনামত্তা ওকপিরমদে। ইচে চৌবীসু থবক হেক্তা তৌদুনা লৈরম্মী, কনামফাওবা লৈরমদবা নুমিৎসু য়াওই। ঐগীদি ইথন্তা" হায়রগা কপথোরকই।

"ইচা থোইবীগীসু মমা লৈরিসিদি। অদুগীবু কম্পা হৌনবরো, পি পাম্মুই"।

সে চাক চাথোক্লরো হায়দুনা মচাবু মখজাই ওন্না-ওন্না চুম্পিরগা মথাদা চেৎনা কোন্সিনবী।

লৈহাওনা চাকশঙদা নুমিদাংগী চাক থোংলি। মথেল লুকোই লাংলি। মচাশিং চাক চাদবা মখৈ মবুং লাকপা ঙাইরি। লৈহাওনা থোঙ্গাও হাংদোক্তুনা কোম্লোংলোমদা মী চঙ্ললকপ্রা হায়দুনা চেপথা-চেপথা য়েংলি। মমা মচা ইকোয় কোয়না চাক চামিন্নবদু নীংশিংলকই। মচানা থব্রায় তানা ইরোনবদু চারগা হায়রকই,

"ইমানা লোনবা য়োংচাক্কা আলুগা ইরোনবসিদি অতৈনা লোনবগা মান্নদে, ইমাগীদি তোপ-তোম্পা মহাও অমনি, ওম্লোক্লা হাওখরে। পেন্না চাগে খরগা হাপলকউ। পুন্সিসিদা কনানা খঙগনি অমুকহন্না চাবা ফংদবসু য়াই।"

"করিগী ফংলোইদৌরিবা? ইমা লৈরিসিদি।"

মমাগী ব্রাহৈদুনা নোংথাংগী মতৌগুম চেন্সিল্লত্তুনা মচাগী থম্মোয়দা দং লাওনা পাল্লরে। মমাগী মায়থোং তন্না অমুক হন্না উন্নররোইদবগুম য়াম্না নুংশিনা য়েংলকই। পুক্লিংগী ব্রাখল অচৌবা নোংলৈ-নুংশিৎ অমা কন্না শিংলত্তুনা মমানা য়েঙ্গাং হাপলকপদু তরং চৎলে।

"কৈদৌরে চাদ্রদি?"

মমানা হায়রকপদা ব্রাখলগী লানদু নেমথখিদুনা অমুক চনীং লৈতানা চাত্তু চারে।

লৈহাও মতমদুদা খণ্ডদে মচাগী ব্রাখল করিনো হায়বা। ওম্ম্বোক্রা মোং হাদনা ইকাই থিগন্না হৌরকপনি। অদুবু করিদগী অসুক কনবা থম্মোয় চেনখিবা। মচাবু ব্রারৌদে অদুবু হকচাং অদুদি থব্রায় য়াওদবগুম থোকখি থৌদোক্লু।

নিংথমথাগী য়াম্না ইংশিল্লক্লবা মতমনি। থা মম্বা অহিংনি। থোঙদা কনানো অমনা কোক-কোক লাওনা থিল্লকপগী মখোল তাবদা য়োইহেন্না কিথি কিরুম্না মমাবু তপ্না হৌদোকই।

মপাসু তারে থোঙ থিল্লকপগী মখোলদু। মখোলদুগা লোইননা তপ্না ব্রা ঙাংলকপগী খোঞ্জেল অমসু তারে।

"ইমা থোঙসি অমুক্তা হাংদোকপিয়ো। ঐখোয় তঙাই ফদবা অমগী চঙ্জরকপনি।" অনীরক অহম্লক হায়রকপদুদদি হাংদোক্লনা লৈবা ঙমদ্রে।

মমানা হৌগৎলগা তপ্না থোঙদু হাংদোক্লুরে। ব্রাংচাওরবা মশক মতৌ চঙখোল্লবা নুপা অমগা থিক নেম্বা নুপা অমগা খুৎলৈ থুনা চঙশিল্লক্লগা থোঙদু মখোয়না থিংজিনখরে।

অব্রাংবা নুপাদুনা হায়রকই, "ইমা ঙসি অহিংসিদদি লেকচখিগে অদুগা নোংঙাল্লমদাইদা চৎচখিগে। খুদোংচাদবা খরা লৈবদগী চৎপা য়াদ্রবনি।"

থেংজিল্লক্লবা অহিংদুদা লেকহল্লোই হায়বসু ঙমদা. লেকহল্লে খুদোংথিবা থোক্কদরা খন্দুনা ইক আক তৌদুনা য়োহেনগী মপানা হায়রকই."ঐখোয়গীসিদদি ইবুংঙো হোইনা লেকপদা তুমফম চাফম খুদোংচাগদবা মান্দে। অহাংবা কাসু অমত্তা লৈতে। য়ারগদি অতোম্পা মফম অমা থিবনা ফরোইদরা?।"

য়োইহেনগী মমানা ব্রাপাংলকই."মদুনা ফগদবা মাল্লি।"

ব্রাংচাওরবা নুপাদুনা চীঙ্গলেম্না হায়রকই, "ঐখোয়গী তুম্ফম-চাফমগীদি করিমতা খনবিরুনু। ফক অমা পিরগা য়ারে। চাকশঙ্গা হেক্তা হিপচগে। নোংঙানগদবসু কুইদ্রে।"

মমানা থোঙজিনময়াদা লেপ্তুনা লৈরিবা মচা নুপীদুদা ফক অমা পুরক্লবা ইঙ্গিৎ তৌখ্রে। অথাবা ফি অমা থাদুনা ফমুং মান্না শেমখ্রে।

মথং নোংঙানবগী অয়ুক পুং মাপল্লোম তাবদা ইখঙ খঙহৌদনা পুলিশকি গাড়ী মথং-মথং থৌজিল্লক্তুনা লৈকাইদু পুমকোই কোইখ্রে। লৈহাওগী ইংখোল মনীং-মমাঙ পুংমু মুখ্রে। মমা মচা পাখৎপনসু লোয়রে। অদুবু পাখৎতবা মান্নবদি য়াম্না কন্না হোৎনরি।

সিফাইগী লুচিংদু চঙ্লক্তুনা শক্তু খরা কেংনা হায়রকই,

"ইবোয়াইমগী য়ুম হায়বদু অসিরা?"

"মান্নি।" ইবোয়াইমনা তপ্না খুম্মী।

"ঙরাং লেকই হায়রম্বা নুপা অনীদো কদাইদা চৎকনি হায়রম্মী? মশক-মমিং শেংনা তাকউ নত্রবদি,"

নোংমৈ উত্তুনা ধমকা তৌই।

ব্রাহংদু তাবদা লৈহাওদু স্বাই লাওই। কনানা হায়দোক্লিবা?, করম্না খঙলিবা? খনবতনি চিনবান য়ৌরক্তে অদুবু থৌনা ফনা খুল্লকই, "ঐখোয়দি খঙদে।"

"করিগী খঙদনি নখোয়না আইন্না য়াদরা মীওইশিংসি শৌগৎলগা কৈদৌগদৌরি। লৈবাক ব্রাহল্লিবসি, ঈরাং থোকহল্লিবসি, নে তাবা পুন্সি অমা লৈহন্দ্রিবসি নখোয়না নত্রা, নখোয়না মখোয়বু কনখৎতুনা থল্লিবা করিগীনো? মখোয় কদাইদা লৈ তাকউ।"

মপাগা মচানুপাগনা খঙজদে ফনা হায় অদুবু খঙদে হায়না-হায়না মীনুংশি খঙদনা মমায়-মমিৎ খঙদবমখৈ থাজিল্লকই। চাওরবা খোঙউপকী বুটতুনা কাওবগা নেৎপগা পেল্লক্তদুনা নোংমৈ মখোক্তুনা পেন্না অমুক শুজিল্লি।

৩

লৈহাওনা খাঙবা ঙমদ্রদুনা ফুবিরিবা মচাগী মনাক্তা চেন্সিল্লক্তুনা ঐখোয়দি মখোয়বু খঙদে, মরাল লৈতবা ইচাদা শা-ঙা হাৎপগুম ফুবীরিবা করিগীনো হায়দুনা কোন্সিনবদা মশা লাক্তুনা ইল্লকপদগী উখোঙদা য়ৈশিন্দুনা ঈ থোক্রে। মচানুপী থবানা পাখৎনা চেন্সিল্লক্তুনা মমাবু

কোনখৎলি। অরেম্পা লৈত্না ঈ থোক্লকপদু উবদা পাখৎনা "ইমা শিরে' হায়দুনা, লাওদুনা কপ্লকই। মমাগী মনাক্তা মিকুপ অমত্তসু চঙশিল্লুবা ঙমদনা য়েংনা -য়েংনা মপা মচা গাড়ীদা হাপকৎত্তুনা সিফাইশিংদুনা পুখ্রে। মৈরা পাইবী ময়াম লাক্লুনা পুখিদনবা ফনা কন্না হায়নৈ অদুবু নহারোল লেকহল্লি হায়দুনা অচৌবা এক্ট অমা পান্সিনবীদুনা নমদুনা পুখি।

থৌদোক অদুদগী লৈহাওগী মশাদা চেল্লিবা ঈগী ঈচেল অসি মিকুপ অমত্তসু চাং মান্ননা পুক্লিং লৈতানা লৈবা ঙমখিদ্রবনি। মিহুন পুন্নমক চেনগুম চেনগানখ্রবনি। মপুরোইবগা মচাগবু কন্না হোৎনদুনা লৌথোক্লবা হোৎনৈ। লৈজবা মাল' চাং য়োন্দুনা মপা মচাবু কনবিনবা অঙম্বগী মফমদা কৎত্তুনা কায়নথংদা থাদোরকখি।

লৈহাওগী ইমুং মহৌশা ঈংনা চিক্লা পানবা ইমুং ওইখিদ্রে। মপুরোইবগী মশা খঙশোন শোনখ্রে। ব্রাখলনা লায়না ওইখ্রে। য়োহেনসু মাগী নহা ওইবগী ময়োল পুন্নমক তিন্না চিকথৎপগুমখ্রে। শাওনীংবা, ইকাইবা, নুংশিবা পুন্নমক পুনখ্রে। লাইরিকশঙদা লাইরিক ফাক্তোক্লগা উংদুনা লৈরে। অঙাং ট্যুসন তৌরগা পৈশা তানবগী ব্রাখল মাংখ্রে। থোইবীনা নুংতিগী মাগীদমক্তা তম্লকপা লৈহাও লৈখোংদা মাংহনবা পাম্লকলে।

থৌদোক থোকখ্রবা খরনি তুংদা য়োইহেনগী য়ুমদা লেক্লম্বা ব্রাঙ-চাওবা নুপাদু লাক্লগা য়োইহেনগী মপা নারিবদুগী লায়েংমন ওইনবা পৈশা মপুন অমা পুরদুনা লাক্লম্মী। পৈশাদু লৌননবা নুপাদুনা ফনা কন্না হায়রবসু য়োইহেনগী মমা মপানা য়াখিদ্রে তৌবতবু থৌদোকশিং অসিদি অমুক থোকহন্দনবা হায়জে। পৈশাদু লৌ হায়বা য়াদ্রবদা তৌফম খঙদ্রবা নুপাদুনা চৎলমদাইদা ঈশিং খজিক্তংদি থকচখিগে হায়বদগী থবানা ঈশিং গ্লাস অমদা পুথোরক্লুনা পীরম্মী।

ঈশিংদু পেন্না পীথক্লবা মতুংদা নুপাদুনা শোন্থাংননা হায়,
"নহাক্লা ঙসি পীথক্লিবা ঈশিংসে অসুক্কী মতিক হাওখ্রে, পুন্সি চুম্পা কাওগনি থন্দ্রে, অসুম খৌরাংদুনতা লৈরগনি।"

থবাসু কাওদে মরোল লোনবা মাগী থম্মোয়দা দাগফম অমদি অহানবা উনবা মিকুপতুদা থমখ্রবনি। ঙসি অনীরক শুবনি। ঙসি অনীরক শুবগী উন্নবগী কায়নরমদাই মিকুপ্তুদা গ্লাস লৌনা-লৌনা রুমাল অমদি

খুৎলাম্নাখি। খন্নোরগা, হায়েঙ পুখা ফংলগা অঙোবা মচুদা চাইথোংলাখি।
মহাক চৎখি মতুংদা অমুক উন্নখিসি লাকখিনি হায়রল্লগা।

নুপাদুনা লাক্লম্বা মতুং ইকুই কুইদনা য়োইহেন য়ুমদু থাদোক্লুনা চৎখি। মানা পুন্সিবু অনৈবা মতমদুগী ঈচেলদু নৈখায়রগা য়াওশিনবা পামখি। শিংনখি। শিবা নাইবা মীওইবগী পুন্সিবু পায়দুনা শান্নবা পাল্লকখি।

য়োইহেন্না মফম খঙদনা চৎখবদা মমাগী ব্রাখলদি ঈচেল নাইনা চেনখিদ্রবা হকচাংগী ঈচেল অদু লেপকং-কংগদবা মাল্লে। ঙাওরগা চত্তে হায়বদা খাক্লবনি। কাংখদা খুৎ থেক্লগা পৈশা মশিং থিবগী ফিভমদু য়ৌরবনি।

ইমাগী য়োহেন নঙবু কদায়দনো? ইমানদি নঙবু ঙাইরি। লাকখিনি হায়রম্বনি। ইচাগী মশক উরম্ভবা কয়াম কুইরবা। মুরুম-মুরুম শোন্দুনা হায়রম্বদগী মচাবু কৌদুনা লাউনা কপ্লক্লে।

"ইমা চাকখুমদা কপ্তুনা লৈরদি কৈদৌরবা।"

মচানুপী থবানা হায়রকপদা নোংথাঙগুম থুনা পাইশিল্লক্তুনা ব্রাখলগা মতমগা তোখায়নবদু মঙফাওনরে।

"ইমা তাচৌ লাক্কদবা মানদ্রে।"

"নঙোন্দা হায়রকপরা ?" মমানা মপি তৈথোক-তৈথোক্লা হায়রকই।

"হায়রক্তে অদু ওইরবসু থেংজিল্লক্লে, পুং বারো হেল্লে।"

"অদুবু নবুংনদি লাক্কনি হায়রম্মী। ঐদি ঙাইখিনি। নখোয় তুম্মুরো ঐ ইচা লাকপা ঙাইখিনি।"

নুমিৎ কয়ানি অসুন্না মশিং খঙদনা চাক চাদ-চাদ মচাবু ঙাইখি। য়ুংতিগী ঙাইরি হৌজিকসু ঙাইরি। লাকখিনি হায়রম্বদু মিকুপ অমত্তসু কাউবা ঙমদে।

শমুক্তা থাঙ্গৎলিবা চাক্তু য়েংনা-য়েংনা মপি শিম্থরদুনা হায়,

"য়োইহেন, ইমাগী ইবুংঙো নঙনা পাম্বা য়েঙ্কাংদুমক্লি ইমানা থাংলিবা, নঙবু কৈদৌঙৈ লাক্কদগে?"

নোংমদি ফুং ফাওরক্তুনা চাক চাখি হরাওনা য়াম্না পেন্না। মমানা তুমিন-তুমিন কপখি।

চৎলমদাইদা মমাবু মখোঙ শোক্লা খুরুম্মদুনা হায়,

"ইমা, পীরো নচাগী পুন্সিগী চেঙ্ক্রজেল।"

মমানা অমুবা লংদা লংহি তারগা লাইনিংথৌ লৈমরেলগী ফনেক ফৈজোম মচেক খরা, য়াইঙং, চেঙ হামুক পুন্না যন্ত্র অমদা হাপ্লগা মচাগী মঙক্তা নুংশিনা শিজিনবীরগা হন্না-হন্না মচাগী পাক্লবা লাইবক্তা চুম্পী, হন্দোকউ য়াররোইদবা খোঙফম চেৎথ্রবা মচাবু মঙ্গল পীখি। খোঙথাং মখোল শামখি, গাড়ী মখোল তামখি।

লৈহাও নোংম-নোংমগী ময়াং কংশিল্লকই। ব্রাখলগী পোৎলুম নোংম-নোংমগী লূমথরকই। মচাগী নুংশিবা ব্রাহৈ কয়ানা নাকোংদা ঙরং-ঙরং ঙংই। মচানা হয়েং চাওরগা মমাবু নুংঙাইহনগনি, তলব চাওনা চাবগা অচৌবা গাড়ী থৌদুনা মমাবু কোইপু পুগনি হায়রম্বদু অদুগা ঙসিনা কৈদৌরবা, খররগী অহানবা লমাইমক্তদা মরমদম কনবা লুপকি লুচিংবা য়োইহেন এলাইজ মৈরাবা খুৎলাইগা কোন্নন ফারে। পাউসিনা লৈহাওগী ঈচেল লেপহনগদৌরে। মপুরোইবসু থৌদোক অদুগী খুৎফু অদুনা পুন্সি তেন্সিনখ্রে। হৌজিক্তা অমুক মচাগী। লৌদুনা কারবা ঙাগা পাংথক ওইরে।

মচাগী মপাউ তাখিদ্রে। অরাম্পদা লৈবা জেলদা পুখি হায়, থমখ্রে হায় অদুবু তাংদাংবদি খঙদ্রে। লৈহাওদি অঙাওবীগুম নুংতিগী মচাগী চাক হাপতুনা শমুক্তা থাল্লি। মচা লাকপা ঙাইরি। লাকখিনি, লাকখিনি হায়রম্বদো শোয়দনা হল্লকখিনি থাজরি। ○

# মহাও য়াওদ্রবা পুন্সি

তমেংলোং হায়স্কুলদনি ইবোহলনা ওঝা ওইরিবা। হেড-মাষ্টর ইন চার্জ ওইনা পুরম্বদগী হৌজিক্তি হেড মাষ্টরগী ওর্দর থোক্লে। মচানুপা অহল চিংখৈঙানবসু মপাগী নাত্ত. হেক-হেক লাকই। ওঝা গাইখাঙমগী য়ুমদা ভাড়াদা লৈবনি। ইবোহলনা ইম্ফালদা থোক্লকপা খুদিংগী য়োংচাক. কোমলা. শোইবুম. চা মনা য়াম্না-য়াম্না পুথোরকই। তমেংলোংদদি চা মনা য়াম্না থানৈ। গাইখাঙমগীসু মনিংগী ইংখোলদা চা মনা ফৈদোম-ফৈদোম থাবনা ইম্ফাল থোক্লকপা খুদিংগী হেক্তা হাপ্লকই। তমোংলোং খুঞ্জাওগী রঙ্গাল হৈকোল শেংবা নুমিত্তা চিংখৈঙানবসু য়াওরুই। পাখং-লৈশানা ঙম্না শেংই। রঙ্গাল হৈকোলগী সিড়ি থাক-থাক ময়ামদো খম থেংনা চৎথখ্রবদি বরাক তোর্ব্বান লৈরে হায়। তম্মাই চন্দ্রিঙৈদা চিংখৈঙানবদি ৱাবনা শদৌ থোংলে। অদুক শাংখ্রবা সিড়িগী থাক-থাক ময়ামদুগী নুঙজাও-নুঙজাওদু খন-খন্দুনা চাং মান্ননা থল্লিবা মখোয় ময়ামগী থৌনাদু ; লিংজেন মান্নবদু থাগৎতবা ঙমদে। গাইখাঙমগী মচানুপী · নিংথিংলা য়াওবগীসু অয়াম্বা লাকপনি। চিংখৈগী ঙৌরুনবা মায়থোংদু ৱাবনা ঙাংশং ঙাংলকপদু উবদা নিংথি লানা হায়রকই.

"য়াম্না ৱাবরা. ঈশিং থক্কদরা?"

"থক্কে পীরকউ।"

"নুপানবু অদুক পাংদবা।"

"ঐখোয়দি অসুন্না অঙম্বসিদি অমুক্তা কাদে. নখোয়গীদি ননাৎনি।"

অসুম হায়রগা নুঙপাক অমদা ঙেক লাওনা ফমথরকই।

চিংখৈ ঈশিংদু পেন্না থক্লে। নোঙ্গাংহৈ ঙাক্তনা পীক থন্না

হৌবা হৈকোলদু উবদা পুমঙাও ঙাওই। লৈশা পাখং কয়ানা হরাওনা পুক্লিংগী ব্রা মকা ফোংনা নম্রগা মিৎচিনা-ঈঙ্গিংনা শান্নরি। মবুং ওইবা কয়া য়াওবনা কিথি কিরুম্না উনারক্তা লোৎপা লৈরাংগুম্বসু য়াওরি। শিৎপা, শেংবা, ফোইবা লংথোকপনচিঙ্বা মাগী মাগী থবক পুন্নমক মখুত্তি লেপ্তনা অদুমক তৌই, ব্রারীসু পোৎথাদে। ময়াম্না থবক শুরিঙৈদা নিংথিংলাগী মপাগা চীংখৈগী মপাগসু লাক্তনা শিৎলি-শেংলিবদু য়েংলরে। ঙাইহাক ময়ামগী থবক শূবদুসু মতেং পাংলম্লগা হয়েং ইম্ফাল থোক্কদবনিনা মচানুপাদা ঙস্তা লাকউ হায়রম্লগা চৎখ্রে। চীংদা মতম কুইনা লৈরবনিনা চীংগী চৎনা লোনচৎ পুন্নমক ইবোহলসু খঙলে। মখোয়নসু ইবোহলবু খঙদবা য়াওদরে।

চীংখৈনা তমোংলোংদা নুমিৎ মরি মঙানি লৈরিঙৈ মনুংদা নিংথিংলা লম ফনা য়াম্না কোয়বা পুবী। কোমলাগী চীংমায়, চা বাগান, য়োংচাক্কী চীংমায় মখল শুনা য়েংবা য়াবা য়েংহল্লি। কোমলাগী চীংমায়দু লাপ্না য়েংবদদি অথোনবা সনারৈ চরোং-চরোং শাৎপগুম ফজে। হরাওবা, নুংঙাইবা, কলকপা পুলপ পুন্দুনা কমলাগী মখোঙ্দা ফমদুনা লাম-লামদুনা চাখিবা মশিং থীখিদে। অমুক্তা উদ্রিবা চিংখৈগী মফমদদি অনৌবা ঙাক্তেনি। মফমসিদা মশাদু ফজবগা নুংশিবগা ইপুন পুল্লবগুম তৌরে। মণিপুরগী মনুংদা থাইদগী চাওই হায়নরিবা থারোল শুরুং য়েংবা চৎমিন্নরুই, মনুংদদি চঙ্লক্তে। জেলাড পাৎতি য়েংনীং-য়েংনীং লম্বী ফত্তে হায়দুনা তোকখি। চীংখৈনা থাইদগী নুংঙাইজরিবা অমদি, য়েংবগী পেনবা নাইদ্রিবদি কমলাগী চিংমাই অমদি রঙ্গাল হৈকোলগী নোঙ্গাংহৈদুনি।

কমলা মখোঙ্দা নিংথিনা ফল্লিবা চীংখৈবু উবদা নিংথিলানা লক্লরকই,

" তমেংলোংদা লৈবদগী হন্দক্তি নুপা অমা কবিরা-মাইবীরা চঙবা তারে।"

"অদুবুদি শোয়দ্রবনি ইবেম্মা, নোঙ্গাংহৈকোলগা, কমলাগী চীংমায়গা উবসিদি য়েংবগী পেনবা নাইদে। সনামচুগী উচেক শঙ্গু অমা পাইরক্লগা মনাপুংবা উপাল অমদা পুল্লপ তোংবদা ঐহাক্না অচৌবা কমলা চরোং-চরোং পানবগুম্না উবদু নীংশিংলকই।"

" এ! অদুদি অঙাওবনি, উচেকপু কমলাগুম্না করম্না উবরা?"

" লাপ্না য়েংলবদি উইনে, ইবেম্মা।"

" তামো চীংখৈ ঐ ব্রা অমা হংগেনা?"

" অমত্তা নঙ্গবসু য়াম্না হংউনে।"

"নখোয়গী মৈতৈ ইমুংতদি ঐখোয় চীংমী নিঙোলসে চঙহন্নীংঙোইকো ?"

"করিগী চঙহন্দনি। চীং-তম অমত্তনি হায়দুনা ঐখোয়গী পারিপুরীগী ব্বারীদা য়াওরিবদুদি। মৈতৈ নিংথৌ পাইখোম্বসু মরাম নিঙোল ইঙাল্লে লৌদুনা চরাইরোংবা পোকখি। চরাইরোংবনা অমুক চোথে নিঙোল নুংথিল চাইবী লৌদুনা লৈমরেল ফমথোল কাখি। নিংথৌ পামহৈবা (গরিবনিব্বাজ) লৈমা নুংথিল চাইবীগী মজাইবুংঙোনি। নঙসু মৈতৈ নিংথৌরোলগী ব্বারী খরদি খঙবা নত্রো?"

"মদুনা থায়নগী ব্বানি, ঐনা হায়বদি হৌজিক্কিনি।"

"হৌজিক্তা হেন্না মীওইবগী পুক্লিংসে পাকথোক চাওথোক্লবনি। চাওখ্রবা পৃথিবী অসিফাওবা নোংম-নোংমগী অসুম-অসুম পীকশিল্লক্লুনা বিন্দু অমত্তং ওইরক্লে হায়নরিবনি।"

" মদুনা লাইরিক্কী ব্বানি, থবক ওইনা পাংথোকপদা হেক্তা য়াদবনে। হায়পতদি লাইবনে।"

" হৈরেদা নঙগা মরৈ য়েৎনবা ঙমপোৎনত্তে। চৎলসি লাকও থেংখ্রনি।"

নিংথিংলা নুমিত্তু মণ্ডল-মণ্ডল খল্লি, ইনুং নুংঙাইতে। ওইবা য়ারোই খঙনা-খঙনা পুক্লিংবু ; থম্মোয়বু ব্বারকচবা ঙমদে, অদুগা মাগী খুলগী নাৎ-চৎনবীসু থাদোকপা পামদে। মাগা স্কুল অমত্তদা পীক্লিঙৈদগী হৌনা লাইরিক তম্লিন্নরকপা জেমসনা মাবু নুংশিবা পুন্নমক খঙই অদুবু নোংমতা মঙোন্দা মহৌশাগী ইচম-চম্না লোয়নবা অদু নত্তনা নুংশিবগী ঈঙ্গিৎ অমত্তসু পীখিবা লৈত্রি। মসিমক্লসু জেমসনা মঙোন্দা ইচং থৌবা ঙমখিদবনি।

চীংখৈ বেঙ্গলোরদা এমঃ টেকঃ তল্লী অদুগা নিংথিলানা মহীশূরদা বিঃ এঃ তল্লী। মপা মপা শকখঙনবা লুন তিন্নবা মরুপ ওইবদুনসু করিমতা চিঙ্নবা লৈতনা নিংথিংলাগী মপানা মচানুপীবু চীংখৈগী খুত্তা শিন্নদুনা লাইরিক তম্বা থাখিবনি। মদুমক্লসু মখোয় অনীগী অচেৎপা মরী থমখিবনি। ছুটি নুমিৎ নীনি হুন্নিবু থারবা বৃন্দাবন গার্ডেন্দা নঙ্গগা মহিশুরগী কোনুংদা মখোয়গী ব্বারী শাফমঃ অব্বা পোৎথাফন্নি। বৃন্দাবন গার্ডেনগী ডান্সিং ফাওন্টেন, মশিং খঙদনা য়েংবা চৎমিন্নখি। মচু-মচুগী ঈশিংগী কুমৈদা মতম হৌখিবা খঙহৌদে।

নিংথিলাগী মতেং চীংখৈনা য়াম্না পাংবগী মতিক মখোয় অনীগী

মরী নোংম-নোংমগী অসুম-অসুম নক্সিল্লকই. অহল-লমন থঙনরকই।
হান্না য়াম্না চন্না লৌনুরম্বদু হৌজিক্তি তরাই-তরাইবা ওইরক্তরে।

মপা-মপা লুনা চান্না তিন্নরম্বগী মরীদু তুপ্না-তপ্না কোমগোন্নরকপগুম তৌরকই। চীংদা তমগী মী লাকপদা খুদোংথিবা থোক্লরকই। ঙমখৈগী ৱাথোক-লাম্থোক ওইনরকই। চিংমী-তম্মী নাকপাক-নাকপাক তাবগী ৱাখল পোক্লরকই। মসিমক্তা ইবোহল তমেংলোংদগী তমদা ট্রান্সফর লাক্লে। চুম্না লাকপা নত্তে. পৈশা চংনা ৱানোম্বনি। মমা-মপানা ইতৎ-তত্তনা মচানুপা চীংখৈদা নিংথিংলাদগী লাপথোক্লবা তক্সিল্লকই। মাবু ইমুংসিগী মৌ ওইনা পুশিল্লক্লবদি মমা-মপা ফাওবা কাইনবা য়াই, হায়না ধমকা ফাওবা তৌরকই। চীংখৈ তৌফম খঙদে। থাদোক্লবা য়াদবা মরীনা পুন্সিনখ্রবনি। করম্না নিংথিংলাবু থাদোক্লমগদগে?। ঙসি ঙরাং খঙ্লবসু নত্তে। মপানা চীংদা চহী তরাগী মথক্তা লৈরক্লবনি। পুংকক চাওরিঙৈদগী অদুম খংনরক্লবনি। মতমদুদদি করিসু অথিংবা লৈখিদবনি অদুবু হৌজিক্তি ফিভম্না য়ারক্তবনা ময়ুম-ময়ুমদা করিমতা হায়দোক্তনা নিংথিংলাদি তাওজিং হৈরু পানখ্রবনি। লোৎপা য়ারক্তে। কা অমা ভাড়া লৌরগা মখোয় অনী পুন্না লৈমিন্নরে। লাইরিক্তি মখা অদুম তমথরি। নিংথিংলা ছুটি লৌরে। অঙাং উন্নরে। মচানুপা অমা পোক্তুনা চীংখৈ মপা হায়বা মিংথোন্দু ফংলে।

চীংখৈ চহীগী অরোইবা পরীক্ষা পিখ্রে। অদুবু মহাক মণিপুর থোকপা পামদ্রে। থবক তৌগে হায়রবসু মফমসিদা শোয়দনমক্কী ফংগনি হায়বগী থাজবসু লৈরে। কন্ট্রেক্ট ফাওবা তৌনরে অদুবু মমাগা-মপাগনদি থোক্লক্তবা য়াদে হায়দুনা টেলিগ্রাম মথং-মথং তৌরক্লি। অদুবু লুরিবদি অঙাং অসিনি. অঙাং লৈজদবা মীনবুদি য়োকচগে হায়বা য়াম্না লৈ অদুবু পুন্সিদা অহানবা ফংজবা মচাবু করম্না মীঙোন্দা পীথোক্কদগে?, অঙাংগী ৱাথোক্লা মখোয় অনীগী পুন্সিদা ক্রেক চৎলবসু মথাদগী অঙাংবুদি মশামক অঙাং ওলহনগনি হায়রবসু পীররোয় হায়বসে নিংথিলাগী অচেৎপা ৱাখলনি। মাগী অকনবা ফিরেপ অদুদা চীংখৈনা য়েৎলুবগী অধিকার লৈতে।

মমা কন্না নারে হায়বগী পাউ ফংবদগী চীংখৈ ইম্ফালদা থোক্তবা য়াদ্রে। নিংথিংলাদি চিংনৈ চৎহন্নীংদে। অদুবু চীংখৈনা মথৱায় ৱাদনবা শিন্নরম্লগা থুনা লাক্কে হায়বগী থাজবা পীরম্লগা লাক্লে। য়ৌরগদি মানা খল্লম্বগা তায়োন্ননা থোক্লম্মী। মমা অদুক হাক্লা কন্না নাবা তৌরমদ্রে, চৎনা

ওইনা নাবা ওইরম্মী। নিংথিলাগা লৈনরিবা মরী অদু থুগাইনবগীদমক মশা তাক্না থৌরাং তৌবা ওইরম্লে। অদুবু হেন্না নুংঙাইতরা ৱাফম অমনা মাগা লুহোংনবা হায়ন-শিংনরিবা নুপী অদু মাগা অঙাং ওইরিঙৈদা লাইরিক তম্মিন্নরকখিবী নিংথিবী ওইরম্লে। মহাক্না রোল ৱান ওইরগা নিংথিবীনা সেকেন্ড ওইরকখিবনি। মরাল লৈতবা মানা ইকাইহৌগদবদু খল্লুবদা চীংখৈনা অমুক্কা হেন্না নুংঙাইখিদরে।

মমানা কন্না তক্সিল্লিবা ৱাফম অসি চীংখৈদি য়াবা ঙমদ্রে। অদুগা নিংথিলাগী মরমদদি ৱাহৈ অমফাওবা পল্লুবা য়াদ্রে। মাবু পুশিল্লক্লবদি মচা লৈত্রে, শিখ্রে হায়না লৌরনি হায়না কপ্পও-লাওবও মহা ওইখ্রবনি। চীংখৈগী মথক্তা মচে লৈ ময়ুম পানখ্রে। মবাইগা মচেগনা থেম্না য়াবা থেল্লবনি, অদুবু চীংখৈগী ফীরেপ চীংজাওগুম্না লেপখ্রে। মৈ ঈশিং চঙখিদরে। বামোনগী ইমুংদবু মৈতৈ ফাওবা কদাইনো হায়রগা চীংমী অমবু ইমৌওইনা লৌশিল্লবদি মমা-মপাবু নরক্তা তাহনবনি অদুগী শরুক নমাবু হাৎলগা ননীং থুংজহৌরো হায়দুনা থৌরবা থাঙ অমা মখুত্তা শিন্নরকপদা চীংখৈ নুঙ অনীগী মরক্তা হা ওইরে। ফিভম্না, ইজজৎনা ৱাখল লৈনা নারক্কদৌরবী মমা, নাসু-নারিবী অদুগা অমরোমদনা মচা চেলহৌরিবী নিংথিংলা। মাগীসু ইজজৎ লৈ, সমাজ লৈ। মদু পুন্নমক কাওথোকপদি ওইথোক্তে। অদুনা মপুক্লিংদা চপ য়ুংনা লেপ্লে, মরাইবক থীরবি নিংথিংলাবু পুন্সিগী ওইনা থাদোকপদি ঙম্লরোই, থাদোক্লরোই। অদুনা লিন্সু শিবা চৈশুসু তেক্তবা, নিংথিলাবু অমুক্তং উন্নগে হায়না খল্লে। খনবত নত্তে পাউ থাদুনা উন্নরুরে। মঙোন্দা ৱারী পুন্নমক লীদুনা থম্মোয় শেংদোক্লুরে। অরানববু কুপ্সিল্লগা কোন্সেং শাবগী পাপ পুনীংদে। মমা-মপাগী অপাম্বা মচাওইবশিংনা পাংথোকফম থোকপনি অদুবু লান্না থাংজিল্লুরবা খোঙথাং অসিদগী হন্দোকপা ঙম্লরোইদবা অসিগীদমক ঙাকপীয়ু হায়দুনা শেংদোক্লুরে।

মসিদা নিংথীবীনা করিবু হায়রুনি। "মাবু লুনা তৌবীয়ু, কাউথোকপীগনু, মহাক পুন্নমক ফনবা শিঞ্জগে" হায়না খুমদোরক্লে।

লুহোংবা কাইরে, নিংথিবীনা লুহোংবদু শিখাং-খাংদুনা য়াদরে হায়দুনা পাউ থাদোরকখিবদগী তোকখিবনি। চীংখৈগী মমাদি মৈ-হৌনা শাওখি। মশামক্না চৎতুনা অয়া-য়াদা হান্না লৌখিবা ঙাক্তনি।

চীংখৈ থবক তৌরে। চীংদা পোস্টিং তারে। মমানদি অতোপ্পা

নুপী অমা কোইথি-থিদুনা লুহোংনবা হোৎনরি। মচানদি য়াবা কৌবা লৈতে অদুগী মহুৎ নিংথিংলাবু পুদুনা লাক্লে। মাবু পুরকপা নুমিৎতুদগীনি মপানা মাবু ইল্লোকখিবা, মমানা মাবু মৈ হৌবমখৈ শাওখিবা।

চীংখৈ অমুক হন্না য়ুমদুদা খোঙ্গন তাররোই হায়রম্লগা নিংথিংলা পুদুনা মাগী ক্বাটরদা লৈখি। থম্মোয়দা মমা-মপানা হজ্জিন-হজ্জিন হায়খিবা ৱাহৈ---''অহিংবা পুন্সিগা চেদা ইবা ময়েক্কা তিন্সিন্নবা য়াবরো?'' হায়বা ৱাহৈদু অমুক্তং থুগাইদুনা মাগী পুক্লিংনা বিচার তৌরকই। মালেমদা লৈরিবা মীওইবা হায়বা জাতিসিনা মশাবু মখল কয়া থোক্লা খাইদোক্লিবশিং অসিগী মনুংদা নুংগী শক্তম খরদা ওইরবসু উবা ঙমদবসিগীদমক খোয়রাংই। মশাগী মরালবুদি লোৎশিল্লগা অতোম্পগীনা হেন্না উসিনবীরুবা, মশাদ পক্লিবা হম্রু ফাউবা খোত্তৎনীংদবদুনা মীবুদি, মরাল শিরিবা মীওই কাংলুপ অদুবু নিন্দা তৌদবা ঙমদে। হোয়, মীওইবদি তুমিন্না থক লৈনীংদে, অদুনসু ওইরম্বা য়াই।

নিংথিংলা লৈফম খঙদে, পোৎথাফম খঙদে। ঈহৌরক্কনু য়াদবা পিশিংনা মনিং ত্রম্লকপদা ইল্লিবা ফিগী ফিজি খুদিংমক চোত্তবা য়াওদে। লিংজেন খাবা মপাগী পুকচেল খঙই. তুমিন্না থক লৈথোক্লোই।

নিংথিলানা নীংলম্বদু থোক্লরে। মপানা মীয়াম হৌদুনা লাক্লগা চীংখৈগী মফমদগী মচা পীয়ু হায়ররে। চীংখৈনা করি খুম্লুনি, ময়েক্তা ঙাংলক্লিবা মকুবোক্কী মমাঙ্গুদা। মহাক্তি ইকাই নুংশি য়ান্নবগা অনী পুন্দুনা হৌদোংগী মমাঙ্গা উচিনা চেক মোক লাওদনা তুমিন্না লৈবগুমখ্রে, হায়ফম তৌফম খঙখিদ্রে। মশক-ইশক চৎনবী লোনচৎ হান্না লোইনা খঙনবা ঙাক্তনি অদুবু অসুক লাকচনা মচাবু ইল্লোকপদি গাইখাঙম থাংবা ঙমখিদ্রে। অদুনা মচাবু নমদুনা পুখিবা হায়বসিনা মাগী অকনবা ৱারেপ ওইদুনা লাক্লবনি। নিংথিংলানা মপাগী মমাঙ্গা মফমসিদগী খোংফম অমফাওবা লাম্লোক্তুনা চৎপা ঙম্লোই, ফনা মুক্লবসু মীয়াম হৌদুনা লাক্লবা মপাগী মফমদগী নাম্লোকফমদি লৈররোয় খঙনা-খঙনা মফমসিদগী শুংচৎ-চৎপা ঙম্লরোয়, শিরবসু মফমসিদা অদুম শিহৌরগে হায়দুনা শিখাঙ-খাঙলক্লে। নিংথিংলাগী অনম কনবা মতৌ অসিদা মবুংনা শাওরদুনা নাকন্দগী নোংমৈ শত্তোক্তুনা মখোয়গী মমাঙ থানা চৎকেরা-চৎলোইরা হায়দুনা নোংমৈ নম্লরে। নিংথিংলা করিসু নাচুংদে, নোংমৈ পুথোরকপদুদা অমুক্কা হেন্না অফ-ফত্তা খঙখিদরে অদুনা শাওনা হায়রকই,

"ময়ুম পাল্লবা নুপীদি মপুরোইবগী মনাক্তা লৈবা তাবনি. ঐহাক মফমসি থাদোক্লুনা শুংচৎ-চৎল্লোই"

নিংথিংলাগী অনম কনবা মতৌদুদা মবুংনা শাওরদুনা নোংমৈ কাপকে তৌরকপদা মপানা চোংশিল্লক্লুনা নোংমৈদু মুন্নবদা খঙহৌদনা মরু অমা কাপথোকখরে। মরুদুনা নিংথিংলাদা পানখরে। চীংখৈগী কাদু ঈঙাং পাকতক্লরে।

খঙহৌদবা মিকুপ্তা থোক্লিবা থৌদোক অসিদা পাখৎতুনা লৈরিবা ময়ামদু চংদুনা নিংথিংলাবু হোসপিতালদা পুখৎলে। অদুবু লাইবক থিবদি হোসপিতাল য়ৌবা ঙমদনা লম্বীদা অরোয়বা শ্বর হোল্লে। শিরমদাই মিকুপ্তুদা মচাবুদি মনাক্তা লৈহনবীরকউ হায়না শিন্নরম্মী।

পাউদু তাবদগী চীংখৈগী মমা-মপা লাক্লম্মী, থৌদোক্লুনা নুঙগুম্না কল্লম্বা থম্মোয়দু উনগুম্না শৌদোকখ্রে। শাওরম্বা পুম্বা ঈশিং ঈচেলগুম্না ইংথখরে। লানখিবা পুন্নমক ঙাকপীয়ু হায়রবসু গাইখাঙমগী থম্মোয়দি পেৎলু হায়বা য়াখিদ্রে। মমৌগী অশিবা হকচাং ময়ুমদা পুদুনা সংস্কার তৌগে হায়বদা হিংলিঙৈদা ইম্মোকপিখ্রগা মচাবু শিরগা লৌশিনবদি য়ারোই হায়দুনা গাইখাঙম্না পুরগা চৎখি।

থৌদোক্লুনা চীংখৈগী থম্মোয় মৈরী থোক্লা চাকখি, কাওবা ঙমখিদে। য়াম্না চিকপা, তরকপা পুন্সি অদুদা মথন্তা ক্নাটর অমদা লৈরক্লে। মচাদি মপান্দা লাইরিক তম্লি। পিশক পিক্লিঙৈদগী লৈরক্লবনি। অদুনা কৌথোক্লুনা মনাক্তা লৈহল্লবসু মমা লৈত্রবনিনা অমুক্তা হেন্না মনীং থুংঙোয় খন্দুনা কৌথোক্লে। মহাক্কীদমক নিংথিংলাগী পুন্সি লোমখিবনি অদুনা মাবু কাউবা হায়বসে মাগী মশাগী মিহুল লেপখিবা মিকুপ্তু নত্তনা নীংশিং লাইয়ুমদা লৈতানা লৈখ্রে। অদুনা মমা-মপানা ফনা ময়ুমদা হল্লক্লবা হায়রবসু চৎকে খনখিদ্রে। মমাগী কপ্পা-লাওবনা পুক্লীংবু, থম্মোয়বু পেৎহনবা ঙমদরে। পুন্নমক অসিবু কাউননবা হোৎনবদা ওফিসতগী হল্লকপা খুদিংগী লীক্লী অমমম য়াওরগা লাক্লে। মফম-মতম খঙ্লক্তরে, মহৌশাগী চীংখৈ নৎলক্তরে। য়ুদা এড্ডিক্ট ওইরক্লুনা চাবা থকপা চাং নাইরক্তরে।

চীংখৈ ওফিস কাবা ঙল্লক্তরে। নোংম-নোংমগী শোকচিল্লকপদগী কন্না নাশিল্লক্লে। 'ময়ুমগী মী অমত্তা তাক্কনু; খঙহনগনু হায়দুনা খঙহনখিদরে অদুবু অনাবা অসুম-অসুম হেঞ্জিল্লকপদগী মরুপ-মপাংশিংনা মশা খঙহন্দনা ময়ুমগী মী কৌরুরে। মচাগী ফিভম উবদা মমাদি ও-

খোংনা কপ্লে। মচাবু ময়ুমদা পুরগা লায়েংনবা হায়বদা মীগা-মীগা খেন্নবা লৈবা ইমুংদুদা খোঙ্গুল তাররোই; নিংথিংলাগী অরোয়বা শ্বোর হোনখিবা মফমসিদা মাগীসু অরোয়বা ওইনীংই হায়রকপদা মমাগী থম্মোয় মচেৎ কয়া থোক্লা কায়খ্রে। অমুক শমজিনবা য়াররোইদবা খোঙফমদা লেপ্পুবগী নীংঙমদবা মৈশানা মৈরী থোক্লা চাক্লক্লে। মচাগী ৱাখল মুন্না খঙলবা নীংঙমহৌদ্রবা মমা-মপা অনীমক মচাগী ৱাটরদুদা লৈরে। মচাগী শোকচিল্লবা ফিভমদু উবদা মশুনুপা ৱাঙ্গোল কৌথোক্লে। মপাগী শরু ঙাক্তা ঙাইরবা শক্তমদু উবদা করিগুম্বা মপানা শিখিবা থোক্লবদি মহাক্কী কনাসু লৈহৌররোই খল্লুবদা খাম্বা য়াদনা পি নৌরিবা খজাই অনীদুদা পিগী ঈরা শিন্থরক্লে। মপাগী মতোঙ য়াওদ্রবা শিংলি ঙাক্তা ঙাইরবা মখুত্তু নান্না-নান্না পিরিক শিন্থরকপদু মপাবু উখিদনবা ফনা লোৎলবসু অনাবগী থৌরবা মিৎনা উখরে। মপাগী থম্মোয়দা থুক লাওবা ফাওখ্রে। মমানা শিরমদাই মিৎকুপ্তা মচাবু মখুত্তা শিন্নরল্লদু হৌজিক্তা তৌখিবগুম মিৎমাঙ্গা উরক্লে। হিংনীংলকপগী মৈশা খজিক্তং হৌজীক্তদা ফাওরক্লে। নাল্লিবা মচাগী মখুৎ চেজেৎ পায়শিল্লগা মচাগী মায়থোংদা পেনবা নাইদনা য়েংলকই। চীংখৈ মশা খঙজদনা মাগী মিৎলু অনীদগী চেন্থরকপা পিরিকশিংদুনা কংলবা খৌরিদু লান্না শিন্থরক্তুনা থবাক চোৎলক্লে।

"ইপাগী ইবুংঙো নঙগীদমক্তা ইপা হিংনীংলি, ঐহাক শিখ্রবদি ইচাগী কনাসু লৈহৌদরে।"

হায়বা ৱাহৈসি থম্মোয়দদি হন্না-হন্না হায়রগা চীনবান্দদি য়ৌরকপা ঙমখিদরে। পুঙমদবা থম্মোয়গী চৈনা অমনা থম্মোয়গী কাচিন মরিমক্তা ফাওরেং লেংখরে। হিংনীংবগী মৈশানা শিংলি-নাওরি খুদিংমক অশাবা ইচেল-চেনখৎলক্লে, মচাবু নুংনা চেজেৎ কোনশিল্লক্লে। চীংখৈ খাঙবা ঙমখিদরে। মখুৎ ৱাঙনা থাংগত্তুনা মচাবু লৈজবী থাদুনা কোন্নবা হোৎনবদা

" ইপাগী ইবুংঙো ৱাঙ্গোন"

ৱাহৈসিনা অরোয়বা খোঙ্গোক ওইখরে, মমিৎ কুপখিদ্রে। মচাবু কোনবা ঙমখিদ্রে, মোন্দগী কোক্লা খজিক হায়গৎলগা মখুৎ তিংথোরকপদা তুথখিবনা হাল্লে। ৱাঙ্গোন্না পাখৎপগা লোয়ননা ঐখোয় পাবুং কৈনোম তৌখ্রে হায়দুনা লাওরকপদা ময়াম চেন্সিন্নরকই অদুবু ৱাঙ্গোন্দি মপাবু কোনখিবদগী থাদোকখিদরে। ○

২০০২

# মমৈ চম্পা

লৈরিকমচানা ইংখোলগী য়েঙ্খাং নাপীশিং ঈশিং চাইরিঙৈদনি, মচানুপানা ইফিং-ফিংনা লাক্লগা শাওরংননা হায়রে,

''ইমা, ঐগী থবক্কী ব্রাফমদুবু করি হায়নরবগে? পাবুংনবু করি হায়রিগে?''

''পৈশাগী ব্রা হায়রকমাল্লে।''

'হৌজিক্কী মতমদবু ইমা, পৈশা পীদনবু থবক কম হায়না খন্দোইনো?''

''লাইরিক্লা নঙনা ফরে, খনবনা য়ুমথংনবগী ইঞ্জিনিয়ার চাউথোইগী মচানুপা চাউনু খনগদৌরিমাল্লে।''

''চি-চি লাওনা পরীক্ষা খুদিংমক্তা পাস তৌরকপা, নুপী-নহাদা মখুৎ শাংবা মরমচৎ চুমদবা নুপাদু খল্লগদবা ।''

''খঙদে-খঙদে, হায়নবগী ব্রানি।''

''মাবু হেক খল্লক্লবা, ঐদি ইঙক্তা থৌরি থুদুনা শিগদবনি।''

''ইস! হায়হৈদে, করি ব্রাতা খোন্দানোনে?''

''ঐনা অহিং নুংথিল খঙদবমখৈ লাইরিক পারকপগী ফলদুনিনে ঐনা ঙসি ঙাউচৎনরিবসে। 'সুন্না তৌগদবগী শরুক লাইরিক তম্লমদবনা হেন্না ফৈ।''

''তানীংদেহে অসিবু ব্রানেনা।''

''সিদগীদি ঐ ইন্টরভিয়ুগা অমত্তা য়াওররোইদবনি।'' শাওনা চৎখি চুরাচান্দ। মমানা মচানা চৎখিবদু নুংশা থিনা য়েংদুনা লৈহৌই। অদুবু থবক্কীদমক হায়রক্লিবা পৈশা অদুদি মখোয়গী ইংখোল, অরৈবা মাল চাং পুন্নমক কাইরবসু ফংগদবা মানদ্রে। তৌফম খঙদনা লৈরিক লাইবকপু

নিন্দা তৌদুনা লৈতঙ্গায় মথক্তুদা ফমথরকই।

লৈরিক্কী য়ুমদু লৈরক্কা তাইনৈ। লৈপল ময়াদা চুরাচান্দনা তুংলোমদা মখুৎ অনীদু তুংবুনদুনা ৱাখল খন্না-খন্না কোইচৎ চৎলিঙেদা নুপা অনীখক্লা লৈরক্তা ৱারী শাদুনা চৎখিবদু তাই.

''ভাই. ঐদি সুমাই হিংদৌ শরুক নোংমৈ পাইবা মরক্তা য়াওখ্রগে?''

''করিগী?''

''পুন্সিসে চানীংবা চা. থক্লীংবা থক. লৌবা য়াবা শেল লৌ. তানবা য়াবা শেল তালহৌরগা. শিদোক্লসু শিদোক্লগা লোইরেদনা. অসুক ৱানা চানীংঙাই লৈতদনা শিংগদৌ শরুক''

''অদুনবু ফরজাৎলা ভাই। বসন্তখোইগী ইমুংনা য়ুম অসুম ৱাংখৎলক্লিবা, মচা-মশূ লোইনা পৈশা পায়রিদু মচানুপা অমদি হৌজিক্কানগীদু য়াওবদগীনি হায়। চুম্বজাৎলা?''

''অচুম্বনি. সেন্ত পার্সেন্ট।''

''অওইরনে!''

''অশেংবনি। হৌজিক্তি মচানুপা ২/৩ পোক্লবদি অমদি য়াওহন্নরে''

''কান্নদে ভাই ঐখোয় থিম্নররোইশি।''

চুরাচান্দ ৱারীদু মরিক চুম্না তাহৌই। লৈপল ময়াদুদা মনাকোং থাঙ্গৎতুনা। অদুদগী মফি তনশেৎ-শেৎতুনা একাগাড়ীদু ইম্নোক্লগা মমান্নবা পাইখোম্বগী মনাক্তা তনচৎ চৎলি।

পাইখোম্বা ইংখোল থবক শূদুনা লৈরম্মি । চুরাচান্দনা থবক শূরিবা পাইখোম্ববু খুদাং তাপ পায়দুনা চিংখৎলগা অরুবা থবক অমা লৈরে. ৱা তান্নদবা য়াদ্রে হায়দুনা মমান্নবদুগী কাদা চঙমিন্নরকই। পাইখোম্বনা ইঙক ঙক্লা হায়বা ইনবী নুপীমচাগুম কৈনো নঙনা তৌরিসিবো হায়দুনা খোঙথাংদি লেপ্তুনা লাক্লগা ফমুংদা ঙেক ফমথমিন্নৈ। তাঙ্গাসিদা মখোয়গী মরূপ মোইরাংলাইজিসু লাক্তুনা মখোয় অহুম থোঙ্গাম মোন্দুম শাদুনা ৱারী চিকথনৈ। ফনা কুইনা ৱারী শান্নরবা মতুংদা থবক শিন্দোক্লরগা কাইনরে।

হন্দক মরক চুরাচান্দ ময়ুমদগী চেনমাং-চেনমাং মাংই। মমানা নঙবু কৈদৌরিনো য়ুমগী মখাদা ঙস্বক্তা লৈনীংদে হায়দুনা চৈ। মচানুপানা তনখুম খুম্মী, '' ইমা. ঐ শেন তাল্লিনি, থবক তৌবা চৎলিনি।''

''পৈশাদি অমত্তসু পুশিল্লক্তবা. হঞ্জিল্লকপনা নোংয়াই মতুংদা. নত্তে নঙনা তৌরিসিবু করিনো?''

চুরাচান্দ মমাগী ৱাদুদা মখা তানা খুমদে। মাগী চৎকদবদু অদুম

চৎখি। অহিং হঙ্জিল্লক্তবসু য়াওই। মমানা মচাগী অহোংবা লমচত্তু করিনো খনফম খঙ্গদে।

থা খরগী তুংদনি। চুরাচান্দগী থবক্তু হায়দোক্লে। চুরাচান্দ মায় পাক্লে। মমাগা-মপাগা হরাওবগী ঙমখৈ লৈত্তে, মচাগী থবক্তু খল্লকপদা। নহানমখৈ থাসি ওইরম্বদু ঙসিদি পুর্নিমা ওইরে, অনৌবা য়েন্নিং হুল্লে। সরকারসি অচুম্বা খরদি তৌবোইরে, পৈশা পীজদ্রবসু মচাবু থবক খল্লকই হায়দুনা চুরাচান্দগী মমানা মী হেক খুদিংগী ব্বারী শাই। হরাওখিবনা থবক খুদিংমক নোমজেন চেন্দুনা তৌই। মচাগী থবক কাবা নংনবা মমানা চাকঙন থোংদুনা হোৎনৈ। চুরাচান্দ হান্নগী চুরাচান্দ নৎত্রে। মরম য়াম্না মোক্লে। ওফিসতগী কুম্লক্রবসু ঙহাক্তা পোৎথাদে। ইমুংগী থবক ইনখাং ইংখোল শম্বল য়েংশিল্লি। মমান্নবা পাইখোম্বহোই মোইরাং লাইজিহোয়সু ইরাক লাকখিদ্রে। মখোয়দগী অসুম অসুম লাপথোক্লুরক্লে। অনৌবা ওফিসকি মরূপ মপাংদুনা হেন্না পান্না তিন্নরক্লে।

চুরাচান্দ অয়ুক্কী খবর পারি। পাইখোম্বগী পাউ খবরগী অহানবা লমাইদা ফোটোগা কোন্ননা হাপলকপদা শ্বাই লাওই। ডিমান্দ লেটরগা লোয়ননা কমান্দোনা ফাবনি। চুরাচান্দ মুরুম-মুরুম শোল্লি, ঐনা নহান্না অসুগুম্বা থবকসি মখা তারনু হায়রগা। ঐনা হায়বা শুকলৌ লৌদে।

"ইবুংঙো চাক চাররো, ওফিস কাবা থেংদ্রিবরো?" মমানা চাকশংদগী লাওরকই।

"ঐ ঙসি ওফিস চৎলরোই।"

"হায়মা! নঙবু ওফিসতা অরুবা মিটিং লৈ হায়বদাইনে।"

"লৈসনু ইমা!।" খোলদু কল্লপ হায়রকই। মপুক্লিংদা লৈরম্বা অশাওবা নুঙাইতবদু মমাদা তাইনরকই।

"মসি অঙাংসিদি" হায়রল্লগা মমাদু ইমুংদা চঙখি। চুরাচান্দ ওফিস চত্তে।

মমান্নবা মোইরাংলাইজিঙ্গী ময়ুমদা চৎননবা গাড়ী ইল্লোরকই। মমানা চাক চাখো লাওহৌই, তাদনা থোরক্লে। চানীংবসু ফাওদে। মমান্নবদু লৈরমদে, মপা থোরকই ব্বারী তৌরকই।

"মোইরাংলাইজিদি য়ুমদা হল্লক্তবা কুইরে, মব্বা মপাউ তাখিদ্রে। নঙদি য়াম্না নুঙাইখ্রমাল্লে, নোংম ফাওবা লাক্কে, হোই থবক তৌরবনিনা চিল্লমবদি য়াই।"

"নক্তে বাবা, ঐ লাকচরম্মী, মা লৈতে হায়বদুদা মখা তানা অমুক

লাকখিদ্রবনি। ওফিসকী থবক চিনববুদি চিনবা---"

"পাইখোম্বদু ঙরাং ফারে হায়না খবরদা য়াওরক্লে। কমদৌনা তৌরিবা জাৎনো জ্ঞান-মান তাদে।"

"ঐসু মদুগীনি লাকচরিবসি। পাইখোম্বা হোয়দা চৎলুখিগে।"

"চৎলুরো-চৎলুরো । ঐসু হোরেন চৎলুগে।"

মোইরাংলাইজি হোইদগী থোরক্লগা পাইখোম্বা হোইদা চুমদ্রিং লাক্লে। পাইখোম্বগী মমাগা মচলগা চুড়াচান্দ উবদা ও খোংনা কপলকই। পাইখোম্ববু য়াম্না তমথিনা ওৎ-নৈবী, মমাই-মমিৎ ঈহিং-নাহিং শাবমখৈ ফুবী হায়দুনা তমলকই। চুরাচান্দ তৌফম খঙদে অদুবু মরুপকীদমক্তা পাংবা য়াবা মতেং পাংগে হায়রম্লগা হল্লকই।

চুরাচান্দ অহিং তুম্বা য়াদে। মমানদি হায়, "নমান্নবা পুলিশনা ফাখ্রগা নঙনা করিগী লৈতাফম খঙদ্রিবনো? মাগী-মাগী মরমচৎনা ফারিবনি। নঙদি ওফিসারনি মখোয়গা মান্নবা য়াব্রা?"

চুরাচান্দনা মমাগী ৱাদু মখা তাদনবা হায়, অদুবু মমাদি কোথ-কোথ ঙাংলি। মচাগী লৈতাফম খঙদবদু মমাদসু ফাওই। থল্লি, মচানা করিদা লানখ্রবা, করম্বা অশোইবা থবক তৌখ্রবা। ফল তাদবা ৱাহংগী পাউখুম অহাংবদা তিনখি। চুরাচান্দ ওফিস চৎলি চৎফম খঙদে, চাই চাফম খঙদে, তুম্মি তুম্ফম খঙদে। মানা মুরুম-মুরুম শোল্লিবদি, মখা তানা করিগী থবক তৌরুরিবনো, তোক্লসি হায়না তোক্লখ্রগা করিগী মনীঙ খোল্লিবনো মসিনি মহাক্কী চিন্তা। হৌজিক্তি করম্বা পাউ অমনা মাগী মিহুলদু নেমথগদবনো খঙদে।

অহিংদা মী লাকপগী খোঙউপকী মখোল তারকই। চুরাচান্দ কিবনা থবাক্কী মিহুলগা ফ্রং ফ্রং চোংলকই। তুমলম্বদগী ফুক হৌগৎতুনা শিল্লিং মথক্তা কাখৎলি। য়েনখা লুখা মী চৎপগী মখোল তারকই। চুরাচান্দ নুংশা থিবা হেনগৎলকই। শ্বোর হোনগদৌবা য়ৌনা কিরকই। তাঞ্জাদুদা মমাঙ-থোঙ নমলক্তুনা। থোঙ হাংদোক্লবা হায়রকই। মমাগা মপাগদি ইশি শিনা তুল্লি।

থোঙ্দু কন্না থিল্লকপদুদা মমাদু মিকপ থোক্লমানে। মপাবু মশা নোমদুনা হৌদোকই। খোঞ্জেল তপ্না হায়, "মোই'বা অহিংসিদা থোং থিল্লকইসিবো কনানো?" মপাসু নাখোক্লম্বদগী হা হায়দুনা ইফিং ফিংনা হৌগৎলকই। মপান্দগী অমুক থোঙ থিন্দুনা হায়রকই।

" থোঙসি হাংদোক্ত্রবদি কাওখাইরগে।"

. চুরাচান্দগী মমাগা মপাগদু থোঙ্গু পাক হাংদে। কাওখাইরগে হায়দুনা হুঞ্জিল-হুঞ্জিল হায়রকপদগী হাংদোকলে। পুলিশ ময়াম মরী-মরী চঙ্লকপদা কিখিবনা চুরাচান্দগী মমাদু মরৈ ফাওবা খৎপা থোক্রে।

"নচানুপা কদায়দা তুম্মি?" তুপী উম্পা পুলিশতুনা শক য়াম্না তাখৎনা হায়রকই.

"করিগীনো?" মমানা পাখৎনা খুম্মী।

"নচানুপা হুরানবদু পুথোরকউ ?" পুলিশনা মখোঙ থিন্দুনা লাওরকই।

"ইচানা কনাগী মপোৎ হুরাল্লদনা ?" মমাদু কিরম্বদগী কৈ অমোমগুম ঙংদুনা খুল্লকই।

"নচানা মী কয়াদগী ডিমাগু লেটর থাদুনা শেল খোম্লম্বগী? হৌজিক লুপা লাক্ষ কুনগী শেনফম চেন্নরিবনি।"

"ইস! বিষ্ণু-বিষ্ণু! ঐগী ইচানবু অদুগুম্বা থবক তৌগদ্রা?"

"তৌবদুনা মাবু ফাবা লাক্লিবনি।"

"মদু সুকওই ওইথোক্তে ", মমানা শাওনা খুল্লকই।

"শিল্লিং মথক্তা চুরাচান্দ মিহুন শুদ্রে, শ্বোর হোনবা তাখিনি হায়দুনা ময়াদু ফি নমশিল্লে।"

তোর্চ লাইট কাপ্তুনা কোইথি থিরকই। পুলিশনা মথক কাখৎলকপদা চুরাচান্দ মখুৎতা পায়রিবা ফিদুনা থৌরি থুদুনা শিরসিরা খল্লকই।

"লৈরে লৈরে. হুরানবা সিদা লোৎতুনা লৈরে" শিল্লিং মথক্তগী মবুক নোইবা পুলিশতুনা চুরাচান্দবু পোৎ হুন্দবগুম মখাদা হুন্দরকই । কাওবগা নেৎপগা তৌদুনা ফু-ফুদুনা পুখি। মমানা মচাগী মতৌদু য়েংঙমদে. কপতুনা মচাবু মুন্নবা হোৎনৈ অদুবু মমাগা মপাগদু ফুবীদুনা থম্বিরম্মী ।

নোংঙানবগী খবরদা য়াওরকই। তোইগন পাইদুনা লালহৌলুপ শারগা শেল খাইরম্বা. অখাইবা শেলদুদগী লুপা লাক্ষ তরা মন্ত্রি চাওথোইদা পীজদুনা থবক চঙখিবা. চুরাচান্দ মাগী গেং খুৎপু পাইখোম্বনা হায়দোরকপদগী ময়ুমদগী ফাখিবনি। নীংশিংবা য়াবদি চুরাচান্দ পরীক্ষা খুদিংমক্তা মকোক থোংদুনতা লাকখিবনি। ○

# মনা

ওঝা অঙ্গংবী নামোইনু প্রাইমারি স্কুলগী ওঝা হেড মিস্ট্রেসনি। স্কুলগী মতমদগী খরা ঙনখৎনা কারক্কুনা ফাইল শূরী। পুং তরাদা কৌসিনবনি অদুবু ওঝাশিংদু কনামতা কারক্কি। ক্লাস খুদিংগী মানা অমা লোইরগা অমা রোল-কোল চৎথরি অদুগা নে তানা মাগী অথোকপা সবজেকক্কী মতুংইন্না ক্লাস তৌরি। পেরড তারমদাইদা ওঝাশিংদু মরী-মরী লাকই। মানা ক্লাস লোইরগা থোরক্কুনা কমন রুমদা ফম্লীঙেদা পেরড তারমদাইদা চঙখিবা ওঝাশিংদু মরী-মরী থোক্লরকই। ওঝা খরদং লৈবদুদা ওঝা অমদি হেক্তা কারক্কে অদুনা অয়াম্বা মতমদা মহাক্কা মেনখৎতুনদা লাকই। লাক্ক-লাক্কবা ওঝাশিংদগী লুপা তরা-তরা ককই। অতৈ ওঝাশিংনদি ককইবা পৈশাদো অচাপোৎ চাথোকসি হেক্তা হায় অদুবু ওঝা হেড মিস্ট্রেসনদি য়াদে। লাইরবা অঙাংশিংগীদমক্তা বই কলম লৈসি হেক্তা মহায়। মসিদনি ওঝা অতৈনা মাবু নুংশিদ্রিবা। ওঝানা মোজা লোন্দুনা লৈবা, লুদো শান্নদুনা লৈবা য়াম্না চৈ, তৌবিগনু হায়জে মদুগী মহুত্তা অঙাংশিংগী খাতা ময়ুমদা পুরগা শূবগী মহুত্তা স্কুলগী অহাঙবা মতমদা খোৎলু হায়। পরীক্ষা খজিক্তং ঙাইরবকান্দা ওঝাশিংনা অঙাংশিংগী খাতা পীথোরক্তবদগী মমা-মপাশিংনা কমপ্লেন তৌবা ফাওবা য়াওখ্রবনি। অদুনা মসিগী হেবিটসি লৈহন্দবা ফৈ হায়দুনা ওঝানা তোয়না হায়বনি তাবিবদি লায়রদনা মনাদফাওবা হাপ্পীদে। অদুনা অয়াম্বা মতমদা ওঝা হেডসি মথৱায় ইনুং নুংঙাইতে। নুংদা নুংঙাইত্রবসু মপাম্লোংদদি শুংউৎ-উৎতে।

মহৈরোইশিংনদি ওঝা অঙ্গংবীবু য়াম্না নুংশি। মা হেক লাকঙৈদগী স্কুলগী মহৈরোইশিং য়াম্বা হেনগৎলকই, লাইরিক, বই, কলম লৈতবা হেক

হেক লৈবী। মহৈরোইশিংগী মমা-মপানসু মাবু য়াম্না থাগৎলি. স্কুলগী মনাক্তা লৈরিবা কৈরোয়-লৈকায়নসু মাবু য়াম্না নুংশি। সরকারনা শেম্বীদ্রবা ইহো হোরবা ফল্লাং ফাওবা ওঝাশিংদগী পৈশা খরা-খরা খায়নরগা মানা অয়াম্বা পুথোক্তুনা শেমজিল্লি। মসিদনি ওঝা অতৈনা মৈহৌদুনা শাওরিবসি। সরকারনা শেমদবা স্কুল অদু মানা শেমজিন্দুনা অরেম্বদা পৈশা তিংহল্লে হায়বা ৱাফমসিনা ওঝা ময়াম অমত্তা ওইদুনা ওঝা অঙৈংবীদা মিৎ শুকই।

হয়েংদি স্কুল অসিদা ইন্সেপেক্টরনা ইন্সপেক্সন লাক্কদৌরী। অঙৈংবীনা য়াহৌ থেংবী ওঝাশিংদু ঙন্না লাক্লবা অমদি চহীগী পরীক্ষা খজিক্তং ঙাইরবনিনা কোর্স সুনা তাক্লবা হায়খি। ওঝাশিং শিংদ-লাক্তবা ওঝাদি নত্তে। ইন্সপেক্টর লাক্কনি হায়বা নুমিত্তু মখোয় লোইনমক ঙন্তা লাকই। ইন্সপেক্টরনা ক্লাস খুদিংগী ওঝাশিংনা পাড়া তাক্লিবদু য়েংই। ওঝা অমগী ক্লাস্তা চঙ্শিন্দুনা ক্লাস লৌরুই।

"পাড়া কদায় য়ৌরে"

ইন্সপেক্টরনা হংই,

মহৈরোই অমনা হৌগৎতুনা খুল্লকই,

"ওঝা শ্রবনকুমারগী পাড়াদু য়ৌরে।"

"অদুদি নখোয়গী পাড়া লোয়গদৌরেদনা। য়াম্না ফরে. মমাঙগী হান্না তাকখ্রবা পাড়াদগী ৱাহং হংগে। মথক্কী পাড়াদু ফাক্তোকউ।"

হান্না চঙ্লম্বা ওঝা তমুবীদু ইপা পাখৎলি। মহৈরোয়শিংনসু ওঝাদা নুংশা থিনা য়েংলকই। ইন্সপেক্টরনা ৱাহং হংবদা মহৈরোয়শিংদো পাউখুম অমত্তা খুম্বা ঙমদবদুদা ইন্সপেক্টরদো শাওনীংবা পোক্লমই। পাড়া ফাদবমখৈ ফুরগে হায়দুনা মখুৎ তিংথোকহল্লুবদা মহৈরোইশিংদো কপ্পিং-কপ্পিং তৌনা হায়রকই. "ওঝা, ওঝানা হংলিবা পাড়াদুদি ঐখোয় য়ৌদ্রী, ওঝানা সুংতাক তাকত্রি।" "করি হায়বা? নখোয়বু পাড়া কুনসুবসি য়ৌরে হায়বদাই।"

"য়ৌদ্রি. তরামঙাদমক য়ৌরি. কুনসিদি ঙরাংদমক তাকপনি। ঙসি ইন্সপেক্টর লাক্কনি হায়।"

ইন্সপেক্টরনা ওঝা তমুবীদা য়েংলকই। মহৈরোইশিংদু লোয়না ফমহল্লগা ওঝা তমুবীদা ওন্সিল্লগা,

"অঙাংশিংদা কৈদৌঙৈদসু ওইদবা ঙাংবা তম্বীরোইদৌবনি। ওঝা হায়বসি অঙাংশিংগী অনীশুবা মমা-মপানি।"

ইন্সপেক্টরনা কাদগী থোকখ্রবা মতুংদা ওঝা তমুবীনা অঙাংশিংদ চৈবগী মখোল তারকখি।

নুমিত্তুদা ইন্সপেক্টর চৎখ্রবা মতুংদা হেড মিস্ট্রেসকা অতৈ ওঝাশিংগা খরা ঙংখৎনখি। মখোয়গী লিচৎ শাজৎতু ওঝা হেডনদি খরা শেমদোক্লিংখি। অদুবু অপংবা য়োংদা পাউতাক পীরুবগী দশাদু তাখি। ওঝা হেডতু মখোয় মরাম লৌতুনদুনা অরাম্পদা ট্রান্সফর চৎহনখি।

ওঝা হেড-মিস্ট্রেসনা স্কুলদুদগী হেক চৎখিবদগী স্কুলদুগী ফিভমদু নোংম-নোংমগী শোকচিল্লক্লমই। ওঝাশিংদু চাং নাইনা-কারমদে। মহৈরোয়গী মশিংসু নোংম-নোংমগী হন্থরক্লম্মী। মমৈথংদদি লৈকাইগী নহারোলশিং হৌরক্লুনা লাইরিক তম্বীদবা ওঝাশিং লৌথোক্কদবনি, অঙাং লৈতবা স্কুল মুথৎকদবনি হায়দুনা মরী লৈনবা বিভাগতা চে থারম্মী। য়ানবা অমা পুরক্ত্রিবফাওবদা তলব পীরোয় হায়দুনা ওঝাশিংগী তলব থিংজিল্লম্মী।

অরাম্পদা পোস্টিং তাখিবা ওঝা অঈংবীদি মহাক হেক লাকপদগী স্কুলদু মথং-মথং চাওখৎলম্মী। অফবা মহৈরোয়শিংদা চহীগী অচৌবা ফঙ্কসন্দা মনা-মথুম য়েম্লোক্লম্মী। স্কুলগী অকোয়বদা লৈরিবা নহারোল-অহল্লোন পুম্নমক ওঝাদুগী মথৌ মশক খঙবদুদা য়াম্না হরাওরম্মী অমসুং থাগৎলম্মী। মাগী মমিং খুল লান্না চৎখিরম্মী। চহী অমগী তুংদা ওঝা অঈংবী য়াম্না নহা ওইনা মানা মহৈরোয়শিং অমদি স্কুলগী ফনবা অমসুং চাওখৎনবা তৌখিবা অদুগীদমক ভারত সরকারনা ওঝাগী নুমিৎতা মনা পীদুনা ইকাইখুম্নবা উৎখি। ○

# মরুভূমিদা নোং

শূমাঙ্গী নুংশাদা মোড়া মচা অমদা ফল্লদুনা শংবান্নবীনা ব্রাঙ্গোনবু ঈরুজবীরি মোন্দা য়াম্না নুংঙাইনা ঈশৈ ঙংল-ঙংলদুনা। অঙাংগী কুচুদু পুলৈ কুচুনি। মশমদু ঙাংতক-তৌই, মচিনবান পিক্তক লাক্তক নুংশিবা লৈখোন লৈ। শেংনা ঈরুজবীদুনা তৈথোক্লগা মোড়া মথক্তা লেপহল্লি। তঈং-তঈংবা অঙাংগী ধোন-ধোন লাওবা খজাই অনীদুদা নুংশিনা চুম্পী. লাইবক্তসু অদুগা হায় ঙল্লিঙৈদা লাকপা য়াদ্রো নহাকথক পুন্সিসে অনৌবা পন্দুপ অমা হাংদুনা মপোক অমা ওইখ্রবনি। কাউদরিং, মসিবু কাউফম থোকপরা?

শংবান্নবী চাকখুমদা চাক থুনা লোইশিন্নবা হোৎনরি। নিংথমথাগী অঈংবদু ইফাও-ফাওদবগুম হোবে-হোবে নঙনবা তৌরি। মনেম্না হরাওজে মমৌগী সেবাদা। পামজবা নুংশিবা অনীমক পুল্লপ-পুল্লবনিনা। মশক্কা ফজরে তৌথোরকপা খুদিংমকসু ইপক্তা পকচৈ। মনেম্না তৌরম্বা থবক খুদিংমক মমৌনা শিল্লে। হোবে-হোবে নহা মচাগুম মচাগী ওফিস কাবা নঙনবা লমজেন চেনবদু তৌদ্রে। নিংথম থাগী অমেঙবা নুংশাদু পেন্না য়াইরগা চাক্লেন খুঞ্জবদু করম্বা নুমিৎ থাদা ফংগদগে খঞ্জবদো মমৌনুপীনা ফংহল্লে। অমুক্কা হেন্না খাইদগী পেঞ্জগদবা হায়ববু মশূ অমত্তং মৈতম্বাক্তগা পম্বা ফংজবা অদুনি।

ব্রাঙলেন্না মখুৎতা অচৌবা য়োংচাক চরোং অমা পায়রল্লগা চাকখুম্মাঙ্দা পোপ থাদরগা.

"হৌজিক ফাওবা লোইশিন্দ্রিবরো" হায়না হায়না তুংলোমদগী খংকোন কোন্সিল্লকই। "হায়মা! কৈদৌ শোক্লকইনো অশেংবনি ঐদি. ইঙাও ঙাওশিন্নরদনা চাকখুম্মাঙসিদা ইমা চঞ্জলকলনি।"

"চঙ্গলকওই ইবেম্মা, ইমা শূমাঙ্গদা লৈহৌরি। ঐসু অশেংবনে, ঈরুজরবদ্রি।"

"অদু ওইরবসু"

"খঙদেসে, থুনা লোইশিল্লো" হায়রল্লগা ফৎ থোকখ্রে। মনেম চঙ্গলক্লগা,

"ইবেম্মা ডাক্তর চৎকনি হায়বদো হান্না চৎথোক্লুরো, চাকখুমদো ঐ চঙ্গহৌরগে। অদুগনে থবক অকনবদি পংতৌ তৌরুনুকো। চৎলো-চৎলো।"

মনেম্মা রাগ মথং-মথং শাগৎচে। মমিৎতা পিক্লিবা অঙাং অমা কোইচেন চেনবা উরকই। অঙাংদুনা শান্নপোৎ ময়াম পুরক্লগা মবোক্তা পোবিয়ো হায়দুনা ইঙ্গিৎ তৌই। মবোক্কী মনঙ্গন্দা ইশি-শিনা তুমখি। সেগা ওম্বরগা মশূগী পাক্লবা লাইবক্তা চুপ্পী অদুগা নোকফেৎ তৌরদুনা, "ইশুদি চেঙ মচংনি।"

ইমাশি চৎলুখিগে। মমৌনুপীনা হায়রকপদা খংপ্রেক খংই। মীৎমাংদগী মশূ মাংখি, মচিন্দদি চৎলুরো, ব্রোং-ব্রোং শৌরিবা য়েন্সাংদু ঙসাইমখৈ উদবগুম থুম থাকচিল্লে। য়া ফরিঙৈদা পেন্না চাখিবা য়োংচাক্কু ঙসিদি কল্লকউদ্রে অদুবু মচানুপাগীদমক্তা শিংজু শুবীগে হায়দুনা য়োংখোৎ পুথোরক্লি।

মমৌনা হেক হল্লকপগা মনেম্মা ঙাইঙমদে, "ডাক্তরনা করি হায়রকই।"

মমৌনা খুমদ্রিঙৈদা মচানুপানা, "কৈসু থোইদোকপা হায়রক্তে, পোথাও, থবক অকনবা তৌনু। বেদ রেস্ট তৌগদবনি" মসিখক্তনি।"

মনেম্মা নুংশা থিজনা

"অদুদি নুংতিগী ওফিস কারিসিদি কমদৌনি? ছুটি লৌগদরা?"

"হৌজিক্তগী ছুটি লৌরবদি কদায়দগী য়াগদগে?"

"অদুদি নুপামচা মথন্তা চৎহনবা য়াবা নত্তে। নঙনা গাড়ীদা লৌবা থিনবা তৌগদবনি।'

"হোয়-হোয় ইমা, নমৌনুপীসে লাই লাৎপদৌনা লাৎলসিকো।"

"ইশূগীদমক তৌদবা য়াদবনিনে?"

ঘড়ি য়েংলগা, "ইমা ঐ ওফিস কাবা থেংখ্রেনে। চাক লোইরবরো?"

"লাকও-লাকও চাক থিরগে" মমা চাকশংদা চঙ্গখি।

মনেম চঙখ্রবদা শংবাননবীনা মপুরোইবদা . ওইনরকই " করিগী ইমাদা অদুন্না হায়রিবনো. ইকাইদরা?"

"ইকাইদেদা ইমাদবো। ইমাদি মশূ উনীংবনা ঙাওরবনি।"

"নঙদিনা।"

"ঐঙোন্দবু নঙগা হায়রদনা. ঐঙোন্দগী হনবরা ?"

"ও-ও শোয়খ্রে অদো য়াম্না কৌহন্নীংবা মিংদুদি খিস্তং ব্রাৎলিবা নত্রো? হৌজিক্তগী হেক্তা কৌরো হায়রিরো?"

"অদু-অদা খঙদে ঐদি মপা ওইদৌবা কুইদ্রেদনা। য়েংওই ব্রা হায়রমগে ডাক্তরনা অকনবা থবক তৌনু. ঈশিং অরুম্বা থাংনু হায়বদু থবক ফরিনি কা হায়দুনা ঈশিং হোল্লুনুকো। লৈগী ঈশিংগদু ঐ লোইনা চাইগে পোৎথাদুনা লৈরম্মু।"

শংবান্নবী তশেংনা মনেমগা মপুরোইবগনা তৌবা সেবাসিদা ইকাইরবনি। মনেম্না মৌ অনৌবী শাখ্রবনি। মশূসিতগী খনবদা। হৌজিক কালগী নুপীশিংসে মমাঙ্ঙৈগুম মচাবুদি য়াম্না পোক্লদ্রে অদুবু খিস্তং পোক্লিবদুসু ডাক্তরনা হেক্তা পোথাও হায়।" ডাক্তরগী ব্রা থওই-ব্রাওইদবদগী অঙাং তোয়না কায়বা উবদগী মনেম্না নুংশা থিরিবনি। অঙাংসি মিরোনবা হাক্তক্তগী মচানুপাসু প্রোমোসন ফংই হায়দুনা অমুক্কা হেন্না মমৌবু লুনা তৌই।

ব্রাঙলেন মহৌশাগুম ওফিসতগী খেংনা হল্লকখিদ্রে। ভস্ত্র হল্লক্লগা য়ুমগী থবক ইনখাংদসু মতেং য়াম্না পাংশিল্লে। য়াহৌ ভস্ত্র হৌগৎলে।

শংবান্নবীগী থবক্তি হান্না কোম্বগী মথক্তা অমুক্কসু ছুটি লৌদুনা অয়াম্বা মতমদা ওফিস কাদ্রে। শংবান্নবী থা গুজিল্লক্রে। মনেম্না মশূগী নিংথা ওইনা অমোনবা ফি নুংঙাইগদবা য়েং য়েংদুনা গুরগা থমজিল্লি। মপুরোইবনা শেৎলম্বা ফৈজোম শেগাইদুনা নিংথা মচা-মচা মগুগীদমক্তা শেমই। শংবান্নবীনদি শেগাইদনবা হায়বনি অদুবু মনেমনদি মমৌগী ফি মচা মশূনা শেৎপ-ইনবা পুন্সি নুংশাংই হায়দুনা খুমদোরকই।

শংবান্নবী নুমিদাং অমা মশা নুংঙাইতে হায়দুনা ডাক্তরদা পুখৎলি। নুমিৎ নীনি চিংননা লৈ। মনেমগা মপুরোইবগা নুংশা থিজে. কোয়চেন চেল্লি। ওপরেশন তৌদবা য়ানি হায়দুনা তৌখিদে। নুমিৎনা তরং-তরং থোরকপা মতম অদুব্রাইদা ঙৌরোক-ঙৌবা মশূনুপা অমা পোক্রে তবদা মনেমনা হরাওজখিবদি অঙকপনি। মনেমদা নত্তে. মমাসু মপাসু অদুবু লাইবক থিবদি অঙাংগী শ্বোর খুহোন্দু মওংমা তৌই হায়দুনা

নুমিদাংৱাইরম লৈখিদ্রে। কমদৌননো হায়দুনা ডাক্তরদা কোইচেন চেন্দুনা তান্নখি অদুবু ডাক্তরনদি অঙাংসি পুক্কুংদা কুইনা কান্নমন্দুনা ৱাবা হেঞ্জিনবদগী লৈখিদবনি হায়। শিরবনিনা অমসু-অমসু পংহায়দা হায়নৈ।

পোকপদা ঙাইরিবা অঙাংদু থাজদনা শিরে হায়বা পাউসি তাবদা মনেম সনা লৈফম খঙখিদরে। ডাক্তরশিংগসু খৎনরে। শিফম থোক্তবা অঙাং ডাক্তরশিংনা চেকশিন্দবদগী শিহল্লে হায়দুনা চার্জ তৌরে। অচৌবা ৱাথোক অমা ওইরে। তৌবগীদি ডাক্তরনা কৈশু তৌরোই হায়দুনা খরসু থৌশাখিদবা জাৎনি। মিকুপ খরা থিনথখিবদুনা পুন্সি অমা শারেপ তানগদবদা থুপচিনবিরে। মখুত্তা ইতৎ-তৎতনা থোকপা থৌদোক ওইরগসু তাঞ্জা অসি মীওইবগী অচৌবা লাংফম অমসু ওইরিবনি হায়বসি করিগুম্বা কান্দা ডাক্তরসু কাউজন থিবা মীওইবনিনা কাউখিবরা?। হৌজিক্তি কনাদা তাইনরুনি।

অঙাং শিরে হায়বগী পাউদু শংবান্নবীগী মফমদদি নোং খোংদনা বজ্র তারকপগুম্মী। য়ুমথক নীংখাইদুনা নল্লকপগা চপ মান্নখি। চাক ঈশিং চাও-থকউ হায়বা ফনা কুইনা য়াখিদে। মমিৎতা মচাবু নীংশিংদুনা উদুনতা লৈখি।

শংবান্নবীগী ইমুং মহৌশাগা মান্নদরে। অমগা-অমগা ৱাখল মোৎ ইচান চান্নরক্রে। মপুরোইবা ৱাঙলেন থেঙনা হল্লকপদা নত্তনা য়ু থক্লগা লাকপা মশিং তোয়রক্লে। অহোংবা শাজৎ ময়াম অসে শংবানবীগী মফমদদি হূ পুবা নোংলৈ নুংশিৎকুম্বনি। মনেমগী ৱাখলদদি মতম্বাক্তা মশু পম্বা ফংলরোই হায়বসিনা লাইনীং ওইখরে। লূনা তৌরম্বা মমৌবু তাথিরক্লে। পুন্নমকসিগী মথক্তা খাইদগী লাইবক থিরিবদি শংবান্নবীগী ৱুম (অঙাংগী গর্ভ) অসি কেন্সর তারক্কদৌরে লৌথোক্তবা য়াররোই হায়দুনা লৌথোকখিবা অসিমক্তা আশা পুম্বা কায়খিবনি। রাসি লৈরম্বা, ফজরম্বা, নিংথিরবা মায়থোংদো হৌজিক্তি মায়হিংনা পুংমু মুসিনখরে। হৈনীংবা পুম্বা মাংখরে। ইমুং অসিদা লৈবদা শান্তি ফংগনি থাজরক্রে অদুবু মপুরোইবনদি মহাকপু তাথি-তাওইনদি তৌদ্রি। মহৌশাগী নুংশিবদুদি অদুমক পীরি মদুমক্তসু শংবান্নবী মনেম্না ঈশৌ তৌরবসু খাঙবা ঙম্বগী ৱানি অদুবু নুমিদাং তুম্লমদাই খুদিংগী মপুরোইবদা হৌদোকচৈ।

"য়াম্বুং, ইমাসিগী নীংবসি থুংহনবা ফৈ। ঐগুম্মী অমগীদমক য়াম্বুংগী পুন্সি মাংহনবা পাম্মুই।"

কৈনো নঙনা হায়রিসিবু অঙাং লৈত্রবদি হিংবা য়াদ্রদৌনা? হৌজিক্কী

মতমসিদি অঙাং নৈতবনবু হেন্না ফরে। উরেদনা নোংমা কাংদনা শিরিবস্রে। এইডসনা লান্দাদুনা খরা, এক্সিডেন্টতা খরা, নহারোল লালহৌবনা খরা, সিফাইনা খরা। য়াম্না ফরবনি। ঐখোয় ব্রাই শংনা লৈত্রো। ঐ অঙাংগীদমক অতোপ্পা নুপীগা থিবা ঙম্লোই। ইমাদি অহলনিনা পংঙাংদা ঙাংজরিবা হায়দুনি।"

"পংঙাংদা ঙাংজবা নত্তে। য়ুম লেপ্পীনবদি কনাসু লৈত্রে। য়াম্মুংসু ইথন্তা পোকই, ঐসু ইথন্তা পোকই।"

"অদু কৈদৌরগে, কোন্না ব্রারী শাসি। তুম্লসি, পুংসি য়েংউ, বারো (১২) তাখিদৌরে।"

মপুরোইবদি ইশি-শিনা তুমখরে অদুবু শংবান্নবীদি তুম্বা য়াদে। মহাক মওল-মওল খল্লি। মথন্তা লেপ্পা ব্রারেপ মথন্তা অমুক ককচৈ। ফল তাবা ঙমদে।

চহী খরগী মতুংদনি।

নোংম শংবান্নবীনা ওফিসতগী হল্লকপদা মপুরোইবদু চৌক্রি অমদা য়াম্না শুকথনা ফম্লম্মী। শংবান্নবীনা হকচাং নুংঙাইত্রবরা কৈদৌরগে হায়দনা ইপা পাখৎনা হংলুবদা য়াম্না নুংঙাইতনা শোম্থাংননা খুম্লকই,

"শংবান্নবী ঐ নুপী অমা থিদবা য়াদরে।"

শংবান্নবী শ্বাই লাওই। মপুরোইবনা অসুন্না হায়রক্কনি হায়বা থাজদে। মহাক্না মতম চুপ্পদা নুপী থিয়ু হায়বদা য়াদদুনা লৈরকপনি অদুগা ঙসি খঙহৌদনা।

মখা তারকই

"ঐনা করিগুম্বা নুপী থিদ্রগনা থা অমগী মনুংদা নহাক্না অঙাং অমা য়োক্লনবা পুরক্লবা হোৎনগদবনি। ইমাবু মশূ অমত্তা উহন্দনা শিহনবা ঐ পামদে। হন্দকসু ইমানা অনাবা হেঞ্জিনখিবসি ব্রাখল লায়নাননি। অদুবু শংবান্নবী ঐ নঙবুদি নুংশি।" মখা তারমদে ফুক হৌগৎতুনা মাগী স্কুটরদু থৌরগা চৎখ্রে।

শংবান্নবী তৌফম খঙদে। মপুরোইবদা শাওবসু ঙমদে। মপুরোইবনা পীরম্বা মতম থা অমনি মসিদগী হেন্দোকখ্রবদি নুপী অমা পুশিল্লক্কনি মসিতনি হায়রম্বা। লোন্নবী নুপীগা লৈমিন্নগদবগী শরুকপুদি মপামদা লৈবনা হেন্না ফৈ অদুবু অঙাং পোক্তবগীদমক মপামদা হনখিবনি হায়দুদি পামদে। পুক্লিংদা মওল-মওল খল্লবা তুংদা মাগী মরুপ নর্স সোবিতাগী মনাক্তা লাক্লে। অঙাং য়োকপগী ব্রাখল অসিদি মপুরোইবা

তাহন্দ্রবসু নাতে চাবা কোইথি থিরিবনি অদুবু লুরিবদি পাক হেক্তা ফংদে। অদুবু হৌজিক্তি নাখে শেংনা থিদবা য়ারক্তবদগী লাক্লিবনি।

কুইনা উন্নরুদ্রবা মরুপ অমা লাকপদা সোবিতা ইঙক ঙকই। করম্বা অরুবা থবক লৈরবনো হায়দুনা খঙনীংবা পোকই। শংবান্নবীনা ৱারী পুন্নমক অমত্তা চিংথদনা থম্মোয় শোক্লা লী। থাঙবা ঙমদ্রদুনা অঙাং অমগুম কপথোরকই। সোবিতাগী মখুত্তু চেজেৎ পায়শিল্লদুনা হায়.

"ঐবু অমুক্তা কল্লু. অঙাং অমত্তদি নহাক্লা থিবিয়ু। থা অমগী মতমসি হেনখ্রবদি ঐহাক কৈদৌনি।"

সোবিতানা ৱারীদ্ তারগা মুন্না ৱাখল তৌরগা হায়রকই." মসিদি ঈশ্বরনা তম্বনি। করিগুম্বা কান্দসু নোংমদা অঙাং অনী-অহুম পোক্লবসু য়াওই। কনা খঙহন্দনা হাৎতোক্লবা হায়রম্বসু য়াওই। নঙ তারিবা নত্রনে। অঙাং হুন্দোক্লম্বগী ৱারী ময়াম অদুবু থিদ-থিরুরগসু হেক্তা ফংদে. থিরুদ্রগসু ইরায় লায়না হেক্তা ফংই অদুবু ঐ নঙগীদমক্তা শোয়দনা থিগে। নঙগী. নঙগী লাইবক্তা করি তল্লিবগে হায়বদুদি ঐহাক্লা লাইমক্তি নত্তবনিনা খঙদ্রেদো।"

শংবান্নবী হল্লকখি। মাদা নত্তে অঙাং হংখিবা । মরুপ মপাং খুদিংমক্কী ময়ুমদা চৎখি। মরী মতা থিখি। নুমিৎনা নোংম-নোংমা হৌখিবা খুদিং লৈতাদবা হেল্লকই. অহিং তুম্বা য়াশিল্লক্তে। মাসু খঙই মপুরোইবনা মাবু নুংশি, থাদোক্লিংদে অদুবু মতমগী ঈচেল তম্বা ঙমদে হয়েং করি থোক্লগবা!

শংবান্নবী ওফিস কারে উংই, চৎলে উংই। য়ুমদা লৈরে লৈফম খঙদে। মহাক লোন্না লোন্না কপ্পী। অঙাং অমত্তদি পীবিয়ু হায়না ঈশ্বর খুরুমজরিবা মশিং খঙদ্রে। নুমিৎ হুন্নিতা ঙাইশিল্লক্লে থা ফাগদবা। মাগী পুন্সি অনৌবা পন্দুপ অমা হাংদোক্কদবা। মতমনা নকশিল্লক্লিবা খুদিংগী মিহুন চোংবা হেনগৎলকই। সোবিতাগী মনাক্তা চৎতুনা ও খোঙদুনা কপ্পুরে। মাগা পিক্লিঙৈদগী হৌনা তিন্নজরকপী ৱাখল চান্নবী মরুপনি। মরুপকি মতৌ য়েংবা ঙমদরে। সোবিতাসু মাসু মপি তারক্লে। কপমিন্নরে। সোবীতাসু খঙই, য়াম্বুং অদুক হাক্লা ফত্তবা মী নত্তে। শংবান্নবী কোয়বগী পাউ পুথোক-পুশিন সোবিতানা তৌরকপনি। চহী কয়া নুংশিনরক্লগা ৱাইথুংনখিবনি। চেনবা নুমিৎ ফাওবা সোবিতা য়াওরিবনি। মতেং পাংদুনতা লাকখিবনি অদুবু হন্দক্কী মতাং অসিদদি সোবিতাগী উপায় করিনো? লায়না ফংবা পোৎতু থিবু থিরুরবদি হেক্তা ফংদে। শংবান্নবীদি

ময়ুম চৎলু য়াখিদ্রে। সোবিতাগী. ময়ুমদা কপ্তুনা লৈখ্রে। মতৌ য়েংবা ঙমদ্রে। মমশিল্লক্লবদা•নমদুনা সোবিতানা থিল্লকখি।

ঙসি নোং হেক ঙানখিবদা হয়েংনা অরোইবা নুমিৎনি। অহিং চুম্পা তুম্বা য়াখিদে। ৱাঙলেনসু খঙই মাসু তুম্বা য়াদে। শংবান্নবী শুংতুম তুমদনা হৌগৎলে নোং ঙাল্লক্লবনি। অয়ুক্কী ইরু মাইথজদুনা সূর্য পুজা তৌনবা শেম শারিঙৈদা মাবু কৌবগী মখোল অমা তাখি। থাজদনা, য়াম্না থাজদনা সোবিতা ওইরম্মী করিনো মানা ফি ময়োম অমসু কোন্দুনা পুরক্লিবসিনা।'' কাখৎলকউ সোবিতা করিনো অসুক ঙন্না! ঙরাং নঙবু নাইট ড্যুটি তাই হায়দাইনে।''

''তাই ঐনা লাক্লিবসে হোসপিত্রলদগীনে।''

''অদুগা করিনো ময়োমদুনা?''

''য়েংলু লাওনে।''

''হায়মা! অঙাংনিনে সোবি, সোবিতা। ইমুংলোমদা ওন্সিল্লগা য়াম্নুং ইমাসি ঐগী ইচা লৈরে। থোরক্লো. য়েংলো লাকও।''

হরাওবা হেনমনখিদুনা শংবান্নবী সোবিতাগী মখোঙ ময়াদা লেকথদুনা তুথরকই। ○

১৪/৩/২০০২

# মিকুপসিতবুনি ঙাইরক্লিবা

•

**নোং** তাবরা হায়বসু তাদে, নুংশা শাবরা হায়বসু শাদে। অসুম্না নোংথি নোংমংবগী নুমিৎ অসে ওইরে ঐঙোন্দা য়াম্না খাংঙমদবা ওই। অদুবু খাংঙমদ-খাংঙমদনা নুমিত্তি অসুম-অসুম হৌখি। অসুম-অসুম হৌখিবগা লোইননা ঐগী থম্মোয় নৃংদা ফৃল্লিবা মৈগী চীং অসি নোংম-নোংমগী অসুম-অসুম চাওখৎলকই। মসিনা পোখায়রকপা নুমিৎ অমা শোয়দনা লাকখিনি। নুমিৎ অদুদা ঐগী পুন্সি করি ওইগদগে খঙদে। অদুম ওইনমক মিকুপ অদু ঐনদি লাংতক্লনা ঙাইরক্লি। হোয় থোক্লবা অমা লাক্লসনু। ঐগুম্বা অমনা পুন্সিগী মরমদা তর্ক তৌবা ঙম্ফম থোক্তে।

"হায়মা! নিতু নঙগীদুবু লাইরিক পাব্রিরো নত্রগা শংবাল্লবা অতিয়াগা ৱারী শারিরো?"

তুংদগী আশানা খংহায় খংজিন ওইনা হায়রকপদুদা ঐগী ৱাখল অপাইবা লৈচিনগুম্না চৎখ্রে। ইনাক্তা ঙেক ফমথরক্লনা হায়রকই,

"করি খল্লল্লিবনো।"

"করিসু খন্দেদা।"

"অদুগা করি মঙ মঙলল্লিবা?"

"অতিয়াদা পাইরিবা উচেকশিংসে কয়াদা মনীঙ তম্না পাইরিবনো। মখোয় মশেল শঙ্গু-শঙ্গু। অৱাবা খুদোংথিবা ৱাখল অমত্তসু থন্নদনা। কয়াদা হরাও তয়াল্লিবা!"

"কৈনো নঙনা হায়রিদুবো? নঙসে নহান মখৈগা ইমান-মান্নদেকো ?"

"ফরে, তোক্লসি। নঙনা অসুক ঙন্না লাক্লিসিবু কদাই চত্তোইনো?"

"খরা ঙন্না চৎলগা ঐখোয় ইচেতোনহোইদা চৎলমসি হায়দুনা ঙন্না লাক্লিবনি।"

"ইচেতোন।"

ইচেতোন হেক পল্লকপগা ঐগী থম্মোয়দা হায়ফম খঙদনা চৈনা অমা ফাওরকই। ফুরকপগী নত্তে। চৈফম লৈতনা থম্মোয়দা ফাওরকপা চৈনানি। ঐখোয় চেচেগা মখোয় চেচেগা য়াম্না লুনা তিন্নরম্মী। চেচেগা মখোয় অনী ৱারী শাবগী লোইবা নাইবা নত্তে, মুরুম মুরুম। ইমানা হেক, হেক চৈ,

"লৈসু-লৈখ্রমাল্লে নখোয়গী ৱারীসে। লোইবা খম্বা লৈতে, দ্রৌপদীগী ফি চিংথোরকপদু মঙাই। য়ুংবা হৈত্রবরা নখোয় অনীনা তুদুনতা লৈরিসিবো!। নোবাপ পুরকপনি, সে মেৎলুলাও।"

নোকমি-নোকমি ফমুংদগী ফন-ফন চোংথরক্লগা মেৎতুনা চামিন্নে। ইমানা লক্কে,

"হয়েং লুহোংবদসু নখোয় অনী পুন্না লুহোংউকো।"

চেচেনা খুল্লকই,

"ঐখোয় শুংলু লুহোংলরোই।"

"নিতু, নঙনা তৌরিদুবু করিনো?"

ঐ খংপ্রেক খংখি, ইশা পায়রগা নোল্লকপদুদা। খুমখি,

"কৈদৌরগে?"

"চপ-লেপ্লগা বইদু পায়রগা তুমিন্না উংদুনা লৈরিদুবু? ঐখোয় ইচেতোনহোয়দা চংনীংদবগী ৱারা?"

"হুম:, অদুগী নত্তেদা।"

"অদুদি করিগী? ইবেম্মা নঙসে মহৌশাগা ইমান-মান্নদ্রেদা।"

"করিদা মান্নদ্রগে? ঐদি ঐ ওইনা সুম লৈরিসিদি।"

"ইবেম্মা কবি, নঙগা ঙাংনবা ঙমজপোৎ নত্তে ঐখোয়দি। নত্তে, নঙবু, নঙবু ঙসি চৎলরোই হায়রিরো?"

"চৎকনি, ঐ লোইশিল্লুখিগে, নঙ ঙাইহাক্তা ফল্লমখো।"

ঐনা ফি হোংদোক্লগা থোরকপদা আশাদি ঐগী লোইশিন্দ্রিবা শৈরেংদু পাদুনা লৈরমখি। ঐনা বইদু তাপ লাওনা মুল্লগা ,

"কৈকান্নবা, পারুনু, ঐনা পংখোৎ- খোৎচিনবনি।"

"ই! ঐদি অনীরক হঞ্জিন-হঞ্জিন পাবা লোইরবদুবো।"

"অদুদি নপুক্কিংদা করি ফাওই?"

"ঐদি নহাকসে লালহৌবা য়াওখিদৌবা মাল্লক্লেবো, অদুম্নগদি তৌখিনুকো, নঙনা অমুক অদুম্নগা তৌখ্রবদি ইনেদি লোইরেনে।"

"করিনো নঙনা হায়রিবদুবো? লাক্তুম লাক্লো, চৎলসি।"

ঐগী সাইকলদো ইম্মোক্লগা ঐখোয়নি অমমম থৌদুনা চৎলে। ইচেতোনখোয়গী কোম্মোং য়ৌরকান্দা ঐনা হায়,

"আশা ঐ সিদা সুম লৈরমগে, নঙ চংলুরো।"

"চঙ্লুসি কৈদৌবগে, ঐনা চঙ্খ্রগা নঙনা থোঙ্গালসিদা সুম লৈহৌবদো অঙুবশিংনা করি খনগনি?।"

"হুম! ঐ চংলরোই।"

ঐগী ইতৌদুদা য়াররোই খঙলমাল্লে, মহাক চঙখ্রে। ঐনা চঙ্দবগী মরমদি ইচেতোন উরগা ঐ শোয়দনা কপ্পিংলক্কনি। অদুদগীদি ঐ মওল-মওল য়াম্না হেক্কিন্না খঞ্জিনখিবা য়াই। মদুগী অফ-ফত্ত খঙলক্তবা য়াই।

"চৎলসি লাকও।"

"য়াম্না থুখ্রেদা।"

সাইকলদু ঐখোয়নি তুংথা-মাংথা থৌমিন্নরক্লে। ফনা কুইনা ৱারী শান্নদে। শান্নফম নকশিল্লক্লবা কান্দা আশানা হায়রকই,

"নঙ পাউ অমা তারবরা?।"

" তাদে করি পাউনো।"

"ওজা তোম্বদো মশানা প্রাইভেৎ তম্বীরিবা ছাত্রি অমদা নত্তবা লিচৎ চৎলম্বদগী ময়াম চঙদুনা ফায় হায়।"

ঐনা ঙাইঙমদনা হংজিনখি,

"অদুদি কমদৌখ্রে?।"

"কৈদৌনি ওঝা তোম্বগী ময়ুমদু ময়াম চংদুনা মৈ-থাদোকপা নত্তনা, মশাদি নাম্মোকখ্রমাল্লে।"

"কন্নীংবা খরনা নাম্মোকহনখিবা ওইরমগনি, নত্রনে?।"

অদুবু ঐনা খঙ্লবা পোৎলো। অদো নঙ ঙসিগী খবর পারকপরা?

চহী নিপালতা ঙাইরিবী নুপীমচা'মা লৈকাইদুমক্তদা লৈমিন্নরিবা. মতু-মচা লৈরবা নুপা অমনা ইজজৎ মাংহল্লম্লে হায়রে।"

"অদুগুম্বা পাউদুদি অনৌবা নত্তেদা. তোল্লসি।"

ঐহাক তুমিন লৈরে। ফোঙদোক্তবা থম্মোয়গী ওমচাক্লবা চৈনাখোল অমনা থম্মোয়গী কাচিন খুদিংমক্তা কক-কক থিল্লকপদা থম্মোয়গী মফম মচেৎ অমত্তদা মখুল তাদবা য়াওশিল্লক্তরে। অদুনা ঙসি শান্নবসে কয়া পুক্লিং চংদরে। হল্লক্লগা লাইরিক পানবা হোৎনৈ, য়াদে। ফাক্তোক্লবা লাইরিক্তু ইমাংদা লৈরি। খুত্তসু কলম পায়রি অদুবু. অদুবু মিৎতি শংবানব্বা অতিয়াদা। অসুক ফজখ্রবা. পাক চাওখ্রবা অতিয়াদা উচেকশিংনা নীং-খা তন্না শঙ্গু-শঙ্গু পাইরি। মালংবনা লিরি-লিরি কায়দা-কায়দা হুল্লি। নুমিৎনা নোংচুপলোমদা অসুম-অসুম লৈথরক্লি। অতিয়াগী ফজবসে নোংজাবীনা অমুক্কসু হেন্না নিংথিজহল্লে। অদুবু ঐগী থম্মোয়সিদি মঙাল য়াওদ্রবা অমমবনা অসুম-অসুম কুপশিল্লকপগুম তৌরক্লি। অসুক ফজখ্রবা অতিয়াসে ঐগী ইফমদদি মৈ হৌরক্লে, ঈগী ঈপাক ওইরক্লে। খঙহৌদনা ঐগী ইখুৎ অসে খুত্তুম চেৎনা তাশিন্দুনা ফক্লাংদা ইথন্তা হঞ্জিন-হঞ্জিন থিঞ্জিঞ্জে। চৈনাদু ফাওনা-ফাওনা ঐহাক পুংপঙ পঙশিনখরে। ইশানা ইশাবু মশক খঙদবগুম তৌরে, অদুবু মসিমত্তংদি খঙলি মদুদি ঐগী মিত্তা অঙাংবা ঈ চেল্লি।

"করিনো নঙবু ঙাওরবরো? ফক্লাংদা কিন থিন্দুনা শান্নরিদুবো. করি মশান্ননো।"

ইমানা নুংশা থিনা পাখৎনা হায়রকই।

"কৈসু তৌদে।"

ঐনা শ্বোর থবেৎ-থবেৎ হোন্দুনা খুমখি।

"নঙবু নাবগা অমতা ফাওদ্রবরা?"

"ফাওদে।"

ইমানা ইপা পাখৎনা হায়রকই,

"কৈনোনে হায়রিসিবো? নখুত্তগী ঈ তারক্লেনে! নত্তে নঙনা শান্নবা চৎলিবসিবো অসুম্না হেক-হেক থিন্নবরো?।"

"উম! ইমা . ঐগী খুৎসে য়োৎকি খুৎ ওইবা পাম্মী।"

"নিতু।"

ইমানা ইঙক-ঙকনা হায়রকখিবনি। ঐগী খোঞ্জেলদু খরা নিকখিমাল্লে। ইমাগী মিৎলুদগী পিগী ঈরা হৌরক্লিবদু উরক্লে। ঈ চেন্থরক্লিবা খুত্তু তাপ ফারগা ঐঙোন্দা চাগদৌবগুম য়েংলগা হায়রকই,

"অসুন্না শান্নগদৌবা ওইরদি শান্নবগা লোইনা তোকপীরো।"

"তোকপা য়াদ্রি, ঐনা পাংথোক্কদৌবা ইথৌ য়াম্না ৱাৎলি।"

"নখোয়গী কেরেট-কারাটিদো অসুন্না শান্নবরা?"

"শান্নদে, মসিদি ঐগী চাংয়েংনি।"

"খঙদে, খঙদে। নঙ শান্নবা চৎপা য়াদ্রে। মপাল লম্নদকা চৎপা . য়ারোইকো, নচেসু লৈখিদ্রে, হৌজিক্তি নবুংগা নঙগতা মঙাইরে, অদুনা ইমাবু নঙনা অমুক কান্নদবদা ৱাহল্লগনু।"

ইমাগী অপাম্বা করিনো হায়বা ঐ খঙই, অদুবু ঐ মখা তাদরে, ঐদি দন্দি পান্দুনা শান্নবা চৎলিবনি, শান্নবা পাম্না হৌরকপা নত্তে, তঙাইফদবদগীনি।

শান্নবুঙ্দনি। ঐগা আশাগা প্রাক্টিস তৌরি। অতৈ শান্নরোইশিংদি লোইনা চৎখরে। ঐগা মাগদা ঙাইহৌরে। ৱাখল অমদা তাওনা-তাওনা শান্নরিঙৈদো ঐনা আশাগী মথবাক্তা কিন অমা তিংখৎনা থিঞ্জিনলুই। মহাক "অয়ো ইমা" হায়না খঙলাও-লাওরম্লগা ফমথখি।

মহাক পাক হৌগৎলক্তে। হুমাং মরিক-মরিক কারক্লিবদু উই। ফনা ৱানা খাঙবা মাল্লি। ঙাইহাক শ্বোর শাংনা হোম্বদুনা চনীং তারবা তুংদা ঐঙোন্দা খংশাও-শাওরগা হায়রকই,

"ঙাওরবরো নঙবো?"

ঐনা মাবু হৌগৎপীরগা হায়,

"ঐঙোন্দা অমুক থিল্লকউ।"

"ঐদি নঙদৌনা ঙাওসু-ঙাওদনা।"

"নঙনা থিল্লকউ য়াদ্রদি ঐ ইথন্তা থিঞ্জিজরগে?।"

"করিনো নঙনা হায়রিসিবো?"

"ঐ ঙাওরে।"

হায়রগা ইথন্তা ঈথবাক্তা কিন্সিনা থিঞ্জিঞ্জে। ইথন্তা চৈনাখোল খাঙই। ঐগী অঙকপা ইতৌদুদা মানা ঐগী খুৎ অনীমক খংফা-ফারগা হায়রকই,

"ঐ লাল্লে. ঐ নঙোন্দা করিমতা শাওদে।"

আশানা খুৎ ফারমদ্রবদি ঐ ইথন্তা হঞ্জিন-হঞ্জিন থিঞ্জিজরমগনি।

ঐখোয় চেচে শিবা মতমদুদা মাম্মা চাওভল য়াম্না তোয়না অশিবা হংবা লাক্লম্মী। ঐদি মা হেক উবদা খোয়দৌসি হেক্তা শাওগৎলকই। অদুবু খা চিক্তুনা খাঙখিবনি। হংবা লাকপা ময়ামদুগী মনুংদা খাইদগী য়াম্না অৱাবা ফোঙদোক্লম্মসি মাম্মা চাওভলনি। পোৎয়েংসু মাঙজৌননা য়াম্না পাংলম্মী। ইমানা মা চঙ্লকপদা তরাম-তরাম ওকখি। ঐনদি ইমাদা মাম্মগা পংনক নকশিন্নদনবা হায়। ইমাদি ইঙাও-ঙাওখি। চেচেদুনা চুন্না লৈখিদবা ওইরবদি খরসু ফরমগদবনি। ইমাগী মতৌদুদা ঐ হায়ফম খঙখিদে। অহিং কয়া তুম্বা য়াখিদে। উৎ মনুংদা মৈতান অরাবা অমা ওমদুনা থম্বগুম ঐগী থম্মোয় অসিদসু ফোঙদোক্তবা চৈনা অমা চাওদম থিন্না লৈরিবসিনা ঐবু পোথাফম খঙহনখিদে। অদুবু অচেৎপা ৱারেপ অমা ইথন্তা লৌজখিবদগী ঐগী চিন্দগীদি ৱাহৈ অমফাওবা থোকহনখিদ্রে।

নুমিত্তু নোং অমুক তা, নুংশা অমুক শা তৌই। ইঙা-ইঙেনগী অকনবা নোংজু হেন্দোকখ্রবা মতুংদা লাংবনগী লৌচি কোইবা ঙমদনা শাবা নুংশাদুনি। নুংশাগী মৈশাদা ঈশিং কংখিবদগী লৌরক অমদি ঈশিং কংশিল্লক্লবা ঈরম খোংলমশিংদা তুংশিন্দুনা লৈবা ঙা য়াম্না ফানবা মতমদুনি। তাচৌনা কুম্বী তেরাখোংগী ঙা ফাবা চৎখিবগা ঐসু টিউসন তৌবা অদুম চৎলে। ঐনা হল্লকপদা তাচৌ হল্লক্লমদ্রি। হৌজিক ফাওবা কারক্তিন্দুনদি ঙা য়াম্না ফারম্লনি হায়বগী ৱাখলদা ইমানা ঐবু ঙা লৌরুনবা হায়বদগী ঐ লৌরক্কী খোঙ লম্বীদা ওইনা চৎনবা লৌরিদুদা চৎলে।

লেপ-লেপমুক ৱাঙলবা ঝুম-ঝুম লাওনা চাং মান্ননা হৌরিবা ফৌনানা ঙমখৈ নাইদনা শন্দোক্তুনা শংবানবা অতিয়াগা অমত্তা ওইনা তিন্সিন্নখ্রিবদু য়েংবদা কয়াগী মতিক ফজরিবা। ফৌনা ৱাঙখিবনা লৌবুক্তুদা কনা-কনা লৈবগে হায়বসু অমত্তা খঙদে। তাচৌনা ঙা ফারিবা জগাদুনা কদোমদবু ওইরিগবা হায়দুনা কোইলৈ-লৈদুনা য়েংলিঙৈদা মাম্মা চাওভলনা কৌরকই। মখুত্তসু অচাপোৎলা করিনোমা পায়বা উই। মহাক হেক উবদা ঐহাক খৌতক চাই। অদুবু তঙাই ফদনা হংলুই.

"মাম্মা ঐখোয় তাচৌনা ঙা ফারিবদুবু কদাইদনো?"

মখুত্তু শাংনা থিল্লদুনা তাক্লকই.

"তু. আদগী মোইরাংলাইজিরোম থংবা মায়গেসিদনি. ঙা য়াম্না ফাহৌরবনি।"

"য়াম্না নুংঙাইজরে মাম্মা. ঐ ঙা অমুক্তা লৌরুখিগে।"

"ইবেম্মা ঙাইখো. ঐগী লৌতাংশঙদা লফোই লৌ-উ অমা লৈহৌই. লফাং অমা-অনীদং পুখোদনা?"

"পুররোই মাম্মা, লুম্নবনি। ঐ চৎলে মাম্মা।"

"পুখো কৈনো. নখোয় তাচৌদা পীরম্বসু য়াই. মাদি ঙসাইদগী করিমতা চাদবনিনা লাম্লমগনি।"

তাচৌগী পল্লকপদা 'হোয়' হায়দুনা মাগী লৌতাংশঙদুদা মতুং ইন্দুনা লৌবা চৎমিন্নরে। হায়গুম্লদনা লফোই লৌ-উদু ওন্তোক্লা ফজখরে। লফোইশিংদুসু লোইনা খোয়মিৎ কারবা অমৃত কোমলাগী লফোয় ঙাক্তনি।

ঐনা লফোইদুগী মনাক্তা হেক ফমথগে তৌবগা মাম্মনা খোঙগী পুনা ক্রোক লাওনা লোনশিল্লকই। ঐনা শাওরংননা,

"মাম্মা কৈনো, খোঙ লোনশিল্লিদুবো?"

লৎ-লৎ তৌদুনা খুল্লকই,

"নহারোল চংলক্কদরা তৌবনি।"

"লাকচসনু কৈদৌগে,ঐখোয়না মখোয়গী মায়োক্তা লেম্পিরুদ্রগা লোইরে।"

"মতমসি মী ফত্তবা য়াম্না লৈরেনে।"

হায়রগা ঐগী ইনাক্তা তপ্না চঙ্গশিল্লক্লগা ঐবু তাপ ফারগা ঐগী ফুরিৎকী কুদাম হুক পানব্দু শৎ শেগায়নবা তৌরকই। ঐনা থংনা লাওবোই করিবোই,

"কৈনো. মাম্মা নঙনা তৌরক্লিবসিবো?।"

"ঙসিদি নঙ ঐনা হায়বা খুদিংমক ইনগদবনি।"

"ঐনা ইন্দ্রবদি?"

ঐ মঙাইরে মতাগুম মুক্লগা মাম্মনা হায়রকই,

"ইন্দ্রবদি ঐনা করি তৌবা ঙম্বগে হায়বদু য়েংবা তারেদনা।"

হায়রগা ঐবু হেক্তা চপখায়রগে মতাগুম কোন্সিল্লক্লগা মনুং ফুরিৎ ফিগাগী হুক লৌথোক্লবা হোৎনরকই। তাঞ্জাদু য়ৌরক্লবদা ঐনা তমজখিবা শান্নবগী ইহৈদু হায়রপ শিজিন্নরগা খোঙ-খুৎ অনী চঙ্গুনা তিংখত্তুনা

ইনখিবদা অশোমগী ফক্লাংদুদা য়েশিন্দুনা শুজিল্লগা তাখি। ঐ তাঞ্জাদুদা ঐনা খুৎলাই ওইনা৷ শিজিন্নবা য়াগদৌবা পোৎ য়েংনা-য়েংনা মপান্দা চেস্তোরকনবা হোৎনৈ। থোঙগী পুনাদু হাংবা লাক্লরিঙৈদা তুংলোমদগী ঐবু শুপকোন-কোল্লগা ব্রাগী ফমুংদুদা ঐবু লাক্তুনা লংখৎলকই। অদুগা নুপাগী মপাঙ্গল অমদি অরুম্বদুনা ইথক্তা ননশিল্লকই। ঐগী খুত্তুনা হায়-হুম্লকপদা ফমুং মতাইদা লৈবা ইন্সেক্ট কিল্লর স্প্রে (কাঙ. হয়িংদগী ঙাকথোক্লবা হিদাক্কী বোটল স্প্রে) অমা থেংনরকই। মখুমদু খুবীনা ইম্থোকখ্রগা মমায় মমিৎ খঙদনা ফ্রি-ফ্রি কাপশিল্লি। মাম্মদু খংবোই-ঙাওবোই মমিৎতু মখুৎ অনীদুনা শুরু-শুরু নোইরঙৈদা ঐন্না শান্নবগী ফোর্ম খরা শিজিন্নরগা শিদৌবা মফম থল্লগা খুকউনা কাওথখিবদা মখাদা তাখ্রে। ফমুংদুদগী লেপচোং চোংথরক্লগা লোংনা তারিবা মাগী মথবাক্তুদা খুনীং অনীদুনা য়ুংশিল্লি। মা জ্ঞান মাঙবা মাল্লি। ইরেং লেংলক্ত্রে। তাঞ্জাদুদা ঐনা ঙসাই খুকউনা শুখিবা মফমদুদা হঞ্জিন-হঞ্জিন কাওশিল্লে। শুকলেং-লেংলকখিদরে।

থোঙগী অহোবদগী মপান্দগী মী পোং লৈব্রা হায়না কোয়না য়েংই। কনাসু উদে। অদুদগীদি ঐ ফি রোল, শম-না শেমজিল্লগা ঐহাক অদুম থোরক্লে। মিহুন্দি ফাথবা ঙমদনা ধং-ধং চোংলি। শারবা লাংবনগী নুংশাদুদগী ঐগী নুংশা শ্বরনা হেনখিবনরা নুংশাগী মৈশাদু ঐঙোন্দা ফাওদবগুমই।

লম্বী চৎনা-চৎনা থৌদোক্তু মিত্তা শং-শং উরকই। নুমিত্তুসু ঙসিগুম্না ঙা লৌখৎপা তাচৌগী নাক্তা চৎপদনি। চৎনা-চৎনা মাম্মগী লৌতাংশঙদগী নুপী অমনা কপঙাং-ঙাংবগী খোঞ্জেল তাই হায়দুনা চিংনদুনা লৌতাংশঙদুগী মনীং থঙ্গবা শরুক্কী ফক্লাং শেগাইবা অহোবা মচেক্তুদগী চেচেবু শরাক তম্বদু উরুবনি।

য়েংহৈবা মতৌ নত্তে, মশাদা মফি থোংদরে। ঐ মিৎ উইশিন্দুনা থাঙই। ফিভমদুদা ঐ শ্বর হোনগনি হায়বা কাউখি। ব্রা ঙাংথোকপা ঙম্বগী পাঙ্গলদি লায়রদনা হংগী লাইগুম চপ লেপ্তুনা লৈখি। চেচেনা কাদুদগী মফি শেৎচিল্লগা য়াম্না নুংঙাইতনা কপ্পা-কপ্পা থোকখি অদুগা শারমচৎ-চৎপা নুপা অদুনা মায়কৈ অমরোমদা চৎখি। অনীদুগী মশক উদ্রবদা মফমদুদগী ঐহাক তৌফম খঙদনা থোরকখি। ঐনা য়ুম য়ৌরকপদা চেচে ফমুংদা লৈরম্মী। নুমিদাং ইমানা চাক চারসি হায়দুনা

হৌদোক্লবদা মশা নুংঙাইতে, চানীংদে হায়দুনা হৌগৎলকখিদে। ঐ চৈচেগা •হেক-হেক তুমিন্নবনি। অদুবু ঐ নুমিত্তুদি তুম্না য়াখিদে। চেচেসু তুমখিদে। কম্পদা মখোল থোক্লক্তনবা ইল্লিবা ফিদুনা ময়াদা নমশিন্দুনা মপী ওরো-ওরো শিন্নদুনা কম্পদু উবদা ঐ থাঙবা ঙমখিদে। ঐনা কম্পগী মরম খঙনা-খঙনা হংখি অদুবু চেচেগী মচিন্দগী কৈসু তৌদে হায়বা ৱাহৈসি নত্তনা মচিনবান কাঙলকখিদে। ঐনসু অনম তানখিদে। ঐ ফনা কুইনা তুমখিদে। তুম্মু হায়দুনা ঐবু অঙাংমচাগুম মথাদা কোন্দুনা শুমবীখি। নোংঙাল্লমদাই ঐ তুমথখিবা খঙহৌদে অদুগা মিকপ থোরকপদদি মীয়াম ইরাঙ-লাঙনবগী, কোয়চেন' চেন্নবগী মীনিন তারকখি। ইনাক্তা চেচে লৈরমদে। ঐনা অফিং-অফাই ওইনা ফমুংদগী ফন চোংথদুনা মপান থোরকপদদি শূমাঙগী হৈনৌ পাম্বীদা ঐখোয় চেচেনা মানা ইল্লিবা ফিদুদা মঙক থুজিন্দুনা য়ান্দুনা লৈরম্লে। ঐ শ্বাই লাওই। কম্পদা মখোল থোক্তনবা, মচিন মেনখিবা মানা ইনখিবা ফি অদুমক্লি। মনাক তান্না চেন্সিন্দুনা চেচেগী মখোঙ অনীদু পায়দুনা নঙনা তৌরিবসি করিনো হায়দুনা ও খোংদুনা কপখি।

"নিতু, ঐ সিদা লৈরে। সোমদা-সোমদা।"

তাচৌনা লাউরকপদুদা ঐ খংপ্রেক-খংই। লৈদুনা য়েংলুবদা তাচৌদি খোংদুগী মখাদা ইনক-নকনা লৈরম্লে। তাচৌনা নোকমি-নোকমি তৌদুনা হায়রকই,

"অসুক চাওনা ঙা ফাদুনা লৈরিবা ঐসে উদদনা হেন্দোক্লগা চৎকে তৌরিবনিনে?, ঙাসে য়েংলুলাওনে।"

"ইস! ঙায়ামসিদি।"

"অদুনা নঙবু লৌশিল্লুলাও হায়দুনা পাউ চেনখ্রিবনিনে।"

"অদুদি তাচৌ, ঙাসি পুদুনা চৎলম্মো হায়বরা?"

"অদুনা ফরদরা?, ঙাইখোদা, নুমিৎসু থেংজিল্লক্লে চৎমিন্নরসি।"

"হোয় ঙাইরগে।"

ঐগী পাখৎপা তৌফম খঙদবা মতৌদু উবদা তাচৌনা হংলকই,

"কৈদৌরগে নঙবু, নশা ঙমদবরা?"

"কৈসু তৌদে।"

ঐনা ধং-ধং চোংলিবা মীহুন্দু ফাথরগা তপনা খুমখি।

ঐসু তাচৌগা চৎমিন্নবা পামখি। ঐখোয়না পুরক্লিবা ঙায়ামদু উবদা

ইমা ঙকখি। ঐদি পুক্লিং লৈত্ৰাবা ইঙম-ঙমদে। পুক্লিংগী মমিসে মায়থোংদা তাখিদনবা হোৎনবসে ইচিলসিনা ফোঙদোকপা ঙমগদবা মান্দ্রে। মসিনা ওইবা তাই চেচেনা ময়াদা ফি মেল্লগা কম্পা খাঙখিবদো। অদুবু মায় পাকপগী শ্বরদি হোল্লে খুমগে থনবা চেচেগী লমন ইখুৎমক্লা খুল্লে। অদুবু মখাদি করি?

নুমিৎ তাররুবদা মখাথংবগী তাচাওবদো চেল্লক্লগা হায়রৈ.

"মাম্মা চাওভলদু লৌবুক্তগী কারক্তরে হায়দুনা কোয়থি-থিনরুবদা মাগী লৌতাংশঙ মনুংদা শিদুনা লৈরম্বা থেংনরে হায়য়ে। ফৃবা-চৈবগী দাকফমসু অমত্তা লৈতে হায়য়ে। কমদৌনা শিরিবনো খঙদে। বি পীদি লৈ হায়। স্ট্রোক তৌবা ওইরমাল্লে। করি-করিনো পংহায়দা হায়নৈ। ময়াম কপ্পবনা মহা ওইহৌরে। পোৎলোইনবা থৌরাং লোইহৌরে।"

"ঐ নুংঙাইবগী শ্বর অমা শাংনা হোন্দোকই। মাগী নুংঙাইবা পাউসিনা মাগী পোস্ট-মোরটেম তৌদুনা মীহাৎপা ফাগৎলক্কদরা হায়বগী পাখৎলম্বদু কোকখরে। চেচেগী পুন্সিসু হায়দোক্তনা তুমিন্না অদুম লোনশনখি। ৱারীসিগী অহৌবা অমসুং অরোইবসু তুমিন্না অদুম লোম্হোক্তনা লৈখ্রসনু অদুবু ঐগীদি অহানবা পন্দুপ লোইশিল্লগা অনীশুবা, অনৌবা পন্দুপ অমা হৌরগনি। নুমিতসিতবুনি ঐনা ঙাইরক্লিবা, মিকুপসিতবুনি ঐনা থৌরাংলক্লিবা, অদুনা ঙসিগী ইমাগী ঙা-থোংবসি ঐঙোন্দদি ওনথোক্লা মহাও-লৈনা হাওরনি। ○

# মৈশা অমসুং মৈচাক

দিলিপনা ইম্ফালদা লাকপা চহী ২০ মপুং ফারে। মৈতৈলোল ঙাংবা হৈরমদবদগী ফনা য়াম্না হৈরক্লে। মণিপুরদা লৈবদগী মাগী জাতিগী কাংবু নত্তনা ইঙাং ঙাংখিদরে হায়বা য়াই। মণিপুরদা লাক্লিঙৈগী মমাঙদা অতোপ্পা লম কয়াদসু চৎতুনা পৈশা তানবা চৎলুরে। মণিপুরদা ইকোন কোন্না লাকপনি। মণিপুরগী ঈশিং নুংশিৎ ফবগীরা নত্রগা পৈশা তানবা নুংঙাইবগীরা খঙহৌদে চহী কয়া হৌজিনখ্রে। মরক মরক্তবুদি ময়ুমদা চৎলি। মফম মরি মঙানি মানা মী থমদুনা থবক শুরিবা। মখল মখলগী ইমুং কয়াদা থবক শূরুবনা তোঙান তোঙানবা মীওই কয়াসু থেঙনরকই। থেংনরুবা খুদিংমক্কী ব্রারী সুখলালদা হেক হেক তম্মী। ঙসিসু য়াম্না থব্রায় তানা তম্লিঃ-

"তুম্লবরা নঙবো?"

"তুমদে।"

"য়াম্না তন্না উইদা, তুমনিঙলবরো?"

"তুমনীঙ্গদেদা। ঙসিগী ব্রারী লিরকউ"

"খরা চঙ্গশিল্লুসে। মোন ময়াদগী বিড়িদু অমুক্তা লাল্লকউ।"

"সে, মৈখেৎতি লৈরেকো।"

"পায়রে।" বিড়ি অমা চল্লগা মৈখুদু অমুক্তং ব্রাংনা কামখৎলগা মখা তারকই.

"ঐনা টাইল্স কন্না নপ্পিঙৈদা ডাক্তরগী নুপীদু চঙ্লকই।"

"ডাক্তরগী নুপী! মশক ফজবরা?" মরক থৎনা হংলকই।

"ফরক তৌরকখিনু।"

"কৈদৌরগে? মশক ফজবরা হংববো। সিবু কয়াম কাইরগে।"

"কাইদে। ফজে।"

"হো অদুমঙাইদনা।"

" মঙোন্দা হায়রুই, ভাবি ফি ফত্তবা অমত্তা পিরকউ"

"কৈদৌনবনো?" মুন্না য়েংলগা খুল্লকই।

"টাইল্সশিং অসি তকথোক্লবা।"

হোয় হায়দুনা চৎখি। শুকলাক লাক্তে। ফিদুসু পীরক্তে। মচানুপী লৈশাবীদা অমুক হায়খি পীরক্তে। হায়রুবদগী শুকথোকপু থোরকখিদ্রে। ইমুংদা হেক চংগদবসু হঙোইরপ তৌই। মপান্দা কৌই তাদে। তাশিন্নদ্রিবরা। করিনো খঙদে। ডাক্তরদা হায়গদবসু অনাবা ময়াম য়েংলি। লোয়রগসু হোবে-হোবে হেক্তা চৎখি। ৱারীগা শান্নবা নঙহৌবা নত্তে। পৈশা লৌগদবা লৈরবসু ওফিস হল্লকপা ঙাই। ডাক্তর য়াওদ্রবদি থবক অমত্তা ফাওদে। ফনা কুইরে ফি মচেৎ অমত্তং পুরকউ হায়খিবা অমত্তা মনাদা হাপতে। উপায় লৈত্রদুনা কদায়দা করি লৈরিবা কোয়েং য়েংই। লুঙ্গি শেগায়বা অমখক কাচিন্দা তাদুনা লৈবদু উবদগী মদু লৌরুরগা শেগায়দুনা তকথোক্লে। মচানুপী ইতোন তোনবীদু ময়া ইতেক তেক্লদুনা গপ-গপ তৌদুনা লাকই।

ঈশিং খৌরাংবা কুইরবনি। মী অমত্তং কাখৎলক্লবদি ঈশিং পীয়ু হায়গে থনবনি। কনামত্তা কাখৎলক্তে অঙাংদুদা হায়খি,

"বেমবেম ঈশিং খিত্তা পুরকউবা, য়াম্না খৌরাংঙে"।

"করিদা পুরক্কনি।"

"অমদা হেক্তা।"

"হোয় হায়দুনা চেনখি। ঈশিং পুরক্কনি থাজদে। অদুক হায়খিবতনি। অদুবু থুনা চেনখৎলকই, প্লাসতিক্কী জগ মচা অমদা ঈশিং তম্থায় অমা পুরদুনা।

"কাকা ঈশিং।" ময়া ইহি হিগৎলদুনা জগতু উৎলকই।

"কদায়।" খৌরাংবনা ঙাওদুনা ঈশিংদু গুরু-গুরু থকচিল্লি। গিলাসকা য়াওবা নত্তে।

ঈশিং থকপদু মুন্না য়েংদুনা হায়রকই, "নঙগী শম চোৎলে।"

"কদায় শমদি?"

"চিনবান ময়াগী শমদো।"

"হৈ, সিদি শম নত্তে, কোইনি।"

"শমবু কোইনি হায়বা ঐখোয় বাবাগীদি হৌদে। নঙগী কোইদু

কিজৈ।"

"কি, কি। হিংচাবা মাল্লি হিংচাবা মাল্লি," হায়দুনাময়া ইহি হিগৎতুনা ফন-ফন চোংই।

মানব্রনে হায়দুনা তাপ পমখৎতুনা মমায় মচাদুদা কোইদুনা শুরু-শুরু নৈরুই। অঙাংদু কিবনরা নৎত্রগা য়ুবনরা খংকপ কপ্পকপদুদা দিলিপ শ্বাই লাউই। ডাক্তরগী ইমুং মনুং তারকদ্রা হায়দুনা হুমাং পাখৎলি। কম্পা তোকও হায়দুনা থেম্মী। পাক তোক্তে। নুংশা থি। কোইমা মাবদা মিঠাই অমা য়াওরমদুনা পী। পৈশা পীবদদি লৌ হায়বা য়াদে। থোঙলোমদা লিফৎ-লিফৎ য়েংই। খোঙথাং মখোল অমগী শহুম খজিক্তং ফংলকপদা না থাঙ্গৎলি। মিঠাইদু পীবদগী কম্পা তোকখ্রে। মমিৎ মচাদুনা ফলপ-ফলপ য়েংলল্লগা কুমথখরে। দিলিপ্পা তান্নদুনা মাগী ফুরিৎনা অঙাংগী মপিদু পুমকং কংনবা তৈথোকপীরুই। হয়েংসু মিঠাই লৈরকনি। কপকনু হায়না নুংশিনা নানবিরুই। তুংহন্না য়েংনা য়েংনা শিড়ি থাক্তুদা কুমথখি।

নুমিৎতুমা দিলিপ থবক শৃফম খঙদে। মশাদু করিনো খঙদনা লৈতাদে। অঙাংগী নুংশিবদুনা ঙহাক্তি পুমশুম শুমহৎলুই। চহীমুক্কি মমাঙ ময়ুম চৎলুবদা মচাগীদমক লৈবিরকপা ফুরিৎ ফিরোল ময়ামদু লিৎপিবদা কয়াদা হরাওজবা; তবারবা মচাগী মমায়দা চুম্পিবগা নানবীবগা শুরু-শুরু নৈশিল্লুই। মচানা মকোইদু য়ুই হায়দুনা খৎচিং চিংলকপদা নামন্দুনা লৈমায়দা দুপ লাওনা থম্মী। মপুক্লিংদা খনখি কোইসি শোয়দনা কোক্লগে। অদুবু ককথৎলমদাই মিকুপতা হেক্তা ককপা ঙমদে। কোইসিগা করি মরী লৈনদুনা মসিবু ককথৎপা ঙমদ্রিবা মদুসু খঙদে।

দিলিপকী নুপীনা ইতৎ তৎতনা হায়- মহাকপু মণিপুরদা অমুক্তা পুবিয়ু। দিলিপসু হোয়-হোয় পুবিনিদা হায়রগা অমুক্তা পুদে। হন্দক্তি চাননা হেক্তা তকশিল্লকই। চাক চারিঙৈদা হৌদোকই-

"নখোয়গী সনা লৈবাক মণিপুর হায়বদো নহাক্লা চৎলিঙৈদা অমুক্তদি চৎহৌগে।"

"হন্দক্তি চৎপা য়াদে। কোন্না পুবিনি।"

"কোন্না পুবিনিদা হায় শুকপু পুবিদে। অঙাং হায়রা চাউরে।"

"মণিপুরদু মহৌশাগা মান্নদরে। ঈন্নাং ফৎত্রে। নোংম-নোংমগী মীশি মীনা তৎতনা থোকপনা মৈখুগী লম ওইরক্লে। বন্দ তোয়না তৌবনা বন্দপুর কৌরে।"

"অদুবু নহাক্তদি মণিপুরসি নুংঙাই, সনালৈবাক্কি। চাবা থকপা

য়াম্না হাওই। ঈশিং নুংশিৎকি ফিভম য়াম্না ফৈ.হায়বদায়নে?"

"পুন্নমক ফৈ অদুবু হৌজিক্তি নুমিৎপু তারক্লবদি দুকান ঙন্না থোঙ লোল্লি। অচৌবা কৈথেলশিং খজিত্তং থেংজিল্লকপদা মীখোল তাদে। সিফাইগী গাড়ী মখোল নক্লা নক্লা তাবা নত্তনা।"

"অদুক ফিভম ফৎত্রগদি সিদা শুম চাবা চাদবা লৈরসি। মীগী হজিরা শূবা য়াওরগা লোয়রে।"-দিলিপকি নুপীনা নুংশা থিজনা হায়রকই।

"মদুসু হেক য়াপোৎ নত্তে। সিদা লৈরগদি থবক শৃফম ইরৈ লৈতবনিনা ইচাশিংসি লাইরিক তমহনবা ঙমলোই। ঐনা পৈশা তান্দ্রবদি ইচনুপী করম্না লুহোংগনি। কদায়দগী পৈশানা দাওরি পীগনি। ষন খরা লোইবদুনদি ওইবা য়াদে। অদুনা খাঙখো অৱাবা. অৱাবা খাঙদনা নুংঙাইবা য়াবরা।?"

দিলিপনা থেমজিনবিখি। মাগী নুপীবু য়াম্না নুংশিনা থেমজিনবিখি। লাংলম্বা মপুক্লিং উনগুম্না ঈংহনখি। মণিপুরদা ফোরেনর চৎলো হায়বগী ঈহৌ অমা কন্না লাকখি। মহৈরোইগী সংস্থান কয়াসু ঈহৌ অদু ঈনোৎ হাপকৎলকখি। দুকান কয়া হরতাল তৌখি। নুংঙাইখিদবা থৌদোক অমখক্তি মশক খঙদবা মীওই খরনা বঙ্গালী মতৈ মনাও য়ুমগী ভারাদা তরক-তরক লৈজবদু মীনুংশি খঙদনা হাৎতোকপিরম্বা অদুনি। লৈজবা পুম্বসু লোইনা খোল্লগা পুবিখি। চুম্না হাৎপা ওইরল্লবদি অসুক নুংঙাইতবা তৌরম্লোইদবনি। পাউ হেক তাবগা দিলিপ হোবে-হোবে লাকখি। ফিভমদু উবদা কোকচাওবী কাখি। নুমিদাং ইশি-শিনা তুম্লিঙৈদো শকখঙদবশিং অদুনা চাওরবা নুঙজাও অমা থবাক্তা থাদদুনা হাৎখিবনি। মাগী নুপীনা অঙাওবীগুম লাও খোংখি। মপুরোইবগী মশাদগী শিন্থরকখিবা ঈদুনা মোমপাকফিদক পুমলুপ লুপখি। মাগী শম্লাং ফাওবা চোংখি। ঈদা লুপ্লবা মপুরোইববু কোন্দুনা থামদোক শেৎতোক্লবা য়াদনা কপখি। য়াম্না থম্মোয় শোকখি৭ মিনুংশি খঙদবশিংদুগী খোঙ্গুল ফাওবা ঈরিকশিংদুগী মরক্তা লৈরম্মী। পুন্নমক্তুনা দিলিপকী হৈনীংলম্বা পুন্নমক পুমহিক হিকথখি।

থৌদৌদু দিলিপনা কাউবা ঙমখিদে। মাগী থম্মোয়দা তুংদুনা লৈখি। মাগা লুনা তিন্নবা. কা অমত্তদা পুন্না লৈমিন্নবা মীনি। দিলিপনা বিহারি মানা বঙ্গালী ওইজরবসু। লৈমিন্নজরবসু শিনফমদি মান্নদে। অমনা ফল্লাংগী রং (পেন্ট) হায়বনি অমনা টাইল্স নম্পা মোজেক থাবনি। অদুবু

ওম্লোক্লা নুংশিননা অরে লৈতা তাথোক তাশিন লৈমিন্নে। থৌদোক্লুগী মতুংদা দিলিপ মরূদা হল্লগে কয়ারক খল্লি. হোৎসু হোৎনৈ অদুবু পুন্সিগা থবক্কা মনতিক্লদুনা থাংদোক্লুরবা খোংথাং হঞ্জিল্লকখি। খাঙবা তাখি। মপুরোইবগী সংস্কার পুথোক পুশিন ফরক তাবদগী মণিপুরদা পোৎলোয়খি। মাগী নুপীনদি মাগী লাপ্লবা মরমদম তান্না পুনীংখি। অদুবু চহী কয়া তুংশিঞ্জরকপা তানশিঞ্জরকপা লল পুন্নমক শিৎ নান্না লৌবিখি. পুবিখি। অরোইবা ওইনা মণিপুর থাদোক্লুনা চৎলমদাইদা ওম্লোক্লা থম্মোয় শোক্লা হায়রম্মী।

"দাদা দিলিপ. ঐহাক্কি লাইবক থিবী ওইহৌরে। ইমিৎতা ইচা অমফাও মাগী নীংশিং খুদোলনি হায়বসু ফংহৌদরে। শাগৎচখিবা আশা কয়া খঙহৌদনা লাকপা ঈশিংগী শাফু কল্লবা ঈরৈদা চেম্ব্খরে। ইপুরোইবগী মোংফম লাপ্লা লৈহৌরনি। ঐগা মাগগী মোংফম তোঙান তোঙান্নরনি। লেমহৌরিবা পুন্সিসিদা মাগী মোংফমদা লৈ মনা অমা ফাওবা কুৎচবা ফংগনি হায়বা পাপচেল্লবী ঐনা থাজবা ঙমদ্রেদো।"

ব্রাহৈশিংসে ফনা কুইনা দিলিপকী নাকোংদা ঙংদুনা লৈখি। লুহোংবা চহী অনী ফাদ্রিবনি নৌনা লুপ্লা ওইহৌরে ঙসিগী তুম্লিবা ফমুংসি মক্তদা মাগা দিলিপকা পুন্না তুমিন্নখি। ওম্লোক্লনা ব্রানা হোৎনখিবনি। লাইবক ফবদগী কারবার মমায় চুমদুনা পৈশা পায়খিবনি। মাগী নুপীসু লুহোংবা মতুং ইকুই কুইদনা লৌরুরগা লৈমিন্নখিবনি। তোঙানবা য়ুম অমা মাগী মরমদমদা শাবদসু ঙাইরিবনি। নুপী লৌরুবদুনা মরম ওইদুনা কা লৈতবদগী তোঙান্না লাপনা লৈখিবনি। থবক মফম মান্নদবনা তোয়না উন্নখিদবনি। ঙসিদি মা চৎখরে। সুখলালগা অমুক নৌনা লৈমিন্নখিবনি। তোঙানবা য়ুম মফম মান্নদবনা তোয়না উন্নখিদবনি। সুখলালগা অমুক নৌনা লৈমিন্নরে। থবক মফমদা থেঙনখিবনি। লৈফম নুংঙাইতে হায়বদগী পুন্না লৈমিন্নখিবনি।

ব্রারী লীবা হৌরকপদা সুখলালদি নাথোক্লুনা তুমখ্রে। তুমদ্রিঙেগী মমাঙ হায়দি হায়রম্মি করিনো খঙদে ঙসিসি হকচাং ইকম লুঘদৌনা তৌই, ইনুং নুংঙাইতে। পাম্বোম মরুশিসু ফন-ফন চোংই। দিলিপনদি কৈগু তৌরোই হায়খি মবুক মপাউ চমজবা মঙোন্দা।

দিলিপ ব্রাখলদা ইরাক্লরি। মা তঙাইফদনা পৈশা তান্দব ব্রাদে। মচননুপী য়াওশংথাদা লুহোংগদৌরি। মচননুপীগী অওং অউন নুপা ময়ুমদা পীগদবা পৈশা মা খনবদা মম্মী। অসিগুম্বা দাউরি পীনবা জাতিদা

পোক্লম্বসে মা.পামদে। মসিনা নিঙোল পোকপীদা কয়াম ব্রাহল্লি।

মাগী খুঙ্গংগী পুন্সিদু লাকশিন্দুনা য়েংই। থবক শুফম খোৎফম লৈতবা নুপীশিংগী পুন্সি। নুপীশিং অয়াম্বা লাইরিক লাইশু হৈতে। শেল থুমগী ফিভমসু ফত্তে। লৈরিবা মফমসিনরা মদুসু হায়বা ঙমদে। চাউখৎলবা অমেরিকাগী লমদসু অমিশ কাংবু লৈ হায়। টুরিষ্ট লাক্ষ-লাক্ষ লাক্কুনা কাংলুপসিবু য়েংনৈ হায়। অমিশশিং অসি স্কুল কাদে. লাইরিক ইতম তম্নদে। কার তোঙদে. টেলিফোন থমদে। শগোল নৎত্রগা শগোলগাড়ী তোংই। চাউখৎলে হায়রিবা লমদুদা মখোয় অদুনা করম তৌরিবা। নেপালগা তাইনবদা ভারতকী ঙমখৈদা লৈরিবা মাগী জাতিগী নুপীশিংনা চাকখুমদতা লৈরিবা। ময়ুম পাল্লবী নুপীশিংনা অতোম্পা নুপাগা চুম্নগী ওইরবসু অমগীবু ওইরবসু ব্রারী শাবদা নৎত্রগা উন্নবদা অথিংবা থল্লিবা। মসিনা চাউখৎপগী লম্বীদা মনীং হনবা নত্তনা করিদি লৈ। শেঙ্খোক লম্বী লৈতবা অসিমক্নসু মহাক্না পৈশা তান্নবা মথং-মথং লাকখিবনি। ইরোই লোইবদা মণিপুর য়ৌরকখিবনি।

দিলিপ্না থবক শৃরুরগা হল্লকপদা সুখলাল মমায় ইপোম পোম্না লৈরম্মি। কৈদৌরগে হংলুবদা মমা লৈত্রে হায়দুনা থারকপা টেলিগ্রামদু উৎলকই। থোরক্তবা য়াদে কন্না হায়রকই অদুবু সুখলালদি থোক্লোইদৌরি। মাগী মখুৎতা পৈশা ইলৈ লৈতে। লুরিবদি সরকারগী কর্ম্মচারিশিংগী তলব চাং নাইনা পীরক্তবদগী খুশূমল ব্রাৎনা-ব্রাৎনা পীরক্নুনা পৈশা তুংশিনবা ঙমদে। মশা চৎলবদি খরচ হেন্না চৎখিগদৌরি অদুনা পৈশা ওইনা থাথ্নগে খল্লি। চাক্কা আলুগতা চাবদুনা মশাদুসু শোকচিল্লে। শা-ঙা. থাউনচিংবা থা অমা চারোইদৌরিবনি। উহৈ ব্রাহৈদি চাবা য়াই। অদুবু খুৎশূমল ফাওবা ফজনা ফংদ্রবসিদা চানীংবা পুম্না কংলে।

সুখলাল থন্না-থন্না পি তারকই। মমাগী অরোইবা মিৎকুপ উন্নবা ফংদ্রে। অদুগীসু মথক্তা পৈশাসু মতিক চানা থাবা ঙম্লোইদৌরি। দিলিপতগী খরা লৌগদবসু মচননুপী লুহোংবগী চৎকদৌরি। অয়াম্বা মতমদা সুখলাল ইনুং নুংঙাইতে উংদুনতা লৈ। দিলিপ্নসু মতৌ য়েংবা ঙমদে। মতেংসু পাংবা ঙমদে।

দিলিপ চৎখ্রে। সুখলাল মথন্তা ঙাইহৌরে। কাদু ইচিক চিকই। চানীংবসু পোক্তে। দিলিপ লৈরবদি থেমদুনা খরদা ওইরবসু পীজগদবনি অদুবু হৌজিক্তি কনাসু লৈত্রে। মাদি মচননুপীগী লুহোংবদু হরাওনা

পাংথোক্লগনি। মচননুপী, মচাশিং-মাগী নুপী নুংঙাইবগী পি শিন্থরগনি নুংঙাইনা অহিং কয়া তুম্লুগনি অদুগা মাদি মপাং শেৎনরবা লমখুনু লাব মঙাইরে।

করম্বা মতমদা ঙরাং অহিং তুমথখিবা খঙহৌদে। মিকপ থোরকপদা করিনো চৈনা অমা ইফাও ফাওবদৌনা হৌগৎপা ঙমদে। য়েংথোকখিবদা উরকই শিলিংফেন। মাগী কাদদি ফেন লৈতবনি। নাক য়েৎ য়েংলকপদা উরকই তামো ইবোহলগা মচানুপীগা লেপ্তুনা লৈরম্ব অদুগা দিলিপনা কদোমদগী। মহাক ঙরাং ময়ুমদা চৎথ্রবদায়নে। সুখলালগী জ্ঞান তাদবা চঙক্লবা মতৌদুদা ইবোহলনা করিসু তৌদ্রবর ইবুংঙো হায়রকপদা জ্ঞান লাকই। য়েৎথংবা মখুৎ বেন্দেজ তৌরম্মী। কয়াম থিনা শোক্লমগবা। হায়ফেৎ য়েংবদা খুৎকি খুৎশা মশিং শুনা উদে। খুৎ য়াওদ্রবজাৎলা নুংশা খঙথি থিরকই। করিগুম্বা খুৎ তৎলবদি রং হায়বা ঙমলোই। হুমাং পাখৎলকই। মাগী নুংশাথিবা মতৌদু উবদা ইবোহলনা হায়রকই, করিসু তৌদে ইবুংঙো. খজিক্তং খুৎতা শোকখিবতনি। ঙরাংগী য়ুমদা লংশিল্লম্বা বোমদুনা খরদং খেৎখিবনি। শিহৌদ্রিবসি য়াম্না লাইবক ফরবনি। ডাক্তর লাক্লগনি।

"বোম লংশিলম্বা কাংবুদুদি ফারবরা?"

"কদায়দগী ফাবা ফংলগদগে?"

"করি মরমগীনো?"

"ঐসু খঙদে। উন্নসি হায়না মফম থারকখিবা অমদি লৈ। ঙরাংগী থৌদৌদুনা নুপী অঙাংশিংদি ইপা পাখত্তুনা লৈরে। দিলিপসু চৎলুরগা খঙহৌদনা লম্বী বন্দ তৌরম্লে হায়দুনা হল্লক্লে। লাইবক ফবদগী ঘটনা অসে মহাক্তি নংহৌদরে। ডাক্তর রাউন্দ লাক্লে নহাক্কী মওং অমা খঙলগনি।

ডাক্তরনা অনাবগী হকচাং কুপ্না য়েংলবা মতুংদা হায়রকই,

"করিমত্তা নুংশা থিনীংঙাই লৈতে। খুবি য়াওনা খুৎশা অহমখক্তনি তৎপা মদুদি শেমদোক শেমজিন তৌরবসু য়াই। ব্লারুনু।"

সুখলাল জ্ঞান মাংনা মিৎ উইশিল্লকই। মাগী খুৎশাশিং মহৌশাগুম্না শিজিন্নবা য়াদ্রবদি করম্না অমুক হন্না নুঙ পায়দুনা ছাঁদকী ব্লালশিং তক্কনি, করম্না রং হায়গনি। পুন্সি অসি করি ওইবা তারবা। হুমাং মরিক-মরিক কাখৎলকই, খোইদৌগী মিহুন চোংখৎলকই। ব্লা ঙাংদনা ফমুংদুদা উতুপ তাবগুম হায়থরকই। ○

# নোং চুরবসু ফৌহাম শাৎপা

"হল্লো. কনা ওইরবনো?"

"যুবরাজনি. কে কেগী। ঐখোয়না হায়খিবদু কৈদৌঙৈ তৌসি হায়বনো?"

"মিটিং অমতং ফমখিগে। বন্দগা স্ত্রাইক্কা ছুটিগনা ঐখোয় মশেল অমতা উন্নবা ঙমখিদরে।"

"কয়ারক হন্না মিটিং ফমখিগে হায়রিনো ? মিটিং ফমগে ফম্মু, ফম্মোই তোকউ. ঐখোয়না হায়খিবা ব্রাফমদু য়াদবা তারগদি নঙোন্দা করি দন্দি পীগদগে হায়বগী অহ্কপা ব্রারেপ লৈরবনি।"

"করিনোনে ইচাশিংনা হায়রিবদুবো? অদুক য়াম্না শেন্দমদুবু কদাইদগী লৌরুদগে?"

"লৌফম খঙদুনা হায়রিনি।" খোন্দু কনখৎলকই." মখা তাবিনু চাইদুনা তোক্কনি। ঙসি তরানিসিগী মনুংদা সি. অমগা এল য়াম্ব্লেদু পীগদবনি। করিগুম্বা পীদবা তারগদি চানীংবা য়েঙ্গ্লং চাহৌরো. কোইনীংবা কোইহৌরো, নুংঙাইবা য়াবমখৈ নুংঙাইহৌরো"
মোবাইল ফোন্দু সৎ লাওনা সুইচ্চ ওফ তৌসিনখি।

"ইস! বিষ্ণু-বিষ্ণু! ক্রোড় অমগা মখায়গী শেনফমবু ওম্মোক্লা লায়না হায়রক্লিবা! প্রমোসন কাবরা হায়ববু ওম্মদুনা তাগদৌরি।"

তৌফম খঙদে. উংদুনা লৈ। রিভোলবিং চিয়ারদু ওইদা অমুক লৈ. য়েত্তা অমুক লৈদুনা ব্রাখল খল্লি। ফল তাবা ঙমদে। ওফিসতদি অসুন্না

ফল্লগা ব্রাখল খনবা শংদে। কুইনসু ফমদে, থিবদা খঙ্গলোইদৌবা জগা অমদা লোন্না-লোন্না থবক শূই। অতৈ পুন্নমক্তগী' নাঙ্গোকপা ঙল্লবসু উন্ননীংখিদ্রবা মখোয়দগীদি লৈথোকপা ঙমদ্রি।

ওফিসতা ওফিসার ময়াম কৌদুনা শেম্ মসিগীদমক কমদৌসিগে হায়না খন্নে। অচৌবনা মোল্লি-মোল্লি হায়রকই,

"শেলসি পিথোকখিসি শিদৌ শরুক।"

তরুনীনা কংয়েৎ-য়েৎলকই।

"পীগদৌরিবা শেলসি অঙাং নত্তে।"

ভাব তাবোই-তাদবোই কুমারনা লাওরকই,

"করিনো সি.সি; এল,এল হায়রিসিবো?, কয়াম য়াম্বা শেলনোনে?, চাইদৌ সরুক তাশিল্লগা কোক পীথোকখিসি।"

"কুমার ইবুংঙো, মেন তাও।"

রাধেনা শাওরপ মৈরিক কাপ্পকই,

"নুমিৎ চুপ্পা নশাদু অমুক্তা নোরমেল তাদে, হায়রং-হায়রং।"

"ফরেনে কুমার, ঐখোয় ময়ামসে লুপা লাক্ষ তরা-তরা খায়নরগা ডাইরেক্তরদা পিশিল্লসি," তরুনিনা নুংশিদনা খুল্লকপনি।

"অস!, অদুক য়াম্বা শেম্ মদুদি কদায়দগী? ঐদি লিশিংদা হায়রিবোয় নীংলুরে।"

ডাইরেক্তরনা ব্রারীগী ফিবান খোপচিল্লকই,

"মখোয়না ক্রোড় অমগা মখায় পীয়ু হায়রগা হেক্তা পিগদবা নত্তে। অদুবু খরদি পীগদবা য়ারোইদৌবনিনা করম-করম্বা একাওন্টতগী লৌথোক্লগা পীগদগে হায়বদু কেসিয়ার নন্দোগা তান্নরগা তৌরসি । য়ারিবমখৈ খরা থুনা তৌসি নৎত্রবদি ঐখোয়গী ইরক্তগী ওফিসার অমা ফাজিল্লগা মমল হেল্লক্কনি। মী ফারগা রেন্সম তানবগী চৎনবী ঐখোয় নিংতম য়াওল্লোয় খরগী ব্রাখলদা লৈ। নিংতম্বগী মমল শেলদা ওল্লক্লিবসে লমদমসিগী চৎনবী অমগুম ওইরক্লি। ঐখোয় চেক্সিনবা ফৈ।"

তাঞ্জা চানা তোমচানা চাগা-চানবগা পুশিল্লকই। রাধেনা য়াম্না খৌরাংনা তাঞ্জা অদুতবু ঙাইরম্বগুম পরপ-পরপ চাদু থক্লগা ক্বা লৈরুনবা শেল পীরকই।

ওফিসার ময়ামদু পুং অনীরোম খন্ন-নৈনরবা মতুংদা শেল-লোইনমক নৎত্রবসু খরদি পীবদা ব্রারেপ লৌনবা তৌরিঙৈ তাঞ্জাসিদা

পাটি অমগী টেলিফোন খিংলকই।

``কমদৌসিগে সিনাগ পিংপাংগী কাঙবুনি। জোইন ডাইরেক্তরনা অমত্তা পায়রবা।

``হুম, ঐদি ওমজরোই ডাইরেক্তরনা পায়বগী পায়বা অদুম পায়বায়।``

``পায়দ্রিঙৈগী মমাঙদা অমত্তংদি খল্লখিবা ফৈ। মখোয়গীদি লোয়না পিখ্রদাইগ।``

রাধেনা তনখুম খুল্লকই,

``এল অনীদি পিখ্রদাইনে?``

``অদু ওইরদি অমগা পীরগা লোইশিন্নবা তৌরসি। ফোন্সি কোসিঘরগা ওইনা পায়নহল্লসি, মানা থোকপা খুল্লসনু। মিটিং লোইশিল্লসি। কম্মিল্লারনা ঐবু কৌরি, চৎতবা য়াদরে।``

ওসিদি ডাইরেক্তর মোন্দা নুংঙাইনা, ব্রাখল খরা ঈংনা ময়ুমদা . . . নাই ওমদুনা লৈবা তিংখং অমা হনখিবদা খংয়াং-য়াংবগুমই। এগী মপুরোইবা ডাক্তর মোতেনসু মচা থিনবা দিল্লিদা চৎখি। ফি হোংদোক্লগা অরাম চৌক্রিদা ফমথবদা মঙাইরি। মখারোমগী ইনে থম্বাল ঙাং চঙলকই: হায়রি কপ্লি-কপ্লি তৌরদুনা ব্রাহংসু-পাউখুমসু পুল্লপ পুন্সিল্লদুনা,

``নুপা লিশিং মঙাখক পীদবা য়াদরে। লৈতে হায়বা য়ারোই। ইচানুপী থোইবীসনাগী ফোর্ম ফিল-অপ তৌবা হয়েং লাস্ট-ডেতনি হায়। নঙনা শেল লৈতে হায়রগদি পরীক্ষা থাদরে।``

মেমচৌবীসু খঙই মনে থম্বালনা হায়রিবসিদা অরানবা অমত্তা য়াওদে। মনেগী নুপা মাম্মা তোমচৌ পেরালাইসিসনা নাবদগী হৌগৎ-কাঙখৎপা ঙমগবা ওমদ্রবনি। মচাশিং অমত্তা নীংথি-নুংঙাইনা লাইরিক তমদে। তমহনবসু ঙমদে। অদুবু থোইবীদি পরীক্ষা খুদিংগী মকোক্তা থোংদুনা লাকপনিনা বক্তি ফংলিবনি।

মনেনা তকশিল্লকই,

``মেমচৌ, নঙনা তুমিন্না লৈশিল্লিদু পীররোই হায়রিরো? থোইবীসে নচানুপী লেম্বীগা হৌমিন্নরকপনি। অদুবু অঙাং অনীগী মরাইবক্তি করাদা

খেন্নখ্রবা! ফরে. নঙনা লৈতে হায়রবনিনা পরীক্ষাদি থাদবা তারেদনা।"

মচেক্তা য়ৈরগা ময়াঙদা ফুরকপা মনেগী ব্রাঙাংদু মেমচৌবীসু খঙই। হেক পীদবদা ব্রারৌনা চৎখিগদবদুসু উই। অদুনা খান্মী.

"ঐ লৈথোকলুখিগে।"

শেলদু হেক ফংবগা মনে থম্বালগী মায়থোংদু শাৎক্নায়রকপা থম্বালদু মঙাই। চৎলমদাইদা কাম্বোক্লুরবা খোঙথাংদো অমুক হঞ্জিল্লক্লুনা হায়রম্মী.

"মেমচৌ. নঙ নুংঙাইব্রুকো।"

নুমিৎ থরনি ব্রাখল ঈংলে হায়দুনা নে-তানা ওফিস্তা থবক শূরি। পাটি অমগী অমুক থুংলরে। য়াম্না মওং তাবা টুপি অমমম উপ্পগা মশা নান্না লাকই। মখুত্তা খুদোপ. মঙক্তা সনাগী হৈনৌজোম মশুংগী মপোপ চাওরবা লিক অমমম শিং। চৌক্রিদু তপ্পা চিংথোক্লগা য়াম্না লৈবাক মচা তাবা মওংদা ফমই। থল্লুই সপ্লাই তৌজগে হায়বা অঙাং ওইরমগনি।

করিমতা. ব্রাহং পাউ হংদ্রিঙৈদা অঙাংবা টুপি উপ্পা নুপাদুনা উপ্লিবা অনোক্তু খজিক্তং চিংখৎলগা ব্রাহৌদোক পীরকই,

"ঐখোয় টেলিফোন্দসু হান্ননা হায়জখ্রবা পিং পিগী কাংবুনি। ইমাখোয়না কে কেদা ১০ পার্সেন্ট শিখরে হায়বসু ঐখোয় খঙই। ঐখোয়গীদি য়াম্না হায়জরোই, ৫ পার্সেন্টতমক পীবীয়ু। ইমাখোয়না ঐখোয়বু তঙাইফদনা মতেং পাংবিদবা য়াদ্রবনি।"

"ইবুংঙো ইমাখোয়না করম্না পাটি খুদিংমক্কী শেল পীবা ঙমগদৌরিবনো? ঐখোয়গী লমদমসিদা পাটি কয়া লৈ? ঐখোয়গীদি থাদরক্লিবা ফন্দ খরসিনা পুন্নমক চলাইরিবনি। তলব ফাওবা থা খুদিংগী পীবা ঙমদদুনা লৈরিবনি।"

"ইমা পুন্নমক ঐখোয় খঙই, ইরন্নাইগী নিবা লাকপা নত্তে। ইরৈবাক্কীদমক্তা ঐখোয় তুম্বা মচেৎ, চাবা মচেৎ ওইনা হিংলিবনি। ইমাখোয়না চৌক্রিদা খোঙ্গ্রাই নিক্তুনা চারিবনি।"

"ইমাখোয়সু ওম্বোক্রা মথা শানা মৈ-হৈনা চৌক্রিসিদা ফন্নিবনি। কুমগী নোংনা চুরবসু কমদৌনা য়ৌহাম শাৎহল্লোইদগে খনবগী পোৎলুম পুরিবনি।"

"পোৎলুম পুবিবগী দরকার ওইদে. ইমাখোয়না তৌবা থবক

পুন্নমক ঐখোয় লোয়না চপ-চানা খঙই। ঐখোয়না হায়জরিবসি তলবতগী শেল কক্তে হায়বা নত্তে। ঐখোয়দা অশাংবা ভাষনগী দরকার লৈতে, ঙমনি-ঙম্মোই অদুতা হায়বীয়ু।"

মনীং মমাঙ থৎপা নুপাদুগী ৱাহংদুগী পাউখুম তরাইদে। অদুবু শম্পৎনা ৱারীদুগী ফিজিন্দু খোমজিন্দনা থেম্মোই ৱারৌবোই হায়রকই,

"ঈাশিংসে ওম্মোক্না ফিংখ্রে, নখোয়গী ৱাফমসি ঐগী ইথকথোং-বশিংগা অমুক্তা থন্নখিগে।"

টুপি লৌথোক্লুনা নুপাদুনা নোংশাঙুম ঙংলগা,

"খঙলে ইমাখোয়গী ৱাফমদু, চিফ সেক্রেটরি য়ৌরগা ঐখোয়বু ফাহনগদৌরিবনি। থেংনবা তারেদনা।"

"ভাইখোনে ইবুংঙো, ঐনা হায়বগা নখোয়না খনবগা ওন্নরেনে। নীংতম্বগী নমাদা পুন্সিবু ললোনবদি ফত্তে।"

"খঙলে-খঙলে মথা তাবিবরুনু।"

ফুক হৌগৎলগা চৌক্রিদো মখোল হৌনা তুংলোমদা ইম্মোক্লগা শাওরপনা মপান থোকখি।

মখোয়বু খাল্লুদরে। মখোয়না চৎখিবদু চুবা মেত্তুনা য়েংদুনা লৈহৌই। থারম্বা খোন্দু ফুবগী চৈনাদগী হেন্দুনা নাখোঙ শাহৌই। ওফিস্তা নে- তানা থবক শূফম খঙদরে। মোবাইল অনীমক সুইচ্চ ওফ তৌসিল্লি। কান্নখ্রবা ফোন্সি শিজিন্নফম খঙদনা তুক্ষনখরে। ৱাথল লুম্না য়ুম য়ৌরকই।

য়ুম হেক য়ৌরগা থোঙ্গাল কান্সিন্দ্রি, মচানুপী অতোম্বীদুনা খবরনা য়োমশিল্লবা ময়োম অমা মমাদা পিশিল্লকই। মমানা ফিংনা,

"করিনো সিবো? কনানা পীরল্লিবনো?।"

"খঙদে মমা নুপা অনীথক লাক্লম্লগা ঐখোয় ইমুংগী মী মশিং অমমমগীনি, মাঙহনবদি য়ারোই, নমাদা শিন্নৌ হায়রম্মি। থোঙ্গাল ময়াদসু করিনো খঙদে খবরনা য়োমশিল্লগা ময়োম অমগসু থল্লম্মি। ঐখোয়দি পায়রুনু হায়রম্মী।"

মচানুপীনা পীশিল্লক্লিবা ময়োমদু হাংদোক্লুনা য়েংই।

"ইস! নোংমৈ মরু।"

ঙাইহাক উথুৈ লেপ্পুরগা চৈ অমা পায়রগা থোঙাল তান্না থোরকই। মচানুপীনা তাক্লকপা মরোন্দু অমুক চৈদুনা খজিক হায়দোক্লগা য়েংই। পাখংনা লাওবকই.

বোম্মিনেঙ্গে।"

"বোম্মি হায়বা।"

মচানুপীদু পাখংনা কপ্লকই।

"মখোয়না করি হায়রম্মিং?।"

শাওনীংবনা মশাদু থক-থক নিকই।

"থোঙাল ময়াদা থমলম্লিবা পোৎসি পুলিশ তাক্লুনা লৌথোকহল্লবদি নমাগী অঙাংবা ঈখেং লৈমাইদা তাগনি হায়রম্মী।"

"ইস! ওন্থোক্লা লাকচনা. মপাগী মরল মুল্লুবদৌনা।"

পায়রগা ফিংনা অমুক মখা তারকই.

"নুপাদু মশক পাওহৌরবা?"

"খওদে মচিনসু খুর্ম্মী. মমাইদুসু টুপিনা তংখাই অমা খঞ্জিল্লি। টেলিফোন নম্বরসু পিরম্মি। তৌরকউ হায়রম্মি।"

"ঙসাই লাক্লম্বা অঙাং অনীদু শোয়দনা ওইরমগনি, কদাই ফোন্দু পীরকউং।"

তাঞ্জাসিদা ডাক্তর মোহেন কার থৌজিল্লকই। কারদগী কুমথরক্লগা শাওরংননা.

"করিনো টেলিফোন লোইনা সুই ওফ তৌরিবদুবো? এয়ারপোর্টতা লৌবা লাকউ হায়গে তৌবনি। ডাক্তর সন্তোষ থেংনদুনা মাগী গাড়িদা য়াওরক্লবনি।"

মচানুপীনা মপাগী অশাওবদু মখা তারক্লবা রারীদু কপ্পা-কপ্পা তম্মী। চাকখৎলুরবা মৈরিদু অমংবা নোংগী নোংলিক্লা য়েরকপদা মথন্তা মুৎখিবগুম মোহেনগী অশাওবদুসু তপ্পা-তপ্পা মুৎখিরম্মী।

য়ুমদু থাদোক্লুনা সরকারগী ক্বাটরদা লৈরে। মচানুপীদু সিদা লৈরবদি ফাবা পুনবা তৌরকপসু য়াই খন্দুনা মপালদা থানীংদ-থানীংদা থাখরে। ওফিসগী ফাইল ওফিসতা নে তানা ফমদুনা শূবা ঙমদ্রে। ওফিসার ফারগা রেন্সম তানবগী চৎনবী লৈরকপসিদা ওফিসারশিং ওফিস্তা ফম্নীংদরে।

ফনা কুহরে মেমচৌবীনা সরক্কারগী ক্কাটরদা লৈরকপা। মনে থম্বাল ময়রক-ময়রক্তা লাকই। মহৌশাগা মান্নদরে। য়াম্না কেনা ফজবা ফি-রোল শেৎলি। মচানুপা য়াইমদু শেল থোক্লে হায়। মেমচৌবীনা থাগৎলি. মচাগী মপাল ঙন্না চাদুনা লাইবক ফবী মমা হায়বদু ওইরে হায়দুনা। থম্বাল মচিনবান্দদি কদাইদগীনোদা হায়রগা মপুক্লিংদদি হরাওবগী মমি তারি। মমল য়াম্বা অথুম-অহাও কয়া পুরকই লমল শিংদোকপগুম।

মনেনা মেমচৌবিগী চিল্লবা কাদু য়েংলগা হায়রকই.

"নহাক লৈতবসে ইহাং-হাংলে। য়ুমদা হল্লক্লোদনা। নৌপ্পাশিং ময়াম লৈরি, করিগী পঙকি কিরুদগে?।"

"হোয়, লাক্লবা তৌরগে।"

"কিরবসু থোঙ্গালদা সিফাই ঙাকহল্লগা লোইরেদনা।"

নোক্লগা হায়.

"অদুম্না তৌবা তারে।"

নুমিত্তু মনে থম্বাল মাগী মনাক্তা ফনা কুইনা লৈরম্লগা চৎখি।

য়ুমদা লাক্লে! লাকপা নুমিত্তু মনে থম্বালনা মচানুপা অতোম্বগা অহলগা পুরক্তুনা পোৎ-চৈ থাংবা য়াওহল্লে। মপুক্লিংদা মেমচৌবীগী লমন তোল্লি খঞ্জে। মাগী অৱা-অনাদা মতেং পাংবিদুনতা লাকখিবনি। মচানুপা য়াইমদুদি মখোয়দা চৎপা, থবক শূরু হায়বা য়াদে. চৈ। ইনাক খুনবগী ইমুংদা চঙ্লোইদবনি হায়না থিংই। মচাগী পামদবা অথিংবর্দুদি মানা মেমচৌবীদা তমদে।

মনেনা মখোয়দা শুংলাক লাক্তে হায়বদগী নোংমা চৎলুই। মনেনা হায়রম্বশিংদু অচুম্বা ঙাক্তনি। ইনা কুপ্লম্বা য়ুমদু চেক্লা শিল্লম্লে. চেক্লা মমাঙ সঙ্গোয় অমসু শারম্লে। লৈ-শু. হৈ-রা মফম চানা হৌরি। থোঙ্গাল ময়াদা গ্রোসরি দুকান অচৌবা 'অমা মচানুপা অহন্দুনা ফল্লি। বজারদনা মচানুপা অতোনবনা হার্ড-ৱায়ারগী দুকান অমা হাংলি। পুন্নমক মচা য়াইমদুনা শিনবা ঙাক্তনি হায়। অসুক থুনা কদাইদগী শেলনা চাওখৎলিবা?, থনুংদা ঙক্লি। তেনখ্রবা মতমসিদা পৎ-তৎলম্বা মখোয়গী ইমুংনা তৌরল্লিবা মতৌসি, ডাইরেক্তর অমগা ডাক্তর অমগনা পাল্লিবা মখোয়গী ইমুংদুনা তৌবা ঙম্বগী ৱা লৈতে। অঙকপনি। লাকখোক্তনা লাকপনি হায়দুনা অচা-অথক. পোৎ-চৈ কয়া লেম্না হাপ্লকই। শেল-লৌ হায়বা য়াদে। মখুত্তা থাও-থুম থোক্লবনিনা ৱাঙাংদা-শাঙাংদা গপ অমসু য়াওবা হৌরক্লে।

লৈকাইদুদা মুসুক-মুসুক্তি ঙাংনৈ। থম্বালগী মচাশিংসে করি কারবার তৌদুনা অসুক থুনা চাওখৎলক্লিবনো? মেমচৌবীগী মপুবোইবা ডাক্তরনদি তত্তনা হায়,

"অরানবা শেলনা অসুক থুনা চাওখৎলক্লিবনি। মখুল অমা শোয়দনা লৈরমগনি। পোৎ খুদিংমক্কি থবক খুদিংমক্কী রিজ্ন অমমমদি লৈবনি।"

মেমচৌবীনদি য়ানীংদে অদুবু মরৈগী কিসি থোক্তিঙৈদা অঙকপা পাউ অমা আই এস টি ভি গী পাউদগী তারে। খবর খুদিংমক্কী হেড লাইন্ডদা য়াওরে,

"থম্বালগী মচানুপা য়ায়মা, নোংশাবা এলাইজ নোংথোন এলাইজ নোংয়াই ঙরাং নুমিদাং থম্নাপোকপীদা কমান্দোশিংগা খুৎ থোক্লবদা লৈখিদরে। মোইরাংদগী ইম্ফালতন্না য়াংনা থৌরকপা সন্ট্রো কার অমা চিংনদুনা খাম্মু হায়বদা খাম্লমদনা থৌখিবদা কমান্দো তন্না নোংমৈ কাপশিল্লকখি। ঙাইহাক কাপ্লরবা তুংদা কারদুদা তোংলকপা মীওই অহুম্গী মনুংদা অনী শিরে, অমনা শোক্লে। পুলিশকী মায়কৈদগী অশোকপা অমত্তা য়াওখিদে। শোক্লবা মীওইদুগী জবান্দগী মখোয় অহুম্মক সরকারগী ওফিস্তগী শেনখাই থুমখাইদা চেন্নবা মীওই ঙাক্তনি। ডাইরেক্টর মেমচৌবী, ইঞ্জিনিয়ার চাওবা, ডাক্তর রামো অমদি অশাংবম ক্লিনিক্তা বোম থম্লম্বদু মীওই অহুমসিননি। হৌজিক ফাওবদা মখোয়না খায়গৎখিবা শেন্ মসি লুপা ক্রোড় অমা হেল্লে হায়রি।

অশিবা হকচাং অনীদু রিমস্কী মোর্গতা থমখ্রে অদুগা অশোকপদুনা ৱাহং পাউহংলি হায়রি"। ○

# থম্মোয়দা কিরম্বা কিশি

বীজয় মকোক মরু ইচাও-চাওনা ৱাখল ফুম্বংনদুনা লৈ। থবক্কী ৱাখল চংদে। মঙোন্দা হৈনীংবা অমত্তা য়াওদে। পুন্নমক হিকথরে। মানা অদুক ৱানা তাল্লিবা পৈশাদু করি তৌনবনো? হিংবদা নুংঙাইনবা, নুংঙাইনা হিংনবা অদুগা নুংঙাইবগী মরুমদা অৱাবা নপ্পম্বদুদি উবা ঙমখিদ্রে। থম্মোয়গী ওইবা নুংঙাইবদি লনথুমদা লৈরমদরে। পুক্লিংগী সান্তিদি থম্মোয়দা লৈরম্লে। ও! মিকপসে থেংনা থোরকইদা। অস! ওম্মোক্লা পাম্মুখরেদা।

"ইতে ইবুংঙো চাক লোইরে।"

থোইবীনা হজ্জিন-হজ্জিন কৌবদা ৱাখলগী কিশি থুপচিল্লগা খুম্লকই.

"করি হায়বা থোইবী?"

"চাক লোইরে।"

"উম চারসি।"

"অদু ইতে ইবুংঙো কেস তৌখিবদুবু করম তৌখ্রবগে? তামোচৌসু ঙসি লাক্কনি হায়রকপনি।"

বীজয়না শ্বর শাংনা হোম্বরগা মখা তারকই.

"কেশ তৌবা হায়বসিদি পৈশাগী মথৌ ঙাক্কনি। পৈশাগী ৱাদি থমবু-থমখ্রো মতমদুনি। মতম চঙ্খ্রবাজাৎনি। কেস তৌবা হায়বসে তরাই-তরাইবা থবক নত্তে। অদুগীসু মথক্তা মিহাৎপদু নত্রগা হাৎকে তৌরল্লিবদু উহৌদ্রবনিনা পুথোকপসু ঙমদ্রে। মসিদা কেস তৌরুরগা কৈদৌননি। মখোয়না মীদু পুথোকপা ঙম্লবদি ফৈ। কান্নদবদা মতমসু মাং পৈশাসু তিং অরেম্বদা তোক্কদবা মাল্লি।

"অদু তাচৌনদি পুলিশতসু রিপোর্ট তৌই. পুলিশ কাঙ্বুনা থিরি

হায়বদুদি।"

"পুলিশসু অদু মঙাইনে। পৈশা পীজদ্রবদি অমহানি, ফাইল মূটি লেংবা নত্তে। অদু ইবাই লাক্লগা হায়য়ু ঐদি পুন্নমক অমত্তা তৌবা পামদরে। য়াম্না খঞ্জিল্লুরগা কোকসি হেক্তা ঙাওরকই অদুনা ঐ তুন্নবগী গুলি চারগা তুন্নীবনি। হৌজিকসু ফুরিৎখাওদা হাপ্লগা পুরিবসিনি। মাথাসে পুবা ঙমদে। করিগুম্বদা শিরসিরা হায়বা ফাওবা খল্লকই।

থোইবীসু মখা তারুদ্রে। য়াম্না হায়জিল্লুরগা কোক শিদোকখ্রবদি হায়দুনা পাখৎপা অমদুম ফাওরে।

বীজয়না মতম অয়াম্বদা, ফুম্বংনদুনতা লৈবা অসিদা নুপী ময়ুমসু হায়ফম তৌফম অমত্তা খঙদ্রে। বীজয়গী মবাইনদি নুপা থোক্তে হায়দুনা ঙাংই অদুবু লংলা লংজিন থোক্লদবা কিশি পুন্নমক্তি বীজয়না মচিনবান লেংদ্রবনিনা মখা তানা থিগৎপদা থরায় য়াওরুদ্রে। অদুগীসু মথক্তা বীজয়গী মতৌ য়েংবদা নুপী ময়ুমগী মীদি অসুক্কী মতিক মথ্বায় নুংঙায়খিদ্রে। অদুনা মচেনা ফত্রিবা ফাওবা মনাওনুপী থোইবীবু মখোয়দা লৈহল্লিবনি।

বীজয় য়ুমদা চাক চাবদগী হেন্না লাকতরে। অয়াম্বা মতমদা দুকান্দা লৈখরে। মচাগী স্কুল কাবা লৌবা থিনবা পুন্নমক নুপী ময়ুমগী মীনা লোইনা তৈবীখ্রে। দুকান্দা ফমদুনা লৈদি হায়ববু তরং অমা ইচৎ চৎপদৌনা তৌই। চুরুপ্তু চল্ল-থক্ল চল্ল-থক্ল তৌই। মরক-মরক্তা লিক্লিদগী মহিদুসু হৈ-হৈরগা থক্লি। দুকানগী হিসাবতা মা পুক্নিং চংদে। পুন্নমক মাগী থাজরবা দুকান পান্নহল্লিবা সনাজাওবদা শিন্নে। সনাজাওবতনদি বীজয়গী রাখল খঙই। মহাক্তা বীজয়বু লান্না থক লৌবা ঙমদে। বীজয়না ফনা চাউবা মরাল অমা লংজরবফাওবদা বীজয়দা শাওবা ঙম্লোই মরমদি বীজয় তম্পী চিং লেম্মী লমচৎ ফজে। পুন্নমকসিগী মথক্তা মপুকচেলসু অসুক্কী মতিক চাওই। হন্দক মানা খঙহৌদনা তৌরক্লিবা মওং, অমদি হোংলক্লিবা লমচৎ অসি পুন্নমক ঙকই। মহাকপু হান্নগী লমচৎ অদুদা কমদৌনা পুরক্কদগে হায়বসি অরুবা অমা ওইরে।

নুমিত্তু কাওদে। লতানা রিং তৌরকই বীজয় লৈতে। সনাজাওবনা পায়। হায়রকই, "ঙসি নখোয় তামোদু ঙন্তা লাক্তবা য়াদে হায়য়ুকো। শোমদা ঙন্তানা শিল-লাংবা লোইরবনি। নখোয় তামোগী পকচগদৌবা সুটি অমসু লৈদুনা থল্লবনি।"

সনাজাওবনসু তরাম্না ওক্তুনা খুমখি, তামোনসু ভাবীগী প্রেজেন্ট

অমা লৈদুনা লৈরে। হোরেন ঙন্তা লাকমিন্নরগে। তামোনা চৎখিবদু পংথেং-থেংলকওই হায়রম্মী। সনাজাওবসু খঙই। ঙসিদি তামোগা ভাবিগা লুহোংবা নুমিৎ তাই। চহী খুদিংগী নুমিৎ অসি অচা অথক য়াম্না তৌদুনা অমনা অমদা খুদোলপোৎ পীনদুনা হরাও-তয়াম্বা ফোংদোকনৈ. য়াম্না মরুওইনা লৌই। মী য়াম্না বার্তন তৌদুনা থৌরাং য়াম্না চাওনা তৌবা নত্তে। ইমুং মনুংতগী ওইনা তৌবা ওইরবসু সনাজাওবদি মানা দুকানসিদা হেক য়াওরকপা চহীদুদগী হৌজিক ফাওবা চহী খুদিংগী লেপ্তনা য়াওরক্লি।

বীজয় নুমিৎতু অচিনবা অমদগী লতাগী মনাক্তা মতম চানা লাকপা ঙমখিদে। লতানা ঙাইখি, ঙাইনা-ঙাইনা হৌখি। মতম্না হৌখিবা খুদিং পুক্লিংগী লাংতক্লবসু হেনগৎলকই। অহিং ওইশিল্লকখি।

বীজয়না মাগী থবক্তগী নাম্বোরক্তুনা লাকপা মতমদদি লতাদু ব্রা ঙাংখিদ্রে ব্রারৌবনা হেনখ্রে। পুন্সিবু পৈশা ঙাক্তা ওইনা উবদুদি লতানা পামদে। বীজয়সু খঙই লতাগী অপাম্বা অদুসু মাগী থবকসিনদি য়ুমদা লৈবা শঙদে। পোৎ-চৈ থাদোক-থাজিন লৈথোক-লৈশিন। মীনসু মাবুতা তান্নে। থবক্তা মাগী ময়ামদগী থোইদোক হেন্দোকপা হৈশিংবগী গুণ লৈ। অব্রা অনা লৈত-লাইরা খাঙমিন্নরবা মতুংদা হৌজিক্তদা নুংঙাইখল্লকপনি। অয়াম্বা মতমদা বীজয়না লতাগী নুংঙাইনবা হোৎনদবা নত্তে। ইমুংগী থবক ইনখাংদা খরদং ওইরবসু মতেং পাংনবা হায়দুনা মোহোনবু হেক-হেক থারকই। মোহোন্না অঙাং স্কুল অকা-অকুম হেক-হেক থিন্দোক-থিঞ্জিন তৌই। গ্যাস লৌথোক লৌশিন, লতানা দরকার লৈরকপা থবক্কি থিন্দোক-থিঞ্জিন পুন্নমক মোহোন্না তৌই। লতানা মরক-মরক্তা চাকসু চাখ্রো থেংখ্রে হায়দুনা হেক-হেক পীজে। মোহোনগী চুং ফিরাল চারবা সাবান মুর্ত্তিদু উবদা য়েংনীংবা পোকই। তৌথোরকপা ঙাংথোরকপা খুদিং ইফদা-ফজৈ। মোহোনসু তোইনা লাকই। ভাবী ভাবী হায়দুনা চাক থোংলিবা চাকশং তান্নসু হেক্তা চংলকই। তাঙ্গা মেঙ্গা চাদনা পর্দা হায়দোক্তুনা মঙক লিংশিল্লক্তুনা হেক্তসু কৌরকই। অসুম লোন্দিন্নরকপদুনা মমৈথংদদি ইকোই কোইনরক্করে। মোহোন লাকপদা লতানা নুংঙাইবা পোকই। লতানা লৈরম্বসু মোহোন্না পামজৈ।

নোংমা বীজয়গা লতাগা ফিলম অমা ফোঙদোকপগী বার্ত্তন তৌরক্লগা বীজয়দি অথুবা অমগী চৎতবা য়াদবা থবক লৈরে হায়দুনা মোহোনগা চৎমিন্নখি। নুমিৎ অদু মোহনগা অহানবা ফিলম য়েংমিন্নবনি।

হোৎলগা মনুংদা থংনবা ফম্মামে। মোহোনা লতাদা খুৎ থেংনবা অতাগোৎ পী। মোহোনগী লেংজুমগা লতাগা নকশিন্নে। মোংহোনগী খুৎনা লতাদা থেংলকই। নক্লনা ফম্মিন্নবা হকচাংগী ঈনিল মোহোন্না কাউবা ঙমখিদে।

মপুরোইবনা হল্লকপদা লতানা ব্রারৌজে । থবক খুদিংমক মোহোন্দা শিন্নদুনা মোহোনগদা চৎমিন্নহনবগী। সিনেমা য়েংবদুসু তঙাইফদনা ফি শেৎতুনা লৈবদুদা য়েংলুবনি। মপুরোইবগী অহাংবা মফমদা বীজয়না মেন্সিনবদি শুংপাম পামদে। মপামগী থবক থৌরম করাদা মোহোন্না শংদে হায়দুনা চৎতবা মশিং য়াল্লে। লতাগী পামজবা কয়া মপুরোইবনা নোংম-নোংমগী থবক্না লাকহৎখিদুনা কাওথোরকপসি তোয়রক্লে। মশা ঙমদবগী লায়েংবা ফাওবা মোহোনগা চৎমিন্নহল্লে। মসিগীদমক লতানা ব্রাকৎপসু কয়ানি।

মোহোন অসুক্কী মতিক তোয়না লতাগীদা লাকখ্রে মদুদি নোংমগী মনুংদা লতা উহৌদ্রবদি চাক চাবা য়াদবগা চপ মান্নখ্রে। থবক লৈবা লৈতবগী ব্রাফম থোইনা থিনদরে। বীজয় চাক চাবা লাকপদা মোহোন লৈরম্বা কয়া থেংনখ্রে। লতাগা চামিন থকমিন্নরম্বা ফাওবা কয়ারক উখ্রে অদুবু মোহোনগী মফমদা চিংনবা অমত্তা লৈখিদে। অদুবু হন্দক মরক্তি বীজয় মোহোনবু কুপ্না শেন্নরকই। মহাক্না লতাদা তৌরকপা টেলিফোন বীজয়না মাগী কাদা পায়খৎলি হায়বসে মোহোনদি খঙদে। অদুনা টেলিফোন্দা শান্নবা মোহোনগী হেক্তিনবা ব্রাহৈশিংদুনা মোহোনবু চিংনবা পোকখিবনি। মহাক্কী অশাওবগী মৈরি চাকপা হৌখ্রে অদুবু চাক্লিবা মৈরিদু মফম-মতম য়েংদুনদি মৈশা লাংহনখিদ্রে।

লতাসু চিংনবা ফাওই মপুরোইবগী অহোংবা লমচৎতা। মরম হংলবসু খুমদে। মহাকসু মরাল অমা লৈরবীগুম মপুরোইবগী থংহোং হোংবা লিচৎপু লাকসিনবা ঙমদে। অতোম্পগা নকশিন্নবা; কোইনদবনা তুংগী পুন্সিদা করি থোক্লকপা য়াবগে হায়বদো করিগুম্বা নুমিৎতসু খল্লুবা তৌদে। মশা খঙদনা নকশিন্নবগী চাং কদাই য়ৌখ্রবগে মদুসু নীংশিংলুবা হায়বা ঙমদে। মানা খঙবা হায়ববু নুপীগা নুপাগসি মরুপ ওইনা নকসিন্ননা তিন্নবা য়াদরা অসিখক্তনি। নকশিন্নরে হায়দুনসু হেক্তা ইজজৎ মাংলমগনি হায়বসিবু য়ানীংবরা?। অদুবু লতাদি ইজজৎপু লুম্না লৌবা মীওইনি। মপুরোইবনা মাবু লান্না খল্লিবদু অরানবনি হায়বদু করম্না ব্রাফংনদুনা ফোংদোক্লসিগে। বীজয়নদি মানা ঙাংবা ব্রা তানীংদরে। করম্নসু

তাবিয় হায়দুনা খদাং নোমলূদগে। তুমদবা মী হৌদোকপা লুই হায়বসে হৌজিক্তদা খঙলকপগুম তৌরি। অদুবু লতানা খঙহৌদনা খাইদগী ঙকপা পাউ অমা তারে। কমদৌনা মসিবু ওইথোকপা য়াবগে নত্রগা মাগী কয়াম চাওবা মরাল লৈরদনা হাৎলগা তুরেন্দা থাদরল্লিবা। খবরদা ৱা- ৱা লাওনরকখি মোহনবু কনানা হাৎলিবনো? করি মরমগী হাৎলগা লংথরকপনো? মশাদা ফুখিবগী চৈফম লৈতে. নোংমৈ গুলিগী মখুল তাদে। খৌরিদুদি খরা চাওথোক্লম্মি। অশেংবা মরম অমত্তা খঙদে; পুলিশনদি থি হুমদুনা মরাল লৈবশিং ফানবা থিরি অদুবু হৌজিক ফাওবগী ওইনা লংলা লংজিন অমত্তা থিবা খঙদ্রি।

নুমিৎ খরনিদি পাউদুনা মাইকৈ পুম্বা ইরাং লাংলবসু কুইরক্লগদি নেমথখরে। লতানা মপুরোইবদা করম তৌনা শিখিবনো হায়দুনা মকুপ তানা হংগদবসু খনাওদা পল্লে। মিৎয়েং ফৎত্রবনিনা ৱাখলসু ফত্তবা তাবনি। মোহোন শিবদা লতা নুংঙাইতে অদুবু মদো মপাম্লোংদদি ফোংদোক্তে। বীজয়গী মহৌশাগা মান্নদবা ৱাঙাংদবা মতৌদুদা হৈনীংবা পুম্বসু মাংখ্রে। অৱাৎপা লৈতবা ইমুংদুদা লতাগী মফমদদি ইৱাৎতা ৱাৎপগুম; ইহাংতা হাংগুম তৌরম্মী। মহাকপু লান্না লৌখ্রে খল্লবসু মঙোন্দা অশাওবা অমত্তা উত্তে। হোই-মাইগী পাউখুম অমত্তসু পিদে। মসিনি লতাদা লাংতক্লবা নুংঙাইতবা অমা ওইহল্লিবা।

লতানা মপুরোইববু ৱারৌই। পুন্নমক অসিগী মরুদি মহাক্লনি হায়না লৌই। মোহোনবু ময়ুমদা পুশিল্লকখিবা মতমদা লতানদি য়াখিদে অদুবু মতেং পাংনবনি হায়দুনা হন্না হন্না থারকখি। অদুবু হৌজিক্তি থৌদোক্লা ইমাংদা তাররে. কনানা কনাদা ৱাকৎকদৌরি।

বীজয় হৌজিক্তি অয়াম্বা মতমদা য়ুমদা লৈরে। দুকান অমসুং ওফিসকী শো ফাওবা ময়ুমদা মীনা থিল্লকহল্লে। বীজয় য়ুমদা তোয়না লাক্তে হায়দুনা ৱাথোক ওইদুনা শাওনবদু হৌজিক য়ুমদা লেংদনা লৈরবা মতমসিদদি অমনা অমদা খুরৌ থাংনবদু মঙাইখ্রে। বীজয়না আলমিরাদগী পোৎ অমা থিবদা চিঠি অমা থেঙনৈ। মদু মোহন্না লতাদা পীরকপা চিঠিনি। চিঠিদুনা মাগী ইংথরল্লবা ৱাখল পুন্নমক নৌহৌননা শাগৎলক্লে। মদুমক্লা মাগী অফ-ফত্তা খল্লবগী শক্তি ফাওবা লৈত্রে। ৱা অমত্তা ঙাংলমদনা মপান্দা লৈরিবা জিপতু থৌরগা চৎখ্রে।

বীজয় মাগী থাজরবা একাউন্টেন্ট সনাজাওবদা মহাক হয়েং

অমুক গৌহাটী চৎকনি। অরুবা থবক লৈ. মী খরসু উন্নগদবা লৈ। অদুনা থবক পুন্নমক ফজনা য়েংশিনগদবনি হায়দুনা শিন্নে। অদুগা করিগুম্বা অথুবা পাউ হায়নীংলবসু টেলিফোন নম্বর অসিদা তৌরক্কদবনি হায়দুনা নম্বর অমা তোঙান্না ইদুনা পী। বীজয়না সনাজাওববুদি হেক পোকমিন্নবা মনাওগুম্না নুংশিনা তৈই। বীজয়না মাগী কারবার মথং-মথং চাওখৎল কপা অসিদা সনাজাওবগী চাওরবা মতেংসু য়াওরিবনি।

বীজয় নুমিৎতুদা গৌহাটী চৎখিদে। মাগী থম্মোয় লৈতাফম খঙখিদে। চিঠিদুগী মরোলদুনা মাবু শা ওলহনখি। মীওইবদা শাগী ব্রাখলসি হেক-হেক লাকই। মসিমক্তা মানা মোহনবু মখৌরি মেৎতুনা হাৎখিবনি অদুগা তুরেলদা থাদখিবনি। ঙসিসু মহাক্তা তুমদুনা লৈরিবা মাগী নুপীবু মশক খঙহন্দনা ফিমু অমা শেৎচিল্লগা মখৌরি মেৎতুনা হাৎলম্লগা লাকখি। লাওবা নংখিদে ইক-আক হায়রম্লগা অদুম লেকথখ্রে।

বীজয়না শিন্নরম্বা দুকানগী শোদু পীগে হায়দুনা সনাজাওবনা লাকপদা থোংজাও থিন্দুনা ফনা য়াম্না কৌবদা কনামত্তা তারমদে। থোংনাওদা য়েংবদা অঙাংশিং লৈ অদুবু মমাদি উদে। কৌবদা তামল্লক্ত্রুবা অদুদা সনাজাওবনা য়ুমথংনবগী মী কৌরুদুনা থোঙ ফক্কায়দুনা য়েংলুবদদি ফমুংদা লতাদু জ্ঞান য়াওদনা তাদুনা লৈরম্লে। খুদক্তা মপামগী মীসু টেলিফোন তৌদুনা কৌরগা ডাক্তরদা পুদুনা লাইকন্নরে। ঙসি অয়ুক বীজয়দি গৌহাটীদা চৎখিবনি। কনানা কমদৌনা তৌরম্লিবনো হায়বদুদি কনামতনা খঙদরে। নোংঙাল্লগা বীজয়না টেলিফোন তৌবদদি পাউ ফাওনদরে। অথেংবদা পাউ ফংলে। বীজয় থোরক্লগনি হায়রে।

বীজয়না থোক্লকপা মতমদদি মাগী নুপী লতাদু জ্ঞানদি লাক্রে অদুবু ভাব অমদি তৌরে। থৌদোক অসি কনানা কমদৌনা হাৎননবা হোৎনরম্লিবনো হায়বদু ফনা কন্না থি হুমদুনা হোৎনরবসু লংলা লংজিন অমত্তা থিবা ঙমদ্রি। ডাক্তরনদি কুপ্না শেন্নরবদি মহৌশাগী পুন্সিদু হজ্ঞিনবা ঙমগনি হায়রি অদুগীসু মথক্তা লায়েংবদি মপাল লমদা পুদুনা য়েংবনা ফৈ হায়বগী মোত ফোঙদোরকই। বীজয়দি মাগী হৈনীংবা পুম্বা মাংখ্রে। মখোঙ-মখুৎ পুন্সিনবীরবা মীগা চপ মান্নখরে। তৌদবা য়াদবা ফিভম লাকপদগী বীজয় মাগী নুপী লতা পুদুনা বেঙ্গলোরদা লায়েংবা লাক্লে। মানা অনাবা থাঙবগী মৈচাক্তো উরুরগা মিকুপ্তুদা শিরম্বনা হেন্না ফৈ

হায়না খল্লি। মানদি শিরে থন্না থনম্লবনি। মচা অহলনা মমাবু কৌরকপদা হাথু-হাথু থোরক্লবনি। মহাক লাক্লম্মী হায়বসি কনামত্না খঙহৌদে। লতানা মচা শুম্বা চঙবদা হোয়-মাইগী তাঞ্জা ফংহন্দনা মৈ মুথৎলগা হেক্তো মখৌরি মেৎথৎলম্বনি। ফমুংদা নাহেদুনা লৈরিবা লতাগী মায়থোং য়েংলুবদা অমুকসু নুংঙাইতবা অমসুং খাংঙমদবনা পিক থল্লকই। মিকুপতুদা শাগী ৱাথল চেল্লুবদুবু হৌজিক্তদা নীংশিংলুবদা হুমাং অনম্পী কাংলকই। মিত্তা পিগী ঈরিক শিন্থরকই। ৱাথলগী লমায় তরু-তরুরকই।

"হন্দক বর থুরুম্বা চৎকদরা?" বীজয়না তুংলোমদগী মাগী গাড়িদু ফৎ হায়গৎলল্লগা মাঙদা চৎলিবা অনীদুগী মমাঙদা থৎচিল্লগা হায়রকই.

"চৎকনি। কদোমদগী ফাওজিল্লক্লিবনো?"

"তান্নরক্লিবনি। তুংয়ান য়েংবতদা নহাক্কি খঙলিবনি।"

"খঙখ্রপোৎনি।" লতানা শুগৎলগা হায়রকই। অদুগা মখা তারকই.

"ঐখোয় তাচৌনা পুবিনি হায় থম্বালসু মেমচৌসু।"

"অস নখোয় তাচৌ য়াওদৌরবা?"

"লমহেন-তুহেনবা য়াওরক্লবদি ফুগনিসু হায়।"

"অদুনিনে নখোয় তাচৌগী লৈবাক মচা তাদবসে, মাবু পাখঙ ওইরক্তরো? ওম্বোক্লা ফরক তাখ্রে। নহানসু কোম্বোং চৈনবু লংঙকইনে। নখোয়রোমদগা ঐ শুকলাক লাক্লরোই।"

"ফে কৈনো, চে চাবা কিরবদি তোকচরেদনা।থম্বালগী লৈহি থকপবু তরাই-তরাইবরো?"

"ইরাইবক ফত্তবসি কোইপু-পুদুনা লাকপা তারিনে।"

"তিম্খঙ কিরবদি লৈখোঙ চঙ্গীংলুরনু।"

"মদুসু হেক য়াবরনে? ঐনা হেক শাওনীংঙক্তনা লৈখোঙগসে শুরু-শুরু নৈথৎত্তনা তোক্কনিকো।"

"মরিল কয়াম লৈগে হায়বদো য়েংবা তারেদনা।"

"চঙহৌরগেনে য়ুম য়ৌশিল্লক্লবনিনা। কোম্বোং ফাওবদি লাক্লনু ঐখোয় তাচৌ লৈরম্লবদি।"

"ফরেনে কৈদৌঙৈ অমুক

"কৈদৌরগে ইতৈইবুংঙো ডাক্তর রাউন্ড লাক্লে।"

থোইবীনা ইঙক-ঙকনা বীজয়না উংদুনা লৈবদুদা হায়রকই।

হা হায়দুনা বীজয়না ইখং খংনা অনাবগা মনাক্তগা ফুক হৌগৎলকই। ডাক্তরনা বীজয়দা অনাবগী তৌগদবশিংদু কুপ্না শিন্নে। মাগী অনাবসি ৱাখল নুংঙাইত্রবদি হেঞ্জিনখিবা য়াই অদুনা য়ারিবমখৈ মথৱায় নুংঙাইহনবিয়ু হায়রম্মী। তুমদি তুমদনা তুম্বা মান্না তরং চৎলিবা লতা ৱারী ফজন্না শান্নবা য়াদ্রি। শেরান তুরান তৌরি. বীজয়বু মাগী নুপানি হায়বা খঙবগুম-খঙদবগুম তৌরি। লতাগী মখুত্তু নান্না-নান্না নীংশিং লাইয়ুম হাংদোরকই তপ্না-তপ্না।

লতাগী মবুংনা বীজয়বু ফুবা ফাওবা য়াওখ্রবনি। বীজয়বু লতাগী ইমুং-মনুংনা পামদে। মমা-মপা লৈতবা লাইর-চুদৎনবা মচানি হায়দুনা। বীজয় মদু খঙই অদুবু খঙনা-খঙনা মহাক লতাদগী খক লাপথোক্কে হায়না খন্দে। ইনাক খুনবা লতাগী ইমুংদু বীজয়না শিংনৈ থম্মোয়দা। বীজয়দা লতা চেনখ্রে হায়বা পাউসি তাবদা নুপী ময়ুমগী মীশিংদি হায়দোকপা লাকপদি লায়রদনা পুমইন ইপ্পোরক্লে। মাগী মৱা মপাউ অমত্তা হংবা খোৎপা তৌদরে।

বীজয় হান্না লাইরবগী মথক্তা অমুক্কা হেন্না লাইররে। চানীংঙাই লৈতদুনা পান ফুৎলগা চাবা মশিং নাইখিদে। পাংখোকলা উতি চারগা লেনখিবা কয়ানি অদুবু নোংমতা চিন্দা পাউদানদুনা খৎনখিদে। ঙন্ন-ঙন্নবা অদুম লেনখি। অদুবু বীজয় হোৎনবদি কল্লি। থবক ফংদ্রে শূনীংঙাই লৈত্রে হায়দুনা ফমদোকপদি তৌখিদে।

লাইবক ফবদগী ঠিকাদার মংলেম থেংনদুনা মাগা সপ্লাই তৌমিন্নবদগী ফিরাল মমায় চুল্লকখিবনি। মীওইবগী লাইবক হায়বসি তম্বা ঙম্বা নত্তে। পুন্সি হায়বসে তাঞ্জাবু চারবদি চিঠি খেল্লা অমগুন্না লৌবা য়াই। মঙাও থিরগনা সমুদ্রগী ঈথক-ঈপোমদা য়াওখিবসু কয়ানি। অদুবু বীজয়গীদি পানফম চানা তেন পানখ্রে। মদুদগী মথং-মথং চাউখৎলক্তুনা ময়ুম-মকৈ পুমলং-লংখ্রে। অৱাৎপা অমত্তা লৈখিদ্রে। লতানা মমা মপাবু ৱারৌই। নুপী মথন্তা য়াওবা মহাকপু লুহোংবীদবসে, লৌখৎপীদবসে মপুক্লিং নুংশি। বীজয়নসু থম্মোয় শোক্লা ৱারৌই মহাকপু মী ওইনা উশিৎপীদবদু। অদুনা ৱারেপ লৌই মখোয়গী ইমুংদা খোঙ্গুল তারোই লতাবুসু চঙদনবা হায়। অদুবু মচানুপা অহল পোকপা মতমদুদা মমা-মপানা বীজয়দা মী থারক্তুনা হায়রৈ অদুবু বীজয়নদি মাবু পুন্সিচুপ্পগী ওইনা ইপ্পোক্লবনিনা লৌখৎপা পামদে হায়খি। অদুবু অনীশুবা অঙাং উন্নরমদাই মতম্মদদি লৌখৎখি অউনপোৎকী মতাংদদি বীজয়না

মানা তাল্লিবা অসিনা ওক্লে হায়দুনা শম্না মফে অমগী অউনপোৎ লৌখিদে।

বীজয়গী অৱা নুংঙাইদা লতানা নোংমতা ৱাই হায়দনা মাইৱোং. য়ারকখি। অসুক্কী মতিক নুংঙাইনা, নুংশিননা, ইংনা-চিক্না লেনবা পুন্সি অসিদা কদাইদগীনো খঙহৌদনা হূ পুবা নুংশিৎ শিৎলত্তুনা পুন্সিবু নাকপাক তানা চিংথোকপীদুনা অশিবগী খয়াৎতগী শৎলি। অদুবু লতাদি লৈখা তারবী ইজজৎ মাংলবী নুপীদি নত্তে। মদু বীজয়দা খঙহন্নীংখি। ৱা-ঙাংদনা বীজয়গী পুক্লিংনা ঈংথরকপা তাঞ্জা ঙাইখি।

বীজয় নীংশিলুরগা পিগী ঈৱা শিন্থরকই. লতাগী মখুত্তা পোপ-পোপ তারকই অদুবু লতানদি মহাকপু কনানো হায়বা খঙদ্রি. মনাক্তা লৈবা য়ারোই হায়দুনা তাল্লক্লি। মচেগী মতৌদা মনাওনুপীদু কম্পী। বীজয়না থম্মোয়বু থেমজিন্নবা লাক্লরি। ○

# তিঙ্খং শৎপা

"ভাই, নঙনা ঙসি তৌরিসিবো করিনো, ঐদি য়াম্না কিরে।"

"করিসু কিরব্নু, মদুনা ঐখোয় শিবা য়াবা পোৎ নত্তে, মায়থোং ফজবগীদমক্তা চাওথোকচরিবা নুপীদুনা মখোঙ তেকপদুনা লাইমন ওইরগদবনি ।"

"করিনো হায়রিবদো, ঐ ভাব তাদে।"

"থিকাদার চাওথোই খঙইদনা?, মাগী সমপত্তি ময়ামদু, ময়ুম বিল্ডিংদু য়াওনা মাগী নুপী শকহেনবী লিন্দাওবীদুগী চক্রীদগী নুপীদুগী মমিংদা লোয়না পান্সিল্লে অদুগা খৎনবা হৌদুনা নুপাদু হুন্দোক্লল্লগা খায়নরনি হায়দুনা মপামদা চেনখ্রবনি।"

"ও! ঐ ভাব তারে। মদুগী লমন শিংনবা ঐ থারক্লিবনিনে।"

"মানি।"

"নুপীদুদি নঙ হান্না মশক খঙবরা?"

"খঙদে ফোটো পীরকই, ঙসি মহাক বাজারদা লাক্কনি, মফম চাবা অমদা নিংথিজনা ঙাইয়ু হায়রকই।"

"মসিগীদমক কয়ানো পীরক্লিবদো?"

"লিশিঙ য়াঙ্খে।"

"গাড়ীসি খরা তপথৌ, য়াম্না ইংখরে। হৌজিক্তি নুমিদাংসিদা কনানসু ঐখোয়বু ফাররোই অদুগা করিগীনো নহাক্লা ঐঙোন্দা ৱারীসি মাংজৌননা হায়দ্রিবা?"

"হায়ননবা মতম ফংদবা। নঙদি নুপীদুগী মশক্তু উহৌবরা?, মশক্তু হায়ফেৎ ফজবনি।"

"উহৌদে, ঐদি তুংলোমদা লৈরগা। নঙনা রিপ্সোদগী কমথবক্রিবা

নুপীদুদা ৱা অমত্তা হংগে হায়বগা মঙোন্দা অদুম কাপশিনখ্রবনি। নুপীদুদি ঙিক্লো মনাক্তা তুহৌরে. ময়াম হোৎচিন্নহৌই. ঐখোয় চেল্লকপনা হাল্লে।''

''ভাই. নহাক য়াওরমদ্রবদি থবকসে ইথন্তা পাঙথোকপা ঙম্লল্লোইদবনি।''

''অদুদি নঙগী সরুক্তু ঐঙোন্দা তংখাই অমদি খাইফম থোক্লেন্দনা।'' হা হা নোকই।

''খাইগদৌরিবনি। হৌজিক্তি পোত্তু পুরগা লাক্লে হয়েং উন্নসি। চঙহৌরো কোম্মোংসিদা থাদরল্লগে ভাই।''

মমায় লৈরগা য়ামাহাদু থৌরগা চৎখরে। ঐহাক লৈহৌরে। ঐবু উবদা ইফিং-ফিংনা চেম্মোরক্লগা থোইবনা তাচৌ লাকএ লাওরকই।

''থোইবা. করিনো ময়াম ইলাং-লাংলিবসি। মাংগোন্দা মীনা পীক থল্লিবসিনা করিগীনো?''

''ইচে থবা!''

''নচে থবা কৈদৌরবা. চেনখ্রবরা. ইমুংদা কপ্লীবসি ইমারা?''

''চেনবা নত্তে।''

''চেন্‌বা নত্রদি করি?।''

''ইচে থবাদো ইনেতোন নাই হায়দুনা চৎখিবনি. লম্বীদা মশক-খঙদবা মী অমনা মখোঙদা নোংমৈনা কাপ্সিল্লম্লে। মরু য়াম্মনখিবনা মখোঙ অমা কক্তবা য়াররোই হায়দুনা ডোক্তরনা হায়রে।''

''করি হায়বা. ইচল থবাবু নোংমৈনা কাপ্লল্লবা! ঈস মীশক ওন্নরবা।''

মখুৎনা মকোক্তু পায়দুনা মিৎ তন্দন পাইনা লেপফমদুমক্তদা ফমথরকই। ○

# মঙালগী কু

মঙাল এমঃ এঃ পাস তৌরে। থবক ফংদ্রি। ইন্টরভিয়ুদি মশিং খঙ্গনা য়াওখ্রে অদুবু খল্লকপগী ৱাদি লৈত্রি।মানসু সরকারগী থবক অমত্তা আশা তৌরুদ্রে। প্রাইভেট স্কুল অমদা ওঝা ওইনা চঙলে অদুবু পিকখ্রবা তলবতুনদি করিমতা কোন্নবা ঙমদ্রে। মমা লৈরিঙৈদদি খরদা ওইরবসু মতেং পাংবীরম্বনি. মানা ইংখোল শুরগা মমানা হেক-হেক য়োনবা চৎলম্বনি অদুবু মানা হেক লৈতঙৈদগীদি ইমুংগী ভার পুন্নমক মঙোন্দা লোয়না তাহৌরে। লুরিবদি ইংখোলদা হৌরিবা পোৎ-চৈ অদু ফাওবা য়োনবীনবা লৈতদ্দুনা মী নেক্লগা য়োলহল্লে। মরক-মরক্তা য়ুমদগী পুল্লপ লৌথিবা য়াওই। অদুবু মদুনদি ওইবা য়ারক্তে। মখ্যাদা মনাও অনী. মচল অনী লৈরি! মখোয়বু মী ওইহন্দবা-ওইহনবা হায়বদু মাগী মখুৎতা লৈরে। ইকায়-ইকি থাদোক্তুনা শেল তান্দুনা মনাওশিংদু মী ওইহন্নবা কন্না হোৎনৈ।

মঙালনা ওঝা ওইরিবা প্রাইভেট স্কুলদু মোত মান্নদবা খরা য়াওবদগী অনী থোক্রে। কাংবু অমগী স্কুল অতোপ্পা মফম অমদা হোংখ্রে। ছাত্র-ছাত্রীশিংসু খাইবুং-খাইবুং তৌনবদগী হান্নগী চাংদগী য়াম্না হন্থরে। পীরিবা তলবতু য়ামদে হায়দুনা ৱাকৎলিঙৈদা অমুক্কসু তানা পীরকপদগী মঙাল ওঝা ওইবা তোক্রে। করি তৌসিগে হায়দুনা পুক্নিংদা মওল-মওল খল্লি। মনাওশিংগী লাইরিক তম্বগী খরচ পুন্নমক হোৎনবদসু অৱাবা অমা ওইরকই। অদুবু নোংমা মাগী মাম্মা লাক্তুনা য়োৎ শূবগী ৱার্কশোপ অমদা পুশিনবীবদগী ৱার্কশোপ য়াওখি। লাইরিক-লাইশু হৈবা মঙালনা পোরম কয়া শিনবদগী ৱার্কশোপ অদু য়াম্না থুনা চাওখৎলম্মী। মতম খরগী মতুংদদি মহাক্না ৱার্কশোপ অদগী মেনেজর ওইরম্মী।

মঙালগী ইমুং হান্নগী নত্রে. থরা ফগৎলক্লে. মনাওশিং ঙন্না লাইরিক তমহন্দুনা মী ওইনবা হোৎনৈ। ময়াম্বগী মায়োক্তা অমত্তসু হে তোংদে! কিনা লুনা চৎচৈ। শেম্লোক লম্বী লৈতে হায়দুনা কুইনা নুপী থিরুদ্রবা মঙাল হৌজিক্তি নুপী থিরে। মচা অনী লৈরে।

মঙালনা থবক তৌরিবা ৱার্কশোপ অসি সড়ক মপান্দনি। পাৎথি-কোমথি ওইনা তৌবা মফম নি। ৱার্কশোপ অসিগী মপুসিনা লৈবাক থরা হৈজিল্লগা শাখিবনি। মীয়াম্নদি কুইরবনিনা মফমসি মাগী ওইরবোই খল্লি। অদুবু সরকারগী ওর্দর অমনা সড়ক পাকথোক্কদৌরি পুট্টা তাদনা দুকান ফমজিল্লম্বা, য়ুম শাজিল্লম্বশিং শিদোক্কনি, পুট্টা তাবমখৈনা ক্ষেতিপুরন পীগনি হায়রি। সরকারগী ওরডর মতুংইন্না পুট্টা তাদনা য়ুম শাজিল্লম্বা, দুকান ফমজিল্লম্বা পুন্নমক শিদোরকপদা মঙালনা য়াওরিবা ৱার্কশোপতুসু য়াওখ্রে। মতম থরদি ৱার্কশোপ লেম্পা তারে।

তৌফম খঙদ্রবা মঙাল অতোম্পা থবক অমমুক পায়খৎপা হৌরে। মীনদি নোক্নে মানা তৌশারিসিবু হায়দুনা। মানা চংখিবা মফমসিমক্তবু বেড়া হেক্তা থাংই হায়দুনা অফবসু ফত্তবসু পংঙাংদা ঙাংনৈ। অপিকপা লমনিনা ইতা তানৈ অদুবু ঙাংনরিবশিংদুগী মায়োক্তা ফনা য়ানীংদ্রবসু খুল্লুবদি তৌদ্রে। মাগী তৌগদবদু অদুম্মক মোং-হাদনা পায়খৎখ্রে।

মঙালগী য়ুম্লোন্নবা ইমুংশিং ইনাকখুনবা ঙাক্তেনি। লাইরবগী ইমুংগা তোরো খোন্দানবা হায়বসিমক্তবু ইনাকখুনবশিংনা পামদে। ইনাক্খুনবগী ইমুংদু চেকপলনা ইথা খাজিল্লি। মঙালসু মীগী পোইরৈ খঙনা য়েংনা চৎলি। লৈকাইগী দেব-কর্ম্ম অমা থোরকপদা ইনাক্খুনবা ইমুংদু ইয়াও-য়াওদে। মীনসু কয়া চঙ্নীংদে। গেট্টা-' বিবাইর ওফ দোগস' হায়না ইরগা গেট ময়াদুদা হুই 'অমা-অনী থাদোক্লুনা লৈ! গেট্টু হেক হাংদোক্লুবদা হেক্তা চেন্সিল্লকই। মদু উবদা কনামতা মখোয়গী য়ুমদা চংনীংদে। থবক ইনথাং থোক্লকপা খুদিংগী মী নেক্লগা লোয়রে হায়না খল্লি। উৎসব মেলাদা কোর্ফু-কোর্ফান ফেংনবা মী নেক্লবসু ইমুংগী অহল শিবা মতমদদি কু চনবীনবা অশিবা থাংদোকপীনবা মী লৈতদুনা কোইকৌ-কৌনৈ। নোংমতা মঙালগী ইমুংদা চংলক্তবা ইঞ্জিনিয়ার থোইবা মঙালবু নুংশিনা কৌরকই অদুগা মখোয়দা থরা-থরা লাক্লবসু হায়রম্মী। মঙালনা ফনি লাকচগে হায়না শন্না খুম্মী।

মঙাল অয়ুক নুংথিল নুমিদাং ফাওবা থবক শৃই। মনাওশিং মচাশিং মী ওইরবদি হায়দুনা মশা মীনাই ওইরবসু হায়দুনা কন্না হোৎনৈ।

মখোয়গী মপাল চাগে হায়দুনা থোইদোক্না খল্লুদে।' ময়াম্বা অমা ওইনা মপা-মমাগী মহুৎ শিন্দুনা হোৎনফম থোকই খল্লুবননি। অহানবদি মাগী কারবারদু তৌবগী লৈকাইদগী তাপ্লোকসি হায়দুনা ব্লারেপনৈ। ময়ুম মকৈ শিদোক্কনি হায়দুনা লৈকাই ময়াম হৌদুনা লাকই। ভাব তানবা মঙালনা ফনা কন্না হায়জে অদুবু তাবীদৌবা মীনদি মনাদা হাপতে। কু লল্লোনবগী কারবারদু অমুক হন্না তৌবা য়ারোই নঙ্গবদি নয়ুম মৈ থাগনি হায়না ধমকা তৌবদগী কোয়লোৎ-লোৎলুই। কোন্নথংদদি ময়ুম-মকৈ যোম্লোক্লুনা অতোম্পা লম অমদা অমুক লাক্লে। মফমসিদদি মাগী কারবার মায় পাক্লে।

উ য়াম্না হৌনদ্রবা ইম্ফাল সহরসিদদি মঙালগী কূদু লৈবা লাক্লে। অশিবা থাংদোক্লবগীদমক উপাক্কী কূ শানদ্রে। মঙালদগী য়োৎকী কূদু পৈশা পীদুনা লৈরে। মসিনা য়াম্নসু শল্লে। মী কৌদুনা অবাবসু পীদ্রে।

মঙাল মহৌশা নত্রে মাগী য়োৎকী কূদু দিমান্দ য়াম্না লাকপদগী ফনা য়াম্না শারগা থল্লে। শাইজকী মতুংইন্না মমলসু খেৎনৈ। শিবদা মী অয়াম্বা কু শানদরে। মঙালগীদগী লোইনা লৈবা লাক্লরে।

নুমিৎ মরি-মঙানি হায়রক্লে নোংন লেম্পা লৈতনা চুরক্লিবা। তুরেলগী ঈশিং ঈমায় ফনা হায়গৎলে। ঈশিং চাওগদ্রা নুংশা থিনৈ। নোং খজিক্কং তাবদা ঈশিং থুম্বা ইম্ফাল সহরনি । ইচুমতনা থুম্বা ঙল্লীবনি। লম খোপচিন্নবদা ঙম্নমক ইরম-নালা পুন্নমক ফুঞ্জিন্নরবা ইম্ফাল সহরনি । মঙালগী শুমাঙ্গুসু ঈশিংথুম্মী। ঈশিং মরক্তুদা নুপা তরুকখক চবুং-চবুং কুমদুনা মাঙ্গোন কাখৎলকই। মখোয়গী মনুংদা অমনা হংলকই।

"তামো মঙালগী ময়ুমদুবু সি ওইবিরবরা?"

"ইবুংঙো ঐ ইশামক্লি, করি হায়বগে?"

মাঙ্গোলদা খবর পারিবা মঙালনা খুল্লকই।

"তামোগীসিদা কু লৈ হায়বা তাজে।"

"লৈ কয়া লৌগদবনো?"

"তরুকখক্তা লৌজগে।"

"এ! করিগীনো অদুক য়াম্নদি।"

"ইমুং অমগী মীওই অনীখক নত্তনা তরুক্তি ঙরাং নুমিদাং অথেংবদা কাম্পীরল্লে।"

"করি মরমগীনো?"

"অকুপ্পা মরোলদি থোইনা খঙজদ্রে অদুবু ঐখোয়না খঙবদা কাপ্লল্লিব নুপাদু পুলিশনি। ইংখোলগী মতাংদা খরা নুংঙাইনদবা লৈ মাল্লে। ঙরাং হিদাক খরা থকচিন্দুনা লাক্লগা ময়ামদুনা চাক চারিঙৈদা কাপ্পা ওইরমাল্লে।"

"বিষ্ণু!-বিষ্ণু! ওম্ভোক্না তৌহৈদবা ঙাক্তনিদা। খঙদেনে হৌজিক্কী যুগসে য়ুক্তা অমা তৌরেনে। মপা মচা ফাওবা মশক খঙনদরে"

"অদো ইবুংঙো সাইজদি অচৌবা ঙাক্তরা?"

"নত্তে, মচা অনী, য়াইমরপ অমা অচৌবা অহুমনি, তামো।"

"অমুক্তা য়েংজখিগে। ঙরাংসু মঙা লৌখি।"

"ঙসাই অয়ুক্তসু তরুক কু মচা খরসু য়াওখিবনি।"

তাঞ্জাসিদা নুপামচা অহুমখকসু লাকই। মঙালবু উবদা হায়রকই,

"পাবুংদগী কু মরিখক্তা বায়জগে লাকপনি। ঙরাং গাড়ী এক্সিডেন্টতা মচিন-মনাও অনীখক শিরে। অনী অমনা দ্রগ কাপ্পদা দোজ হেঞ্জিন্দুনা শিবনি। ঐখোয়গী লৈকাইগী ঙাক্তনি।"

মঙালনা নুংঙাইতনা হায়রকই,

"তৌদৌসে খঙদ্রেদা, মনিপুরসি মখোঙ মরী পানবা গাড়ীনা প্রীক-প্রীক শৌরে। মপান্দগী হোংনসু পুশিল্লক্লে ফবা-ফত্তবনা অমনি।, বেঙ্কনসু লোন কয়া পীথরে। সড়কদি পাকথোরক্তে অদুনা এক্সিডেন্ট তোয়না থোক্লে। কৈদৌনি অশিবতনা মাঙজরেদনা। খবরদা নোংমতবু কাংদে অশিবগী পাউ। ফল্লম্মু ইবুংঙো ঐ রিসিব বুক্তু অমুক্তা লৌথোক্লখিগে।"

"পাবুং মমলসিবু কয়া ওইরবনো?"

অমনা হংলকই।

"অচৌবনা লুপা .চামাপলনি অদুগা মচানা লুপা চানিপাল।"

"অদুদি পাবুং কু মরিগী লুপা চান্মা থমজরম্মগে।"

"য়ারে-য়ারে।"

"নুপামচাশিংদু মখোয়-মখোয়না পুরকপা গাড়ীশিংদুদা কুশিংদু হাপ্লগা পুখি।"

মঙালগী নুপী লৈমখুবীনা পৈশাদু মশীং থীরগা হায়রকই,

"হন্দক মরকসিদি মী শিবসি গ্রুপ-গ্রুপ হৌনদুনা শিবা ওইনা তৌরক্লি, শিরকখিগদবসু য়াম্না লৈরি। হৌজিক্তি হৌবদবু ঙাইরক্লিবনি।"

"হোইদা-হোইদা নঙবু মী শিবগী অঙ্ক হোত্তুন্নতা লৈরবা?"

"হোত্তেদা কু থম্ফম, কাসি খরা চাওথোকহন্দবা য়াদ্রে। ইচানুপা ইবোচৌবগী মনাক্তা অতোম্বসিসু থাদোকখ্রসি। ঐখোয়সিদদি লাইরিকসু অমত্তা তম্বীদে, স্ট্রাইক তৌদুনতা লৈ। মপাল্লোমদা থাখ্রবদি চহীসু অমত্তা মাংলরোই।"

"পৈশাদি কদায়দগী থাগনি অমা, থারিবসিফাওবা কদাইনো হায়রগা।"

"ননাওনুপাশিংসু লোয়না ত্তলব চারে, মখোয়বু শেম্বীরকপগী মতেং খরদি পাংউ হায়ববু করি কাইবগে।"

"কাইদে অদুবু লমন শিংনবদি পামদে। ঐগীদি ইমা-ইপাগী মহুৎ শিন্না ময়াম্বা অমা ওইনা তৌফম থোকপা থৌদাং লৌরুবতনি। অদুগী লমন থৌরুবা হৌনদে। অদুগী শরুক থবক কন্না শূরগা লোইরে। ঐগী খুৎশু-খুৎলাইদু পুথোরকউ। লৈরিবা উপাকশিংদুনা কু মচা খরা শারমগে।"

"খঙদে-খঙদে ঐনা হায়জবা য়াদ্রবনিনা মোইবানা থোকপা অমা তৌবীরো।" হায়রল্লগা শাওরংননা চংখি।

মঙাল মখা তাদে, চৈরুবসু তৌদে। থবক্তা পুক্লিং থিংজিল্লি অকোনবা উপাকশিং অদু চোকথবা নাইদনা চাং মান্নবা কক কত্তুনা শেমদোকই। ○

১৪/০৪/২০০৬

# মিৎয়েংগী ৱাংমদা

"মোই'বা নঙ নুপা থোক্লকো, নুপা থোকউবা। নঙনা য়ু থকপা ঐ করিমতা শাওদে। মীগী য়ুমদা থক্লৌ শরুক য়ুমদা ওইনা থকউ। লৈকাইগী নহারোলশিংসে ফার-ফারগা হেক্তা পীথকউ। হয়েং খৎনচৈনরবসু ঐখোয়গী মীচঙ হেক্তা চঙ্লক্লুবা।"

"হোয়দা-হোয়দা. নঙগী ভাষন্দু শাংমনখ্রেদা। থবক শূবগা অমত্তা য়াদ্রে।"

"শাংবু শাংমনদ্রিবনি। নঙনা নুপা থোক্লবদগী অসুক য়াম্না ৱাহৈসে কাপথোরক্লিবনি। হৌজিকপু ঐখোয় মীগী খনবা শংৱনে, ইচাগী খনগদবনি, ইশাগী য়েংগদবনি। ইচাগীদমক্তা নত্রো ঐখোয়না হিংলিবসে। ঐদি খৎনবা হৌদৌরিনি।"

"তানীংদে চৎখ্রো। ঈশিং অঈংবা গ্লাস অমত্তা পুথোরকউ।"

ইবোতোম্বা পোথাফম খঙদে, ৱাধিকাগী ঈশৌদা। ঈশৌদা নত্তনা কপ্পা অমা য়াওশিল্লকপা অসিদনি বুদ্ধি ফক্লিবসি। শাওনীংদুনা ফুরুরে, মানা মশম মনা থাদোক্লুনা, খাংচেৎ শেৎলুনা হেক্তা লম্বা তৌরকই। ফুরুলাও, ফুরুলাও ঐবু ফুরগা পেনগদবা লৈরবদি ফুরুলাও হায়দুনা লাওবনে ঙাংবনে হেক্তা চোংশিল্লকই ভৈরবীগুম। মশক্তু ফনা ফজরম্বনি, ঙৌদ্রগসু মুরগা ৱাশি লৈবনি অদুবু হৌজিক্তি শম্থি মমাইদা নোংলিক্লা চাইবদু মঙাই। অদুদগী অমুকসু থাইদগী হৈনদ্রিবনা মাগী নোকঙাংদো, মী উশিৎতবা মানবদো।

ওফিসতগী মাথা শানা হল্লকপদা লাউনদুনা লৈরম্মী। অতৈগা নত্তে ইতৈমগনি।

"ঐ অসুক কুইবসে য়েংগে হায়দুনা য়েংবনি। তৌগে মতাগুম তৌবনি।

ঐগীসিদা ফৌবা ফিরোলশিংসি নালাদা নমশিল্লিবনিনে।"

"নঙনা হায়রিদো ঐঙোন্দরা ইনাও?"

"নত্তদি উতুপতরো হায়রিসিবো?"

"ঙাইখো ঙাইখো নঙগী ফিদুবু ঐদি করিগী নালাদা নমশিনদৌরিবা?"

"কনানা খঙনি, কল্লক্তনা তৌরিনিদনা। ঐখোয়না খজিক্তং নুঙাইখল্লকপসিদা লৈবা য়াদ্রবদো, খাঙবা ৱারবদো।"

"রাধিকা, নঙ অঙাং মতিক নত্তনা ঙক য়ান্না হায়গৎলেদা। নৱা ইঞ্জিনিয়ারনি হায়দুনা পোংলিবনিনে। অদুবু ঐদি নঙগী থাক্তুদা কুমথরগা খৎনবা ইকায়। ফিদো নালাদা তাদনবা ফৌবা মতমদা ক্লিপ অমা ফাজিল্লু।"

তম্পাকলৈমা রাধিকানা ঙাংবা তারোইদবা মফম অমদা লৈখি খৎনবা পামদবদগী অদুবু রাধিকাদি মচেবেম্মা তাননবা অকাম অপেৎ য়াওনা মখা চৎথখি।

অহিং নোংঙাল্লমদাই খুদিং রাধিকানা শৌবদা ঙহাক্তং তুমথখিগেগা খনবা ৱাখল পুমচাই। অন্না-অন্না হৌগৎলে। ইবোতোম্বনা খল্লি "ঐখোয়'মা লৈরম্বা থোক্লবদি নহান্না মপামদা য়ৌগদৌবনি। অদুবু মা মরাইবক ফৈ, ইমা লৈখিদবনা হাল্লি। মাগী চিন্স। পুবা ৱাকৎ পুবা থাংবা ঙমদে। ইংখোল য়েন্নরসি, য়ুম তোঙান্না শারসি, শূমাঙসি তুবৎ খাজিল্লসি নাখৈ শেংনা লৈরসি অঙাং চাওশিল্লক্লে য়ুম শারসি অসিনি। মাগী আইদিয়াদু ফত্তে হায়বদি নত্তে অদুবু ইপা-ইপু হাক্তক্তগী ফজনা চাউনা লৈরিবা শঙ্গোয়, শূমাঙ করম্না তংখায় খায়গদৌরিবনো?

নীংবু-নীংলবদি লাইনা তম্বা অমা হেক্তা লাকই হায়নবগুম রাধিকাগী অনীংবদা ঈশ্বরনা মতেং পাংবীরে। অঙাং, মশেল খৎনবগী ৱাহৌদগী অচৌবা লাঞ্জাও অমা থোক্লে। ইবোতোম্বগী ময়াম্বা ইবোহলগী লাইগী কাদগী ইবোতোম্বগী মচানুপা নিংথেমনা লোন্না পৈশা য়াওবা লাইগী বাক্সিদু হুরানখরে।

কাইনথংদা নুমিৎ খরনিগী তুংদা ইবোহলগী মচানুপা ইবোচৌবনা মাঙখিবা বাক্সিদুদগী নিংথেম্না পৈশা লৌথোকপদু থোংনাওদগী উরুরে। ইবোচৌবনা মমা তাক্তনা বাক্সিদু পীয়ু হায়রুবদগী খৎনবগী ৱাহৌদু

ওইখিবনি। মখোয়না মপোৎ চেক্সিন্না থমদ্রগা মচাদা, তাইনৈ হায়দুনা রাধিকানা লাউবগা খোংবগা ইরাং তৌরে। রাধিকাগী হেনমনবা মতৌদুদা ফনা থিনা খৎনরে মায়কৈ অনীমক খাম্বা য়ান্নদরে। শাওমনবদগী ইবোচৌবনা রাধিকাহোয়গী থোঙ কাওথায়রুবদা রাধিকানা শাওবদগী মচেবেম্মগী লেঙজুমদা তাপ লাক্তুনা য়ানা চিক্লরে। হেক্তা অঙম-অঙম ফোইনখৎলকএ। মী হাৎলে হায়না লাওবদগী মীয়াম হুপ্তুনা চেন্সিন্নর-কএ। লৈকাই মৈরাপায়বী. ক্লব তাক্লে। নিমিৎতুদগী থোঙ্গাল তোঙান্না ফাৎতুনা য়ুম অমদা থোঙ্গাল অনী লৈরে।

অহল লমন লৈরিঙৈদা অসুক্কী মতিক নুংশিননা লোয়নরম্বা মনাওনা ময়াম্ববু কিন্না লুনা চৎপা. ময়াম্বনা মনাওবু নুংশিবা পুন্নমক মমি শামখ্রে। ফজখ্রবা শূমাঙদু বার্লিনগী চেকপলনা তুদ্রিঙৈগী মওংগুম খানখ্রে। ৱা ঙাংবগী ৱারী শাবগী খোঞ্জেলতমক তাবা নত্তনা মশক্তি উন্নখিদ্রে। দেব কর্ম্ম শ্রাদ্ধনচিংবা অমত্তা চংনখিদ্রে। ফজখ্রবা শূমাঙ অমত্তসু মপুং ফাদ্রে। পুনশিনবগী নুংঙাইবা. তিন্নবগী অপেনবা পুন্নমক কৌরবকা পান্দবকা তিন্নবা য়াদবগুম ঈশিংদা থাউনা মৈ চাকখিদ্রে।

চহী খরগী তুংদনি। রাধিকা মশা ঙমদদুনা ফমুংদা হিপ্লিবা হপ্তা অমা হেল্লে। ডাক্তরনা ৱুম কেন্সরনি লৌথোক্তবা য়াররোই হায়রি। নাদুনা তুমিন্না লৈরবা মতমসিদা হৌখিবশিংগী ফিজং তপ্না হায়দোরকই অদুগা মপুরোইবগী ৱাঙাং তারকই." নঙনা নীংবা খুদিংমক থুংলে. অপাম্বা পুন্নমক নখুৎতা হাপ্লে নথম্মোয় পেন্না নোকপা য়ারে। মথা করি অমুক ৱাৎলি নঙগী অপাম্বা"। রাধিকা মথন্তা অমুক খন্থে "ঐবু নোক্তুনা নুংঙাইবা ঙম্লবরা? নুঙাইবা হায়বদুবু অসিরা?" মচানুপা নিংথেম বেঙ্গলোরদা কমপ্যুটর ইঞ্জিনিয়ার তম্বা চৎখ্রগা দ্রগ চাই হায়দুনা কলেজদগী তাম্লোরক্লে। মপুরোইবা ইঞ্জিনিয়ার মতম চুম্পদা য়ুদা লুপ্লে। মচেবেম্মা শিবদা শাওরিবনি হায়দুনা লৈ মনা অমত্তা ওইরবসু কৎখিদরে। ফজখ্রবা শূমাঙনা নাকপাক তারকপদা শোরাৎ শোনফম লৈতদুনা মীগী মাগুপ্তা শোল্লুই। মচিন-মনাও থেংনবদা লেংথৈননা চৎনরে। হৌজিক্তদা রাধিকানা পুন্সিবু হঙ্গৎনা য়েংলকই।

ইবোতোম্বনা. হিদাক ময়োম অমা পায়দুনা রাধিকাগী মনাক্তা চঙশিল্লকই। সাইড টেবলদা হিদাক্তু থম্মী অদুগা হায়রকই. "রাধে নঙ নাবা য়াদে হৌগৎলু। নঙগী ননীং থুংদবা করি লৈবগে?"

রাধিকানা মপুরোইবদা মমিৎতমক য়েংই।

''নঙনা ঐবু মতমচুম্পদা থৌনা লৈয়ু, নুপা থোকউ হায়বদু থোকএদনা। মখা করি ব্লাৎলি। রাধিকা পিকখ্রবা ককচেং ফাওবা নিয়ম নাইনা চৎলি অদুগা ঐথোয় মীওইবদি অনীশুনা তিন্নবা য়াদে।''

''তোকও মোইবা, পুক্নিংদি অঙাওবা য়োংগুম্বনি, ঐগী পুক্নিংনা কোইথুং থুংনা চৎখ্রে। নুমিৎকী লংলবা মঙাল মিৎতাংবা অমনা করিসু উবা ঙমদবগুম। হৌজিক্তদা ঐগী পুক্নিংদা চঙ্লকই-''ষন্না শজিক চাই, ওকনা অমাংবা চাই অদুগা ঐথোয় মীওইবদি চাক চাই।''

''রাধিকা পুন্নমক তোক্লো মতমদো হৌখ্রে। নঙগী অনাবদুদা মায় ওন্সিল্লো অদুগা নীংশিংলো পৃথিবী পুম্বা জয় তৌনবা হোৎনখিবা নিংথৌরেল আলেকজেন্দরনা মাগী অনাববু কনামত্তনা ফহনবা ঙমদ্রবদা পুন্সিবু মশক খঙলদুনা হায়রকই,

'ঐনা শিরবা মতুং ঐগী হকচাংদা অঙৌবা ফি কুপ্লবা মতুংদা ঐগী খুৎ অনীসি কুদুদগী মপান্দা থিন্দোক্তুনা সভাযাত্রা চৎলু। কনাগুম্বনা নিংথৌরেলগী খুৎ মপান্দা থিন্দোক্তুনা করিগী চৎলিবনো হংলক্লবদি কনামতনা মাবু অশিবগী খয়াৎতগী কনবা ঙমদনা খুৎ হাংনা চৎখ্রে খুন্মু।''

''মোইবা । নঙগী ব্বারীদু মখা তারক্লনু।'' রাধিকানা মশাদু হুমাংনা পুল্লুপ লুপ্তুনা খংলাও লাওরকই।''

রাধিকা অচুম অরানগী বিচারদা নঙনা মায়থিবা তারবদি ঐগীসু শরুক য়াওরিবনি। লম্লক্কী শা নোংশা ফাওবা মপূক লাল্লক্লবা মতমদতা অতোম্পা শাশিংগা লান শোক্লে নত্রবদি করিসু তৌদে। নোংশাগুম্বা শা ফাওবা মশানা মশাবু কন্ট্রোল তৌরগা ঐথোয় মীওইবদি।''

''মোইবা ঐবু ঙহাক্তা পোৎথাহনবীয়ু, ঐবু তুমহনবীয়ু। অদুগা ঐহাক তুমখিবসিদগী অমূক হন্না হৌগৎতবা ওইসনু।''

''হায়হৈদে, হায়হৈদে রাধিকা। নহাক হৌজিক পুন্সিবু মশক খঙলকপদা ঙাইরি। খঙলক্লিবদু ফরবনি। মদু অহৌবনি। অনৌবা পন্দুপ অমা হাংবা হৌরবনি।''

রাধিকা তপ্না তপ্না মমিৎ উইশিনখি। মখা তানা ব্রা ঙাঙলকখিদ্রে। ○

## মংলম্বা নোংনা চুথরক্তুবদা

"হল্লো"

"কনা ওইবিরবনো?"

"ঐ চীংথংখোম্বনি, লৈমহল লৈত্নববা?"

"লৈ পায়হঞ্জরক্কে।"

(কৌবা তাই, নেনে ফোন লাকই)

নিংথমথাগী ঈংবগী শি-শা লাৎবা খোঞ্জেলগা লোয়ননা

"হল্লো"

"ঐনিনে"

"(হরাওনা) মোই'বা। হকচাং নাবা য়েকপা তৌদেকো।"

"তৌদেদা"

"ঈংশিল্লকপসিদা নানিকো। মৈফুগদো অঙাংশিং থাগৎহল্লুকো। লুম্না লৈয়ুকো। অযুক ব্রাকিং চৎপদু চৎলিববো।"

"চৎলি।"

"অসুক ঈংবসিদা। চৎপিগনু। মোই'বাগী থবক পাংগুদা শৃবদু তৌবিগনুকো।"

"(নোক্লগা) থবক শৃবসে ঐগী পোৎথাবনি"

"অদু ওইরবসু খরা খিৎ হেনমল্লি।"

"(নোক্লিংবা খাঙনা) লৈমা. নঙনা মতম চুপ্পদা হৈ লৈ য়েঙ্গাং নাপী থাবা য়াম্না পামখিবদাই।"

"(কপ্পীংনা) অদুবু হৌজিক্তি কনা লাক্লগা চাবিবদগে?"

"চারবসু চাদ্রবসু নহাক্না লাক্লগা যেংবদা পুক্লিংদুদি থস্মৈরদুদি পোৎথাবা ফংগনিদনা।

"ঐখোয় অনীনা ফম্বা নুঙপাক্তু হৌজিকসু লৈরিবরা?"

"লৈরি। উচেকশিংসু মহৌশাগুম পাইরক্লি। মহৌশাগী খোঙচৎতি অমত্তসু কাইদ্রি। কাইরিবদি নঙ ঐগী পুন্সি খোঙচৎ অসিনি।"

"ঐ খাঙ্বদা ৱারেদা, থবকসি তোকথোক্লগে?"

"নত্তে-নত্তে লৈমা, নঙ কপ্লবরা?"

মপি তৈথোক্লগা " কপ্তে, ঐ কপ্তে।"

"অদুগা করিগী নঙগী নুংহিক্লবা সূর, ঐ লৈরিসিদি। নঙগীদমক ঐ হিংলি। ঐনা হিংলিবসে নঙগীদমক্তনি।"

"ঐ লাক্লগে, ননাক্তা লাক্লগে।"

"মদুগীসু মতম লাকখিনি।"

"ঐ থবকসে তোক্লগেবা।"

"করিগী তোকদৌরিবা! নঙগী পুন্সিদি ঈশৈনি। ঈশৈনা নঙগী পুন্সিনি। অনীদুগী মরক্তা থাদোক্লবা য়াদবা মরী অমা লৈরিবদু নঙ কাউরবরা?"

"অদুদি হায়বিয়ু, নহাক কৈদৌঙে লাকদগে?"

"ঐ শোয়দনা লাক্কনি। কাছাড়দা লৈবদগী মুম্বাইদা লৈবনা ফৎত্রো।"

ও! টেলিফোন তৎখ্রমাল্লে। অশাংবা শ্বোর অমা চনীং তানা হোন্থরগা চীংথংখোম্ননা মাগী পুন্সিগী লমায় হায়গৎলকই।

কলেজগী ফ্রেসেস মিটনি। লৈমহল স্টেজদা ঈশৈ শক্লি। ভাবোকশিংনা ময়াদা হয়িং চংবা খঙদবমখৈ ময়া কাদুনা য়েংলি। লোইশিল্লকপদা ময়াম্না খুবাক খুরকই, হুইশেল খোঙলকই।

"লৈমহল নঙগী ঈশৈদো য়াম্না ফজে হায়য়ে।"

"কনানা হায়রিবা?"

"তু ঐগী ইনাক্তগী উচিঙৌসিনা।"

(ঙৌই হায়দুনা ময়াম্না উচিঙৌ থোনবী)

"অওইবরনে?" হায়রগা হৌনা নোকমিন্নৈ।

"তশেংবমক্কী ফজে। চীংথংখোম্বনা য়াম্না চীংলেম্বা শাদুনা হায়রকই,

"লৈমহল, ঐগী মরুপসিগা খঙনৌ।" কুমারনা মখা তারকই।

"ঙসাইনা খঙনরদুদি।"

হোইনহে হায়রগা অমুক্কসু হন্না নোকমিন্নে।

চৎলগে লৈহৌখো হায়রল্লগা লৈমহল মমানবীগা চৎমিন্নখি মখোয় অনীনা চৎখিবদু উরিমখৈ মিৎ মরিনা য়েংদুনা লৈহৌই।

"চৎলসিনে ভাই, মমি ফাওবা উদ্রেনে"। কুমারনা মখা তারকই,

"চৎলসি, অদো ঐ নঙোন্দা ৱা অমত্তদি হায়গে।"

"হায়দ্রবসু খঙলে, হৌদোং লম্বোইবা। নঙনা লৈমবু নুংশিরে নত্ররো? য়াম্না পঙবগী ৱানিনে।" কান্নদে চৎলসি।

চীংথংখোম্বতনা লৈমবু নুংশিবা নত্তে, লৈমনসু নুংশি। মখোয় অনীগী মরী নোংম-নোংমগী হেনগৎলকই। চীংথংদি কাছাড় লাইশ্রম খুলদগীনি। ইম্ফালদা লৈদুনা লাইরিক তম্মনি।

লৈমা মীয়াম্না পাম্লবা ঈশৈগী কলাকার ওইখৎলকই, শৈফম কয়াদা মাবু নেকপা লাকই। মচানুপীগী মতুং মমানা হেক-হেক ইন্নদুনা লাকই। লাইরিক তম্না-তম্না ঈশৈদা পৈশা তাল্লি। মহাক পোক্লবা মতুং ইকুই-কুইদনা এক্সিডেন্ট অমদা মপা লৈখিদবনি। ডাই ইন হারনেসতা মখোয়গী মবুং কেরানি ওইনা চঙখিবনি। মদুমক নৎলমদ্রবদি মহাক্কী ইমুংদু অৱাবা ইপাক্তো লুপ্পমগনি।

"করি খল্লিবনো?"

"খল্লিবনি"

"লোম্বোক্তবা পুক্লিংনা খনবদু ঐঙোন্দা তাহন্দ্রবসু ঐগী ৱারেপ পুম্নমক ইমাদা খঙহনখ্রে। নঙগী ৱাদা ঙাইরে। মচাগী অপাম্বদা ইমাদি অয়েৎপা অমত্তা লৈতে। নঙগী ৱারেপসু হায়রো।"

"খল্লিবনি"

হোয় মাইগী পাউখুম পীদনা খনবদুখক্লদি য়ারোই। ঐ মতিক চাদে হায়বদুদি ঐসু য়াই। হন্দক য়ুমদা চৎখিবদগীদি ইম্ফাল থোরক্লরোই। নঙগী অরোইবা ৱারেপ্তু পুরগা ঐহাক হনখ্রগে।

চীংথংগী নুংশিবনা লৈমগী থম্মোয় শিন থুংনা শন্দোক্লনা লৈখিবনা মাগী ৱারেপ্তা য়াবা তাখি। লৈমবু পুরকপদা চীংথংগী মমানা হরাওখিবদি অঙকপগী মতৌনি। লাপ্ল-লাপ্লবা খুন্দগী মাবু য়েংবা লাকখি। মনেম্না মমৌবু লুনা তৌজে। লৈমগী মচা অনী লৈরে। নুপা ঙাক্তনি। মপুরোইবনা প্রাইভেট কলেজ অমদা ওঝা ওইবদুনদি ইমুংগী ভার পুবা ঙম্মা নত্তে। লুরিবদি ইমুং পুরম্বা মমা নাশিল্লকপা অসিনি। করি তৌশিগে

মওল-মওল খল্লি। ইম্ফালদা তৌবগুম ঈশৈগী প্রোগ্রাম. ময়ামদুদি মফমসিদা ফংবা নত্তে। লৈমনা মপুরোইবগা ৱা তান্নৈ। ইম্ফাল্ থোক্লগা লৈরক্সিরা অদুবু মনেমদি য়ুম থাদোক্তুনা মফম কদাইদসু চৎনীংদে। অদুনা মচানুপাদা হায়, " তনীংবা শেল তাল্লু. লৈনীংবা মফমদা লৈয়ু অদুবু অরোইবা মিকুপ্তদি নঙগী খোয়রি নাওফম তাখিবা য়ুমসি থাদোক্তুনা খক চৎখিগনু।"

চীংথংখোম্বা মমাগী অরোইবা ৱাহৈদু কাওদে। শিরমদাই ফাওবা মদুবু নীংশিংলগা শিখি। মচানুপাবু য়ুম থাদোক্তুনা চৎখিদনবা হঞ্জিল-হঞ্জিল পাউমেল্লম্মী।

মমা লৈখিদবা মতুং চীংথংগী ফিভম য়াম্না ফৎলকখিদে। তৌরু-তৌরুবা খুদিং কান্নবা ফংখিদে। কোন্নথংদদি লৈমগী ৱারেপ্তা য়ুম্ফম ওইদুনা ইম্ফাল থোরকখি। মমাগী নাক্তা লৈখি। চীংথংখোম্বনা লৈমগী কলাবু মাংহন্নীংখিদে অদুনা তত্তনা হায় নঙগী পুন্সিদি ঈশৈনি, ঈশৈনা নঙগী থৱায়নি।

লৈমগী মচাশিং চাওরক্লে। মমানা পীবা সম্পত্তি খরনা কারবারগী হৌদোকশেল ওইখি। ঠিকা মচা মচাদগী অচৌবা ঠিকাদার ওইরকখি। শেল পায়বা মীশক অমা ওইরকই। মবুংনা মচলবু মীতোপকুম উরকপা, মনম্মনা চৎহন্নীংলকপা পুন্নমক খঙলবসু উরবসু উপাই লৈতনা লাকখিবদু হৌজিক্তি য়ুম ইংখোল লৈদুনা নুংঙাইনা পাল্লে।

লৈমগী মচানুপা অহল কৌরু লাইরিক য়াম্না ফৈ। মমা মপাগী আশাসু কৌরুনি। অহিং নুংথিল লেপ্তুনা পাখিবা লাইরিকী ফলনা এম সি এস পরীক্ষাদা মকোক ওইনা পাস তৌরকখি। ফিরাল মমায় চুমখৎলকপসিদি মীগী মী ঙাক্তনি। অদুগা মনাওনুপা মারজিৎতি ময়াম্বগী ঈং তম্পা অদুগী ওন্না তৈনবনি। য়াম্না ফিংই, মীনা লাকচবা য়াদে। অরানবা ওইদ-পাদবা মঙোন্দা চঙ্দে। শাউরগা থাং-তেন য়াম্না পারগল্লি। মমা মপানা ৱাজবসু মাখক্তগীনি। য়ুমথংনবনা ইংখোল হেঞ্জিল্লি হেঞ্জিন্দে হায়না খৎনবদসু মাদি ফন হেক্তা চোংথোক্তুনা অচুম-অরান হেক্তা পুথোক্লুই।

লৈমগী মচানুপা অহল কৌরুগী লুহোংবগী মতম মখোয় মশেল খঙনজবদু হায়ন-শিংনদুনা লেপ্লবা মতুং খঙহৌদনা মকোক ঙাওই হায়দুনা

ওাফসতা ৱাম্বরকপদগী হোর্সাপত্রলদা লৈরে। করি লায়নানো খঙদোক্লব ডাক্তরনা চাংয়েং কয়া তৌদুনা য়েংলবা মতুংদা কেন্সরনি কর্ন্সাম তৌরে। মদুসু লাস্ট ষ্টেজ ওইরল্লে। মমাদি পাউসি তাবদা ৱাম্বদেদা থাকই। অঙাওবীগা চপ মান্নখ্রে। মচানা লাইরিক পারিঙৈদা নত্রগা করিগুম্বা মতমদা মকোক ঙাওই, কোক নুংঙাইতে হায়দুনা তত্তনা হায়খিবা থোইনা মখা তাদনা তোপ তুনা নাদবনিনা লায়েংখিদবা পুন্নমক্তুনা লৈমহলগী কোক্তা বৃশ্চিক হায়বা তিলদুনা কোক্তা চঙ্দুনা চিকপগা চপ মান্নখ্রে। মাগী মফমদদি সংসার পুম্বা অমম্বা ফিজংনা থনজিনখ্রে। লুহোংগদৌরিবী, মমৌ ওইগদৌরিবী, শিঙ্গারৈগী শক্তম উরুবদা থম্মোয় মচেং তারে। থোক্লগদৌরিবী নুমিৎ অদুদা লৈমহল করি ওইগদগে হায়বসিদা অচৌবা চিন্তা ওইরে।

মনা নীংবনা অমা, লাইবক্লা তম্বনা অমা, য়েংহৈদবা নুমিৎ অদো লাক্লে। এসঃ দিঃ ওঃ কৌরুগী পুন্সি ডাক্তর অমত্তনা কনবা ঙমখিদ্রে। লৈমহল কপখিদ্রে, উ য়ুংবগুম তুমিন লৈখ্রে।

মচা শিবগী চৈরক অসিদা লৈমহলগী অৱাবনা অমুক লাকহৎতুনা চীংথংখোম্বগী মায়থোং রাহুনা থা উমদুনা থম্বগুমখ্রে। থম্মোয়গী কাচিন খুদিংমক অমম্বনা থনখ্রে। ফজরবা চেক্কী য়ুমদা মপু পান্দবগুমখ্রে। মচানুপা অতোনবা য়ুমথংনবগা ইংখোলগী খৎনবদা লৈখিদে লুমফুদা থাংনা থিন্দুনা হাৎখিবনি। মদুদা কাইখিবা থম্মোয় তাইশিনদ্রিঙৈদা অমুকসু থম্মোয়গী মনি চৎখ্রে।

হোসপিতালদগী পুথরক্লবা লৈমহল হান্নগী লৈমহল ওইখিদ্রে মায়থোংগী থোৎ-নৌবা পৃক্লিংগী নুংঙাইবা পুন্নমক মরু ফক্লে। লৈমহলগী পুন্সি কংশিল্লক্লবা উপালগা চপ মান্নখ্রে। সুর পুন্নমক মাংখ্রে, অমুক হুন্না ঈশৈ শকউ য়াখিদ্রে। চীংথংখোম্বগী চিন্তাদি মাবু অমুক কমদৌনা ঈশৈ শকহনগদগে হায়বসিনি অঙাং মচা থেম্বগুম মাগী ঈশৈগী সুর য়াকাইহন্নবা কন্না হোৎনখি। মানা অপাম্বা খুদিংমক নীংবা থুংনবা হোৎনখি ঈশৈগী মরূপ মপাং পুন্নমক কৌদুনা মাগী থম্মোয় হৌদোক্লবা হোৎনখি। মা য়াখিদে নুংদা ঈশিং চাইবগুমখি। অদুবু কোন্নথংদদি মাগী থম্মোয় লৈয়োল চোংলকখি। মা অমুক হুন্না ষ্টেজদা কুল্লকখি। মমানা মচা শেন্নবগুম চীংথংখোম্বনা মাবু মতম চুম্পদা শেন্নদুনতা লৈখি।

লৈমহল ঙসি মুম্বাইদা ঈশৈগী ইন্টরভিয়ু অমা য়াওননবগীদমক

মপুরোইবগা লোয়ননা চৎকদৌরি। মশানদি য়াদে অদুবু থেল্লগা চৎকদৌরিবনি। ইণ্টরভিয়ু অদুদা লৈমহল খল্লে। মাগী থাগী তলবকী মথক্তা লৈফম চাফম য়াওনা লৈননবা খঙহল্লক্লে। মপুরোইবগা লোয়ননা মুম্বাইদা লৈমিন্নরে লৈমহলগী ৱাখল তপ্পা তপ্পা হোংলক্লে। ঈশৈনা মাগী পোৎথাফম ওইরক্লে। অনৌবা কলাকার কয়াসু মাগী নাক্তা লাক্লুনা ঈশৈ তল্লরে।

পুন্সিগী লৈইনা চিংশিল্লরুবদা চীংথংখোম্বনা মাগী পোক্লফম লমদম কাছাড়দা হন্নীংলে। মমাগী অরোইবা আর্শিবাদ মা কাওদে। লমদম অদুদা মচাগী নীংশিং খুভম অমা শেল্লুরগে লেপ্লে।

লৈমহল থল্লমদুনা চীংথংখোম্বা মরমদমদা হল্লক্লে। মচাগী মিংদা মনা কয়া লান্দোক্লে। মচাগী নীংশিং খুভম শেল্লে। লম কয়া দান তৌদুনা কৌব্রু রেষ্ট হাউস, কৌব্রু লম্পাক শেমলে। মীয়ামগী শান্নফম, মীয়ামগী পোৎথাফম ওইরে।

চীংথংখোম্বনা লৈমহলগী অহোংবা লাকপা পুন্সিবু উরগা নুংঙাইরি। মাগী মহৌশাগী পুন্সিদু অমুক হঞ্জিল্লগনি খন্না ঙাইরি। মাগী মপোক নুমিৎ নঙনবা লাক্কনি হায়রক্লি। নুমিৎতুবু চীংথংখোম্বনা খৌরাংনা ঙাইরি। মানা পামজবা খুদিংমক শেম শাদুনা থম্লি।

হয়েং লাক্কনি হায়কী ঙসিগী নুমিদাংদা হায়নীংবা কয়া টেলিফোন্দা হায়খ্রে। পামজবা কয়া খঙহনখ্রে। লৈমহল মপূক্লিংদা চামরক হন্না ৱারেপ লৌই হন্দক থোক্লিবা অসিদগী অমুক হন্না মুম্বাইদা চঞ্জলরোই লাকপা চৎপা অপাইবা লনগীদমক পুন্সিনা মীহৌবা পোক্ত্রে। পোৎলুমসে থারগে পুন্সিসে য়াংলগে খল্লে। লৈমহল মোন্দা নুংঙাইনা নোংঙানবা ঙাইখি।

চীংথংখোম্বা ঙসিদি তুম্বদগী হৌগৎত্রে। মশাদু ঈংবনা ঊন মতুম তাশিল্লকপদু মঙাইখরে। থংনবা কাদা তুল্লিবা য়াইমবু হৌদোক্লুনা কৌগদবসু খোঞ্জেল ফাজিনখ্রে। খোঙ খুৎ ঙন্নমক লেংবা য়াদবদৌনা তৌই। ঙহাক্কী জ্ঞানদু মিকুপ খরগী তুংদদি মফম খঙখিদ্রে।

টেলিফোন হঞ্জিল-হঞ্জিল খিংলকপগী মখোলদা য়াইমা মিকপ থোক্লকই।

"হল্লো. নেনেচৌরো।"

"মানিনে. নহোই মামো হৌগৎত্রিররো?. ঐ ঙসি পুং ৯.৩০ দা পাইরক্কদৌরিবনি।"

"অং. ঙরাংদগী মামোনা নেনে লাক্কনি হায়দুনা কা পুন্নমক পুল্লং লংহনখ্রে।"

থব্রায় তানা নোক্লগা "য়াম ফজরম্মনিবু"

"মামো মামো. নেনেচৌবীগী টেলিফোন লাকই"

হঞ্জিল-হঞ্জিল কৌবগী খোঞ্জেল টেলিফোন্দা তাই ঙহাক্কী তুংদা য়াইমনা ইপা পাখৎনা 'নেনেচৌবী! মামোদো কৌবা খুমদে. মশাদু য়াম্না ঈংই। মমিৎসু তরু তরু পাংই।

"হা! করি হায়বা!

লৈমহল টেলিফোন্দু খংনা থাদখি।

# কংশিল্লক্কবা ঈচেল

অরাবা ঙসি মরি মঙানি শুরে থবক শূবা চৎতবা। মশাদু লাইহৌ হৌই হায়দুনা চত্তবনি। ফদি ফরক্লবনি। মাগা থবক শূমিন্নবা চাউবনদি হৌবা লাক্লম্লবনি। অদুবু মশা ঙমদে হায়দুনা লৈহৌরে। চাউবা চৎখ্রবা মতুং মাগী নুপী য়াইম্বীনা থোরকপদা নুংশা য়াইদুনা লৈরম্বদু উবদা শাউরপ্লা হায়রকই,

"কৈদৌরে ঙসি থবক শূবা চৎত্রবদি।"

"হকচাং নুংঙাইতে, চাউবদা চৎলরোই হায়খ্রে।"

"করি ওইনা ঙমদ্রিবা! লাইহৌদি নহান্না ফখ্রে। ঙরাং নুংদাং চাশিনখিবা থকচিনখিবা ময়ামদুনা ঙমদবা ওইরিনি। অঙাংগী মিং চনবগী পৈশা লাইরিক লৈবগী ময়ামসিনা কমদৌবা!"

"অদুবু ঐদি চৎলরোই হায়খ্রে।"

"হায়খ্রবসু করিসু কায়দে। চৎলগা লোয়রে। নঙনা সুন্না তৌদৌবা ওইরগনা ঐসু পৈশা তাল্লগে কৈথেল থোক্লগে হায়রে। মদুসু নঙনা হেক ময়াদে। ইজজৎনি ইজজৎ য়েংলিনি হায়দুনা। ইজজৎ য়েংলিঙৈদা চরা হেল্লে।"

য়াইম্বীনা ঙাংবু ঙাংবনে লাউবু লাউবনে তৌবদুদা খাঙবা ঙমদ্রদুনা অরাবদু চৎত চৎলগে হায়দুনা হৌগৎলক্লে। মহৌশা সুমাইনা তৌরম্বা ইমুং নত্তে। পৈশা ওম্বোক্লা য়াম্না থোক্লম্মী। অরাবগী থবক মীনা য়াম্না পামনৈ। থবক মচু তাই, নাল্লি। খাইদগী হেন্না পাম্লরিবদি অনৌ অনৌবা ডিজাইন পাথোবক্লেনা হেক্লো চল্লি। মানা চনবা থোঙ, থোঙনাও, উপু কাংথোল

ময়ামগা হেক্তা মান্নদে। চপ মান্নবা পোৎতু কদায়দনো খঙদে রাশি অমদি মানা হেক্তা মহেল্লি। ফাইরেল লমতাদদি মৈ লাক্তুফাওবদা হাফলেন চুখৎতুনা থবক শূই। ময়ামদগী মমল খরা কল্লবসু মাবুতা তান্নৈ। মখুৎ চেকশিনবগী উচন ফজবগী। মসিমক্তা মহাক্কী নাপল অমসু লৈ। মীনা ময়ুমদা লাক্তুনা, হায়দ্রিমখৈ চৎতে। হোয় হোয় হায়রগা নাম্তোকই। থবক্কদি ৱাত্তবনিনা করিসু নাচুংবিদে। অদুবু হৌজিক্তি মহৌশা নত্রে। মমাঙউঙগুম মাবু কৌনরম্বগী চাং নোংমা নোংমগী হন্থরক্লে। খুৎশূমল অহোংবসু মহৈ মহৈ থিনরক্লে। সরকারগী থবক তৌরিবা কর্মচারিশিংগী তলব ফাওবা ভারত সরকারদগী নির নিরগা ফংলবনি তলব ফংদবনা শোক্লিবসি চাদবা কাংবুদসুনি। য়োল্লিবা পোৎ ফাওবা শিৎত্রিবনি। অদুনা থবক শুজরগা চাজবা কাংবুদসু তলব ফংদবনা অৱাবা অমা ওইরে। খুৎশুমল পীবিদরে।

তলব ফংদ্রি হায়দনা খুৎশূমল পীরক্তবদগী মচাদি মিং চন্দবা য়াদবনিনা অরাবগী নুপী য়াইখ্রীনা মাগী ফনেক ফিগেদু বন্ধান থল্লগা মিং চল্লে। মচা অনী অমদি মপানা পৈশা থোক্লিডৈ মতম ওইবনা শেৎপা চাবা মনীঙ থুংই। অয়ুক নুমিদাং প্রাইভেট তম্বা থাই। পৈশা তিংনা প্রাইভেট স্কুলদা তমহল্লি। পৈশাগী অৱাবা থোইদোক্লা লৈরমদে। অরাবগী মখাদা মী তরামুক থমদুনা মফম মরি-মঙা থোক্লা শূই। পাঙ্গলনা ফরিঙৈদদি মীওইবনা কিবসু লৈতে। ফিরালনা মমায় চুমখৎলকপা মীগী মী ঙাক্তনি।

অন্দরগ্রাউণ্ড মিলিটেন্টশিংনা মপাঙ্গল কনখৎলকপগা লোয়ননা প্রজাশিংগী নে তাদবসু হেঙ্গৎলকই। চুম্মীবরা লাল্লিবরা খঙদে সরকারগী গাড়ী কয়াসু মৈ থাগৎনরকই। অচৌ অচৌবা ওফিসার কয়াসু চেন্নবা য়াও, লোৎনবা য়াও চৌক্রি চৌক্রিদা ফম্বা ঙম্নদদুনা মপান্দা লেপ লেপ্তুনা লৈনৈ। পুথোক পুশিন পোৎ হোনবদৌনা হোনবা ওফিসারসু য়াওই। খরা লৈরগা সরকারগী মায়কৈদগী চেকশিল থৌরাং লৌখৎতুনা মরু ওইবা সিফাইশিংনা ঙাক শেলহল্লকই। ময়াম কুইগদৌরিবা কুইরোইদৌরিবা হায়বা ঙমদে। নুমিৎ থুদিংগী খবরগী লমায়দা মী শিবগী পাউদি লেপ্তুনা য়াওরক্লি। মখল মখলগী ৱাকৎ কয়াসু থাঙ্গৎলকই। বন্দ তৌই, স্ট্রাইক হৌই। পৈশানা মেনশিন্নখি, ক্ষেতিপূরন খরা মনতিক্তরগা লোইশিন্নখি। কুইরক্লগা কাউনখি। কুইবা ঙাইনখি ইয়াদা য়াবা সনা লৈবাক্লি।

অরাবা লাইশ্রম থানিলগীদা থবক শূরি। থানিল ওখাক লিকপা

নুপানি। থবক শূফমদা. লাক্লগা ৱারী শারিবসি খুৎশুমল তাবগী ৱারী ঙাক্লনি। ময়াংনা শূরবদি খুৎশূমল তাই. মৈতৈনা হেল্লি মসি করিগীনো? কনক্তি মৈতৈনা করিসু হেনবা পোৎ নত্তে। য়ুমশাবা খঙদে উশুবা খঙদে। ম্লানা ঙাংবদা মরৈ য়েৎলুরবসু হেক্তা শাওই. ওম্লোক্না ঙাংনবা ৱাখ্রবা। মাগী ৱাশি অরাবনা য়েৎলুদ্রবসু খঙই. খুৎশূমল তানবা চক্রিনি। খুমদ্রে উশিৎতে হায়দৌরি অরাবনা তপ্লপ্লা

"খুড়া ইবুংঙো ময়াংশিংগী কদরনি. খুৎশূমল তাবা নত্তে। অমদা তারগা অমদা হেক্তা হেঙ্গৎলম্বনি। পুনশিল্লগা য়েংবিয়ু তেরি মেরিনি।"

"কদাইদৈনোদা. নঙনা পঙহায় হায়রে।"

"চুম্মী চুমদে হোৎলগা য়েংবিয়ু।"

শাউগৎকে তৌরম্বদু মথন্তা ফাথজখি। অরাবসু মখা তাদ্রে। তশেংনা হায়রবদি মাগা ৱারী শাবা তনবনি। কোথ কোথ নুপীদৌনা। অরাবদি মদু হৈনদে তাবা ৱাই। মাগীদা থবক শূবসে তোকথোক্লসিরা হায়বা ফাও য়ৌই। মহৌশা ওইরবদি হেরা হায়দুনা শূরম্লোইদবনি। অদুবু লাইবক্লা থিরিসু নুমিৎ অদুদগীদি অমম্বা নুমিৎ ওইখি। পুন্সিদা অমুক হন্না থোরক্কনি হায়না থাজখিদবা নুমিৎতু নোংসু তাই। অরাবগা অথোইগা থোঙ পানবা কন্না হোৎনরি। নুঙথং পায়দুনা, কন্না শুজনবগী মখোলদুনা তুংদা লেপ্লবদু উহৌদে। নঙলা অথোই হায়না হংলকপদুদা খংপ্রেক খঙই। খংলৈ লৈথোরকই।

অথোইনা কিরপ তৌনা--

"মানি. হোয়"

"নপা নমিং করি কৌই?"

"তোম্বা।" নোং খাকপগুম হংলকপা মতৌদুদা হায়ফেৎ হকচাং নিক্কে তৌই। মরাং মরাংবা ময়ামদু উবদা অরাবদি কিখিবনা মিৎ কুপখিদ্রে। সিফাইরা. সিঃ আরঃ পিঃ রা. বিঃ এসঃ এফঃ লা মহাক খঙদে। অনীগী খেন্নবা করিনো হায়বা ঙমদে। লৱাইগী শম চপ চপ য়ুংখ্রে। মখোয়গী চাউরবা মুরবা খুৎতুনা অথোইগী মমায় য়েৎ ওইদা মশিং খঙদনা শেৎথখি। খোঙউপ বুথ উপ্লীবা মখোঙদুনা লৈজবী থাদুনা কাওশিল্লি। মচিনবান তৎতুনা ঈ মরী মরী চেম্বরকই। নোং মরক্তুদা চিং চিংদুনা পুখ্রগা মখোয়গী গাড়ীদা ষণ ইরোই লংখৎপগুম লংখৎখি।

অরাবনা তৌবিনু মাদি য়াওজদবনি হায়না খাম্লুবদা অমুক্তং

উ মরক্তা লোংখ্রাক লোং। হৌগৎপা পাক ঙমদে। লাইবক ফবদগী মকোক কাইহৌদবনি। থানিলসু থবক শৃবদা নহারোল য়াওহল্লি হায়দুনা ঈহিং নাহিং শানা ফুদৎপীরগা ফাদুনা পুবিখি। মদু লৌথোক্লবা হোৎনবদা নুমিৎ কয়ানি চঙখি। শেল ফনা য়াম্না তিংখি মদুদা নত্তে ইমুংগী পোৎ চৈ কয়া অমাং অতা থোকহল্লম্মী। টি. ভি থুগাইরম্মী. রেফ্রিজরেটর ইন্থুরম্মী. কাংখল চৈথোক থুদেকপীরম্মি।

নুমিৎতুদগী থানিলগী মশাদু লায়না লৈবা মীগা চপ মান্নখি খংশোক শোকখি। ফুরকপগী চৈফম ফনা কুইনা থামখি। হিগা রৈখি মোলোম তৈখি অদুবু মনুং শোকখিবরা খঙদে থাংদু মহৌশাগা মান্নৌ য়াখিদে। থুগাইরম্বা পোৎ চৈগী ক্ষেতিপূরন তাল্লি। চে চাং কয়া ইন্নে অদুবু মতম মাংবমখৈ মাংলগা কান্নবদি ফংখিদে। থৌদোক অদুদগীনি অরাবগী নুমিৎ তাখিবসু। অথোইগী মপানা কন্না হায়মনবদগী মীগী থবক শৃবদা য়াওহনখিবনি। মখুৎ মশা য়াম্না হৈ শিংই। শেম্নদা থোক্কদবা মীনি সিখক্তনি খঙখিবা। অঙাংগা ওইবদুদা মানা করি তৌরিবা হায়বদুদি থিজ্জিলুদবনা খঙলুদে। নুমিৎতুদগী অরাবা থানিলগীদা থবক শৃখিদ্রে। থানিলনসু মৈতৈ মচা অমত্তা মাগীদা থবক শৃহনখিদ্রে ময়াং ঙাক্তা ওইনা নেকখ্রে।

থানিলগী চেক্কা শাবা য়ুমদু য়াম্না কন্না লোইশিল্লি। মচানুপা অহলগী লুহোংগদবা খজিক্তা ঙাইশিল্লক্রে। উশৃবা, টাইলস নম্পা, মোজাক থাবা, রং তৌবা লোইনমক ময়াং ঙাক্তনি। রবিন্দ্র প্রসাদকী মখাদা মোজাক থাবগী থবক তৌরিবসি মী য়াংখৈমুক্কি। মফম তরামুক্তা চাইথোক্তুনা থবক শৃরি। থানিলগীদসু মী মঙামুক থাদোক্তুনা মোজাক থাহল্লি। মাসু য়াওববুদি য়াওই হায়ববু মপুং ওইবদি মানা পুরক্লিবশিংদুনা তৌই। চহী খুদিংগী মানা ময়ুমদা চৎপা খুদিংগী মী কুন-কুম্ভাদি হেক্তা পুথোকরকই। ইমুং থরদা খুদোংথিবা থরা নঙখিবদুনা মথোয়দদি মতোন ওইখ্রে। চহী অমদা মায়কৈ মায়কৈ খুদিংমক্কী কারবারশিং- দুকানফম্বা মনা লল্লোনবা, য়ুমশাবা, রং তৌবা, শঙ্গোম য়োনবা, খবর য়োনবা মশিং থিঙমদবা ময়াম অসি অমুক্তদা খঙ্গহৌদনা চুরকপা নোংনা পুখ্রী তুরেল খোংবান নালানচিংবা খঙথন থনখিবা নত্তে। তপ্না তপ্না থরোই খোঙথাংদা লাকখিবনি। থরোই মরুম ময়ামদুনা পুখ্রী তুরেল লবুক লম্মাং থনখিবনি। মদু থানিলসু খঙই।

শ প্রসাদনা রং তৈরিবদু থানিলনা মিৎ কুপ্তুনা য়েংলি। শ না

য়ুম্বগী মমাঙ্গদা য়াম্না চেকশিন্না থবক শূরি। দিনদয়ালনা থোঙ কন্না চল্লি। থানিলনা লুহোংবা, নঙদবা য়াদে হায়দুনা শংদুনা থবক য়াংশিনহল্লি। অশোয়বা কয়া থিন থিন্দুনা তাক্লি। মহৌশা ওইরম্লবদি থবক শূরিবশিংদু ফজৈ ফজদে হায়দুনা য়াকৎ পবেং থাঙ্গৎলমগদবনি অদুবু ঘটনা অদুগী মতুংদগীদি মীঙোন্দা চৈবা ঙাংবগী চাং য়াম্না হন্দ্বরে। শ . রোমদা ওনশিল্লদুনা

শ . প্রসাদ, নঙনা হন্দক নয়ুমদা চৎলুবদি মী কয়াম পুথোরকই।
কুনমুক্তনি বাবু।
দিনদয়ালদি"

করিগী পুথোরক্তনি মাসু। হৌজিক্তি মৈতৈগী য়ুমদা ময়াংঙাক্তা থবক শূরে। অদুনা থবক্কী ওর্দর য়াম্না লৈবনা মী পুথোরক্তবা য়াদ্রে। ঐনা ফনা য়াম্না ঐগী কাঙবু মী ওইহনখ্রে।

অশেংবমকসুনি দিনদয়ালনা পুথোরকপা মী চাম্মা হেল্লে। চাম্মক্তুনা অমুক থর থর পুথোরক্তুনা চামঙা মুক শুজিল্লক্লে। ইংখোল লৈদুনা ময়ুম মকৈ শাবসু য়াওরে। দুকান ওইনা লৈনখিবসু ফনা য়াম্লে।

মৈতৈদগী মখোয়না খুৎশূমল থরা তাবা মরম্না মখোয়বুত্তা তান্নৈ। হীরম অমা নত্রগা অমদা মখোয়না হেঙ্গৎপদুদি থিজিল্লুদে। মখোয়গীদি থবক মফম য়াম্লগা লোয়রে। মদুনসু পৈশা ফংবা হেল্লি।

থানিলনা মখোয়না ঙাংবা ময়ামদু তারুরগা অরাববু নীংশিংলকই। কুইনা উন্নরুদ্রবা তুংদা নোংমা থেংনবদা কমদৌরি নুংঙাইরিবরা হংলুবদা নুংঙাইতেদা খুড়া ইবুংঙো, হৌজিক্তি মহৌশা নত্রে হায়রকপদু কাওবা ঙমদে। মতম অমদা উ শূবা অরাবা হায়না মমিং চৎলম্বদু কয়াদা থুনা হোংলবা, মীরোল অমা লোইদ্রিঙৈদা। মীনা কোইকৌ কৌনরম্বদু হৌজিক্তা থরা শুজগে থরা য়াওজগে হায়রক্লে। মসি মহাক্তা নত্তে। শিনফম কয়াদসুনি। নোংমা নোংমগী শিথরক্লিবা শিনফমশিংসিগী মরক্তা কনানা করিবু থন্নরিবা। হৌজিক্তদা নুংনাংবা পোক্লকই।

অরাবা মাগী শিনফমদুনা ইমুং থাকপা ঙমদ্রে। ইংখোল অমুক কোইরক্লে। মাগা থবক শূম্নিন্নরম্বা দিনপ্রসাদ দুকান লৈদুনা ফিগী কারবার চৎথখ্রে। মখোল অনীগী দলাল শাগৎখ্রে। মচাশিং মপান্দা মহৈ তম্বা

থাদোক্লি। ওম্লোক্লা থুনা চাউখৎখ্রে। মতাক্লা কমদৌনা তৌরিবা।

অরাবগী মচা প্রাইভেট স্কুলদা তমহনবা ঙমদ্রে। ফি হুন্দবা সরকারগী স্কুল থিরগা তমহল্লি। মানা মপান ফরিঙেদা মচা অহলদি মরাইবক ফাখি। হৌজিক্তি চেঙ রেনবা প্রাইমারি স্কুল থঙদোক্লে। মদুদা মচাশিং তমহল্লি। চেঙ থরদা পীরক্লবসু মকাল্লে।

অরাবগী নুপীনা মপান থোক্লনা শেল তানগে হায়বদা অরাবনা মাগী ইজজৎ শোকই হায়দুনা য়াখিদে। চরা হেল্লবসু হেন্দোক্লগা লোযরে হায়দুনা ইরাই লায়রনা খুমদোরকই অদুবু নুমিৎ কয়ানিদি ইজজৎ য়েংদুনা চরা হেনবা ঙমগনি।

য়াইম্বীগী ইশৌদা অরাবা তুম্ফম থঙদে। নুমিৎ কয়ানি ব্রাখলদা ফুম্বংনৈ। কোন্নথংদা য়াইম্বীনা হায়বদু য়ারে। কোম্লোংদা হোটেল অমা শাদুনা ফমলে। য়াহৌ ঙন্না হৌগৎতুনা ওম্লোক্লা হৈনদনা তল অক্লে। য়াইম্বীনা হৌরে। অনৌবা পন্দুপ অমা হাংবা হৌরে। উশূবা অরাবা হায়নবগী মহুৎতা অরাবা হোটেল হায়নরক্লে। মসিনা কয়া কুইগদৌরিবা? মদুদি অরাবগী মরাইবক্তা লৈরে।○

১০।১১।২০০২

# মরোল লোনবা থম্মোয়গী ৱাকৎ

ইন্দক্কী চহীসি কৈদা অমনি। নোং শুক্তা তাখিদ্রে। ইকং থোক্লগদ্রা হায়দুনা মীপাইনরে। লৈবাক্কী অঙম অথৌশিং ফাউবা গোবিন্দদা ষণবী চামনিপানগী শঙ্গোম শুমদুনা কৎলে। লৈশাবী পাখং অঙাং অহল হুপ্না ঈশিং থিবা চৎনৈ। নুমিদাং থেংল থেংলগনা হেল্লি ঈশিং হোনবা। ইনাকখুনবা কাংবুনা ঈশিং গাড়ী লৈনরবসু লাইরবগীদি ওয়্লোক্না অৱাবা হায়বদু ওই হৈজিন্নবা পাত্র ফাউবা লৈতদুনা। নোং তাদবা কুমসিদি প্লাসতিক্কী ৱাইত ফনা য়াম্না শিংলি। দুকানদারদদি পোইনু মতমগা চপ্পু মান্নে। খুঙ্গংগী লমদদি অচৌ অচৌবা পুখ্রী কয়া তৌদুনা ঈশিং য়োকনৈ। মনুংদা ফিশু ফিজাম্বা ঈরুজবা তৌশিনদে। পুখ্রীশিং অসি লৈরদ্রবদি ফনা য়াম্না ৱারমগনি।

অঙকপা মতৌ অমা ওইখরে। গোবিন্দদা নোং তানবা ষণবী মখোম শুল্লুবদগীদি নোং তারক্লে। ইকংগী ৱানরম্বদু অতৎপা লৈতনা চুথরক্লে। লৈরক খোংবান ঈশিংগী ঈশিং ঙাক্তা ঙাইখ্রে। অঙকপনি।

নোংতারবসু তানা খরা হাংলকপগী তাঞ্জাদা অফবা নুমিৎ থবান য়েংদুনা ৱাংলেনগী মমা মপানা থোইবীসনাবু মমৌ ওইজগে হায়দুনা হায়বা লাকই। য়ানদুনা মচা মচাগী কুঠি পীনৈ। অফবা নুমিৎ য়েংদুনা লুহোংবগী নুমিৎ লেপলে।

লুহোংবা অসি মরু ওইনা শিল্লিবনা থোইবীসনাগী মনে চাউবীসনাননি। থোইবীসনা চহী কুন্থ্রা হেল্লে নিফু তানখৎলক্লে। মমা মপানা চহী য়ামশিল্লকপসিদা মনেনা শিনবদু হোয় ফরে হায়দুনা অয়াবা পীখিবনি। থোইবীসনাসু চহী খরা নৌরিঙৈদদা অফ-অফবা কয়া হায়বা

লাকপদুদদি অমত্তা য়াখিদে। য়াদবগী অচৌবা মরম অমবুদি লৈ। মাগা খঙন-চানবা নবচন্দ্রগা পুন্সি লৈপুল শেমজগে হায়না অকনবা ৱারেপ অমা লৈখিরননি। অদুবু নবদি ওঝা ওইরবা মতুং ইকুই কুইদনা মাগা স্কুল অমত্তদা ওঝা ওইমিন্নবী নুপী অমগা হায়নশিংনদুনা লুহোংখি। হোঙ্দবা য়াদদুনা তঙাইফদনা লুহোংবনি হায়না নবচন্দ্র মশানা মরাল য়াজরে। অদুবু ফনমক মরাল য়াজরবসু থোইবীসনাগীদি পুন্সিগী থাঙগদবা খোঙথাং লমুক্লহল্লে। মাবু য়াম্না শাউনীংখি, কপ্লীংখি, ইকাই নুংশি য়ান্নখি। কপসু কপখি লোন্না লোন্না। থৌদোকসিদগী য়ুম পাল্লরোই হায়দুনা শিখাং খাঙখিবনি। হন্দক মনেনা খঙতক তকশিল্লকপগা চহী য়ামশিল্লকপগা থোইবীসনাসু পুক্লিংদা মওন মওন খল্লকই। অহল ওইশিল্লবা মমানসু মথন্তা ঙাইহৌরবা মচাগী কর্ম্ম পাঙথোক্লগা শিবা পাম্মী হায়দুনা অয়ুক নুংথিল থিদনা তকশিল্লকপদুদা জ্ঞান মেন তাদনা হোয় হায়দোকখ্রে।

লুহোংবা নুমিৎতুসু নোং খরদি তাই। জিঙঘবুদি খল্লি হায়ববু নালাদগী ঈশিং চেনশিল্লক্লুনা পল্লি খাই। হয়েং লুহোংগনি হায়বা নুমিৎতুগী নুমিদাংদা নহারোল ময়াম লেক্লুনা লৈয়ে থাবা য়াও, নালা ঈশিংপা য়াও ঙহাক্তা পোৎথাদে। শূমাঙগী ফিভমদু হয়েং লুহোংবা য়াগনি হায়বা ফাও থাজদে। অদুবু নোংয়াই মতুং ফাউবা হিঙ্গোন্নুংগী মীয়ামদুনা পুন্না লেপ্তুনা চুরকপা নোংদুদগী কন্নবা হোৎনরি। ময়াম্নসু থোইবীবু নুংশি মাগী ঈংজবা, তপচবা মোংহাদবা মতৌদু। ফজবা শকতি নৎতে অদুবু ঙাংথোক শকতোরকপদা তানীংবা পোকহল্লি। ইচেম্মা থোইবীগীবু হায়দুনা ময়াম কোইলাং লাংদুনা হোৎনৈ।

উচিন নাচিন্না লুহোংবা নুমিৎতুদি অয়ুক্তা নোং খরা তারম্লগা তাখিদ্রে। অচোৎপা ময়ামদু বোড়া পরেং পরেং থাদুনা হোৎনৈ। অমুক তারক্দ্রা পাখৎপদগী নোং তাদনবা হায়দুনা হঙোই ফারগা উপ্পী, কায়োনবীদগী শুনু চফু হরাল্লুই। অহৈবা মাইক্ন কৌদুনা নোং খামই। লুহোংবা লোইদ্রি ফাউবা নোং খামগে হায়। চুম্মিবরা লাল্লিবরা খঙদে নত্রগা মতা চানরিবরা লুহোংবা লোইদ্রি ফাউবা নোং তাখিদে। নুপী থিল্লুরগা হল্লকপদা নোংকুপ তারকই অদুদগী নোংজাও, অসুম অসুম কনশিল্লকই। অকনবা নোং চুরকই। নুপী ময়ুম্না হরাওই লুহোংববু লোইখ্রবদি কায়দ্রে। চুজরো পেন্না।

থোইবীসনা নুপা ময়ুমগী মমাঙদা ইমুং মাঙ্গোল চোৎ চোৎ লাউবা

লৈরক কোনশাং ঈশিং থুমলি থুমলি তৌবদু হায়রপ ইকাইরম্মী অদুবু নুপাময়ুম য়ৌরগদি. পুমকোক কোকখ্রে। নুপাময়ুমগী কোম্লোংদা ডিউটি ওকপদা চংফমদু চোৎপদগী চরু থারম্মী। লুহোংবগী নুমিদাংদুমদি ইমুংগী মওং মতৌ জ্ঞান অমত্তা তাদে। নোংঙাল্লগা অয়ুক ঙন্না য়াউহৌরকপদা শূমাঙদু ঈশিং থুল্লম্মী। করি মতৌনো ঙরাং লুহোংবগী অহিংদা চুখিবা নোংজুনা শূমাঙ ঈশিংনা ঈরং লংলম্বদা ইঙক ঙকই। নালাগা অমত্তা লৈতজাৎলা. লুহোং নোপ্পানবগী মী ময়াম লাকপদা শূমাঙগী ঈশিংশিদি কমদৌনি। মনীঙ ময়া কৌয়েং য়েংই। ঈশিং কদোমদা চেনখিগদগে। থুঙ্গংমকসু নত্তে. ইম্ফাল সহর ময়াইমক্তবো। মৌ অনৌবীনি কুইনা য়েংবা য়াবা নত্তে ফৎ হনজিল্লক্তুনা ইমুংগী থবক ইনখাঙ নোম্লরে।

লুহোংবা মতুং চহী ওল্লকপদা মচানুপা অমা পোক্লে। মথং ওল্লকপদসু নুপী অমা. চপ চারে খনজে। চহীগা য়াম্লবনিনা মখা তারক্কনি থাজদ্রে। অদুবু লুরিবদি য়াম্না ফৈ হায়দুনা থাজবিরিবা ইমুং অসি থোইবীসনাগী মফমদদি থক খা চানদবগুম্বনি। অঙৌবগা অমুবগা তোঙান তাবগুম্বনি। মপুরোইবা ৱাংলেন হায়ফেৎ ক্রেক লৈগে তৌবা মীদানি। ফনা য়াম্না তাকই হোৎনজে মৱা ইরৌ লৌবিদে। মনাওনুপাশিং অদুনা অমুক্কা হেন্না মৈরৌ হেনজিল্লি। থোক্লা চন্না খঙদে। করি নুংগী য়ুম পানজরুবনো হায়বদু য়ৌই। মচা য়াওরমদ্রবদি ময়ুমদা হল্লক্লম্বসু ময়াবনি অদুবু হৌজিক্তি করম্না য়ুম হেক থাদোক্লুগনি। অঙাংনা শান্নরে হেক ময়াওরুগুম তৌ. মীগী চম্প্রা হৈনৌ পাল্লিবদু মপু তাক্লমদনা হেক্লুগুম তৌ ওম্লোক্লা মীৱা তারে। হন্দক নারুবদগী মীরোল অমা ইঙাং ঙাংনবা য়াদে। খাইদগী প্রান চাক্লা নুংঙাইত্রিবদি অঙাং মশেল খৎনবদা মপা অঙাওবগী মচানি হায়না অকামপেৎকা লোয়ননা চৈরকপদুনি। মপামলোমগী অঙাংশিংগী ৱাকৎনা মরোল অমা--

"ইচে থোইবী নঙগী নুপাদু মতা'মা ইতৌ তৌই. ওম্লোক্লা হৈনখিদ্রে। লাকতৌবা হেক তল্লি। ইচে লৈরমবা নুমিৎতুদি ঐখোয় কয়া কিরুরে। মতুং মনাও লাকচররোই।"

"লাকউ কৈনো মতুংদদি ঐ লৈনি। নুংশিদুনা তৌরিনি।" কনখৎতুনা খুম্মী।

"অদু ওইবসু ৱাঙাং শঙাং মতাম তৌই. মনাতোন ইখোং খোংলদনা মচিনবান তৎপা মীনা ৱাঙাংবা হেক মাল্লদনা।" ইবেথোইবী মঙোন্দা ঙাংলকপদু শাইনীংবোই করিবোই তম্মী।

থোইবীসনাগী থম্মোয়দদি তিং পাল্লি . ৱাহৈদ! মপান্দদি ফোঙ দোক্নে। খুমুদি খুমই-- হন্দক নারুবদুগা লোক থুংবগা পাখে। মতুংদদি এৗনা স্কুল চৎত্রিঙৈদা হেক লাকউ!"

"অদুবু নচানুপাদুগা নচানুপীসিগদি মমা মপা অমত্তা হেক লৌদে। মশক্কা ফজরিবা তপ্না তপ্লীবা কনাবু লৌজবনো খঙদে লাইনা পীবরা?"

"নঙনা নুংশিদুনা পঙহায় হায়রিনি কদায়দগী ফজরুগবনো?"

সে লুপা তরা সিনা কৈনোম্মা চাও হায়দুনা অঙাংদা পায়হল্লম্লগা ইবেথোই চৎখরে।

থোইবীসু হোয় মাই হায়দনা তুমিন্ন লৈহৌরে।

থোইবীগী নুপা ফনা কন্না লায়েংই অদুবু কোক বেরাদি খরা মরৈরে। মপান থোক্লা ঙাওরগা চৎতে হায়বদনি শোনোদি থাইনদগী হৌনা খরা খরা চুরকপজাৎনি। হৌজিক্লা খরা হেনজিল্লকপগী ৱানি। খোঞ্জেলসু হান্নগা মান্নদে মচাবু শেন্নগদ্রা মপাদুবু শেন্নগদ্রা মকোক শমজেৎ হাৎপা শংদ্রে। ৱার্কচাজদা কেরানি ওইবদুসু থবক কাবোই কাদবোই তৌবগা থবক তৌবদা মওং তাদবগা য়ুম্বাল নাতৈ চাদবগা পান্নখিদুনা সরকারগী থবক লৌথোরকপদা য়াওরক্লে। হান্নদি তলব খরদা ওইরবসু ফংলম্বনি পুমতৎ তৎখে। থোইবীসনা মথন্তুনা ইমুংদু পুরে। শেমগৎ শাগৎপগী থবক্তা শিংদুম মপৈ অমগী মান বুদ্ধিদগী করিদগী লৌনীংঙাই অমত্তা লৈতে। নুপা য়াওদবা য়ুম্বালগা চপ মান্নে। মচানুপা অহলগী মশাদু শোনদম নাদম্মী। মপাদৌনা তৌগদ্রা নুংশা থি। মনেনা ইতৎ তৎতনা য়াম্না নুংঙাই য়াইফবা ইমুংনি তলব চারিবনি মচিন মনাও লোয়না ফৈ হায়দুনা হন্না হন্না থাগৎখিবদু থোইবী কাউবা ঙমদে। পুন্সিচুম্পগী কাউনি হায়বা থাজদে।

মায়থিদুনতা লাক্লবা পুন্সিনি অমুক হন্না মায়থিবদা নীংহন্নবদি পোক্তে, হায়ববু থম্মোয়সিদদি মনেবু ৱারৌদবা ঙমদে। পুন্সি অমনা পুন্সি অমদা অসুক চাউনা নমথাক তৌবদি মাসু মচানিঙোল হৌরক্লি সিখক্তনি থোইবীনা ফোঙদোক্লনা খনখিবা। অদুগা মপুরোইবগীদমক্তদি মানা শদ্রিফাউবা হোৎনগনি সিখক্তনি হায়বসিদা অকনবা ফিরেপ লৌরে। ○

